**A Manipuri Novel "Ichelduna Lepkhrabada'**

By· Sadananda Yumnamba Mangang

অহানবা ফোঙবা ঃ জুলাই, ২০০০

অফোঙবা ঃ ডাক্তর অমর যুম্নাম

কোপী মসিং ঃ ১০০০



লাইরিক নম্ফম ঃ লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।

মমল ঃ লুপা ৬০/-

**নীংশিংজবা –**

"ৱারী অসি কনাগুম্বা-কনাগুম্বীদ থোকপা থৌদোক্কা মরী লৈনজদে। করিগুম্বা লৈনরম্বা তারবসু অঙৈবা ঐবু ৱারৌবিরোই নীংজৈ।"

# কচ্চরি

কায়ননি খননা পোকলকপনি,
কায়ননি নীংনা হিংলকপনি।
অদু ওইনমক থম্মোইদ
খাঙুথক্তা পুন্সি লোইখ্রবা
ইনাও অরুনচন্দ্র নংনা
চৎখ্রবদ ঈচেল লেপলে,
উপান কংলে, নৈশাং তমদরে।
নীংশিংবনা ৱাহল্লবা থম্মোই,
হিংনীংবগী ৱাখল পোকলক্তরে।
ইথন্তা খল্লকই নীংবা কায়না
থৌদোক অদু ঐনা থোকহনবনি।
অদুবু শেম্বীনবনা শেম্বীদরবদ
পাখং কৌবনিনা কোয়দবা য়াদে, চৎতবা য়াদে,
হিংবদসু ইকাইরকই পুন্সি
শেলথোক লৈতবা মরক্তুদা,
নীংবা কায়বা কয়ানি,
নীংঙমদবা কযা কয়ানি
ফোংদোকতবনা ফবরা খল্লকই।
পুম্নমক অসি থমখ্রগা
পঙলবা নয়াম্বা ঐগী
"ঈচেলদুনা লেপখ্রবদ" মীংথোনবা
কৎচরি নফমদা লৌশিনবীয়ুকো
অদুগা নহা ওইনা
মীওং-মীনৈদ পুন্সি পীখম্নখ্রবী
মৌ নহাশিংগী মফমদসু
কচ্চবি ননাওনা লৌশিনবীয়ুকো।

অইবা

# ৱাহৈ খরদং

সমাজদা মী ওইরগা মী ওইনা হিংবা ঙমদবা হায়বসি থোইদোকনা নুংঙাইবা, হকচিক লাংবা পুন্সিদি নত্তে, পাপ মখল অমনি। হিংবমক্তংনা ময়েক-মহাও থোকপা পুন্সিমক্তি ওইদে। অদুনা হিংলিবা অসিগী অর্থ লৈহনবা হায়বসি মীপুম খুদিংমক্না পামনবা ঙাকনি। ঙম্নদবগী ৱাতনি। কয়া অমনা নীংবা থুংদনা চৎখি, কয়া অমন নীংবা থুংনা, কয়া অমনা এক্সিদেন্টতা শিখি। তম্বা ঙমদবা অশিবা মখল কয়াদ পুন্সি কয়া চৎনরি। অদুনা হিংমিন্নদুনা লৈমিন্নরীঙৈ মতমদ নুংশিনবা হায়বসিনা খ্বাইদগী মমল য়ামই খনজে। অদুগা শিখ্রবা কান্দ নুংশিনা শোনবীবগী মহুৎ হিংলিঙৈ মতমদ শোন্নবা অদুনা ধর্ম্ম লৈ হায়নৈ।

পুন্নমক অসি থমখ্রগা— ইনীংবা ৱাখল পোকলকপা অসিদ থম্মোইদ তত্তনা মীংচৎ অমদি থমনীংখি। অদুবু থম্মোইদদি তত্তনা চেষ্টরক্লিবা পীরাং অসিনা "তাতোন, নংগী লাইরিকশিংসে পৈশা পায়রবা কান্দ মথং মথং ফোংসিকো" নীংশিংহন্দুনা কপহল্লি। ঐবুদি ইনাও **অরুনচন্দ্র** না অদুক্কী মতিক নুংশিখিবা অদুনা ঐদি পুন্সিদা মমল য়াল্লবা ইনাও অমা মাংজখিবা অসি মেনশিনবা ঙম্লরোইদৌবা মন্দির অমনি। ঐগী পুন্সিদ খ্বাইদগী নুংঙাইতবা অমদি নীংবা কায়বা মতমদি বাবা অমদি ইনাও **অরুনচন্দ্র** লৈখিদবা অসিনি। হৌজিক হৌজিক ফত্তবা থৌদোক ৱাথোক কয়া থোক্লিবা অসিদ থম্মোইদি ৱাদবা ঙমদে। অদুনা হিংলিঙৈদ পুন্সিসে ইনীংবগী ৱাখল অমগা ইরোইননা চঙমিন্নরকপদগী মীয়ামগী পুক্লিং চীংশিনবমক ঙমদ্রবসু ঙসিদি ৱারী মপুং ফারে। ৱারী অসি মনেম অমনা মমৌবু ওৎ-নৈবীবদগী খাঙুথক্তা পুন্সি পীখন্নখিবগী ৱারীনি। ঙসিগী মনিপুর মসাজদ নহা ওইরিবী মৌ কয়ানা মথন্তা থৌরীনা য়ান্দুনা শিবা, হু থক্কুনা অমদি মীশি চাদনা শিখিবা কয়া থোকখরে। অদুবু ৱারী অদুদি লাইরিক অসিগা মরী লৈনজদরে।

তাং ২০/৮/৯৯ **অইবা**

# (১)

সমাজ অমদা মী ফত্তবা হায়বসিসু ওঙ্খোক্লা তমথীবা জীব অমনি। মমানা খনবা অশাগা মচানা খনবা অশাগা খেন্নবা ঙসি লৈমাহনবী য়ুমসিগী মৌ ওইনা পুরকখিবনি। চাউরেননা লৈমাহনবীবু অদুগী মতিক লুনা চননা তৌদুনা হিংমিন্নরী অফ-ফত্ত মায়োক্লদুনা। লৈমাহনবীনা য়ুমশিদ মৌ ওইনা লাকপা নুমিৎতগী চাউরেন মমাগা থোইদোকনা ৱা ঙাংনখিদরে। মসিমকনা লৈমাহনবীগী থম্মোইনা হরাওজনা মপুন্সি নুংঙাইবদি ওইদরি। নুংঙাইতবা কয়া ফোংদোকতনা অদুম থমলক্লি। উপাই লৈত্রবী অমগুম্না খাঙজরকলি। করিগুম্বা কান্দসু মনেম অদুনা নুংশিবীবা শাদুনা উৎতবদি নত্তে।

অয়ুক্কী কোরৌ মঙালনা মালেমদ ফাওরকত্রিঙৈদ লৈমা ঙননা হৌগৎতুনা য়ুমগী তৌবা য়াবা পুন্নমক তৌশিল্লক্লবা মতুং ইরু-মায়থজবা লোইদুনা ধূপ-থাউমৈ অমদি লৈসু কৎতুনা কোরৌহনবদ খুরুমজরি। মনেম অদুনা মানা তৌরীবা খুদিংমক তুমিন-তুমিন নুমিৎ খুদিংগী য়েংলক্লি। ঙসিসু য়েংলি। মনেম অদু থোরক্তুনা লৈমাহনবীগী মনীংদ হায়ফেৎ লেপ্তুনা য়েংলি। লৈমা খুরুমলু বদগী হৌগৎলক্তুনা লৈথোরকপদ মনেমনা লেপ্তুনা তুমিন লৈরম্বা অদুদ ঙহাক ঙকচান্নে। ঙসি করি অমুক হায়রক্কদগে খন্দুনা মপুক্লিংদা লাংতক্লহল্লে। মনেমগী মফমদ হনগৎনা ফাও মীৎয়েং থমবা ঙমদরে। মনেমদুনা অসুমনা হায়রকই — "ইমৌদি লাই খুরুম্বদ ওঙ্খোক্লা থৱাই য়াওনা খুরুম্মীদা। করি বরবু নিরীবনো খঙদে।" মনেমনা মরোন লৈনা হায়রকপা অদুদ থম্মোইদ অসুমনা মথন্ত খনজৈ— "ওঙ্খোক্লা ফত্তবা খল্লেদা ইমাসিনা।" অদুবু মপান থোকনা ফোংদোকপদি তৌদে। মনেমদুনা থেংগে মতাগুম লৈমাহনবীগী হকচাংদ চৎপা শাদুনা থেংজিল্লুরে। ফিভমসিদ লৈমা থোইদোকপা ৱারৌবা তৌদরি। "নং অমুক হন্না ইরুজদনা চাকশাংদ চংবা য়ারোই। ঐনা হায়রীসে নং খঙব্রা?" লৈমাহনবী পাউখুমদি পীদনা মঙকতমক নোমলগা ব্যবহার লৈনা খঙই হায়বগী মওং তাক্লকই। "অদুগা ইরুজদ্রিঙৈ মমাংদ ঐগী চীন শেংনবা ব্রস হান্না হিদাক হাপলগা পুথোরকউ। বাটরুমদ শেংবদু ইনেম হৈনদে। চঙলো থুনা পুথোরকউ"

"ফনি ইমা" ৱাফম অসি হায়রল্লগা লৈমাহনবী মথৱাই নুংঙাইতবদু মপানথোংদ উৎথোকলমদনা চঙখরে। ঙহাক লৈরগা লৈমাহনবী ঈসিং য়াওবা পাত্র অমগা লোয়ননা

পুন্নমক পুরক্তুনা পীররে। "ঐনা হৌজিক তৌরীবা অসি নংগী নব্বাদ তম্বা য়ারোই" পোৎশিংদু লৌরগা হায়রকপনি।

"ঐ তমজরোই ইমা" চঙখিগে তৌবদ মনেমদুনা খামলকপদগী লেপ্লগা হংজরকই– ঃ "করি হায়গে ইমা?"

"ইরুজবা লোইরগা ইনেমগী ফি অশেংবা পুরক্কদবনি" লৈমাহনবী চঙখরে। অমুক হন্না ইরুজ-মায়থজবা লোইরদুনা ফি অশেংবদু ফিয়ানখোকতা য়াল্লমল্লগা চঙখিগে তৌবদ ... ঙাইখো ঐনা শিজিন্নরীবা পোৎশিংসে পায়খো অদুগা অমুক ইরু-মায়থজরগা চাকশংদ চঙগদবনি।" লৈমাহনবী উপাই লৈতবী অমগুমনা পোৎশিংদু পায়রগা চঙখরে। অমুরক হন্না ঈরু-মায়থজবা লোইরদুনা চাকশংদ চঙদুনা গ্যাস মৈ চুখৎচরদুনা চা লোন্নবা হোৎনরি। চাউরেনসু হৌগৎতুনা থোংজিন ময়াদ হায়রক লেপ্তুনা লৈমাহনবীনা তৌরীবদু য়েংজরি। মপুক্লিংদা নুংঙাইতবা উৎতনা হায়ফেৎ মীৎয়েং থমজরগা লৈমাহনবী মাইথোংদ নোকফেৎ তৌজরকখি। হংজরকই– "ঙসিদি চা লোনবা থেংবমাল্লি করিগীনো?" ব্বাহং অসিদ লৈমাহনবী ঙহাক নুংজানবগুম তৌই। পাউখুমদি পীরক্তে। খুমলকতরবদ ফাগী তৌরকই ব্বারী অমদ –"চাদু ঐ য়েংলিঙৈদ থুম ওইনা থাকখিগনিকো"

"ঐবু য়াম্না মথোং চাদবী অমগুম্না ..."

"পাউখুমদি খুম্বা হৈরেনে"

"তম্বীনবা মখোয় তাচৌ লৈরীসিদি" নোকশিন্নরকই।

"লৈমাহনবী, ঐ ঙসিদি নংবু য়াম্না নুংশিরকই"

"কৈদৌবগী?"

"নংনা ঐগী পুন্নমক ওইবসিদ নংবু মিৎকুপ অমত্তং কাউথোকনীংদে" লৈমাহনবী নোকই। "অশেংবনি থাজদবরা?"

নোকলুবদগী তপথরগা– "ঐদি মীদি নত্তনা"।

ব্বাফমসিদ চাউরেনগী মীৎয়েং অশাওবগীনি হায়বদু লৈমাহনবী খঙই। খংশাও শাওরদুনা – "নঙবু কনানা মী নত্তে হায়রগে?" ব্বাহংসিগী পাউখুম লৈমাহনবী পীদে। কিরক তৌবগী মওংদ অদুম লৈ। মখা তারকখি – ঐবু মী অমা ওইনবা অচৌবা থৌদাং লৌরকখিবী নুপীদি নং নত্তনা কনাসু লৈখিদে। নীপা হায়বসি নুপীগী মরন তোনবা জীব অমনি অদুনা ঙশি ঐ নংগীদমক হিংলিবনি"।

'অদুবু মমা-মচা ওইবগী নুংশিনবা মরীদি ঐনা কয়াদ তরাইনা মোৎহনবনো?"

লৈমাহনবী, নহাক ব্বাখল ফত্তবা য়ামনা খল্লমালে। মবানি ঙহাক ব্বা ঙাংনদে।

"ঐগুম্বী অমনা ইমুং অসিগী করি য়াইফনবা তৌবা ঙম্লবগে?" ঙহাক্কী অচিকপা অদু থুগায়রদুনা লৈমাহনবীনা হায়রকপনি।

"য়াইফবা অসিনা ঙসি মীয়ামনা ঐখোয়দ ব্যাবহার থম্বীরীবা অমদি সমাজসিদ খেন্নবা থমদনা পুননা হিংমিন্নরীবা অসিদি তৌশিননবা ওইরগদরা? হায়য়ু তাসি"

লৈমাহনবীনা মথল্লাই নুংঙাইজদনা হায়রকই — "মী অমগী অপাম্বা অমদি ফিরেপপু কায়হল্লিবী মহাক অদু কনানসু যৈ হায়নদে।"

"ঙসিসে নংনা করিসু নৎতবদ ঐগী পুক্লিং য়ামনা নুংশিহল্লে"।

"খম্ভবা তৌদনা ঈশ্বরদু মতিক চারবনি খন্দুনা তুং ইনজরকখিবী মহাক অদু ঙশিদি কয়াদ চাউরবা মরাল অমা লৈরবনো? অদুনবু ... " মখা তাবা ঙমদনা মীৎলুদগী পীরাং ঈহৌরকই।

চাউরেন চঙশিল্লক্তুনা লৈমাহনবীগী মাইথোংদ তারক্লিবা পীরাংদু তপনা তপনা নীপা ওইবগী থোৎ-নৌদরবা খুৎশাদুনা তৈথোকপীরদুনা — "নংনা নরাল লৈরবী অমগুমনা কপ্লিবা অদু অর্থবু লৈরীবরা?" খুমলকতরবদ— "ঐদি নংগুম্বী পুকচেল শেংবী অমগা পুননা চৎমিন্নবা ফং লীবা অসি লাইবক য়ামনা ফরবনি খল্লিবনি।"

"ঐবু থাক ব্বাংনা পুখৎপীরক্কনু"

হায়ফেৎ স্বার শাংনা হোম্ভজরগা "ফরে চাদু ইমাদসু কপ অমা পীরমগেরা?"

লৈমাহনবী ঙহাক মপুক্লিং ঈরাকনহল্লি। ... মপুক্লিংদ অসুমনা শোনজৈ "ঐনা লোনবা চাবু ইমানা থকপীগদরা?" ঐনবু ইমাগী কাদ চঙদুনা চা পীবা ঙমখিগদরা?"

" লৈমাহনবী ... লৈমাহনবী" কৌবা তাদরবদ লৈমাহনবীগী হকচাং নোমলুবদ লৈমাহনবী মপুরোইবদ ফিংলকনা মীৎয়েং থমলকই "করি খল্লিবনো?" করিসু খনদে হায়বগী মওংদ ঙক হাইরদুনা ফিজিনা তারক্লিবা হুমাংবু তৈথোকচরি। "নহাক নুপী অমনি হায়বগী ফিরেপ উৎথোকচবী ঙমদবরা?"

লৈমাহনবী মপুরোইবদ চা কপ অমা পীরম্লগা খোংথাং তপনা তপনা থোকখিদুনা কুমথখরে। মনেমবোক মাঙ্গোলগী মচি অমদ ফমদুনা লৈরি। লৈমাহনবী চঙবা ঙমদদুনা ঙহাক লেপচরগা মপুক্লিং ব্বাবীরি। খোঙথাং তপনা তপনা থাংদুনা চঙশিল্লকই। মতম অসি অয়ুক্কী পুং তরেৎ তাদ্রিঙৈগী মনুংনি। চা, চানবা তল অদু ফান মথক্তা থমলুরগা ফমদুনা লৈরবী মনেমদুদ থমলকপা মীৎয়েং য়াম্না নুংশিনীংঙাই ওইবা মীৎয়েংনি। চঙশিনগে খনজবদু ঙমদবদগী তুংলোমদা হায়ফেৎ হনদোকচরকই। "থম্মোইসে কয়াদ ব্বাজরবনো?" মথন্তা খনজরকখি হকচাংদসু হুমাং কারকপগুম তৌনা চঙশিল্লক্তুনা

খোঞ্জেল লুমনা 'ইমা- ইমা" অসুমনা অনি-অহুম কৌরবফাও মীৎয়েং থমলকতবা অমদি খুমলকতব অদুদ হান্নদগী হেন্না ৱাজরক্নে। করিগুম্বা অমত্তা তৌফম খঙলকতরে। অমুকসু কৌবদ তাদবদগী — "ঙসিনা করি থোক্লগদবা?" মথন্তা খনজরকই। হকচাং শোকপদ তারবদ হান্নদগী হেন্না হুমাং অনপ্পী কারক্নে। মখুৎ থক থক নীকনা মনেমগী হকচাং শোকলুরে। মনেমদুনা তুং ওহোরক্তুনা য়েংলকই। "ইসা!" ফিংলকনা হৌগৎলকপদুদা লৈমাহনবী কিরকপা তুংলোমদা হনদোকরকই। য়াম্না শাওবগী মওংদ থমলকলিবা মীৎয়েং অকিবগীনি। "চাগা অমত্তা থকনীদে" হায়রদুনা চা, চান্নবা থমলিবা ফালগা লোয়ননা খুৎনা ইনথুখিবগী খোঞ্জেল হৌনা তাখি চাউরেন— শাইয়া করি থোকলবনো খন্দুনা মপুক্লিং খনজানদুনা লৈ। মনেমদু থৌওইদনা অমুক ফমথখরে। লৈমাহনবী মফমদুদগী নীংবা কায়না থোরক্তুনা মথকলোমদ কাখৎলক্নে। মপুরোইবনা মীৎয়েং থমলকপদুদ কপ্তবা শাদুনা ফিজিনা তুমিন তৈথোকচৈ? হংলকই — 'ইমানা করি হায়রক্লবগে?" করিসু হায়রক্তে হায়বগী মওংদা ঙকতমক হায়ইরকই। লৈমাহনবীবু নুংশিনা কোনশিনবীরগা "নংনা ফন য়াম্না লোৎতুনসু ঐগী থম্মোইনদি য়ানীংবা লৈতরি। থৱাই নুংঙাইতবদগী নুংঙাইবা শাদুনা উৎলক্লিবা মাইথোং ঐ খঙই লৈমাহনবী।"

"মখোয় তাচৌনা নৎতবা ৱাখল পুখনদা খনবীরে ঐ করিসু তৌদে" শাইয়া চঙলকই।

"নংনা ঐবু পুক্লিং য়াম্না নুংশিহল্লে। ঐসিবু নংগীদমক নীপা মান্দবরা?"

ৱাংহং অসিদ লৈমাহনবী ঙহাক চমঙকহল্লি। "ঐ করিসু তৌদে।"

"লৈমাহনবী, নং থম্মোই খরদি শোনমল্লি" য়াম্না ৱারৌবগী মওংদ হায়রকই।

"ইনম্মা"

"শিগদৌবা লৈরবা অসিদ অমুক ঐখোয় হাৎনরি"

"ফরে মখা তারক্লগনু" চাউরেন শাওরকখি "নংগী ৱাখলদু ঐগদি তিন্নবা খক য়ারোই। লৈমাহনবী কিগদবা নত্তে, থেংনগদবনি।"

"য়াদবদু মখোয় তাচৌনা য়ানবা শিনবীয়ু"

"ঐ কনাগুম্বী অমগা মরী লৈনবা পামদে। অদুনা নং অসিমদি খল্লু— ঐনা ঙসি হিংলিবা অসি কনাগীদমকনো?" পাউখুম ফংনরে খনবদগী চাউরেন থোকখরে। লৈমাহনবী নুংঙাইহৌদরে।

"ইনম্মা, ................" ঙহাক মখা তাবা ঙমদবদগী লৈমাহনবীনা হায়রকই— "শাইয়া, চাক থোংনবা তৌরসি। ইমানা ঐঙোন্দ .............।"

মরক থৎলকই– "ইনম্মা, ইমানা নংবু থাঙ্গৈশেংনা হায়রবদ পামদে- নুংশিদে। ঐখোয়না লৈরিঙৈ মতমদদি ইমানা ইনম্মাবু নুংশিবীবা উৎলি। অদুবু ঐখোয়না চৎথোখ্রবদ ইমানা তৌরমগদবা লান ঐ খঙই।"

মনেম অদু মথকলোমদা কাখৎলকই।

"ঐনা ইমাদ করি লান্দুনা ঐবু ওৎ-নৈগদৌরিবনো?"

"ইনম্মা, নং ঐখোয়বুদি থাদোক্তুনা চৎখিগনুকো" তুংলোমদগী মনম্মাবু কোনশিনজরকই।

"ইমুংসিগী অৱা-অনা পুম্নমক ঐনা পুরগদবনি খননা য়ুম হোংলকলবী নুপীনা শিংনবা অমগুম মপাম লমদ চৎতুনা লৈখিবদু ইনম্মা পামদে। ইনম্মগীদি মফমসিনা অরোইবা য়ুমনি" শাইয়া মীৎয়েং থমলকই।

"মবানিগী ৱারী ঙহাক তারবা মতুং মনেমদু চঙলকনগা হায়রকই -- "করি ইনশাং থোংগদৌরীবনো লৈমাহনবী?"

শাইয়া শাওনীংবা অমগুমনা মমাদ য়েংলকই।

মনেম অদুনা চঙলক্তুনা ইচম চমনা হংনরবা অসিদ লৈমাহনবী খুমফম খঙদবা অমগুম লৈ। "ইমৌনা চানীংবা ইনশাং অমা হেক্তা থোংঙু। অদুগা থবীগা কুলি হৱাইগা চমফুৎ অমদি ফুৎলু"।

"উম"

"থেংখরগনি চাক থোংনবা তৌরো। নবুংঙো চাবা নংদনা থবক চৎখিবদ নং নুংঙাইহৌরোই। ইনেম মখাগী মামা সনাহনহোয়দ চৎলুখিগে" হায়রম্লগা কুমথখরে।

লৈমাহনবী মপানথোংদ ফোংদোকপমক নৎত্রবসু থম্মোইনুংদদি অঙকপা পোকলক্লি। ঙসাই তৌখিবশিংদুগা হৌজিকনা য়াম্না তপ্পা ইংবা অদুনা হেননা হেন্না লাংতকহল্লে। অদুম ওইনমক চাক লোইনবা কন্না হোৎনরি। "শাইয়া, নখোয় তাচৌগী খোঙউপকা অমুক্তা তৈথোকলুসো" শাইয়া থোকখরে। "ঙসিসিবু করিগীনো পুক্লিংসিনা অসুক য়াম্না য়াঙলক্লিবসিনা। ইমানা ঐবু নুংশিদবসু তৌদে। অমুকসু নুংশি, অমুকসু নুশিংদ মসিবু চৎনবী নৎতরা? ইমানা ঐগী ইফমদ ওৎলিবা-নৈরিবা অসি ঐনা কনাগী মফমদসু তাকথোকপা তৌরোই। লাইবকতা তমলম্বনি খন্দুনা ঐ খাঙবা তাবনি।"

মরকসিদ চাউরেননা --"চাক লোইরবরা?" হংবসি থোইনা তাদবগুম তৌই। চাউরেননা হকচাং শোকলকপদ ফিংলপনা য়েংজরকই। "করি নৎতবা ৱাখল খল্লুরে অমুক?"

"থবক চৎপা থেংখরগনি ঐ চাক থীরক্লগে" হায়দুনা নাম্থোকচরগা চাক থীনবা কন্না হোৎনরি। "শাইয়া, নংসু চারগদবা নত্রা?"

"ঔ ইনম্মা" মাগী কাদগী খুম্লকই।

"লৈমাহনবী ঐনা নংবু নুংশিবদগী নংগী মী ওন্দুনা ঙসি হিংমিন্নরিবা অসিগী অর্থ ঐ লৈহন্নীংঙি। নুংশিববু মমল নাইহল্লক্কনু" চাউরেননা হায়রকই।

"চাক-পু য়ারগদরা?"

"য়ারে"

শাইয়া চঙলক্তুনা ফম্লরে।

"নংসু নচনগা চামিন্নরোদনা"

"ইমাগা পুননা চামিন্নরগে"

ঙহাক ৱা ঙাংনদে। লৈমাহনবী অৱাৎ-অপা হাপতোক হাপচিন তৌরি। "লৈমাহনবী, ফত্তবা কয়া ফুমদুনা থম্বগী শরুক ফোংদোকপনা খ্বাইদগী ফবরা খল্লি। অদুগা লৈমিন্নরগা মত তিন্নদবা হায়বসি য়ুম্বানবগী পুন্সি লম্বীদ অয়েৎপা অমদি অদুম লৈবনি।"

অসি হায়রম্লগা চাউরেন মখুৎ মশা হামধোকলগা অদুম থোকখিদুনা কুমথখরে। গাড়ী থৌখিবগী মখোন তাই। লৈমাহনবী অৱাৎ-অপা হংজনীংবনি অদুবু চাউরেনগী মতৌদুদ হংবা ঙমদনা অদুম লৈহৌরে।

"তাচৌনা ইনম্মগী মফমদ ঙসিদি য়াম্না ৱারৌবগী মওং মাল্লি" শাইয়ানা হায়রকই।

"শাইয়া"

"ইনম্মা, ঙসিগী যুগকী মীশিংসে য়াম্না ফত্তরে। পুন্সিগা শেলগা লোয়ননা পুন্না চৎমিন্নরকপা অসিদ নচনদি য়ুমবানবদা য়াম্না কি। ঐবুদি ফরি— ঐখোয়দগী হেন্না লৈত-লাইরবী ঈশু-ইমান্নবী কয়া য়ুম পান্নীংবগী ৱাখল থাপলমগনি।"

"নং কোলেজ চৎকদবা নত্রা? চৎলো ইনম্মনা তৌরগে।" শাইয়া মনম্মানা য়াদবদগী হৌগৎতুনা কোলেজ চৎনবগী থৌরাং তৌরি। 'ইনম্মা, পৈশা লৈরবা লুপা য়াঙ্খেদা পীয়ুবা।" চঙলক্তুনা হংলকপনি।

"য়াঙ্খেনবু য়ারগদরা?" হংন হংনা থোকখি। ঙহাক লৈরগা চঙলক্তুনা চামা চৎপী অনি পীরপদু লৌই। 'মতম চানা য়ুমদ হল্লকউকো।"

"হোয় ইনম্মা, চৎলুখিগে" মনম্মগী লাইবক্তা চুপলগা শাইয়া চৎখরে।

লৈমাহনবী লুখাকনচিংবা লোইশিল্লিঙৈদা মনেম অদু হল্লকলে। চঙলকপগা খোন ৱাংলপনা হংলকই– "নংদি চারবরা?"

"ইমা ঙসিগীদি চাদ্রবসু য়ারে। ঙসিদি ইমাগা ৱারি অমা শান্নসি। লুখাকতু কোননা শেংঙু নং মী অমা হায়বদু ওইরীবরা খন্থনবগী মতম ওইরবনি।"

"ইমা, ..."

"হৌজিক্কী য়ুগসিদ অহেনবা তান্নবা ঙাক্তা ওইবসিদ ইমা হোয়সু য়াওনীংঙি। মতিক চাদবী, থবক তৌদবী নুপী ওইরবদি য়ুম পাল্লমদবনা হেন্না ফদরা?"

লৈমাহনবী, মাইথোংদ নীংঙমদবগী মমি তারকপদ নত্তনা ইকাইবগী লম্বীসু তারক্লে। ৱাহৈ অমা হায়রুবদ মনেম অদুনা করি মখা অমুক তারক্তদগে খনবদ অৱাবা হায়বদু ওইরক্লে। মনেম অদুনা মখা অমুক তারকই –"লৈকাইসিদ লৈরীবা মৌশিং ময়ুম ময়ুমদগী মতিক চাবা অউন কয়া লোয়নরকই। নংদি কদাই সিদ লাকপদগী নৱানা মতিকচারবনিনা সনা শিবা ফংলে নত্রা? সনা-লুপা, মনি-মুক্তা কয়া?"

খাঙবা ঙমলক্তবদগী অসুমনা হায়রকই–"মখা তাবীরগনু ইমা। নমৌ পুন্নমক খঙই।"

"ইমাদি ইচানীপা চাউরেন অতোপ্পা নুপী অমগা লুহোংবা পামমি।" লৈমাহনবী স্বাই লাওই। "নং করি খল্লি?"

অৱাবদু ৱাদবা শারদুনা নোকমি নোকমি তৌরগ হায়রকই– "ইমানা য়াইফগনি খল্লবদি নমৌদি পুন্সিদ অকায়বা অমত্তা লৈজদে। ৱারৌবসু থমজরোই।"

"হে কোচি কোৎলক্কনু। হুং! নশাগী ফিরেপ লৈতনা য়ুম পাল্লকলিবা অদুবু সমাজগী মমাংদ ইকাইদবরা?"

"ইমা"

"ঐদি নং ওইরম্লবা নহালনা সোসাইদ তৌজদুনা শিজরনি"

লৈমাহনবী মনেম অদুনা হায়রীবা ৱাফম পুন্নমক ভাব তাবা ঙমলে। অদুম ওইনমক ৱাফমসিদ লৈমাহনবী মখা তাখিদরে।

"নং ইমাগী ৱাফমসিদ লান্নদি লৌগনু। হৌজিক মতমসিদ মৌ ওইরবসু নুপীগী নীপা হাংদরবনি"।

ঙকলকনা মীৎয়েং থমলকই। অসুম্না ফোংদোরকই–"ইমা, তাইবং মীওইবনা চৎহৈদবা লমচৎ অদুদি নমৌ পামজদে। ইমুংসিগী মমিংতা ওইনা লৈবা মৌ ওইরবসু নমৌদি য়াদবা লৈতে। অদুবু মপুরোইবা অমা লৈনা লৈনা অতোপ্পা লমলানবা অমগা মরী লৈনবা নমৌদি কি।"

"নং লৈরবদি ইমুংসিদ মৌ অমনা করম্না চংলক্কদৌরিবনো?" ইমানা হায়রিবা অসি নং ভাব তাও। চৎলো মাঙ্গোল শুমাংদ ফত্তবা নাপী শিংবী কয়া চাইহৌবদু শিৎচিল্লুসো।"

লৈমাহনবী উপাই লৈতে। কুমথখরে। লৈমাহনবীনা কুমথখ্রবা মতুং চাক-ইনশাং পুখম তেঙ্গোৎতা হাপলবা মতুং চানবা থৌরাং তৌরি।

সোমদ লৈমাহনবী চাইরিবা ময়ামদু লোইশিন খোমজিনবা কন্না তৌবা ঙমদবনিনা তপনা তপনা তৌরি। মপুক্লিংদ শোনজরকই-- "করিনুংগী য়ুম পানজরুরিবনো ঐবু? ঐ য়ুমসিদ লৈবদ য়াম্না কায়গদবা মাল্লি। ঐসিবু অহীংবা জীব অমা হায়বদু ওইরিবরা? ঐ চৎলসিরা? অদুবু ঐনা চৎখ্রবা মতুংদ মমা মচাগী নুংশিনদবগী লান অমা শোকন্নহৌবদু ঐনা থোকহনবা ওইবা তাবনি। কয়াদ ফৎত্রবী নুপীনো ঐসে।" শিৎচিন-খোৎচিনবা লোইরবা মতু ং অশেংবা ঈশিংনা মফমশিংদু চাইথোকলি। কাখৎলককে তৌবদ মনেমগা মায়োকনৈ। "চাক্তি লৈহৌরি। ইনসাংদি লৈহৌদরে। চৎলো চাথোকলুরো" মনেমদু কুমথখরে। লৈমাহনবী কাখৎলক্তুনা ঙসিগী অয়ুক্কী ওইনা থুম তোৎলগা চাক চাখরে।

অয়ুক্কী পুং তরামাথোই তারকপা অদুৱাইদ থাপনবা খুঙ্গংগী মমাদু থুংলরে। মতম অসি লৈমাহনবী মাগী কাদ মোনপাক ফি লোল্লিবা তাঞ্জানি। মনেম অদুনা মঙ্গোল মচি অমদ ফমদুনা হকচিক লাংলিবা মতমনি। মমা নুংশিরৈ খাও অমা মখুৎতা পায়রদুনা চঙলকই মমাগী চহি ৫০ ওইরকপনা কননা থাংবা খোৎপা খরদি তপলি। কৌরকই-- "ইবেম্মা বিমোলতা" বিমোলতা মশক খঙদবা শাদুনা মুননা য়েংলকই। থওইদবগী মওংসু উৎলকই। "ঐবু খঙদবরা? নমৌ লৈমাহনবীগী মমা নুংশিরৈনি।"

নোকশিন্নরগা ... ও! ইনম্মা শাওবা য়াদে মীৎসে ঙরাং নহালসে ডাক্তরদ য়েংলুবদগী ফরকপদ ঙাইরিবনি ঙাইখো ইনম্মবু কৈদৌবা লাকপনো?"

ৱাহং অসি নুংশিরৈ ঙকচান্নহল্লি। তপথরগা-- "ইচা উদবা কুইরে অমদি য়ুমদসু লাকতবা কুইরে করি অনা-য়েক য়াওরবগে খন্দুনা ...।"

মরক থৎনা খুমলকই-- "ইমৌ ইবেম্মা লৈমাহনবী করিসু থোইদোকপা অনা-য়েক য়াওদে। য়াম্না নুংঙাইরি।"

নুংশিরৈ বীমোলতাগী মরোন লৈবা ৱাঙাংদুদ মঙ্গোল মথন্তা কাখৎচবা ঙমজদরে। "ইনম্মা ইংখোন্দ পানবা হৈ খর, ইনশাং-নাপী খরসু পুরকই" হায়রদুনা পায়রিবা খাওদু পীরকই। "নাবসিদ হৈ চারুবদ শিবু শিরোইদরা? ইনম্মা ঐদি চাররোই অদুদ থম্মু"

নুংশিরৈ থোইদোকপা ৱারৌবা উৎতে। "ইচাদো হৈ য়াম্না পাম্বা মতমনি।"

"খঙদেদ ইনম্মা হোয়না মতমগী ধর্ম্ম চৎতবা অসিদ ননাওদি করি হায়গদবনো

খঙদরবনি। অদো ইনম্মা লৈকাইসিদ ঐগী ইমৌ লৈমাহনবীবু ফবা লৈবসিদ ননাওগী থম্মোইনা কয়াদ ৱাজদনা নুংঙাইজে।"

"মাবু লৈতবরা?"

হংন্দুনা কাখৎলককে তৌবদ ৱাফমসিদ ৱাফমসিদ মফমদুদ অমুক হনজিন্দুনা লেপই -- "য়ানি ইনম্মা ঐ কৌথোকচগে। লৈমা ... লৈমা ... লৈমাহনবী নমা লাকই নং অমুক্তা থোকলকউ।"

লৈমাহনবী হরাওনা কুমথজরদুনা থোকলকপদ মমানা মঙ্গোল মচিদ নীংঙাইদনা লেপ্পুনা লৈরম্বদ মপুক্লিংদ হায়ফেৎ ৱারৌজে। মথৱাই থোইনা নুংঙাইজদে। হরাও মকা পাম্বা মাইথোংদু মকশিল্লকই। "ইমা কয়াম কুইরে লাকপা? কাখৎলকউ ইমা।"

মমাদুনা খুম্বা নংহৌদরে। মনেম অদুনা খুমলকই--"হেক থুংলবগা নং কৌথোকলিবা অসিনি।"

খাওদু পায়খৎলগা য়েংই। "হৈশিংসে ওম্থোকনা হাওরনিদা ইমা। ইমা, নচাগী কাদ চঙসি।"

মনেমদুনা থীংলকপগী মওংদ ৱা ঙালকই-- "ইমুংদ চঙদরবসু সিদ সুম ৱারী শান্নবা য়াই।"

মনেম অদুনা করি হায়রক্তদগে খনবদগী ৱারী মখা তাবা ঙহাক ঙমদে। "ইমা চাক চারমগদবা মান্দে। চাক ঙাইবা ওইনা নচা শঙ্গোম শেমজরক্কে" হায়রম্লগা মথৱাই হায়ফেৎ নুংঙাইজদনা চঙখরে। মখুৎতসু খাওদু পায়খি।

"ইনম্মা, করি চানি?"

"ইনাওগা উনবা ফংলিবা অসিদগী করি অমুক চারুগদগে"

"অদো ইনম্মা ঙহাক্তং ফম্বীরম্মু ঐ ইমুংদ অমুক্তা চঙজরুখিগে" পাউখুম তাদনা অদুম চঙখরে। নুংশিরৈ মীতোপ অমগুমনা মপান্দা ফমদুনা লৈহৌই।

মনেম কাখৎলকই। "ঐবু পোকচবী ইমা লাক্লবা অসিদ ইমুংদ ঐনা চঙহনবা ঙমদ্রবা। তশেংনমক ঐগী হক য়ুমসিদ লৈতরবা। অপোকপী ইমানা করিবু খল্লমগদগে?" মথন্তা পুন্সিবু ৱারৌজরকই। শঙ্গোম, চানবা শেমলিঙৈদ মনেম চঙলক্তুনা-- "অশেংবা শঙ্গোমগা পুথোরকপা য়ারোই। চাচম ওইনা নমানা পুরকপা চম্প্রাদুগা শেমলকউ।"

মনেম অদু অসি হায়রমলগা থোকখিদুনা কুমথখরে।

লৈমাহনবী নীংবা কায়বগী পীরাং ঈহৌরক্লে। ঙহাক নুংঙাইতবা অমদি খনজাননা লেপ্পুনা লৈ। নুংঙাইফম ইরৈ লৈহন্দরে। শেমজরুবা শঙ্গোমদু থমজখরগা চাচম ওইনা

শেমনবা হোৎনরি। "ওম্থোকপা সংসার অমগী য়ুম অমদ ঐনা হিংলিবা মহিং অসিবু মপুং ফাগদৌরিবরা?" লৈমাহনবী নৎত-নৎতবা ৱাখল জাৎ-জাৎ পুখন্দ খল্লকলে।

সোমদনা মনেমদুনা হায়রকই— "খঙদেদ ইনম্মা, পুন্সিসে নুংঙাইফম ইরৈ লৈতে। লৈবাক্কী ইরাংনা ফত্তবনে, ইমুংনগা খর খেন্ননা লৈবসিদ ... হিংদবা য়াদবনিনা হিংলিবা হায়বদুনি।"

ৱাফমসি তারবা মতুং নুংশিরৈনা অর্থ লৈনা হায়রকই—"সহরদগী হেনদোক্তুনা চীংয়া-তময়াদ লৈবা খুঙ্গংদসু য়ৌশিল্লকপা অসিদ মমা-মপা ওইবশিংনা নীংঙোল পোক্কদবা কিবু কিশনলক্লে।"

মনেম অদু ৱাফমসিদ ভাব তাবদগী ৱাহৈ থৈরকই — "ইনম্মা, লৈমাহনবীবু ঐগী ইমৌ ওইনা ফংজবদি লাইবক য়াম্না ফরবনি। ফিদমফম ওইবা কয়া ইমৌগী মফমদা অৱাৎপ লৈতে। ইনম্মানা ৱাফমসিদ ভাব অমরোমদা পুবিরম্বা য়াই। ঐগীদি অশেংবনি হায়জরিবা অসিনি— ইমৌ লৈমাহনবী ইচাগুম্না নাওকোনজরিবনি।"

"ইমা চাসি পায়সি"

"এ! করিগীনো চাচম শেমলক্লিবদি? শঙ্গোম লৈতবরা?"

থুনা পাউখুম পীবা ঙমদে। ঙসাই খনজখিবদুনা চপ চানা থোকনবা অসিদ নুংঙাইতবা মাইথোং মপান থোকনা উৎতরে। হায়রকই— "ইমা, ঙসিদি শঙ্গোম অশেং বদু লোইথোকখরে। সিনা হাওবা-হাওতবা পাংন-পাংনবা থকপীয়ু" চাচমদু মমানা লৌই। হংলকই— "নহাক হকচাং নুংঙাইতবগা তৌদেদনা?"

"তৌদে ইমা নচা য়াম্না নুংঙাইরি"

"হেক ঙমদবদ ডাক্তর কৌরগা য়েংহল্লিবনি ইনম্মা। হকচাং য়াম্না ঙম্বু ঙমশিলকত্রবা কান্দ পাও অদুম চেনজরক্ক লৈমাহনবী অমুক্তা চঙলকউ" হায়রম্লগা চঙখি। লৈমাহনবীসু চঙলকই ঙহাক লৈরগা। "নমা কুইনা লৈহল্লগনু।" খোন খর ৱাংলপনা- "ইনম্মা চানবা নংনবা চাক মৈ থাগৎলম্মু ইমা ঙা অমা য়েংলুখিগে" খাও মচা অমা পায়রগা থোকলকই। "ইনম্মা, ঙহাক্তুং ফম্বীরম্মু ঐ ঙা মচা অমত্তা য়েংজরুখিগে। লৈমাহনবী ঐনা হায়বদু ..." মনেম চৎখরে। মখা তারমদনা।

"ইবুংঙোগা ইবেম্মাগা উদে চৎথোকখ্রবরা?"

"মোই তাচৌদি ওফিসতা চৎখরে। ইচন শাইয়ানা কোলেজ চৎখি। ইমা ঙসি নোংমতং লাকপসিদ করিনা সেবা তৌনি।"

"ঙাইখো নং নশা ঙমলুদরবরা? নমীৎ-ননাসু ইকুৎ-কুৎশিল্লে।"

"ইমা, নচাগী পুন্সি নংঙাইরমগদবা মানব্রা?"

মমা ঙকলক তৌই। *"নংনা হংলিবা ৱাহং ইমা ভাব তাবা ঙমদে। নহাক সিদ লৈবা নুংঙাইত্রব্রা?"*

নীংবা থুংদবা কয়াদু ফুমদুনা থম্লগা—"ইমা নুংসু নুংঙাই, ৱাসু ৱায়, কপসু কপ্পী।"

"ইমাগী ইবেম্মা" মচাবু নুংশিনা কোনশিনজে।

"ইমা য়ুমদ হন্নবা তৌরসিরা। গাড়িসু য়াম্না চেন্দবনিনা গাড়ি ফংহৌদ্রবদি ধর্ম্ম য়াওদবা ঈচেলনা লাঙ্গোল চনশিন্দুনা লানদারক্কনি।"

মমা অদু হৌগৎলক্লে। "ইমা চৎনবা তৌরগে নংসু কৈদৌঙৈনো অমুক্তা লাকউ।"

"নুমিৎ ফবা অমা য়েংলগা লাক্কে। সে ইমা লুপা চাম্মঙা অসি পারখো।"

"ইমা শেলফমদু লৌররোই।"

ইমা নচাদ ৱারৌবীরবরা? সে ইমা পৈশাসে পায়শিল্লু।"

মচানা য়াদবদগী শেলফমদু লৌই। "ইমা য়ৌরগে" মচাগী কোক্তা নুংশিনা নানবীরবা মতুং লৈথোরকপদ মনেমদুনা মায়োকনৈ। "ইবেম্মা, ইনম্মা অমুক য়ৌরগে।"

"ইনম্মা চাক চারগা হনলোদনা? ঙা অচৌবদি থোকলকদরে। রৌ মচা অনিখক ওইনা লৈরক্লে।"

"ঙসিদি য়ুমদ হনবদ থেংগদবা মাল্লি। ঐখোয় খুঙ্গংদ সহরগী অসুমনা গাড়ি কুংনা চেনবদি নৎতবনিনা গাড়ি ফংহৌগদবা মান্দরে। য়ৌরগে"

"য়াদ্রবনিনা নোংমা ইমৌগা লোয়ননা লাক্কুনা চামিন্নবা হায়বদুনি।"

লৈমাহনবী মমানা চৎখিবা মাইকৈদ য়েংদুনা নীংবা কায়না লৈহৌই।

## (২)

চাউরবা য়ুম অসিবু ইকোয় কোয়না খাজিল্লীবা চেকপন মনুংদ পীকতক তৌবা হৈ-লৈসু থাবা লৈকোল অমা লৈ। লৈমাহনবী ইমুংদগী মপান থোরক্লুনা মফমদুদ চঙলক্লে। লৈমাহনবী পুন্সিগী থেংনবা য়াবা লানফম কয়া থেংনবা হৌরক্লে। নুমিদাং ৱাইরমগী মতম ওইরকপনা নামিবা নুংশিৎসু লীরি-লীরি শিৎলকই। ঙসি মমা অপোকপী লাকলমলগা করিগুম্বা সেবা অমত্তা তৌখিদবা অদুদ মপুক্লিংদ ৱারৌজরক্লে। মখুৎতা পায়জরীবা লৈ অদু মনম নমজরগা —"লৈসিগী নুংশিবা লৈনমদী চেল্লি। থম্মোইসে কুমওননি ৱাখলসি পোথাবা হৈতরবা তুরেলগী ঈচেলগুমনা কয়াদ ইরাং লাংহল্লিবা। অদুবু অপোকপী ইমানা মচা ঐগী নাক্তা হৱাও-হৱাও লাকচরম্লগা শকফম ওননা হনখিবা... ঐসিবু মীরনে? ইমা অদুনা করি খল্লমগনি। অমরোমদ পুন্সি কয়ানা অহেনবা তান্নরি। অসিগুম্বা মরকসিদ ঐগুম্বী অমনা লমজেল চেনবা য়াওবা ঙমদ্রবা?" মপুক্লিং নুংশিরকই। "অমরোমদদি ঐসে অহিংবা য়াওদরবা অশিবা লম্বীনি ঐ য়ুমসি থাদোক্লুনা চৎলসিরা? ঐবু ঙমগদরানে? মফমসিনা ঐগী অরোইবনি খন্দুনা য়ুমবু তুংওইননা থমলম্লগা য়ুম হোংলকখিবী নুপীনি। ঐ অখাঙ কন্নবগী পাঙ্গল লৈররোইদরা? লৈগনি ঐ মৈতৈ নুপীনি।

অমরোমদ চাউরেন হল্লকপদগী অমুক চৎকদবগী উপুদগী চে-চাং খর লৌথোকলগা বেগতা হাপচিল্লি। "ননম্মদি শাইয়া?"

"তাচৌ লৈতরা"?

"লৈতেএ"

চাউরেন ইমুংদগী মপান্দ বেগ অদু পায়রগা থোরক্লে। লৈমাহনবীনা লৈরিবা মফমদুদ চঙলকই। তুংলোমদগী তুমিন চঙশিল্লক্লুনা লৈ অমা হেকলগা শমজিদ থেৎচিন ষ্টীরকই। লৈমাহনবী তুংলোমদ মাইথোং লৈথোরকপদ মীৎচান্নে। "বা! ফজবা হায়বসি ফজৈদকো" লৈমাহনবী ইকাইবা শাশিন্নরদুনা মখুৎ অনিনা পাকতক তৌবী মাইথোংদু খুমজিনখরে। চাউরেন ঙক হায়ফেৎ নোম্ভজরগা পৈরপনা মীৎয়েং থমলকপা অদুদ লৈমাহনবী থৱাই তানা নোকলকই। তপথরগা হংজরকই — "কয়াম কুইরে হল্লকপা?"

"ঙহাক ওইরে। অমুক চৎকদৌরিবনি"

"করিগী?"

"ঙসি চে-চাং খর লোইশিন্দবা য়াদবা লৈবদগীনি। ঙসিসে খর থেংলক্কদবা মাল্লি। ঐ ঙাইরমদ্রবসু নং চাক চাথোকউকো"

"মীগিদি চাউর-চাউরগা থবক কোম্নে হায়নৈ অদুগা ঐখোয়গীদি অয়ুক-নুংথিলদগী হেন্দোক্কুনা নুমিদাং ফাও শুরক্লি।"

"সরকারগী মিনাই ওইরবনিনা তৌদবা য়াদবনি। ইশাগী ডিয়ুটি মতম চানা তৌবা ঙমলিবা অসি ঐখোয়গী লাইবক ফবা নৎত্র?"

"অদো কয়াম থেংলক্কদৌরিবনো?" ওইনজরকই।

"নীপান মাপন অদুৱাইদ হল্লক্কদবা মাল্লি।"

"অদুদি থেংমন্দরা? খর ঙনখৎনা হল্লকপীয়ু"

"ফরে ঐ চৎলুখিগে। থেঙবু থেঙজিল্লক্রবদি চাকতু চাথোকলম্মু হকচাং লুমলকপা অদুদ নাগনি" ঐ ওফিস হেক য়ৌবগা ফোন তৌরক্কনি। অদো নংগী ফজবা শকফম নুপী অতৈগা মান্নদবা অসিদ ঐসে নংগীদমক ঙাওরিবনি" হায়দুনা খজাইদ নুংশিনা নানবীরকই। "চৎলো ঙাওশিন্নরনু" হায়দুনা হায়ফেৎ মপুরোইবদু ইম্থোকচৈ। চাউরেন নোকফেৎ তৌনা মফমদুদগী থোকখিদুনা গাড়ি ঙংবগী মখোন তাই। গাড়ি থৌখরে। "কয়াদ মঙাও থীজখ্রবা নীপানো?"

লৈমাহনবী, অসিগুম্লবা নুংঙাইবা মিৎকুপসিদ মবানিগী হৌখ্রবা ৱারী মথং-মথং নীংশিংলকই।

পোইনু থাগী লৌ লোকপা লোইনখ্রবা মতমনি ফৌনা জগোই শারবা হাংলবা লৌবুক লমহাংগী খর-খর শংলি মালি মরক্তা চাক্তারিবা উচেক-ৱায়া শা-ষণ থোইদোকপা খুঙ্গংগীদি নুংশিনিঙাইনি। ফজবা লৈতেং অমসু হাপলিবনি। মরক মরক্তসু উচেক অমনা নুংশিনা খোংবগী খোঞ্জেলসু তারি। হাংলবা লমপাকশিংদনা খুঙ্গংগী নুপামচা, নুপীমচা কয়ানা চেন-চোংদুনা শান্নরি। খরনা মহৌশাগী মশান্ন-চৈতেক কোৎপী, মরু কোনবী, কেকু লোৎপী অসিনচিংবা কয়া মাঙহনবা য়াদে হায়বগী মওংদ শান্নবসু ময়াওরি। চাউরেন অমদি মমান্নবা নোংহনবা মপুক্লিংদ হরাও মীনোক্কা লোয়ননা গাড়ি মচা থৌনা-থৌনা য়েংজরি। অশেংবা নুংশিৎনা তপলি তপলি য়ৈবদ চাউরেন নুংঙাইজবা পোকচরি। পাখং ওইবগী হৌনবা থম্মোইদ মওং-মওং খল্লকই--"কয়াদ ফজখ্রবা নীংথিখ্রবা লমদমনো? সহরদদি অশেংবা নুংশিৎ অমত্ত ফাও য়ৈদবদু মফমসিদনা য়ৈরি। নুংশিবা লৈনমনা থম্মোইদ য়ৈরবদ পামজবা নুংশিবা অমদি শোয়দনা লৈফম থোকই" অসুমনা খন্দুনা খুরবা লম্বী হাইজিল্লকপদ খংহৌদনা ষণ অমনা খংচেন চেনশিল্লকপদ শোকতনবা

হায়দুনা থৈদোরকপদ তুরেলদগী ঈশিং শোকলুরগা কারকপী লৈশাবীশিংগী মরক্তগী মতাই ইথং-থংবী নুপী অমদ থেঙজিল্লুরে। নুপীদু তুবদ শোকপ তারে খন্দুনা ঙাকচনবা হোৎনবদু অরেম্বা তাখরে। নুপীদু সনাবুনগা লোয়ননা হায়ফেৎ ফজনা তুখরে। মবানিসু ফুরিৎতা ঈ ফাওৎলকই। নুপী অতৈনা— "সন্ধ্যা গাড়িনা তক্লে।" মবানি পাখৎচৈ। অঙাং নীপামচা খর চেনশিল্লকপা অদুদ মবানি হান্নদগী হেননা পাখৎলক্লে। চাউরেন নুপীদু হৌগৎচগে খনজবদ নুপী অমনা চঙশিন্দুনা হৌগৎপদ লেপ্পা ঙমদবদগী নুপীদু হান্নগী মফমদ অমুক ফমথজখি। চৈনা খাঙজরি। ওইথংবা চীনবান ময়াদ দাক লৈনবগী মওং দ খর শোকখরে। নীপামচা অমনা— "ইচে কয়াম থিনা কদাই-কদাইদ শোকপা য়াওবগে?" নুপীদুনা পাউখুমদি পীদনা করিসু তৌদে হায়বগী মওংদ মঙকতমক হাইরকই।

নীপামচাদুনা চঙশিল্লক্তুনা হংলকই—"দাদাহোয়দি শোকপা য়াওদবরা?"

"থোইদোকপা কা হেন্না শোকপা য়াওদে" চাউরেননা খুমলকই ।

চহি নিফুমুক্কী নীপা অনি অহুম চঙশিল্লকই। নীপা অমনা --"য়ান-য়ানবা ঙাংনসি। ফুন-চৈনবদি ফত্তে। ইবেম্মা নংদি কাহেন্না শোকপ-খোৎপা য়াওদেদনা?"

"য়াওদে ইচৌ" তপলপ্না খুমলকই।

"ফরে ফরে য়াওদ্রবদি নখোয় য়ান-য়ানবা অফবরোমদ ঙাংনৌ। ইবুংঙো নবানিনা ইচন অসিগী সনাবুনগী মমল খর থমলম্বা হায়বদুনি" নীপা অমদুনা হায়রকই।

"হোয় তাদ" নোংহনবনা খুমলকই।

নীপাশিংদু চৎখ্রবা মতুং নুপা মচাশিংদুসু চৎখরে। মবানি, শাওবা, ফিংবা অমত্ত য়াওদনা লৈবাক মচা তাবরোমদ ঙাংলম্বা কয়াদু ইকাইজরকই। ব্রাজরুবা অমদি পাখৎলুবা কয়াদু তপ্না-তপ্না মাংহনজরকই।

নুপী অমনা—"ইতা নং কদাই-কদাইদ শোকপা য়াওবগে? মখোয় চৎত্রিঙৈদ খঙহৌনবা তৌসি। কৈদৌরবগে নংনা অনাবদি ফাওরগা নাদবা শাদুনা খাঙলিবদু ওইবা য়ারোই। নংবু লোনথোক্তবী নুংনা শাবা মুত্তিরা? হিদাক লাংথক লৈনবা শেল খর লৌহৌসি।"

ব্রাফমসিদ নুপীদুনা অশাওবা মীৎয়েং থমলকই। য়ানীংদবসু উৎলকই।

অতোপ্পা নুপী অমনা হায়রক্লিবা ব্রাফমসিদ মবানি ইকাই—

"মখোয়গীসে থেঙগে হায়দুনা থেঙলিবরা খঙপোৎত্তে। তৌববুদি গাড়ি খর কল্পনা থৌরল্লবদি ইতা সন্ধ্যা তাইবং পান থাদোকলবসু য়াই।"

নোংহনবা চাউরেন্দ মীৎয়েং থমলকই। নোংহনবা চাউরেনগী ঙাংনবা মাইথোং

উরুবদগী নুংঙাইতদুনা ৱাফমসি হৌদোকই–"ইচনহোয় শাওবীবা য়াদে। ঐখোয়না শোয়খিবা ঙাক্তনি। তৌববুদি ষণ অমখক খংহৌদনা চেনশিল্লকপদ অদুদ থেঙদনবা হায়দুনা থৈদোরকপদ লাইবক থীবা থৌদোকসে থোকখিবনি।"

নুপীদুনা হংলকই–"নখোয়নী পাখং নৎতবরা?"

মবানি থুনা পাউখুম পীবা ঙমদে। "মান্নি" নোংহনবনা খুল্লকই। নুপীদুনা নোকফেৎ তৌরদুনা –"ঐখোয়সু লৈশাবী ঙাক্তনি। লৈশাবী উরদি পাখংশিংনা ঙাওবা হৌনশানি। অদুবু তৌববুদি মমিৎ খর ময়ামদগী হেননা ঙাওরমগদবা মাল্লি। দাইভরসি।" চাউরেন মমাই ফাও চুমনা থম্বা ঙমজদরে। পুন্সিগী ইকাইবা ঙসিনা লোইরবোই নীংলক্লে। মখা তারকখি–"ইকাই খঙবা মীদি অদুম ফৰনিদা।"

ৱাফমসিদা মপুক্লিং খর হকচিন লাল্লকপগুম তৌই।

হান্নগী ৱা ঙাংখিবী নুপীদুনা মখা তারকলে– "নখুদু খর হেন্না শোকপা মাল্লি। কদাইনো য়েংসি" হায়রদুনা ওইথংবা খুগী ফনেক অদু তকখৎলকপদ নু পীদুনা নুপী অমদুগী খুৎদাং ফারকই। ইকাইজবদগী য়াদে। "নং ঙসিগী সিদ সুম ফমদুনা লৈবা ঙম্লগদরা? মতাং অসিদ ইকাইবগা অমত্তা য়ারোই।" নমদুনা ফনেকতু তকখৎখরে। নুপীদু ইকাইজবদগী ফজরবা মাইথোংদু লোৎচরি। "ইস! কয়াদ থীনা শোক্লিবনো? শোক্তবা শাদুনা অদুম লৈবনিনে।" মবানি মমাই লৈথোরকই।

"য়াম্না শোকপা নত্তে ঙানবী সে থাদোকউ"

"হে নং তুমিন লৈয়ু সন্ধ্যা। কনা-কনা রুমান য়াওই" কনামৎতা খুমলক্তবদ চাউরেননা চঙশিনলগা রুমান পীরকপদ–"ঐখোয়না কিববুদি তামোনা কিবনা হেন্না ফগদবা মাল্লি। "কিবীরম্মু তামো।"

চাউরেন হেক্তা চঙশিন্দুনা রুমান কিবা ঙমদে। শকখংদবী নুপী অসিগী হকচাং শোকলুরগা করম্বা মীৎয়েংনা মঙোন্দা থমলক্কদগে খনবদ অঙাওবা হায়বদু ওইরক্লে।

"ঐখোয়না ইচম-চমনা হায়জবা অসিদ তামোনা ফত্তবা খল্লমলে। খুঙ্গংসিগী চনুরাশিংগী থম্মোইদ কৎথোকপা অমদি লৈবনি অদুবু তৌশিন্নবা মীওইদি ঐখোয়না লায়না খঙবা ঙম্বতা নত্তনা মায়থীবা পীবসু ঙমই" নুপীদুনা (ঙানবী) মখা তারক্লে। চাউরেন ফমথরক্তুনা রুমান কিবা হৌরক্লে। সন্ধ্যা শকখংদবা লমলানবা পাখং অমনা হকচাং শোকলকপদ স্থাই লাউবা পোকচখি। লুকথজরুবা ইকাই থীগনবী মাইথোংনা য়েংখৎলকপদ চাউরেন ঙাওখরে। মবানি ঙহাক মীৎচান্নবা য়েংনৈ।

ঙানবীনা ফাগী তৌরকই–"মীৎয়েংতা য়েংনবতনা কান্নদে ৱারীসু খর শান্নবা ফৰনি।"

মবানি ঙহাক ইকাইজৈ। চাউরেননা—“ঐখোয় শোয়খরে ঙাকপীয়ুকো।” সন্ধ্যানা অসুমনা ইকাই-নুংশি য়ান্ননা ফোংদোরকপদ ময়াম ঙক্লে। “ মীওইবগী শোয়বা হায়বসিবু কনানা তম্বা ঙম্বগে? অদোমগী চীনবান্দ তারিবা ঈ কয়া নুংঙাইতে” হায়রদুনা ফিজি মচিনা তৈথোকখিবা অদুদ মশু-মমান্নবীশিং নোকলকই।

ঙানবীনা ফাগী তৌরক্লে—“ঙসিদং শকখংনরগা লৈমিন্নবদুনা উৎপদুদি কয়া ফজদেকো।”

মখোয়গী মরক্তগী নুপী অমখকনা অসুন্না ফোংদোরকই—“লৈজদবা ঐখোয়দি কয়া নুংঙাইত্তে।” মখোয় ময়াম নোকই।

চাউরেননা হংজরকই ইচম-চমনা —“ঙসাই পৈশা হায়খিবদু কয়া থন্নজরম্মুগে?”

সন্ধ্যা শাওনীংবা অমগা লোয়ননা খংহৌ হৌগৎলি। “পৈশাগী দরকার লৈতে। ঐ অদুম য়েংজরগে” চৎপা হৌবদ অনাবা ফাওবদগী “অয়ো” শোন্দুনা অমুক ফমথজখি।

“য়ুমবু কদাইৰাইদনো ঐখোয় থীনবীরমগে” চাউরেননা হায়রকই।

“য়ানি। আ ... ইনক নকই”

“চৎপবু ঙম্বীগদরা?”

“ঙমদরবসু খাঙলগা চৎপগী হৈনবী অমা মঙোন্দ য়াওই। অদুনা ... মখা তানীংদে”

“ঙানবী নং ...” শাওশিন্নরকই।

“হৌজিকনে চৎপদ ঙমদরগা ঐখোয় মতেং পাংবা ঙমলোইকো”

“ঙানবী, করিসু নৎতবদ মীবু হেক্তা ৰাহনগদবা নত্তে। তামো হোয় য়ৌবীখ্রো ঐখোয়দি সিদ ঙহাক লৈহৌখিগে”

“মরুপ মানা চৎলো হায়রিঙৈদা চৎহৌরসি লাকও”

“ঐখোয় অমুক য়ৌজরগে” “নং চংদবা কয়া নুংঙাইগদবা মানদেদা” সন্ধ্যানা মীৎয়েং থমলকপদ ঙানবী মখা তাবা ঙমদে। মবানি ঙহাক লেপ্লবা মতুং গাড়ি ঙংবদ হৌবা য়াদবদগী উপাই লৈতদুনা গাড়িদু য়েংবা হৌরক্লে।

নোংহনবা থৰাই চঙনা শেমখি।

“মখোয়গী গাড়িসে য়াদরমালে”

“নং শেমলুগেরা?”

“ফাগী তৌরক্কনু ঙানবী”

সন্ধ্যা মখোয়গী মতৌদুদ নুংঙাইতবা পোকচরি। "সন্ধ্যা হন্নবা তৌরসি" মমান্নবি অমনা হায়রকই। সন্ধ্যা মখোঙ নানা-নানা চৎপা হৌরকপদ ঙানবীনা চঙশিন্দুনা—"উপাই লৈতে ঐ চৎলে" হায়রমলগা চৎখরে। চাউরেন সন্ধ্যানা চৎলিবা মতৌদুদ মপুক্লিং চঙনা য়েংজরি। সন্ধ্যাসু মরক মরক্তা তুংলোমদ য়েংলকতবা নত্তে। "মরুপ ... " লৈশিল্লকপদ চাউরেননা তৌরমলিবা মওংদুদ মখা তাবা ঙমদদুনা মপুক্লিং হায়ফেৎ নোকচরগা মমাই লৈথোকচরকই। "নংনা অদুম য়েংদুনা ... সোমদনা গাড়িনা য়াদরি। ঙসি য়ুমদ হন্দবরা কৈনো খঙপোৎতে।" মহাক্না হায়রীবদু থোইদোক্না তাবা তৌদে। নোংহনবা উপাই লৈতবনিনা অমুক ঙং-অমুক শেম তৌরি। "ঙসিসে য়ুমদ হন্দবসু য়ারবা নৎত্রা? চাকসু য়েংদুনা সুম লৈরবনিনা পুক থল্লম্লনি নংদি। ঐদি হোরেন লামলক্কনি।"

চাউরেন ওনশিল্লক্তুনা হংলকই— "করিদ য়াদরীবনো?

"য়েংখো ঐ য়ারবা কান্দ হায়রককে"

"শাওরীবরা মরুপ?"

"শাওদে। কৈদৌবগী শাওদৌরীবগে? গাড়িসে থাও হেনজিনখিবদগী তৌরীবনি"

"মফমসে য়াম্না নুংশিরকপগুম তৌই"

"পামজবী লৈ অমা শাৎলবনিনা নুংশিবা তাবা"। অদুবু মরুপ মশক ফজবা লৈসে খোইমু কয়াগীদি মিৎতানফমনি। থাজবা থমলুখিগনু অত্তনবা নাইবা লৈনি য়ুগসিগী"

"ঙসিসে মরুপ ঐগী থম্মোইসে মওং অমা ইতৌ তৌই"

"নংনদি পুখন্দ খল্লগা মানদি খল্লমদরবদি কৈদৌবা? মরুপ ঙসিদং উন্নরগা হেক অপাম-নুংশি পোক্কদবা নত্তে, ৱাখল পুকচেল য়েংখিসি"

"ইচম চমজরবী নুপী ওইরম্লবদি কমদৌবা?"

"মদু ওইরম্বা ওইসনু অদুবু ..." মখা তারক্তে।

গাড়ি শেম্বমখৈ শেম্লবা মতুং য়ারদুনা য়ুমলোমদ হন্নবগীদমক গাড়ি থৌবা হৌরক্লে। "মফমসিদ নোংমা অমুক লাকসি"

"নোংমা নত্তে তোয়ন-তোয়না চৎসি"

মবানি নোকমিন্নরদুনা চৎমিন্নখরে।

সোমদনা সন্ধ্যা চঙলকপদ মমানা মঙ্গোল মচি অমদ লং নাইদুনা লৈবদুদ

মনীংথোংলোমদ চঙগে তৌবদসু থোং লোল্লম্ব অদুদ সোমদ অমুক হাংদুনা লৈরীবা থোংনাওদ সনাবুল অদু মখোন হৌনা থাদখিবা মমানা তাহৌদবদুদ হরাওজনা স্বার হায়ফেৎ শাংলকনা হোম্বুরকই। "ঙসাইদগী ঈশিং শোকপা চৎখিবী অমদুনা হৌজিক ফাওবা হল্লকতরি। লৈশাবী ফারকপা অসিদ শেন্নবা ওম্থোক্লা ৰাগদৌরিদ ঐ মমানা শোনজবদু হায়ফেৎ তাই। সন্ধ্যা মখোঙ শিৎতবা শাদুনা মাঙ্গোল কাখৎপদ ঙমদবদগী তুশিল্লি "আ"

মমা লং নাইরম্বদগী খংলেপ লেপ্লগা ইপা পাখৎচনা "কৈদৌরে নুপীমচা?" হৌগৎচরকই।

"করিসু তৌদে ইমা। অস! ওম্থোকনা নাখরেদা"

"নখুদুদি কদাইদ থেংজিল্লুরে?"

"অদুবুরো ইমা, পাখং নুং অমনা থেংজিল্লকপদগী তৌরিবনি"

"নমায়দু য়াম্না থকউ। অদুম য়াম্না ফজখ্রবা নমায়দু দাক অমা থল্লবনিনা ফজরে। ষনথিদা নোং তাবা মাল্লকপরা খঙদে। কয়াম থীনা শোক্লবগে ইমা য়েংসে কদাইনো?"

"ইমানবু ফজরবদি করিসু কায়দে"

"ঙাওশিন্ননু ইমা য়েংগে ফমথরকখো"

হায়দুনা মচাবু চিংথজরগা ফনেক তকখৎতুনা য়েংগে তৌবদ মমাগী খুদাং ফারগা-
-"ইমানা য়েংদরবসু য়ারে। রুমান অমনা অর্থ লৈনা পুশিনখরে" হায়রম্লগা হৌগৎতুনা ইমুংদ চঙখরে।

"হে নংগী অনাবা খাঙবদু তৌনু। মহিক মতা চঙনি ইমানা শেম্বা হিদাকতু হাপচিল্লু" ঙাংনা ঙাংনা ফমথরক্তুনা লংচাক চাকপা হৌরকই। খংনীং নীংশিংলক্তুনা— "সনাবুলদি?"

"লৈতরা ইমা?"

"নংনা ঈশিং শোক্কনি হায়দুনা পুখিবদাই" হৌগৎতুনা ইমুংদ চঙদুনা কোয়য়েং য়েংঙি। "এ! সনাবুলসি য়াওনা তুমিন্নরুরবা অসুক থীনা কোৎপসিদি?"

"অমুক য়েথোকপা হায়বদুনি ইমা"

চঙলক্তুনা হংলকই—"নংনা ঙম্নবা অদুম ঙাংঙু। চাক্তি নং থোংবা ঙমগদৌরিবরা?"

"ঙসিদি ইমানা থোংবীরো" হায়দুনা ফমুংদ কাখৎখরে। মমা মখা তারমদনা অদুম থোকখরে। "ইমা ঈশিংদি পুন্দ য়াওরীবদু শিজিন্নবীয়ু" অসি হায়রদুনা রুমান্দ

মীৎয়েং থমলকই। মমা চাকশংলোমদ চঙখরে। চেকশিননা কিরকলিবা রুমান্দু মখুৎনা হায়ফেৎ নাম্বুজরগা লৌথোক্তুনা য়েংজরুবদ ঈতৈবা নত্তনা করিগুম্বা ৱাহৈ অমত্তা থাদবা অদুদ নীপাদু ইচম-মম্বা মীশক অমনি মপুক্লিংদ খনজরকই। ৱাখল, থম্মোই ওমচাক্লবা অমা ফাওরক্লে। অসুমনসু শোনজরকই—"পুক্লিং ইরাং হৌহনবা, থম্মোই ঈখৌ লাংহনবা, মিৎকুপ অমা উদবদ লৈঙম-শাঙমদবা অপাম-নুংশি ঐবু মশক খঙনসিরা? করিগুম্বা খঙদরে নহা ওইরিবী য়ৌবনগী পুন্সিনি। নৎতবা ৱাখল পোকলক্কনি। খঙলে অফ-ফত্ত ঐ থেংনরক্কনি। অমরোমদ নহা ওইরিঙৈ য়ৌবনগী পুন্সিদ অপাম-নুংশি মশক খঙদবা নুপী-নীপা অদু পোকলুবগী কান্নবা লৈতে হায়নৈ। ওম্বোকনা ওমচাকহল্লিদ ঙসিসে।" স্বার শাংনা অমুক্তং হোম্বুজরগা অশোকপা মফমসিদ হিদাক হাপলি। "ফরে রুমান অসিগী মহুৎত্তা ইনৌ নৌবা অমা ঐনা পীখিবা তারেদনা অদুবু সিদ অমুক লাক্তরবদি ঐনা নিংজরীবা অশা কায়বা তাবা" অসুম্না অমুক খন্দুনা মপুক্লিং-ৱাহল্লি। ফি অঙৌবা অহনবা অমা লৌথোক লগা থৱাই তানা কাটিগা পুথোক্তুনা ককলি। পেনসিলনা ময়েক লানা "থম্মোইবু শেংনরবদি নুংশিবীবগীদমক হকচাং কৎথোকচবা ঙমজগনি" অসুম্না থাখরে। লৈ অশাৎপা খরগা অপোম্বা খরগা য়েকলবা মতুং খোইমু অমনা নুংশিনা মনম নমহল্লি। অদুগা ঙসি লোইদবা য়াদে হায়বগী মতাগুম লোনবা খোৎপা হৌরক্লে। মমানা চাক লোইরে হায়দুনা কৌবদু থোইনা তাদবগুম তৌই। মপুক্লিংদসু মকা লামলকপগী মাইথোং মপান থোক্লা উৎথোরকই। মমা চঙলক্তুনা— "চাক লোইরে চারসি লাকও।" অসি হায়বদ তাদবা অদুদগী খোন কনখৎলকই— "চাক লোইরে চারসি হায়বনি।" সন্ধ্যা ফিংলপনা য়েংখৎচরকই। "লাকলগে ইমা" মমা থোকখ্রবা মতুং সন্ধ্যা পোৎশিংদু মফম চানা থমলম্লগা চাকশংলোমদ চঙখরে।

নুমিৎ তরানিগী মতুংগী ৱারীনি।

হান্নবা মীং খঙনরসু সন্ধ্যাগী চীনবান্দগী "সন্ধ্যা" কৌই হায়বা খোঞ্জেল তানীং বনা মফমসিদ থুংনরে। মমান্নবা নোংহনবসু য়াওরি। মবানি লম্বীগী চীদাইদ লৈবা হোটেল অমদ ফম্ব-মখৈ ফম্লবা মতুং থোরক্তুনা চীক্লবা লমহাংসিদ ঙাইরি। নোংহনবানা হায়রকই- "মরুপ, পুন্সিদ খ্বাইদগী ৱাবদি ঙাইবমুক ৱাবা লৈতবনি"

"কৈদৌনি ঙহাক ঙাইবা হায়বদুনি"

মাগী মওংসিদ নোংহনবা মখা তারকখিদরে।

সোমদনা সন্ধ্যা, ঙসি অমুক্তং উন্নসি হায়রকপসিদ ইচম চম্বা ফিজেৎ শেৎলগা য়ুমদগী থোরক্লে।

চাউরেন-নোংহনবা ঙাইবদ অৱাবা অমা হায়বদু ওইরক্লে। নোংহনবা চাউরেনগী

ফিভমদুদ করিমত্তা হায়বা খোৎপা ঙমদরে। অমুকসু ঙক হাইদুনা তুমিন মরুম মরুম শোনজৈ। "অসাইনা কুইনা ঙাইগনি খঙল্লবদি মঙ্গললা কৈনো অমা লৈদুনা পুরকলমগদবনি মরুপ চাউরেন" নোংহনবনা হায়রকই। "চীনসু কংবা খর ফগদবা অচাপোৎ খরা লৈরুগে।"

"য়ানি লৈরুনু"

"ঐখোয়না সোমদা ঙাইবমখৈ ঙাইরগা অসোমদ অমগা উন্নদুনা লৈরল্লবদি ঙসিগী নুমিৎ তাবা শোয়দরবনি"

"মমান্নবী ঙানবীনা মহাক কনাগুম্বা অমত্তগা মরী লৈনদবনি হায়বনি"

"মরুপ, হৌজিক মতমদ মীৎয়েং চঙদবা লৈশা অমত্তা লৈরমলোই। নহাক নুপীবু য়াম্না থাজমল্লি"

"মাসু নুপীজা ওইবীনিনা হেক্তা থোকলকপা ইকাইবা পোকলম্বসু য়াই। ঙহাক্তংগা ঙাইখিসি মরুপ"

"ঙাইবা হায়ববু ঙাইবা কুইরে ইবানিগীসে"

"নং চৎলম্লগেরা। ঐদি থেংলবসু থেংনা উনদবা য়াদবনিনা ঙাইহৌবা তারি"

"অস! ঙাইরসি মরুপ"

নোংহনবা নাপী মথক্তা ফমথখরে।

শাওবা হৈতবা চাউরেন ঙসিদি সুম-সুম খল্লুরগা শাওরক্লে। হকচাংদসু হুমাং অন্নপী কারক্লে। নুংশা শারবসু অঙ্গংবা অশেংবা নুংশিৎতি লীরি লীরি শিৎলক্লি। চাউরেন হঙ্গৎ-হন্দ চৎপ হৌরক্লে। গাড়িগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা লেংঙম শাঙমদনা সিটতা তান ঙহাক থায়। নুমিদাংৱাইরম ওইবনিনা নুপী অঙাংশিং ঈশিং শোকপ নত্তনা লম্বীদ ৱাকিং চৎনবসু য়াওনরক্লে। নীপা নহা কয়ানা থোক্সরকপা অদুদ মবানিগী মতৌদুদ করি চীংনবা পোক্কদগে খন্দুনা ৱাজৈ। ঈশিং শোকলুরবী লৈশাবী কয়া মথং-মথং হন্নখিবা অদুদ চাউরেন স্বার শাংনা হোত্নজরকই।

"মরুপ থোকলক্কদবা মান্দরে হন্নবা তৌরসি"

"ঙাইখো নহালগী নুপীমচাদু লাকই"

নুপী মচাদু চঙশিল্লক্তুনা—"কাকা লাকঅনি। নেনে ঙানবীহোয়দ লৈহৌরীবনি" নুপী মচাদু মমান্নবীশিংগা অদুম চৎখরে। চাউরেন খর হরাওজৈ।

সোমদনা অমুক খোমলেম্বনা তান্নরকই। "সন্ধ্যা নং ঐগী ৱা অমত্তদি তাখো" মবানি তাশিনন্দনা অদুম চৎলি। মাংলোমদ চৎখৎলগা— "সন্ধ্যা ঐনা নংবু নুংশিরীবসে

ফাগীদি নৎতবনি নুংশিবদা নত্তনা ঐগী পুন্সিগী লোয়নবী ওইজগে খনজরীবনি। শৈত্য অওইবা।"

"তাদ খর খর ইকাইনসি। লৈকাইগী নচন-নচাশিংদ অদুগুম্বা মীৎয়েং য়েংগদবা নত্তে। ঐখোয়না ..."

মরক থৎলকই—"হে ঙানবী নং ব্রা ঙাংলক্কনু" ঙানবী তুমিন লৈখরে। "সন্ধ্যা, নহাক নুপীনি হায়বদু কাওথোকলমলে। নংবু মাংহনগে হায়দুনা নংবু নুংশিবীবদি নত্তে, তশেংনা ঐ নংবু নুংশি"

"তাদ ঐনা তাদবু নুংশিদবা নত্তে, ইবুং অমগুমবা তাদবু নুংশি। তাদনসু নচনমকনি খননা নুংশিবীয়ু"

"এ! ঐ নংগা পোকমিন্নবদি নৎতনা মরী মতাসু থোক্লদে। য়েকসু থোকনদে। করিগুম্বা মরী মচামক নৎতরবসু য়েক থোকলম্লবদি নঙ্গেন্দা ঐনা নুংশি হায়রমলোই। ঐনা হায়রীবা অসিনি সন্ধ্যা নং ব্রাখল মুন্না খল্লু"

"চামরক হন্না খল্লবসু ঐ তাদ লৈবা সুকঙম ঙমলোই। তাদ লৈকাইগী মীওইশিংনা উখিবদা ঐবু য়াম্না ফত্তনা খনখিবা য়াই"

'খনসনু। ঐ মদুদ থোইনা নাচুংদে"

"হায়রীবা অদুনদি ঐবু য়াম্না তৌ-ঙম্বী তাহনগেরা?"

"সন্ধ্যা, নং ঙসি পব্রার য়াম্না লৈ। নতুংদ কনাগুম্বা অমা লেপ্লবরা?"

"মদু খঙলগা তাদগী করি কান্নগদৌরিবনো?"

"হাৎতোকলবদি?"

"তাদ" অশাওবগী হৌনবা মীৎতা ঈ কারক্লে।

"সন্ধ্যা, নহাক ঐ নত্তনা অতোপ্পা কনাগুম্বা অমত্তগা মরী লৈনবা য়ারোই। করিগুম্বা লৈনরম্লবা মদুদ থোকলকপা মীশি-মীনা খুদিংমক নংনা দাইত্য ওইগদবনি, পুগদবনি" খোমলেবন্দ অশাওবগা লোয়ননা চৎখরে। সন্ধ্যা অঙকপগা লোয়ননা তুমিন লৈ। "সন্ধ্যা করিসু লৈতবা মাগী ব্রাফমদ নপুক্লিং নুংনাংগদবা নত্তে। কৈদৌবগী থম্মোই শোম্বরীবনো? নংগী তাতোন লান হৌবা মরু ওইবা মীশক অমা ওইরীবনিনা করিসু তৌবা ঙমলোই। নংনা য়ানবগী মওংদ কিহল্লিবনি। ধমকানি। লাকও তামোদুনা ব্রানা ঙাইরম্লগনি" মবানি চাউরেন হোয়না লৈরমগদবা লম্বীরোমদ লাকপা হৌরক্লে।

"মরুপ ..." মার হাইগৎচরকপদা নুপী অনি খক লাকপা উবদ ঙহাক মুননা য়েংঙি—"ও! মরুপ লাকএ" মতমসিদ চাউরেনদি গাড়ি মচাদুগী মথক্তা কাখৎতুনা

গাড়িগী মমাইদ খুৎ অনি লোননরগা মাই নোম্বদুনা উংদুনা লৈ। হকচাং শোক্লদুনা– "মরুপ লাকলে তু।" চাউরেন স্বার হোম্বরগা থৌশাদবা অমগুম্না অমুক লৈ। "লাক্লবা অসিদ নং নুপীদুনা অমুক কেথরক্লবরা?"

"সন্ধ্যা নং তাদ খোমলেন্বগী মরমদা ৱারীদি শাখিনু। চীংনবা অমা পোকখিগনি। ঐনা হায়রীবা অসিনি"

"হোয়বা" সন্ধ্যা খর হেনগৎনা চৎখৎখরে। চাউরেন গাড়িদগী ঙহাক কুমথদে। নোংহনবনা শাওরকপদগী চাউরেন কুমথখিদুনা ইন্নরি। নোংহনবগা ঙানবীগদি লেপ্তুনা লৈহৌরে।

মবানি ঙহাক ৱারী শান্নদে। চাউরেনদি অশাওবগা ৱারৌবগা য়ান্নরি। সন্ধ্যা লোৎনা লোৎনা মীৎয়েং থমজরকপদু চাউরেননা মঙোন্দ অমুক্তং ফাও য়েংলক্তবা অদুদ মপুক্লিং নুংঙাইরকতরে। নুপী ওইবী ইকাই থীগনবী ওইবনা ৱারীসু হাননা হৌদোকপা ঙমজদে। খোঙনা লম্বীগী মতাইদ হৌরিবা নাপীদ তপনা-তপনা শান্নবা হৌরক্লে। চাউরেন ওনশিল্লক্তুনা শাওগে খনজরবসু সন্ধ্যাগী ঈং-তপ্লবা মাইথোং ফজবা শকফম চীবান ময়াদ তারিবা দাক, শজি মীৎতা ঙমজবী মীৎসনা অসিনচিংবা কয়াশিদ অশাওবা, ৱারৌবা ফোংদোকচবা ঙমজদে। অমুক নুংশিরকই। অশাওবা কয়া তপ্না-তপ্না মাংবা হৌরক্লে। চাউরেননা বারী হৌদোরকলে—"ঐখোয়দি নং থোকলক্লরোইদরা নীংদুনা য়ুমদ হল্লসিরা খলম্লবনি।"

"হা!" সন্ধ্যা করি খল্লুবনো খঙদে ইফিং-ফিংই।

"হকচাং করিসু থোইদোকপা তৌদরেদনা?"

"উম অদুবু মায়দ থমলিবা দাক অসিদি কোকপা য়াদরে" মবানি নোকমিন্নৈ। সন্ধ্যা চাউরেননা ৱারী হৌদোকরকপদগী নুংঙাইজদবা ৱাখলদু থাদোরকলে।

"নংগী মীংদি ঐদি খঙদরি"

"তশেংনা খঙদবরা তামো?"

"খঙই অদুবু নংগী চীনবান্দগী থোকলকপা "সন্ধ্যা" হায়বা খোনথোকতু তানীংলিবদি"

"ঐগী মীংদি সন্ধ্যা কৌই"

"সন্ধ্যা নংগী মিরবা চীনবান্দগী থোকলকপা নুংশিরবা খোনথোক অদুনা ঐগী থম্মোইসে কয়াদ লাংতনহল্লবনো"

"তামো ঐবু নুংশিরবরা?"

"পুক্সিদ অহানবা থেংনখিবী নুপীদি নং নত্তুনা কনাসু লৈতো অদুনা নংবু নুংশি"

"নীপানবু?"

"অশেংবনি"

"ঐ থাজবা ঙাংলি"

"থাজনবা মরম অমা পীরবদি ..."

"করম্বা মরম?"

চাউরেন মাগী খুৎ য়েৎ অদুনা সন্ধ্যাগী কোক্তা থম্লগা—"খুঙ্গং অসিবু কোনবীরীবী ঈশ্বরনা ঐনা সন্ধ্যাবু নুংশিজরিবা অসি তৌশিন্নবা ওইরবদি ইমা কৌবা ঙমদনা লৌশিনবীবা ওইসনু।"

সন্ধ্যা ঙকই। "তামো"

সন্ধ্যা ইকাই-নুংশি য়ান্ননা চাউরেনবু চেৎনা কোনশিনজরকই। চাউরেননা অসুম্না হায়রকই—"সন্ধ্যা, ঐ সহর মচা ওইজরবসু সহরগী নুপী কয়াগা ঙাওবমখৈ ঙাওমিন্নরুরগা অফবা অশেংবা শাদুনা কোয়রকখিবদি নত্তে, পুক্সিগী ওইনা লৈমিন্নদুনা হিংমিন্নগদৌবী অশেংবা লন অমখক থীজবা লাকচবা পাখং অমনি।"

"তামো"

চাউরেন সন্ধ্যাবু কোল্লম্বদগী থাদোরকই। "শেংদবা-শেংদবী কয়ানা থাজবা লাপহনবা অসিদ করম্নবু চীংনরোইদগে? ঐসু চীংনরীবনি। অদুবু ইবানিগী মরক্তুদি চীংনবদি থম্নগুমসি। অদুবু সন্ধ্যা ঐবু থাজনবা নমথাক তৌবদি নত্তে। হাংলবা অতিয়াদগী চুরকপা নোংদি ইরং লংই, ইফ-ফজে অদুবু মালেম লৈবাক্তা য়ৌরকপা মতমদদি হেক-হেক মোৎলি। মসিবু করিগীনো?"

"শেম্বীনবা ঙাকৎপা, নুংশিবীবা লৈতবা, মোৎহল্লবদি য়াম্বনিনা মোৎলিবনি" মবানি সমাজ অসিবু করেম্নবগী মওংদা নোকমিন্নে।

"সন্ধ্যা নখোয়গী খুঙ্গংসে লৈবদ য়াম্না নুংঙাইগদবা মাল্লি। চীংয়াদগী শিৎলকপা অঈংবা নুংশিৎ, শংলিবা উপানশিং, নুংশিরবা উচেক ঙায়াশিংগী খোঞ্জেল, চীংখোং চীংয়াদা শারীবা ঈনা কুপ্পা-মক ওইরবসু কয়াদ পুক্লিং হুরীবা। অসিগুম্বা কয়া মরকসিদ শক-চু চঙখোনবী, ফিভম-মুর্ত্তি ফজরবী, লৈ পুন্নমক্তুগী অথোইবী শীংঙেন শাৎলম্বসে ঐদি ঙকই।"

"য়েৎচনবা লৈতে খন্দুনা ঙাজরুবা উরীনা উপান অমনা লেপ্লরবদ পুক্লিং নৌথোকলোইদৌবা করম্বা উরী লৈরমগদগে?" সন্ধ্যা হায়ফেৎ চৎথোকখরগা পুকতা

য়েৎশিনজখিবা রুমান্দু লৌথোকলবা মতুং চঙশিল্লক্কুনা— "ফজবা-ফজদবা খঙদে রুমানসে পায়শিনবীয়ু। মমল য়াম্বা পোৎমক্তি নত্তে, চল্লবা খুদোলনি খন্দুনা শিজিন্নবীয়ু।"

পীরকপা রুমান অনিদু লৌশিল্লগা অমা তিংথোক্কুনা য়েংবদ ইচম চমলম্বা অদুদ অমদু অমুক তিংথোক্কুনা য়েংই। "থম্মোইবু শেংনরবদি নুংশিবীবগীদমক হকচাং কৎথোকচবা ঙমজগনি" চাউরেন মপুক্লিং নোকফেৎ তৌজে। "ময়েকসি য়াম্না ফজে। ঐনা পামজবা হায়বদু থোকই।"

"নুপীনি হায়দুনা থাজনবা ঙাংবদি নৎত্তেকো।"

"পামজবা অদুনবু মীৎসিনা কুপত্রিবমখৈ য়েংজরীবা অসিনি। লৈ, ময়েকশিসে কন্নানা থাবনো?"

"ঐখোয় লৈকাইদ লাই য়েকপা হৈবা নীপা অমা লৈ। মঙোন্দা থাহনবনি, য়েকহনবনি। লোনববুদি ঐনা অদুম ..."

"লোনবা-খোৎপা য়াম্না হৈবা মাল্লি। ওন্তোক্লা ফজনা লোনখরে"

"হিংদবদি য়াদবনিনা হিংনবা উপাই থীবদ তত্তনা ব্রায়"

"কমদৌবদগী ব্রাখলদু পুশিল্লকলিবদি?"

"খুঙ্গংগী পুন্সিগা ইরোইননা চাউরকপী ঐনা মহৈ-মশিং তমদুনা মী অমা ওইনবগী ব্রাখল থাপখিবনা ইশু-ইমান্নবী কয়াগা মীমান্নবদি ঙমজহৌদরে।"

"সন্ধ্যা, লায়রবী ইমানা হিংজরীবা পুন্সি ব্রানা মপুং-মরৈ ফাহল্লকখিবনি"

"হায়রীবা ব্রাফমদুবু বাবা লৈখিদবরা?"

"ঐনা বিঃএঃ অরোইবা পরিক্ষা পীরিঙৈগী মনুংদ বাবা লাইওং মশক খঙদবা অমনা ..." মখা তাবা ঙমদবা নীংঙমদবগী মাইথোং উৎলকই।

"ঐগীসু বাবা লৈখিদরে। ঐগী মীংসে সন্ধ্যাগী মতমদ পোকই হায়দুনা "সন্ধ্যা" হায়না বাবানা থোনবীরম্বনি" মবানি ঙহাক নুংঙাইনদে।

"সন্ধ্যা মখাদি মীরৈবাক্তা তমলুসিরা খল্লি অদুবু খুদিংমক শেলগী মখা পোনবসিদ ইমাদ মথা শাহন্নীংদরে"

চাউরেনগী মপুক্লিং থৌগৎপীরকই—"নীপানবু নপুক্লিং পীকথগদবা নত্তে। তামোনবু মখা তমথবদ ঐসু অঙম্বা মতেং পাংজরক্কে। অদুবু মদুগী থৌনা তামোনা পীবীয়ু"

"লাইবক ফবনি অদুবু শকখংনবতা ঙাইরি। ঐনা হাননা মতেং লৌবা তারবা"

"অদুম্না খনজিল্লক্রবদি তামো য়াম্না ফরমগদবা মানদে" ব্রাফমসিদা চাউরেন নুংঙাইতবগী মওংদু মাইথোংদ উৎলকপদু সন্ধ্যা খঙবা ঙমলে। "পুকচেল শেংবা, *মিনমদবা, শাওগন্দবা নীপা-নুপীদু ঐদি য়াম্না নুংশি"*

"নংগুম্বী পুকচেল শেংবী অমা থেংনজবসে ঐগী পুন্সি লম্বীদ শোয়দনা মায় পাক্কদবা খোঙচৎনি" হায়রদুনা মবানি নোকমিন্নরকই।

ঙানবী চঙশিল্লক্তুনা— "থম্মোই চমল্লবদি অৱাবা তাগনবনিকো, তৌবদবু মদু থোক্তনবা ঙানবী ঐ লৈরীদা" মবানি য়েংনরগা নোকমিন্নে। "খঙদেদা হৌজিক মতমগী নুংশিনবা অসিনা থাক ব্রাংলকপা অসিদ ঐখোয় নখোয়গীসে অর্থ য়াওদবগুম্বনি।

"অদুনা ঙসি ঐখোয়সে লৈখা তাবগা চপ মান্নরবনি ঙানবী" সন্ধ্যানা হায়রকই।

"ৱারীসে য়াম্না নুংঙাইরমগদবা মাল্লি অদুদ নুমিৎনা চীংয়াই তমলকপা অসিদ খুদোং থীবা অসি তুংদ ইনদুনতা লৈ"

ব্রাফমসিদ চাউরেন ভাব তারকই। "ফরে সন্ধ্যা ঐখোয় হল্লগে" চাউরেননা ঈঙ্গিৎ পীরকপদগী নোংহনবা গাড়ি ঙংলগা চঙশিল্লকই। "ঐখোয় হনলে" চাউরেনগী ব্রাফমসি হেক হায়বা লোইবগা নোংহনবা গাড়ি থৌবা হৌরক্লে। মবানিসু মখোয়না চৎখিবা মাইকৈদ ঙহাক য়েংলবা মতুং য়ুমলোমদা হলক্লে।

## (৩)

নোংমা নুংথীল তাংলক অমনি সন্ধ্যা মরুপ লাউরুবদগী য়ুমলোমদ হল্লকপগী লম্বীনি। খোমলেম্বনা লম্বী থৎতুনা ইচাউ-চাউনা লেপ্তুনা লৈরম্বা অদুদ সন্ধ্যা খংপ্রেক খঙই। ঙহাক খোমলেম্বগী মওং-মতৌ য়েংলবা মতুং কোয়থোকনা চৎকে তৌবদ অমুক থীংই। মসি ফাওবদা সন্ধ্যা থোইদোকনা শাওবা তৌদরি। অমুকসু কোয়থোক্তুনা চৎকে তৌবদ অমুকসু থৎলকপা অদুদ খোন কনখৎলকই— "তাদা খোমলেম্বা নংগীসে উশিৎতরীবা হায়বদুরা?"

"ঐনা নংবু নুংশিজবা অসিদ নঙোন্দা কয়ামুক য়াম্না কায়রগদগে?"

"ঐগী থৱাইনা হকচাংদগী খায়দোকখ্রবসু ঐ নংবু নুংশিবদি সুকঙম ঙমলোই"

"সন্ধ্যা" খোমলেম্বা মতোনতা পুশাওদ শাওই। "হে নুপীনা শক অদুক হাকনা হাইগৎকদবা নত্তে। নংগীসিবু শক ফজে হায়দুনা মমল কাহল্লিবা হায়বদুরা?"

"তাদ মীনা ইকাইবা খঙলক্তবা অসি ঐদি য়াম্নসু কিজে, য়াম্নসু তুক্কৎচে"

"হুং? সন্ধ্যা য়ু থকলগা নঙোন্দ কারন তাবদা কনানা নংগীদমক লেপ্পীগদগে?"

"তাদ" খোন কল্লবনা কৌবগী মওংনি।

"নবুং অমা লানহৌবা য়াওরবসু ঐ কিসু কি, কিসু কিদে। সন্ধ্যা ঐ নংবু য়াম্না চীংনৈ। সহরগী নীপা অমগা মরী লৈনরে হায়বদু ঐ খঙলবনি"

"মদু খঙলবদি ঐঙোন্দা অমুক হন্না য়েৎলনু"

"সন্ধ্যা ঐ ৱা হায়গে তাও— সহরগী নীপা নহাশিংদি সহরগী নুপী-নহাশিংগা ঙাওবমখৈ ঙাওমিন্নরুরগা ভাব তারকলবা মতমদ খুঙ্গংগী ..."

"ঐগী ইবুংঙোদি অদুগুম্বা নীপা নহাদু নত্তে" মরক থৎলগা হায়রকই।

"সন্ধ্যা নং পুকচেল শেংমল্লি খুদোংথিবা থোক্কনি"

"নংনা ঐঙোন্দা খুদোংথিবা তাহনগদৌরিবসে"

"সন্ধ্যা ঐদি লেপখিবা অসিনা অরোইবনি"

"নংনা ঐবু নুংশিবা ওইরগদি ফত্তবা লমচৎ, ফত্তবা নীশা, ঙাওশিন্নবা হান্না থাদোকখো" ৱাফম অসি খোমলেম্বগী মওং মতৌসিদ কিরকপদগী হায়রকপনি।

"অদুবুদি নুপী থীরগ জ্ঞান তারকপা ঙাক্তনি"

"তাদ ইবানিগীসে মীনা উরগা চীংনবদগী হেনদোক্তুনা ফত্তনা উখিবা তারে। ঐ চৎলগে" হায়দুনা চৎপা হৌরকপদ খুৎদাং ফারকপদগী ফিংলপ্পা— "ঐবু থাদোকউ তাদ" অমুক নাম্থোকই। মবানি ঙহাক মুকনৈ। "লৈকাই লৈকাই সন্ধ্যানা খোমলেম্বগী ঈজৎ মাংহনগদৌরে।"

ঙকলকনা মীৎয়েং থমলকই। মীৎতসু তপনা-তপনা পীগী ইরা চেল্লকই। থম্মোই নুংদ ফাও নুংঙাইতবা ঈচেল চেল্লকলে। মতম অসিদ লৈকাইগী নুপী অঙাং, নীপাশিং চঙশিল্লকপসিদ সন্ধ্যা মীওইবগী ইকাইবা হায়বদু আ য়ৌরে। হাইগৎচরুবা মাইথোং লুকথখিবা অসিনা অমুক হাননা হাইগৎলক্কনি হায়বা থাজবা লৈতে। ঙৌরোক ঙৌনা নীংথিবী-ফজবী মাইথোংদুদ ঙাংশিল্লক্লিবা অদু য়েংবদ য়াম্না নুংঙাইজদরে। ঙানবী খোঙলৈ থুনা সন্ধ্যাগী খাতোন, মান্দোমচা, মৌপ্পা অরুন্দ পাও তমলুবদগী মখোয়সু থুংলরে। মমাদি পাখৎপা ফিংবা, অকি-অখংগী পাও তাবা য়াদরবনিনা তমলুদবনা লাকতরে। খোমলেম্বনা হায়বা ৱাফমশিং মীয়ামদুনা তারি— "মীয়াম পুম্নমক তাবীয়ু। সন্ধ্যানা ঐঙোন্দগী ঈজৎ লৌগে য়াদবগী অমদি পুন্সিগী নৎতবা মরী লৈনসি য়াদবগীদমক মানা ঐবু হাৎকদৌরে।"

ঙানবীনা হায়রকই — "তাদ ওইদবা ঙাংলগা নঙোন্দ কান্নবা ফংলোই। সন্ধ্যানা তাদবু নুংশিদবা-পামদবা তারবদি সন্ধ্যাদি পুন্সি নমদুনা মাঙহল্লগা লৌবা ঙম্বা মীনি হায়দুনা নচীনমকনা হায়খিবা অদু নীংশিংজরীবসিনি"

ব্বাফমসিদ অরুন অশাওবগা লোয়ননা চেনশিন্দুনা খোমলেম্ববু কোনশিনলগা ফুব্বা হৌরক্লে। মীয়াম্না খামই। "নংগুম্বনা ইচেতোন লৌবা নতিকলা?" ফুজিল্লি। মীয়াম্না নমদুনা খামতোকই। "হে মতুং মনাও থৌদোক অসি অমুক হননা থোকহল্লকপ তারবদি নং লোইশিল্লে খল্লু।"

মপানা হায়রকই — "অরুন তুমিন লৈয়ু।" অরুন তুমিন লৈখরে। "ইবুংঙো খোমলেম্বা ইচানুপীনা পামদরে খঙলবদি নংসু খর ইকাইবা খঙঙু। শেল পায় নরন-নথুম লৈ হায়দুনা মীবু উশিৎতবা তৌনগুমসি। নংনা ফন য়াম্না ফজনবা ঙাংনবসু থাজগদবা মীয়াম্না নংগী অফ-ফত্ত লোইনা খঙই। কান্নদে খুঙ্গংসিগী ইচা-ইনাও ঙাক্তনি য়েংথিন্নবদি থম্নগুমসি। নংনা ইচাসিগী ঈজৎ মাঙহন্নী নোঙাল্লগা নং শিনি"

খোমলেম্বনা— "মামা ঐগী অশোয়বা ঙাক্তদি য়েংবীগনু।"

"ইবুংঙো য়ু ঙাওদুনা অমদি কাতুক-কারন খর তৌদুনা লেল্লিবা পুন্সি মামানা খুদিংমক উই। অদুনা নং অমুক হন্না ইচা সন্ধ্যাদ অব্বাবা পীবা তারবদি নংগী খুদোংথীবা লাক্কনিকো।" খোন কনখৎলম্বদগী তপথরগা —"ঐনা হায়রীবা অসি নং মুননা খল্লু।" মচানুপীগী মনাক্তা চঙশিল্লগা —"হে অঙাওবী করিসু লৈতবা নীপা অমনা মীয়ামদ ইকাই পীরগা মায়োক্নগে লৈতদুনা করিগী কপলি? কপকনু পকচদে। খুঙ্গংসিদ লৈরিবা মীওই খুদিংমকনা ইচাগী মতু নামা শোকপা য়ারোই।"

চহি নীফুমুক্কী নীপা অমনা অসুম্না হায়রকই — "লৈকাই অসিগী, খুঙ্গং অসিগী ইচে-ইচনশিংবু রেপকী কৈথেল ওইনা উদুনা নুপীবু মাঙহন্নবা হোৎনরীবা খোমলেম্বা খুঙ্গং অসিদগী তাম্থোকপনা ফৎতরা।"

"তাম্থোকসি। ফৎত্তবা মী খুঙ্গংসিদ থমগুমসি। মহাক্কী মথক্তা মরী লৈনবশিংনা ব্বায়েনহনসি" মীয়াম্না লাউরকই।

"মাগী ফত্তবা লমচৎ হৌরক্লিবা নহাশিংনা লৌরক্কনি অদুনা তাম্থোকপনা খ্বাইদগী ফৈ। নৎত্রগা ফারগা লানহৌবদ শিন্নথোকখরসি।"

"মদুনা অফ-ফত্ত ময়েক শেংনা খঙনগনি" নুপী অমনা হায়রকই — "নুপীবু হম্বনা উবীবসে ঐখোয় নুংঙাইজদে।"

অরুনগী মপানা হায়রকই— "মীয়াম্না হায়বীরিবা অদু অফবনি অদুবু হন্দককীসিনা অহানবনিনা মহাক্কী লমচৎ চুমথোকচনবগী মতম খর পীবনা খুঙ্গংসিগী লৈবাক মচা

তাবা হায়বদু থোকই।"

"মহাক মশানা চুমথোকচবদি ওইররোই খুরা। পুলিসতা তাক্লবসু শেল তিংজরগসু অচুম্বদি তৌরক্কদবা মান্দে অদুনা অনিশুবা সরকারদ পীথোকপনা ফৈ। শারীঙৈদ য়েহৌবা য়োৎতু শিজিন্নবদ খ্বাইদগী নুংঙোইবনি খুরা" নীপা অমখক্না হায়রকই।

অরুনগী মপানা— "লৈবাকলৈ ইচাদু পুরগা নং চৎলমলো। য়েংঙো ইতৈমাদদি থৌদোক অসিগী মতাংদ করিমৎতা তম্লুরনু। ইচানীপা অনিদু মামা ইবোবীহোয়দ থারকউ। ঙানবী নংসু চৎলো।" অসি হায়রকপদগী লৈবাকলৈ সন্ধ্যা পুরগা চৎখরে। ঙানবীসু মখোয়াগা চৎমিন্নখরে। "ঐখোয় লম্বীসিদ সুম লৈবসি ফজদবা থোকলে অদুনা মখা ইবোবীহোয়দ চঙলগা অ ফ-ফত্ত খঙনরসি।"

তালক অসিদ খোংলেম্বগী মমা-মপা থুংলরে। মপানা হায়রকই— "তাদ ইচা ওক্তবা অসিনা ওষ্থোকনা ৰাহনগদৌরি। ময়ান্নদি করি তাবীরবগে?"

"হৌজিক্কীদি থোইদোকপা তাদরি। মামা ইবোবীহোয়দ খন্ন-নৈনসিরা হায়নরী ইবুংঙো। ঐখোয় অসোমদ চৎসি" অরুনগী মপানা হায়রকপদগী মখোয় ময়াম ইবোবীহোয়দ চৎনখরে।

থৌদোক অসিগী অকুপ্পা পাও খুদিংমক তারবা মতুং খুৎলাই মতিক চানা পায়বা নহারোল নুমিদাংগী পুং নীপান খর হেক্লকপা অদুৰাইদ খোমলেম্বগী যুমদ থুংনরে। হুইতা নত্তনা লম্লক্কী শা অতৈশিংনা খোংবসু তারি। নহা অমনা চঙশিন্দুনা কৌই — "ইমা ... ইমা ... ইমা" অসুমনা ঙহাক লেপ্লবা মতুং অমুক কৌরকই — "ইমা ইমা" অসুন্না কৌরবসু মনুংদগী পাউখুম অমত্তা ফংলকতে। নহাদুনা থোংদে দোং-দোং থীনবা হৌরক্লে। "ইমা ইমা" অসুমনা তোয়ন-তোয়না কৌরকপদগী খোমলেম্বগী মমানা হং লকই — "কনানো?"

নহাদুনা খুমলকই — "ইমা ঐখোয়নি।" ইমুংগী মী খুদিংমক হান্নদগী হেননা লোইনা পাখৎলে। "থোং অমুক্তা হাংদোকপীয়ু।"

"করি হায়গদবা লৈবগে?" মমানা।

"ৰারি অমা শান্নসি তৌবনি ইমা" নহাদুনা।

"হয়েংলাকও ঙসিদি নুংঙাইরোই ইবুংঙো"

"ইমাহোয় য়ান্না পাখৎলমলে। ঐখোয়বু ফত্তনা খনবীগনু ইমা। ৰারী অমত্তা শান্নসি থোং অমুক্তা হাংদোকপীয়ু ইমা।"

"ইবুংঙো হয়েং লাকও কৈদৌবগে?"

"হয়েংদি ঐখোয়দ খুদোংচাগদবা মানদে ইমা। ঐখোয় ইমা হোয়দ করিগুম্বা অমত্তা তৌজরোই। চুমনা ৱারী অমা শান্নসি তৌবনি। ইমা থোংসে অমুক্ত হাংদোকপীয়ু।"

মনুংদ ঙাংনবদু মখোয় তাই– খোমলেম্বগী মচননুপীনা – "ইমা তাচৌসে মনীং-থোংদ ফাওদুনা চৎহনখরসি। ঐদি য়াম্না পাখৎলি ইমা" ৱাফমসি মখোন ফারী ফারীনা হায়রকপনি।

"মখোয় খরদং ওইরমলোই, য়ামলমগনি"

"মখোয়না ফাখ্রবদ ঐখোয় তাচৌ হিংলরোই"

নহাদুনা থোং থিল্লগা – "ইমা ঐখোয়বু চীংনবা করি লৈরবগে? ইমা ঐখোয় অশেংবা য়াওনলোইনি।"

"হাংদোকলগে ইবুংঙো" থোং হাংদোকপগা নহা অহুম চঙলকই। "ইবুংঙো ঐখোয়দগী করি অপাম্বা লৈবগে?"

মখোয়গী মরক্তগী লুচিংবা অমনা খুমলকই– "ইমা ঙসি থোকখিবা থৌদোক্কা মরী লৈননা খোমলেম্বগা ৱারী অমা শান্নজগে তৌবনি মশাবু লৈবীদবরা?"

মচননুপীদু কপখৎলকই।

নীপাদুনা মখা তারকই– "ইচন মানবী নবুংবু ঐখোয়না হাৎপা-খোৎপা লাকপা নত্তে, ৱারী অমা শান্নজগে লাকপনি। মরাল ফনা-য়াম্না লৈরবসু ঐখোয়না মীদু হাৎপা তৌদে। ইমা ফত্তববু লোৎশিন্দুনা থম্লবদি ফত্তবা লমচৎ শেমদোকতবনিনা তমথী-তমথীবা ক্রাইম কয়া থোকলক্লবগী মওং ওইরক্কনি।"

"ইবুংঙো ৱারীদি সিদ সুম শান্নবা য়ারোইদরা?"

"য়াই ইমা অদুবু খুদোংচাদবা খর লৈগনি।

অদুগা মফমসিদ খুদোংথিবা থৌদোকসু থোকহনিংদে। অদুনা ইমা খোমলেম্বা ঐখোয়গা ৱারী শান্নরবা মতুং অমুক থিনজরককে। পাবুংদি ইমা?" লুচিংবা নহাদুনা হায়রকই।

"মাগা লৈমিন্নবা ঙম্নরোই হায়রম্লগা ঙসাইদগী থোকখিবা অদুদগী হনজল্লক্তরি"

"ফরে ইমা মরুপ খোমলেম্ববু ..."

মমাদুনা মরক থৎলকই– "ঙসিদগীদি ইবুংঙো ...।"

"ইমা ঐখোয়বু য়াম্না থাজবদগী ৱারা?" ৱাফমসি হায়রম্লগা ঈঙ্গিৎ পীরম্লগা লুচিংবা নহাদু থোকখরে। ঙহাক মুকনরবা মতুং খোমলেম্বা ফাদুনা পুখরে। নহা অমনা

অসি হায়রম্লগা চৎখি—"ইমা লাওবা খোংবা তৌবীগনু। পুলিসতসু রীপোর্ট তৌবা য়ারোই। থেঙলবসু থেঙনা খোমলেম্বা ঐখোয়না অমুক থিনজরক্কনি।" মমা মচা অদু উপাই লৈতদুনা কপ্পুনা লৈহৌরে।

খোমলেম্বনা, চীংয়াগী অচিকপ মফম অমদ পুরক্কে। নহা অমা চঙশিন্দুনা মমিৎতা খুমলিবা অমুবা ফি লৌথোকপীরবা মতুং তুংদ পুল্লিবা ফি মতেক অদুসু লৌথোকপীরে। লুচিংবদুনা হংলকই— "ঈশিং থকনীংবরা? করি করি চানীংঙি?"

খোমলেম্বনা— "ঈশিং ওইনা খজিক্তং থককে।" নহা অমনা পীরকপা ঈশিং য়াওবা বোটলদু লৌরগা থকই। ঈশিং থকপা লোইরগা হংলকই— "ঙসি ঐবু ফাবীবা অসি সন্ধ্যাগী মবুং থমলেম্বগী ওর্ডর মতুং ইন্না ফাবা মাল্লি।"

ব্বাফমসি ঙহাক তারবা মতুং লুচিংবদুনা— "নংনা খল্লিবা ব্বাখল অদু অরানবা ওইগনি। পাটি য়াওরীবা মীওই অমত্তনা মাগী ইমুং-মনুংতদা নুংশিবা তৌদে। মীচং চংবসু লৈতে। অদুনা ঙসি থোকলিবা অসি সমাজগী মায়োক্তনি।" খোমলেম্বনা তুমিন লৈখ্রবদ — "সন্ধ্যা নংগা হাননা মরী লৈনবরা?"

"লৈনদে। অদুবু মা ঐনা তশেংনা নুংশি"

"মানদি নংবু নুংশিবরা?"

"নুংশিদে"

"মরীসু লৈনদবা নুংসু-নুংশিদবা অদুদি নংগী থম্মোইদ নুপীবু হম্বনা য়েংবা মীৎয়েং অমা য়াওরে। য়ানীংব্রা?"

"ঐ নুপীবু হম্বনা খনবা তৌদে। মাবু নুংশিজবগীনি"

"নুপীবু নুংশিবীরগা অমদি নুংশি হায়দুনা মাঙহল্লগা লোয়নবী ওইগনি। য়াদরগা হাৎকনি খল্লিবা ব্বাখলদুবু মৈতৈ ঐখোয়গী চৎনবীরা? খুম্মুনে হায়য়ুনে।

"নত্তে" তপলপনা খুমলকই।

ঙহাক তুমিন লৈরবা মতুং— "নহা সন্ধ্যাতা নত্তনা কনাগুম্বী ইচন ইচেশিংদ নৎতবা মীৎয়েং থমখিগদরা?"

"থম্লরোই"

"করিগুম্বা থোকলকপা তারবদি ঐখোয়না পীরকপা দন্দি নহাক নশানা য়ানা লৌগদবনি"

"লৌজগনি" ঙহাক লৈরগা খুমলকপনি।

"অদুগা নহাক সন্ধ্যাগী মফমদ নুমিৎ মঙাগী মনুংদ লাল্লি হায়জবা তাই। খবরদসু শেংদোক্কদবনি।"

ব্রাফম অসি হায়রকপগা প্রেসকী মীওইশিংনা ফোটো নমখরে। খোমলেম্ব ঙকই। খোমলেম্বা নহা অনি চঙশিন্দুনা মখুৎ অমসুং মাই খুমজিল্লবা মতুং মযুমদ থিন্নবগীদমক পুখরে।

(৪)

সন্ধ্যা মঙোন্দা থোকখিবা থৌদোক অদুদগী য়ুমদগী মপান থোকখিদবা নুমিৎ তরানি ফাজিল্লকলে। ফিভম মুর্ত্তি শকফম ফজখ্রবা অদু ঙসিদি পুমওন-ওল্লকলে। চাউরেন উন্নবা লাকপা মতমদ উন্নদনা হল্লকপা কয়ানি। ঙসিদি উন্নদবা য়াদে হায়বগী মওংদ নোংঙানবগা লোয়ননা থুংলরে। মতম খর হৌখ্রবা মতুং চাউরেন লাক্লে হায়বা পাও তাবদগী ঙানবী সনাবুল অমা পায়দুনা মমান্নবী খরগা থোরক্লে। ঙানবী চাউরেনগী মনাক্তা পাক হেক চঙবা ঙমদবগী মওং উবদ চাউরেন চঙলকই। হংলকই—"ঙানবী, সন্ধ্যাগা উন্নবা অমুক্তংদি নং শিল্লু।"

"ঐনা ফন্ন য়াম্না হায়রবনি। মহাক মপান থোকলরোই হায়। মাগী মওংদুদ ঐ উপাই লৈতবনি তামো"

"করিসু লৈতবা থৌদোক অদুগীদমক মানা অদুম য়াম্না লুনা খল্লিবা অদুবু ... ফরে ঙানবী মহাক ঙসিদি ঐনা অমুক্তং উন্নবা পামই। করিগুম্বা উন্নদবা তারবদি ঐঙোন্দা য়াম্না অকায়বা লৈগনি হায়বীয়ু"

"ঐসু ঙম্নবা মাবু পুথোরক্কে"

"ঙাইখো ঙানবী"

"করিনো?"

"খোমলেম্বগা মাগা হান্না মরী লৈনব্রা?"

"খবর পাবা নৎত্র?"

"পাই অদুবু নীপাদুনা য়াম্না মরি লৈনবগী মওংদ খর হায়। অদুবু ফরে খোমলেম্বা করম্বা মীওইনো?"

"য়াম্না ঙাওশিন্নবা মীওইনি। লৈকাইসিগী মীওইশিংনা মহাকপু কিন্নদি খর চৎলি।"

"করিগী?"

"খুঙ্গংসিদ ইনাক খুনবা, শেলজাওপায়বা মখোয়নি। শাগেসু অদুম চাউই। মচিন মনাওসু য়াময়ই। তৌববুদি সন্ধ্যাগী ইমুংদদি মখোয়না হেনজিনবা ঙমদে"

"সন্ধ্যাগী মবুং অমা লানহৌবা য়াওগ্রবরা?"

"সন্ধ্যানা চহি তরা হায়রকপা মতমদদি য়াওগ্রবনি হৌজিক সন্ধ্যা মশাগী চহি কুনমরি হায়রম্লগনি। মবুংদু সন্ধ্যানা য়াম্না লুনা তৌজবগুম মবুংদুনসু তৌই।" ঙসি মীয়াম্না শকখংনরীবা থমলেম্বা মাগী মবুংনি"

"ও! অসুম্না য়াম্না লাইবক ফবী ওইরগা মানা থম্মোই পীকসল্লিবা অদু হেনবরা খল্লি"

"নুপীদি খোঙফম অমা শোয়বদ লৈখা তাই"

"অদুবু ঙানবী, থৌদোক অদুগা মরী লৈননা সন্ধ্যাবু ঐনা থাদোকপদি তৌরোই। অদুবু মানা ঐগা উনবা পামদরিব অদুগী মরম ঐ খঙনীংঙি"

"ফরে ঐ মাবু থেমলগা পুথোরককে"

"ঙানবী শোয়বদি য়াদে ঐখোয় সিদ সুম লৈরমগনি"

"মবানিগী মরক্তা হি ওল্লবসু ওননা ঐনা ফনবা পুম্বা শিনগনি" বাফমসি হায়রম্লগা ঙানবী ঈশিং শোকলবা মতুং মমান্নবীশিংদুগা চৎমিন্নখরে।

নীংথম থাগী মতম অসুম অসুম ওইশিল্লকপনা অঙৈংবা নুংশিৎসু তপলি-তপলিনা লীরী-লীরী শিৎলকলি। নুংশা মঙালসু লৈচিন নোংফাই ওইবনিনা থোইদোকনা ময়েকশেংদরি। মমা চঙলক্লুনা হায়রকই— "সন্ধ্যা নং চাক চাথোকনবা তৌরোদা মতমসে নুমিৎ থোক্তে হায়বতনি থেঙনপোৎনি। করিসু লৈতবা থৌদোক অদুগীদমক নীংশিং মাঙজিংননা নিংদোল পোমগদবা নত্তে। নং নারবদি কনানো বাগদৌরিবসে?"

"ইমা চাথোকলুরো। ঐ ঙহাক লৈরগা চারগে"

"নংনা অদুমনা হায়রবসু নহালমুক চাদবা কয়ানি। নংগা হেক পোকমিন্নবা নবুং নপ্পা লৈতরবসু নংগী খাতোনগী নং ..."

মরক থৎলকই— "খাতোন, তাতোন অরুন নত্তনা ঈচে অনি, ইবুং অনিদুনা ঐখোয়বু করিদ নুংশিরবগে? লানহৌবা য়াওব্রা তাতোনদু লৈজরম্লবদি ঐসে দষা তারমলোইদৌবনি ইমা।" মপুক্লিং নুংশিরপ তৌনা পী ঈহৌরকই।

"ওহোকপা নংসে নপুক্লিং নুংশিগনগদৌরেদা"

"ফরবসু ফৎত্রবসু ইচে অনিদুনা, ইনম্মা অনিদুনা করি করম তৌবনো ব্বাহৈ অমত্তংসু হংবা য়াই। মখোয়সু নুপীনি"

"মখোয়গী লোনচৎ চৎনরোন নংনা হেননা খঙলিব নৎত্রা?

করিগীনো মখোয়বু নংনা পল্লিবা শোল্লিবা? মখোয়দি মীগী ব্বাখল লাপথোকহনখ্রবীনি" ঙানবী চঙলকই। "ইবেম্মা লাক্লিবরা? চঙলকউ। নমান্নবীসে ঙসি অয়ুক্কী চাক চাদরীবনি।"

"অসুক থেঙলবা ফাও"

"মবানি ব্বারী শান্নৌ ইমা ইমুংগী চাইরিবা ময়াম লোইশিল্লুখিগে" ঙাংনা-ঙাংনা থোকখরে।

"সন্ধ্যা, নংনা তৌরিবদু করিনো?"

"মসিনা ফরগদরা খল্লি"

"মীগী অব্বাবদি নং উররোই"

"ঐ মাগী মমাংদ শক উৎপা ইকাই"

"কৈদৌবগী?"

"ঐ খঙদে"

"নংবু ঈজৎ মাঙবমক্তি নৎতনা"

"তৈশিনবীরবা দাক অসিনদি ঈজৎ মাঙলবী তাহল্লেদনা"

"মদুদি নংগী ফত্তবা ব্বাখলনি। লাকও চাক চাথোকলরো। তামো ঙাইহৌরিবনি। নংবু য়াম্না মানা ব্বারৌই।"

"ঙানবী ঐ মপান থোকলরোই"

"মদুনা ওইবা য়ারোই সন্ধ্যা। নং অঙাং নৎত্রবনি। কন্নাগুম্বা খরদি নঙোন্দ থোক্লিবা থৌদোক অসিগুমনা থোকলবদ লাকতবা য়াওই। তামোদি অদুগুম্বা নীপাদু নৎতবনিনা লাক্লিবা অসিনি"

"মানা ঐবু নুংশি ঐ খঙই অদুবু ..."

"মখা তাদরবসু ঐ খঙই। নং মাগা কায়নবা পাম্লবদি নংগী নচীনমকনা কাইনরসি হায়রলাও"

"ঙানবী"

"নংনা অসুমনা তৌরবদি তামোনা চীংনবদি করি লৈরক্কনি খল্লু। তামোগী হোংলক্কদবা ফিভম-মুর্ত্তি নং য়েংবা ঙমগদরা? মীসু থৱাই পাল্লিবনীনা নংগী অৱাবা, নুংঙাইজদবা, নীংবা কায়বা খুদিংমক খঙই। নংতনা খংদবগী ৱানি"

"ঐ অমা মাঙবদগী হেনদোক্তুনা মীগী মচা পাখংদুসু মাঙহল্লসিরা হায়রিবরা?"

"সন্ধ্যা!"

"হিংবা কিরকপনিনা শিরসিরা খল্লি"

"অৱাবা খর থেংনরগা শিগনি খল্লিবা ৱাখল অদু চুমদবনি হায়নীংঙি। সন্ধ্যা, নং মৈতৈ অমনি। ফত্তববু থেংনবা কিবদগী নং শিনীংলিবনি নত্রা? তশেংনা ঈজৎ মাঙলবী নুপী কয়া অমা হিংলরি। অদুগা নংদি ..." শাওই। মখা তাদরে।

"ঙানবী, নংনা ঐগীদমক কয়াদ ৱারবনো? অদুবু ..."

"ফরে মখা তারনু চাক চাথোকলরো লাকও"

মাবানি চাকশংদ চঙদুনা চাক চামিন্নবা লোইরদুনা থোকমিন্নরে।

সোমদ সন্ধ্যা থোলকপা ঙাইরিঙৈদ খোমলেম্ব চঙশিল্লক্তুনা কারন তাররে। খোমলেম্বনা ঙাওশিন্নদুনা মীগী হকচাং শোকলকপা অমদি উশিৎ-থওইদবগী মওংদ মবানি হৈন্দরে। চাউরেন শাওরকলে খঙবদগী নোংহনবনা তপথনবা হায়দুনা "তৌরনু" হায়বগী মওংদ ঙক হাইরকই। চাউরেন ফুরিৎকা পায়রকপদগী খোন কল্লপ্পা— "সোমনা পাম্বীরিবসে করিনো?"

"এ! হে সহরদগী হাইথরগ সিদ অফাও শানু থীনা শোক্কনি নত্তে নংগীসিবু নীং থমথানিনা হকচাং শাগৎনবা ফুনসি হায়রীবরা?"

"সোমগী ভাইনা তৌবীরিবা মওংদুবু কন্নানা শাওনীংলোইদগে?"

"সন্ধ্যানা ঐগী অরোনবা মরী থম্লখরে হায়দুনা নঙোন্দ ফোংদোকখ্রবা নত্রা?"

"মদুদি নংনা হায়জিনবনি। নুপীগী মরমদ ঐ খৎনবা পামদে। অদুবু সন্ধ্যাগীদমক্তদি ফত্তবা মীগা মায়োক্লগনি।"

"নংবু?" উশিৎ থওইদবা অমদি করেম্নবগী মওংদ নোকই।

"নংনা সন্ধ্যা নুংশিবগীদমক ঐগ মায়োক্লবা পাম্বগুম ঐসু সন্ধ্যাবু ঐগী লোয়নবী ওইনবগীদমক লানলোং কয়া শিল্লিবা অসিদ নং শিনীংদরগদি সন্ধ্যাগী ৱাখল থাদোক্তুনা অমুক হন্না লাকলনু।"

"ধমকাদুদ কিগদবা অমদি মীচেন ওইগদবা চাউরেন্দি নত্তে"

"ফৈ-ফৈ য়েংনবা তারেদনা" হায়রম্লগা চৎখরে।

"চাওখৎতবা মীসিদি"

"মরুপ সন্ধ্যা লাক্লে" নোংহনবনা হায়রকই।

চাউরেন ঙসিদি শাওবগুম তৌই। শকফম খরসু ওল্লি। অমুকসু সন্ধ্যাদ ওনশিন্দুনা শাওরুরগা কৈদৌরুগদগে নীংই। মবানি চঙলকই। মখোয় অচিকপা মফম অমদ লাক্লে। নোংহনবগা ঙানবীগদি থাপলপ্পা লৈ। মবানি অমনা অমদ ৱারী হৌদোকনবা ঙম্নমদে মবানিগী মতৌদুদ খুনীংগ্রাওশিংনা নুংশিনা খোংলকপগুম তৌই। চাউরেন মাই ওনশিল্লক্তুনা ৱারী হৌদোককে তৌবদ সন্ধ্যাগী নীংবা কায়রবা শকফম অদুদ ঙমদরে। অসুম্না চীকলবা অসি থুগায়রদুনা শৈরেংগী মওংদ হায়রকই —

"চম্লবী নংগী পুন্সিবু
থৌদোক অদুনা মরম ওইহল্লগা
ঐগী থম্মোই অসিনা
থাদোককে হায়বা ৱাখল
মিৎকুপ অমত্তা খনদে।
নংবু নুংশিনা থমজরগা
লেমহৌরিবা পুন্সি অসিদ
পুননা চৎমিন্নদুনা হিংমিন্নবদ
নঙোন্দ করি কায়রবগে?
সন্ধ্যা নং করিসু নৎতবদ
থম্মোইদি কনবা মাল্লি।
নংনা চীংনরগদি ঐঙোন্দা
"কায়নসি" হায়বা ৱাহৈ
চীনবান থোকনা ফোংদোকপদ
ঐ য়াদবা তৌরোই।
তৌববুদি নংনা ঐগী অৱাবা
য়েংবা ঙম্বীগদরা থম্মোইদুনা
পাউখুম ঙসি তানীংঙি।"

সন্ধ্যা, করি হায়গদবগে খনফম খন্দদুনা হান্নদগী অৱাবা অমা অমুক হাপচিল্লকলো তপলকনা হায়রকই— "মীনা মীবু ওৎ-নৈনরবা, নুংশিনদবা মতম অসিদ তামোনা ঐবু নুংশিবীবসে নচনগী লাইবক ফগনি। অদুবু ঐদি ..."।

মরক থৎলকই– "করিগুম্বা নংনা ঈজৎ মাঙদুনা মীরোনলক্লবী ওইরবসু অঙাং অদুগী মপা ঐ ওইবা ঙমগনি সন্ধ্যা"

"তামো!"

"অদুবু নংদি ঈজৎ মাঙলবী নুপীমদি নৎতেদনা সন্ধ্যা"

"তামো ঐ নৎতবা অমা য়েংখরো। ঐদি য়ুম পাল্লরোই খল্লে।"

"মদুনা নংগী করম্বা ফিরেপ?"

"ঐ তামোগী মফমদ শক অসি উৎচবা ইকাই। ফিরেপ হায়ববু য়ুম পাল্লরোই অসিনি"

"নহাক নুংশিবা হায়বা পোৎশক অসিবু লল্লোনবী নুপী অমরা?"

"তামো!"

"নত্রগা ঐবু য়াম্না থাজদবা নীপা ওইনা উবিরগদি থাজনবা নংগীদমক ঐ শিরগে। নত্রগা মীহাৎপা ওইরগে"

"তামো ... " সন্ধ্যা মখা তাবা ঙমদনা থম্মোই পুবা ঙমলকতরে।

"নহাক নশান-নশাবু নুপী অমগী থৌনা উৎপা ঙমদ্রিবা অদুনা মীনা নংবু উৎশিৎতবগী শাজৎ উৎলকপনি। নহাক্না খল্লিবা নহাক নতোন্দা শিজরগে কনামত্তনা য়েৎপীরক্কনু নত্রা? ঐনা হায়রিবা অসিনি নং য়াম্না ফত্তবী নুপী অমনি। মীনা ৰারগা নুংঙাইজবী নুপীনি নুপী"

"মীংথোল অদুতবু ঐ পামজৈ"

"সন্ধ্যা, ..." অশাওবগা লোয়ননা মনাক্তা লৈরম্বা নুং অমদ খোঙপাকনা কাওরুবদগী খোঙউপ তোংলক্তবনিনা শউন শন্দনসু তৎলে, খোঙবী মতোন্দুসু খর হেন্না শোকপদগী ঈ থোকলে। থাপ্লপনা লৈরিবা ঙানবী নোংহনবা মবানি শাওনরে হায়বদু খঙলে। চঙদি চঙশিল্লক্তরি। সন্ধ্যা নুংঙাইতরে। "ঐদি নহাল মখৈ খঙদে নংদি পুকচেল য়াম্না ফৎলমদেদনা।"

"ঈ থোকলিবা অদু য়েংবা নুংঙাইতে। ফি মতেক অমা কিসনসি" হায়রদুনা ফমথরক্তুনা ইল্লিবা ফিদু মচেৎ অমা শেৎগায়গে তৌবদা চাউরেনগী ৰাহৈসিদ ঙকলক লেপ্পী – "করিসু মরী লৈদবা লমলানবা ঐনা শোকপদ ফি শেগায়রগদবদো পাম্মুদরা?" অমুকসু শেদায়গে তৌবদ– "য়ারনি শেগায়বিরনু। ঈ থোকপা লোইবা কান্দ মফমসিদ ঐগী অরোইবা মরাইনা ওইজরনি।"

"তামো!" সন্ধ্যা ঙকই। "করিনো তামোনা হায়বীরিবা অদুবু?"

"এ! কৈদৌবগী নপুক্লিং নৌথোরকলিবনো? পকচদে থম্মোইকল্লু"

"সে নুংঙাইত্তে তামো" ফিদু শেগায়রবা মতুং ফিজি মচি অমনা শেংনা তৈথোকলবা মতুং মনাক্তা হৌবা তেরা পাইবী খর হেকলগা তিন থাকচিল্লগ খুবাক্তা কন্না নোয়রি। চাউরেন সন্ধ্যাগা তৌরিবা অদু নীংথিনা ফমথদুনা য়েংলি। মরুক-মরক্তসু মবানি মীৎ চান্নে। চাউরেননা নোকফেৎ তৌজবদ সন্ধ্যা মখোয় নোকচৈ। সন্ধ্যা চাউরেনগী খোঙ পায়দুনা তেরা পাইবীদু হাপকে তৌবদ চাউরেন শাওশিন্নরগা হৌগৎকে তৌবদ খুদাং ফারগা খংচীং চীংথবদ চাউরেন খোঙফম চাদবদগী তুথরকপদ সন্ধ্যাগী কোককা হায়ফেৎ থেঙগায়নৈ। "অয়ো" সন্ধ্যাগী খোম্থোকনি। মবানি য়েংনৈ। চাউরেননা-- "ঐ শোরখরে ঙাকপীয়ুকো' হায়দুনা সন্ধ্যাগী নাতোন হায়ফেৎ পায়রগা চীংই। মবানি নোকমিন্নরকই। তেরা পাইবী অদু হাপ্লবা মতুং ফি মচেৎ অদুনা তপ্না-তপ্না কিরকই।

"ঐদি তামোনা ঙসাই শাওখিবশিং অদুদ কিবু কিরুরবনি। অসুম্না তপথরক্কনি হায়বা থাজবা থমলুদবনি। নীপানা শাওবসে ওম্থোক্লা তমথীদ"

"অদুনা সন্ধ্য, নহাক ঐবু সাওহন্দবা ফগনি" ফাগীটৌরকই।

"শাওহল্লরোই অদুবু ......."

"কৈদৌরে তুমিন লৈরবদি? মখা তারকউ" খোন খর কল্লকনা হায়রকই।

"সমাজনা পাওথোংনরবী অমগীদমক ৱাবিরিবা থম্মোই অদুবু থাগৎচরি অদুবু ৱাখল খরদি খম্থহন্নীংঙি"

"খম্থরবা মতুং তারকপা ফলদ নংবু নুংশিবা উৎপা লাকপা নত্তে সন্ধ্যা। সমাজনা ইম্থোকপীরবী নুপীবু অৱাংবা থাক্তা থাংগৎচগে লাকচবনি। অদুগা নুপী নখোয়দি পুন্সিদ খুদোংথীবা খর থোকলগা সমাজবু কিনা চৎলিবদু ঐ য়ানীংদে। সমাজতি মীনা শেম্বনি। মী অদু নখোয়না মায়োক্নগদবনি, মায়থীবা পীনবা হোৎনগদবনি।"

"অদুবু তামো ..."

মরক থৎলকলে-- " ফরে মখা তারনু। ঐ মতম খর অসোমদা চহি অহুমমুক লৈরুবা তারি। অদুনা নহাক ঐ হল্লকত্রিবা ফাওবদি শাগৈ ওল্লমখিগনু।"

"কৈদৌঙে চৎলগদবা?"

" হংচিৎ"

"ঐঙোন্দ মাংজৌননা হাননা খঙহল্লম্লবদি ঐগী ঙমজবা খুদোল অমখক মতিক চাবা-চাদবা তৌজবা য়াবনি"

"খুদোলদগী হেনবা ঙসি খোঙবীদ থমলিবা দাক অসি নত্তনা করি অহেনবা লৈরীবগে?"

"তামো, ঙসি তামোনা ঐঙোন্দ ৱারৌরমলে। হোয় ৱারৌফমদি থোকই ঐদি নুংশি হৈতবী নুপীনি" ৱাফমসিদ চাউরেন অশাওবা উৎলমলগা মঙোন্দগী খর লাপতক্লা চৎথোকখরে। সন্ধ্যা নুংঙাইতে।

চাউরেন চঙশিল্লক্তুনা হায়রকই— " ফত্তবা ৱাখল অদুদ নং নীংবা থুংগনি খল্লবদি ঐ নঙোন্দা য়েৎলরোই। পুন্সিদু ঐঙোন্দগী লাপথোকনবা হোৎনহৌ। ঐসু নংনা শিদ্রিঙৈগী মমাংদ ঐ হান্না শিনবা ঈশ্বরদ থৌনিজগে।"

চাউরেন সন্ধ্যানা কৌবা তাদবমখৈ চৎপ হৌখরে। সন্ধ্যা তান্ন-তান্ননা— "তামো ঐগী ৱাসে অমুক্তা তাখো।"

"নং কনানো ঐ মশক খঙদে" শাওনা চঙশিল্লকই নোংহনবগী মনাক্তা।

"কৈদৌবগীনো নবানিনা শাওনরিবদি মরুপ?" নোংহনবনা হংলকপা ৱাহংনি।

"য়ুমদ চৎনবা তৌরসি। গাড়িগী শো কদাইনো?" হায়রদুনা নোংহনবগী ফুরিৎ খোঙগ্রাওদ হুমদুনা শো য়েংঙি। নোংহনবনা চাউরেননা তৌরিবা মওংদ নুংঙাইরকত্রে। "ঙাইখো মরুপ তপথখো। শাওগন্দবা নংনা শাওগৎলকপসে ঐ য়াম্না চীংনৈ ইবানি ৱারী অমা ইংনা শান্নসি।"

"করিসু নৎতবদ ইবানি শাওনরক্কনি কদাইনো শোদু"

"মরুপ, উপান্দ তাংজদুনা হিংজরিবী উরীবু য়াম্বৎপীদুনা কংদুনা মাঙহ্নবদ মীওইবা কনানসু হরাওনদে। পঙলবী মপোকনি খন্দুনা ঐখোয়না ঙাকপীগদবনি"

"মানদি ঐগী থম্মোই মশক খঙদ্রগা ঐনদি কৈদৌবগী খঙগদৌরিবনো?"

"হায়রিবা ৱাফম অদুনদি মীনা ফত্তরবনিনা নংসু ফররোই অসিনিনে?" মবানি শাওনরকই। "থৌদোক অদুনা মরম ওইদুনা ইকাইবদগী সন্ধ্যা নুমিৎ তারনি মপান থোকখিদরে। ঙসিদি ইকাই ইকাই থোকচরকপা অসিদ নংনা অমুক ইকাইবা পীশিল্লিবা অসিবু করি ধৰ্ম্মনো?"

"সন্ধ্যাবু ঐনা নুংশিদবরা?"

"নুংশি হায়দুনসু মীবু ৱাহল্লু হায়বদি লৈরমলোইদা" নোংহনবনা হায়রকই। "য়েংঙো মরুপ সন্ধ্যাগী মতৌসি নং য়েংবা নুংঙাইরিবরা? লানজদ্রবী মহাকপু নংনা মরাল লৈহল্লবনিনা ইকাইবদগী হেনদোক্তুনা ...।"

"মরুপ, মাগী থম্মোইদ চাউথোকচবা ঙম্বা অমা য়াওদে। মশাবু হম্বুনা খনজরগা

নুংঙাইজবী নুপী অমনি। মানা ঐবু থাজদবা অমদি চীংনবা অমা ঐগী ইফমদ লৈবদু ঐ খঙই"

খোন কল্লপ্না হায়রকপনি–

"নংদি পাজিনীনা খঙলমগনি। সন্ধ্যাগী অফ-ফত্ত পুম্নমক নং উরমগনি অদুনা নং সন্ধ্যাবু থাদোকপা পামলবা নত্রা?"

"ঐদি মাবু থাদোককে খনদে অদুবু মানদি থাদোকপা পামই। নুংশিনরিবা অসিগী মগুণ মানা য়াওহনদে"

"করিগুম্বা নংনা নুপী ওইরল্লবদি?" ৱাহং অসিগী পাউখুম চাউরেননা পীরকতবদ মখা তারকই– " মরুপ, সন্ধ্যাগী মতৌ অসি য়েংবা নুংঙাইতরে। অদুনা নহাক সন্ধ্যা করিগুম্বা খর হায়বনা ফৎতরো।" চাউরেননা থওইদবগী মওং উবদ খোন কলখৎলকই – " ঙসি মরুপনা সন্ধ্যাগী মফমদ ৱাহৈ অমত্তং ওইরবসু হায়দবা তারবদি হয়েংদগী ঐ নংগা মফমসিদা অমুক হন্না লাকমিনররোই। মরুপ অনিগী মরী তৎনবা তারেদনা।"

"মরুপ" ঙকলকনা নীংবা কায়না কৌরকই।

চাউরেন নোংহনবগী মওংসিদ কিবদগী সন্ধ্যাগী মনাক্তা চঙশিনখরে। সন্ধ্যা মাই লুকথরগা উৎলিবা শকফম পুম্বা কায়রে। পীরাংনা হকচাং পুম্বা চোৎলমলে। মমীৎ-মনা ইপোম পোমখৎলক্লে। তারকইবা শম্মুন অদুসু ফিভম কায়রে। পুম্নমক অদু উবদগী চাউরেন নুংঙাইরকতরে। সন্ধ্যাগী লেংজুম শোক্কে খনজরবসু পাক হেক শোকপা ঙমজদরে। "সন্ধ্যা" কৌরদুনা লেংজুমদ শোকলকই। সন্ধ্যা হেন্নদুম তানৌরবী মমিৎ অনিদু উইশিঞ্জরগা পী চেম্থহল্লি। সন্ধ্যাগী মাইথোং অদু থাংগৎপীরগা পী তৈথোকপীরকই– " সন্ধ্যা ঐ নংগী নফমদা লাল্লবনি। করিসু নৎতবদ শাওরুবা ঐ অঙাওবা হায়বদু ওইরবনি। সন্ধ্যা নংনা অদুম্না তৌবদু ঐ পুক্লিং য়াম্না নুংশি। সে কপ্লগনু।"

" মীওইবগী ৱাখল খন্দবী ঐবু নুংবু নুংশিবীরিবরা?" তপথরগা হংলকই।

"সন্ধ্যা" চাউরেন ইকাইবগুম তৌই। "ৱারৌরিবরা?"

"মদুগী থৌনা অদু ঐঙোন্দ লৈরমগদবা মানব্রা?"

"সন্ধ্যা"

"তামোগী থম্মোই মশক খঙনবনিনা তামোনা ৱারৌগদৌবা থৌদোক অমত্তা পুন্সিসিদ অমুক হন্না থোকতনবা ঐ চেৎকশিনজরগে" ৱাফমসি হায়রম্লগা সন্ধ্যা হৌগৎতুনা চৎখরে। ঙানবীসু সন্ধ্যানা পরপ-পরপ চৎখিবা অদুদ করিগুম্বা অমত্তা হায়রমদনা চৎখরে। সন্ধ্যাগী মতুং কন্না ইন্নখি। চাউরেন নুংঙাইতনা ফমদুনা নীংবা

কায়না য়েংলিঙে মতমদ নোংহনবা চঙলক্তুনা — "মরুপ চৎলসিরা?" পাউখুম পীদনা গাড়ি মনাক্তা চঙশিল্লক্লে। নোংহনবা চঙশিল্লক্তুনা গাড়ি শো হাংলবা মতুং ঙংবা হৌরক্লে। চাউরেননা হেক কাখৎলকপগা গাড়ি থৌবা হৌরক্লে। নুমিৎ অসিদগী চাউরেনগী পুন্সিদ খ্বাইদগী নুংঙাইতবা ওইখরে।

(৫)

চাউরেননা মীরৈবাক্তা লাইরিক তম্বা চৎখ্রবা থা মরিগী মতুংনি। সন্ধ্যা থোইদোক্না মরম লৈতনা মপান থোকখিদরে। মাগী মখুরাতোনগী ইমুং-মনুং খুন অমদ য়ুম হোংখিবা থা অনি ফারক্কদৌরে। লৈকাইসিগী মীওইশিংনা সন্ধ্যা বু লুনা চাননা তৌই। খোমলেম্বদি সন্ধ্যাবু মাগী লোয়নবী ওইগে হায়বা ৱাখলসিনা ঙসি ফাওবা খন্দুনা লৈবনা সন্ধ্যানা চৎপা খুদিং শেন্নরকলি। তৌববুদি সন্ধ্যাগী ইমুংদ হেক্ত চঙবদি মা অকিবা পোক্লি। সন্ধ্যা খোমলেম্বগী মওংসিদ হেননা কিরক পদগী নৎতবা ৱাখল খন্দবা নত্তে। সন্ধ্যা মশাগী শিনফম অমা (লাই য়েকপা-খোৎপা) হৈরকপনা ইমুংগী মতেং ওইনবা নুমিদাংৱাইরমদগী হেনদোক্তুনা অয়ুক ফাওবা অঙাংশিংবু লাই য়েকপা তম্বীরক্লি।

সন্ধ্যা, অয়ুক ঙননা হৌগৎতুনা ইমুংগী তৌবা য়াবা পুন্নমক তৌবা লোইরবা মতুং মমাগী মনাক্তা চঙলকই। "ইমা চাক ঐ হল্লক্লগা থোংগে। ঐ ঙানবীহোয়দ অমুক্তা চৎলুগে।"

"কৈদৌবনো?" মমানা হংলকপনি।

"মঙোন্দা পাও অমা হায়রুগে তৌবনি। কুইরকলোইদা ইমা"

সন্ধ্যানা হায়রকই।

"করি পাওনো ইমা হায়রুগে।"

"য়ানিদ ঐ অদুম হায়রুগে"

"নং কুইদি কুইরক্কনু। নখোয় তাদ খোমলেম্বা ফৎত্তে"

"হোয় ইমা" থা প্লপনা খুমলম্বনি।

সন্ধ্যা, মপুক্লিংদ ইপা-পাখৎ, মাইথোংদ তহা-তহাবা মান্নদুনা ঙানবীগী য়ুম তাবা নারকতা চঙলকপদ খোমলেম্বগা মায়োক্লবদ খংপ্রেক খংই। ঙসি অমুক করি থোকনগদবনো হায়বদু চপ লেপ্তুনা খন্দুনা থম্মোই ৱাহনবা হৌরকলে। চুমনা ফাও লেপ্পা ঙমলকত্রে। মাইথোংদ কাজরকপা হুমাং খুৎ ওইনা তপলপ্না তৈথোকচৈ। থৈদুনা

চৎকে তৌবদ খোমলেম্বনা হায়রকই – "সন্ধ্যা, নং উন্নদবা কুইরে শক্দি য়াম্না ফজথোকলমলে। নুংঙাইরি?"

"উম" খুমনীংদবগী মওংদ খুমলকপনি।

"অদোম নং ঐনা খল্লিবা" অসি থুংহনবদি ফবনি"

ঙহাক তুমিন লৈরুরবা মতুংদ – "ঐ তাদদ লৈগদৌবগী শরুক শিখিবনা হেন্না ফৈ।"

"মদুদি মীওইবা কনানসু অফবা ৱাখলনি খক হায়রোই। নশক নতৌ ফজরবী চঙখোনবী নংগী ধারা থমলমদনা চৎখিবদ ঐনি ঙাওহৌগদৌরিবা।"

"তাদ, নং অসুক য়াম্না ফৎত্রিবা করিগীনো?"

"মসি পুম্বা নংননি"

"তাদ, তাদদ ঐনা করি ফত্তবা ওইহল্লবগে?"

"নংবু নুংশিবগীদমক ঐ ঙসি ফত্তবা মী অমা ওইরিবা অসিনি অমরোমদদি ফত্তবদি নৎত্তে। হৌখিবা থৌদোক অদু তৌবা য়াই খন্দুনা নংগী ঈজৎ খোঙ্গোয়নখিবনি। ঙসিসু নংনা ঐবু নুংশিদবা উৎনবা অমদি তাথী তাওইদনা তৌরবা থৌদোক অদুদগী হেনবা অমা থোকহনবা ঙমনি"

"তাদনা ফন য়াম্না ঐবু নুংশিবীরবসু ঐনা তাদবু নুংশিবা সুকঙম ঙল্লরোই"

"ঐসু নংবু থাদোকপা হায়ব ৱাহৈসি ঐগী ইফমদ লৈতে"

'তাদ ইকাইবা খর খর খঙনসি"

"সন্ধ্যা, ঐ তমথীরকপা তারে। মদুগীদমক নং শাওফম থোক্তে"

"চঙশিল্লক্কনু" তুংলোমদা খোঙথাং খর চৎথোকচৈ। "ঐগী মরমদ তাদগী পুন্সি খাঙ্ভুথক্তা লোইহন্নীংদে।"

"ঐ শিবদ অকিবা লৈতে অদুনবু মায়োনরিবা অসিনি"

সন্ধ্যা , ঙকপদগী হেনদোক্তুনা হকচাংদ থুকৎপা অমা ফাওরক্লে। খোন নীকলপ্না ... "তা তা তাদা ঐ থবক য়াম্না চিল্লি। চৎলগে" হায়দুনা চৎকে তৌবদ খোমলেম্বনা থীংলগা – "অদুবু সন্ধ্যা, চাউরেননা নংবু নুংশিবদি অপাম্বা কল্লকপা মিহৌবা অমগীদমক নুংশিবনি। অদুগা ঐনা নংবু নুংশিজবদি নংবু তুং ওইননা নংশি-চান্ননা খুৎশম্ননা চৎমিন্নদুনা হিংমিন্নবা অদুনি। মসিদ নংনা করিগুম্বা ঙক সুক কন্দুনা লৈবা তারগদি নংবু নমদুা লৌনবগী থৌরাং ঐ তৌরবনি" হায়রম্লগা চৎখরে। সন্ধ্যা, ঙহাক তৌফম খঙদনা

অৱাবা অমা হাপচিল্লকলে। মথম্মোইনুংদ মথন্তা কপচরকই। "ঐসে ওম্ভোকনা তোল্লিদকো" হায়বা ৱাখলসি মথন্তা খনজরকই।

সন্ধ্যা, চঙলকপদ ঙানবী ফিশাদুনা লৈরমই। সন্ধ্যা চঙলকপদ থোইনা তাদরগসু চঙশিল্লক্কুনা এক লাউনা ফমথরকপদ ঙানবী খংপ্রেক খংই। ওনশিল্লক্কুনা ঙাংগে তৌবদ সন্ধ্যাগী মওংদুদ ঙমদরে। তপথরগা হংলকই –" সন্ধ্যা, নং ঙসি ইহৈ, হৈনদবগুম তৌই। কৈদৌরবগে? সন্ধ্যানা খুমলক্তবদ ঙানবী মখা তারক্তরে।

সন্ধ্যানা অচিকপদু থুগায়রদুনা – "ঙানবী, ঐ হিংবদ অৱাবা অমা হায়বদু ওইরক্লে"

"অদুবু করিগীনোবা?"

"নং তশেংনা খঙদবরা?"

"তাদ খোমলেম্বনা নঙোন্দ কৈদৌবা ঙমগদগে? নংদা নত্তে, নংগী মীচংদা লেপ্লীই হায়দুনা জুগোৎ চাদবা কয়া অমা ঐঙোন্দ হায়। ঐ মাবু হাৎহনখরসিরা খল্লবনি"

"খুদিংমক অসি ঐগী মরমদগী হৌরকপা ঙাক্তনি। অমরোমদদি ঐসে ..."

"তানীংদে মখা তারনু" মরক থৎলগা হায়রকপনি "নংগী থম্মোই পীকলবা অদুদগী তামো চাউরেননা হেক হেক শাওরীবদু।"

"নংবু চাক থোংলবরা? ঙসিদি ঙন্তানা ৱাখল নুংঙাইনা ফি শারম্মী" সন্ধ্যানা হায়রকই।

"ইনাওনা থোংখরে"

"নংদি ননাও লৈবনিনা নুংঙাইরমগনি। ঐদি ঐ ...।"

"নংগী হৈনবী অদু অদুম নাকোন্দুনা থম্মু। ঙাইখো নংবু করি হায়বা লাকপনো?"

"করিগী ওইরমগদবা মাল্লি?"

"নং পীদি পীরক্কনিকো?"

"ঐবু হিংচাবী মান্নব্রা?"

"নং পৈশাগা লৈগদরা?"

"লৈরম্বা য়াই। করিগীনো? কয়ানো?"

"লিশিং তরুকমুক লৈগদরা?"

"মদুদি ফারমগদবা মানদে. মরিমুক লৈরমগনি। নংগীসে ঐ খঙই" নোকলগা হায়রকপনি।

"নংতগা পীশক পীক্লিঙৈদগী লোয়নদুনত্তা লৈরবী ঐগী লমচৎপু নংনা খঙদনা কনানা খঙগদৌরিবনো?" মবানি নোকমিন্নরকই।

"মানবু পৈশা থারকউ হায়বরো?"

"হায়রকত্রগসু ঐনা থাখিবদ করি কায়গদগে?"

"ওম্ভোক না ইকাইরেদ"

"ইকাইদদি" অমুকসু নোকমিন্নে।

"নংনা পৈশা থাগদৌরিবা অদুবু তামোদুগী লৈফম খঙলবরা?"

"খঙলে। ঙরাং ঐঙোন্দা চিঠি অমা থারকই হায়দুনা তামো নোংহনবনা পীরমই।"

"করম্বা কান্দ?"

"অয়ুক অঙনবদনি"

"অদুগা ঐঙোন্দদি হায়রক্তবনিনে" ৱারৌবগী মওংনি।

"অদুগী নং ঐঙোন্দা শাওরক্কনু। হায়নবগী মতম লৈতে। চিঠি পীরম্লগা অদুম চৎখি"

"হোয়। মখোয় তাদ খোমলেম্বগী মওংসিদ তল্লমগনি, তুক্কচরমগনি, কিরমগনি।"

"ঐদি মানা চিঠিগা অমত্তা থারক্লরোইদরা খন্দুনা থম্মোইসে লৈতাফম খঙলুদ্রবনি অদুবু ..." মখা তাদনা নোকচৈ।

"নংদি হরাওরিবনিনে?"

"হরাওদদি কৈনো? অতৈনা থারকপা নত্তে ঐগী ঈশ্বরনা থারকপনি খঙলত্রা?"

"ঐদি পাও-ঈগা অমত্তা থারকত্রবদি ফনিদ খনবনি অদুবু তামোসু হেক থারকই"

"নংসু য়াওনা হেক ঐঙোন্দ য়েৎশিল্লিদনা"

মবানি নোকমিন্নে। তাংজসিদ ঙানবিগী মনাওনুপী থোরক্কুনা ... "ইচে চাক লোইরে। ইচে লাকলমলিবরা?"

"ঔ। করি ইনশাংনো?"

"ঙাক্রাগা ..."

মরক থৎলকই— "অদুদি হাওররোই ঐ চৎলগে"

"নংবু চাক চারক্লবরা?" মনাওনুপীদি চঙখরে।

"নোঙানবগা নখোয় যুমদ লাক্লে"

"চামিন্নরুসি লাকও"

"চাররোইদ। চাক ঐনা থোংলুগদৌরিবনি"

"ঙাইখো অদুদি এনশাং তেঙ্গোৎ অমা পুখো" হায়দুনা চঙখরগা পায়দুনা থোরক্লগা পীররে। "পৈশাদি ঐঙোন্দা অরৈবা মখৈ পুদুনা লাকলগে।"

"নং শোয়বদি য়াদবনি"

"ইবেম্মা নংতনা শোয়জবনি। ঐদি শোয়রোই। ঐগীদি নং সুকহৌ হৌদোকলুকো ঐ শোয়দ ফরক তাবা শোয়দরবনি"

"নং অদুগী ৱারৌরিবনিনে ঙসি ফাও?"

"ঐগী নামা হাংনবা পুন্সিসে নং য়েংবা নুংঙাইরবদি ঐদি খরিসু কায়দে অদুবু নীংঙমদবদি লাক্কনি। অদো ইকাও কাওই চিঠিগী মরোন্দী হাওবরা?"

"হাওইদা"

"করি করি হায়রকগগে?"

"হোরেন অমুক ঐখোয় পামিন্নরসি"

"মরোন অমখকতংদি হায়রম্মুদনা"

"হোরেন খঙলো কৈদৌবগে?"

"হৌজিক অমা খঙনীংবগী ৱানি। য়াম্না পাম্মুবগী ৱারা?"

"অদুবুরো – " সন্ধ্যা নংসে ঐনা থাদোকপা সুকঙম ঙমলোই অদুনা নং অতোপ্পা শাগৈগী মৌদি ওইরমগনুকো"

"করিগুম্বা নং কনাগুম্বা অমগী লোয়নবী ওইরম্লবদি নংবু মানা হাৎপা শোয়দরে"

"অদুনবু ঐসে মিৎকুপ অমত্তং ওইরবসু মপান থোক্লীংদে। লৈশারিঙৈদ অসুক ৱাবগুম মৌ ওইরবা মতমদসু ৱাগদরা খল্লি"

"নৎতবা ৱাখল পুখন্দ খল্লু। হৌজিক ৱারীদু হয়েং মতমদ নুংঙাইগদৌরিবনি"

"ফরে ঐ য়ৌরগে। নং শোয়বদি য়াদবনি ঙানবী" হায়রম্লগা সন্ধ্যা চৎখরে। সন্ধ্যা চৎখ্রবা মতুং মমা থুংলরে।

"ঙানবী সন্ধ্যা লৈরিবরা?"

"হৌজিক্তা চৎখ্রবনি ইমা"

মমা ৱাফমসি লোইফাদ্রিঙৈদ চৎখরে।

“ইমাসে মচাগীদমক কয়াদ ৱাজরবনো?” শোন্দুনা ইমুংদ চঙখরে।

সন্ধ্যা চঙলক্তুনা চাক থোংনবা কন্না হোৎনরি। চাকখুমগী মৈ থাগৎলম্লগা চেং চামবা থোরক্লে। চেং চাম্লবা মতুং অমুক চঙলক্তুনা এনশাং শেমলি। “ঐখোয় ইমাদুনা কদাইদ চৎখিব জাৎনো?” শোনজদুনা শৌরক্লিবা চফুদুদ চেং শুজিল্লবা মতুং ওৎলি। চেং শুজিনখ্রবা মতুংদগীদি শিংদু মৈতান ফজনা তানবা মৈরী ফজনা থোকহল্লি। মমা চঙলকই। “ইমা কদাইদ চৎলুরীবনো?”

“নং থীরুরিবনি” থুনবু খুমলকই।

“ঐখোয় ইমাসিগা ঐনা থুনা লাক্কনি হায়রম্বদুবু”

“অদুনবু থীরুরিবনি। করি এনশাং থোংগদৌরিবা?”

“অলুগ হৱাই থরাক্কা কাংশোই ওইনা থোংলগে ইমা”

“নংনা কাংশোই পাম্বসে পামমিদকো। ঙাদি লৈরিবরা?”

“লৈরি ইমা। ইমা ঙরাং ঐগী মঙদদি ঐখোয় তাতোন উরম্মী। মশক মতৌ ওনবা মাল্লি। হকচাংসু খর ময়েং তাবা মাল্লি”

“ইচাদো ৱারমলগনি। করম্বা মতমদ ঐখোয়সিবু নীংতম্বা ফংগদগে? উখিদবা কুইরে।”

“ফুঙ্গাদ মঙ্গল, অলু লৌদুনা চাজবা পামজবা তাতোন কুইরে চারদবা। লাইজ ঈশিং খৌরাংক্রবা মতমদ চীংনুং লাইজ থক, ৱারক্রবা মীৎকুপতা পলেম ইমাগী তমপাক নীংশিংলকপা মখোয়গী পুন্সি নুংশিবিদবা কয়ানি ইমা। খুদোংথীবা থোকহনগদৌবগীসু তাঞ্জা য়েংবা কয়া” চাক থীবা হৌরক্লে।

“মীনা ভাব তারক্তুবদি মহৌশাগী ফজবা কয়া অসি মাঙবা তাবনি।”

নুমিৎ অসি মমা-মচা নুংঙাইতবা অমদি নীংঙমদবা ৱারী কয়া শান্নদুনা হৌখরে।

## (৬)

চহি অহুমগী মতুংগী ৱারীনি। সন্ধ্যাগী চম্লবা পুন্সিদ অৱাবা খুদোং থীবা কয়া থেংনরক্লিবী নুপী হায়বদু ওইরবীনি। নোংমা, মাবু নম-হাদুনা ঈজৎ মাঙহনগে তৌখিবা মরান্দ খোমলেম্বগী পুন্সি অথোই কৌবী মৌ নহা অমনা হাৎকদৌবগী ফাদুনা পুদুনা চৎখিবা থৱাইবু য়াওনলোইশিংদগী লিজহৌবদগী হিংবতা নত্তনা নুপীদুনা শেম্বীবদগী

ঙসি মীয়াম্না পাম্নবা উকিন ওইরক্নে। ইমুং-মনুং পুম্বা সহরদ হোংখরে। সন্ধ্যাগী মফমদদি মাগী ফত্তবা অরানবা কয়া শেংদোকচগে খনজরবসু সন্ধ্যানা খুদোংচাবা মতম অমত্ত ফংহন্দবনা অৱাবা অমদি ওইরি।

নুমিদাংৱাইরমগী মতমদ খুদিংমক্না ময়ুম মাইকৈ পাল্লকপা থোইদোক্না পুক্লিং নুংশিনীংঙাইনি। কোরৌগী মঙালসু অদুগী মতিক ফজনা নীংথিজনা য়ৈরি। সন্ধ্যানা ফি শারিঙৈ, মমানা লংচাক চাক্লিঙৈ মতমসিদ মখুরাতোন লৈবাকমচা চঙলকই। হৌখিবা মতমদসু লাক্তবা নত্তে। খুৎতসু খাও অনি য়াল্লকই। "ইমা লংচাক খর চাকপা লোইরবরা?" হংদুনা মমাই লৈথোরকপদ মখুরাতোন উবদগী — "খাতোন লাক্লিবরা?" কোন্দগী কুমথরক্তুনা ইমুংদগী মোরা অমা লৌথোক্লগা থাররে।

"নংগী খাতোন্দি মোরাদ কয়া ফমলক্তবনি। ফাল ওইনা পুথোরকই।" সন্ধ্যা চঙখি। "য়েংঙো ফি অমোনবা অমগা য়াওরকউ থানবা। করি করিনো নংনা পুরক্লিবা অদুনা?"

"ইতৈমগী শাতুগী ফুরিৎ অনিগা ইচাতোম্বীগী ফুরিৎকনি। শাতুগী ফি অনি অমসুং য়াওরকপনি। অমসিনা হাৱাই-মরাক্কা ঙা অতেকপা রৌগা, কমন কাপনি"

"কৈদৌবগী অদুম য়াম্না লৈরক্লিবনো?"

সন্ধ্যা থোরক্তুনা ফাল থারবা মতুং ফি অমোনবদুসু থাবা লোইরগা— " খাতোন সিদ ঙহাক্তং পোত্থাবীয়ু।" মখুরাতোন্দু চঙশিন্দুনা ফমথখরে। সন্ধ্যা খাও অনিদু য়েংঙি — ঙাগা হৱাই থরাক্কা ওষ্থোকনা হাওরনি। মৈতৈ তিনহৌসু য়াওই। খাতোন ঙসিদি চাক চাখ্রসি। চাক ঙাইবা ওইনা নচা শঙ্গোম অশেংবা শেমলক্নে। সন্ধ্যা খাও অনিদু পায়রগা চঙখরে।

"ইতৈমা যন্নাও মচা অহুমদু চাউরম্নগনি"

"অদুগী শঙ্গোমনি নচানা পুথোরক্কদৌরিবসে।"

"ও! ইতৈমা, মীৎপু নুংঙাইরিবরা?"

"চাক্লিবা হায়বদুনি। পাঙ্গলদি শোনজিল্লকলে। মীৎসু নীংথি নুংঙাইনা উরক্তবগুম তৌই।"

"অহন ওইরকপা হায়বসি ফজফম ইরৈ লৈতে। অদুবু ইতৈমা মীৎতুদি ডাক্তরদ য়েংথোকসি"

"নখোয় অমত্তা অনা য়েক লৈতেদনা?"

"থোইদোকপা লৈতে ইতৈমা"

"য়াম্না ফৈ"

"নচানুপা অহনগা য়াইমাগদি তোঙাননা পীজথোকখরে। হৌজিক্তি মখোয় মনীং তমখরে"

"শেল থোকপা মখোয়না তোঙান চারিবদি করিগীনো?

"নুপীনা শাওরগা অফ-ফত্তদি খন্থদনা হেক্তা ঐখোয়দ ওনশিন্দুনা অশাওবা উৎলকপা মকোক ষণথী হানবা নচানুপাদু শিখরে হায়না খল্লে ইতৈমা।"

"মখোয়না তৌরিবা অদুবু মখোয় চাউথোক চাউনা পোকলকপদুনা ... ।"

সন্ধ্যা শঙ্গোম গ্লাস অমা পুরক্কুনা পীরকপদু লৌরগা — "ইতৈমাগীদি?"

"ইতৈমদি হৌজিক্ত থকখিবদ ঙাইরিবনি।"

"ইচাতোম্বীগী শঙ্গোমসিদি ওম্থোকনা মহাও লৈনা হাওইদ। অদুগা ইতৈমা, পাবগাা ইমাগনা ঐখোয়গী করি শেম্বীরবগে মচীনমক্লা হেক্তা হায়বা ঙমই।"

"খাতোন নুপীনা ফত্তবদগী তৌরিবনি।"

"চুমই ইচাতোম্বীনা হায়বা। 'ইমৌনি হায়রগা তৌরিবা অদুনা শুনা শুনীংদ্রিবা, অহাওবনা চানীংলিবা, মপুকপু ওম্থোক্লা লুখরে। ঐদি হিংনীংদরবনি ইতৈমা"

"হায়হৈদেদ খাতোন। ঐগী লুহোংবা য়েংনীংদবরা?"

"অঙাওবীসিদি। কৈদৌবগী য়েংনীংলোদগে? ইচাতোম্বীগীদি চাউনা লুহোং-গদৌরিবনি।"

"খাতোন" হরাওজৈ। "খাতোন শঙ্গোম অমুক্কা পুথোরক্কে" মখোয় নোকমিন্নে। "য়ারেদ।"

"ইচানুপী অনিদুদি ..."

মরক থৎলগা — "ইতৈমা মবানিগী মীংগ পন্নীংদরে। মপা ঐগী য়ুমদ লাকপদি তরাইরদুনা ইতৈমগী য়ুমদ নোংমা ফাদোক লাকখ্রবরা? ইনাক কৈরাক খুনবা অমদ য়ুম পাল্লবনি হায়দুনা চাউথোকলিবরা খঙদে। পোমলিব্রা খঙদে। উরবসু শককা খঙনরোই। ঐসু ইতৈমা মপা ঐবু নুংশিদরগা ঐনা করিগী নুংশিরুগদগে খল্লুবদ হেক্ত নুংঙাইরক্তে।" সন্ধ্যা থোকলক্কুনা শঙ্গোম গ্রাস অমদু পীররে।

"করি ব্রানোনে মমা মপানা মচাশিংবু নুংশিবীদরবদি মচাদুবু মচা ওইখিগদরা?" "অচুম্বনি ইতৈমা। অদুদ ইতৈমা ইশুশিংদি ওম্থোকনা নুংশিখরেদা।"

"কৈদৌবগী নুংশিরোইদগে? মব্রা মপুরোইবা কায়নবগী অব্রাবা মশুগী মতৌ

য়েংজরগা কোকন্নরিবনি। ইচাতোমমবা অরুন্নদি শেল থোকপা থবক্কা অমত্ত ঔদরিবরা?"

"সরকারগী থবকপু থবকনা হায়দুনা ঠিকা মচা মচা খর খর তৌবদগী অমদি মীগী থবক খর, মীগী মতুং ইন খর তৌবদগী ঙসিদি শেল থোকলে ইতৈমা"

"ইপু অরুনবু" সন্ধ্যা হরাওজৈ। "খাতোন ঙসিদি চাক চাখরসিকো।"

"ইচাতোম্বীনা থোংবা চাক ইনশাং চাদবা কুইরেদা। অদুদ য়ুমদ হুনবদ থেঙখিগদরা খল্লি" মখুরাতোন্না হায়রকই।

"থেঙলগা ঙসি লেকথোকখ্রবসু য়াবপোৎসিবু। খাতোন হৌখ্রবা খুঙ্গংগী পুন্সি নিংশিংদবরা?"

ৱাহংসিদ লৈবাকমচা মীৎলুদগী পী ইহৌরকপগা লোয়ননা চেষ্টরকই। "ঙসি ইচাগী ৱাহংসিদি খাতোনগী থম্মোই মচেৎ তারবগুম তৌই। কপনীংঙিদা। ইচানা অঙাং ওইরীঙৈগী মতমদ খাতোনগী তমপাক্তা শান্নখিবা ঙসি নৌহৌননা নীংশিংলকই। ইচাগীনি হায়দুনা চাফু উয়ান্দ চাক-এনশাং তমলিবনি" মচানুপীবু নুংশিনা কোনশিনবীরগা কোক্তা নানবীরি। "ঙসিদি ইচানা শেল থোক্লবনিনা ইচাগী করিমত্তা ৱাৎলরোই।"

সন্ধ্যা হরাওজৈ। "অদো খাতোন তাচৌগা-তয়াইগা ইনম্মা অনিদুদা হায়রুবদদি ৱা মাংগদবা মাল্লি। ইপ্পা অরুন্দগী মচে ঐনা খর পুবা তারে।"

"পুগদবা নত্তে লৌগদবনি"

"খাতোন ইন্দোমচাদি কল্লিদনা?"

"মাগী অমুক অমুক নাবা অদু হৌরকত্রবদি করিসু থোইদোকপা তৌদে। ঐনা নুংশিজরিবদি ইতৈমা, ইচা অরুন্নগী নুপী মৈলৈতা ওম্থোকনবু ফখরে। ইংবু ইংলিবা, ব্যবহারনা চীং লেম্না ফজরীবা। ময়ুমদগী পুরকপা সনা লুপা ইমুং-মনুংগী লৈতবগীদমক কায়থোকপা ঙমই। ঙসি বীন ফংবা মাল্লি। ইচাগী সনাগী লীক, খুদোপনচিংবা মৈলৈতাগা তান্নরগা শাগনি হায়নহৌবনি"

"অদুগা মখোয়না লাক্তরিবা করিগী?"

"ঐনদি সিদ চৎলুগে হায়রমদনা"

"ইচাশিংদুনা নুংশা থীরম্লনি" মতৈমানা শোনজরকই।

"সিদ মরাইনা লৌবা লাকচনি খাতোন কো"

"হোয় হোয়"

"ইচা ৱাংলেনগী ঈ-পাও অমত্তা তাখিদবরা?"

"তাখিদরে। অদুবু মীয়াম্না থমলেম্বা ঐখোয়গী ইচানি হায়নৈ। অদুদ ইচাদুনা "ঐনি বাবা" হায়না ফোংদোক্লদবা অসিনা চীংনবদি লৈ" মখোয় নুংঙাইনদে।

সন্ধ্যানা হায়রকই— "তাতোনদো লৈবাক্কী মমল য়াম্লবা মীশক অমা ওইরবনিনা করিগুম্বা লৈখিদবা তারবসু পাটিনা ঐখোয়দদি খঙহল্লক্কনি।"

"ইচাদো মানা পামজরিবা পম্বুং অদু ফংদ্রিবফাও অশোক-অনা য়াওদনা পুস্নিবা ওইসনু।"

"খঙদেদ ইতৈমা, কংলৈপাক অসিদ মচা কায়নদবা মমা-মপা মশীং য়ামলকতরে।" থব্রাই নুংঙাইজদনা হায়রকপনি।

"অদুম্না খনতোকপা তাবনি ইবুংঙো। ইচা ব্রাংলেন ঐখোয়গা ব্রাখল মান্নদে। মাগুম্বা ইচা অমা ফংজবদি মমা-মপা ওইরিবা ঐখোয়গী গুণ অমা হেনগৎচরবনি" মখোয় ঙহাক তুমিন লৈনৈ।

"থম্মোইবু ওম্থোকনা কনখরে। হোয় ইচাগী অপাম্বা ঐখোয়না থিংফম থোক্তে অদুদ ননাও নুপীনা চাবা থকপা, তুম্বদ ফাও অদুম নীংশিংদুনা কপ্পদি ননাওগী থম্মোই পুবা ঙমদে।"

"মপাবুংদি মমানা হেন্না ব্রাবা হায়বসি হৌনশানি ইবুংঙো"

"তাতোনদি মী হায়বদু ওইরবনি। অদো খাতোন চাক চাখ্রসি য়াদ্রবনিনা হংচিৎ ইমাগা লোয়ননা লাকলগে।"

"লাকপা তারবদি ঙননা লাক্কদবনি।"

মতমসিদ লৈকাইগী নুপীমচা (চহি নীপান মাপন) অমা চঙলক্লগা অঙাংগী হৌনবা হৌরকই— "নেনে পাখং অমখকনা নেনেবু ...।" সন্ধ্যা চঙশিন্দুনা অঙাংদুগী মচিন মেনখিবা অদুদ মমা-মখুরাতোন ঙকই। অঙাংদুনা ভাব তারে হায়বগী মওংদা ঈঙ্গিৎ পীরকপদ থাদোকলগা স্বার হায়ফেৎ হোম্থজরগা মখা তারকই— "বোবোক পাখং - হায়বা নত্তে, পাগন হায়গদবদ শোয়খিবনি।"

"কয়াদ ব্রাথৈবা হৈখ্রবী অঙাংনো? অঙাং নং নেনেগা তিন্নরবদি ঙাওরোইদৌবগী মরম লৈতে।"

"ফৈববুদি ঙাওবনা ফৈ বোবোক" মখোয় নোকই। "নেনে" মীৎতা তৌশিন্নরগা নুপীমচাদু চৎখরে।

সন্ধ্যা, মপুক্লিংদ কন্না লাকলবজাৎনো খন্দুনা লাংতক্লবা হেনগৎলক্লে। চাউরেন থোকলক্লবজাৎলা নীংজিং মাংজিং লৈতাফম খঙহন্দে। থোক্তুনা উন্নীংবগী ব্রাখল

পোকলক্রে। খোঙদুনা লৈবাক্তা শান্নবা হৌরক্রে। সোমদ ভাংনরীবা সন্ধ্যা থওইনা তাদে” কনাগী অঙানো? ওঙ্খোকনা নুংশিখরে।”

“নংগী তাদ লুলানবগী মশুনুপীনি।”

“ও! তাদদি লৈরীবরা?”

“ লৈখিদরে।”

“কয়াম কুইরবা ইতৈমা?”

“ফিরোই লোইখরে।”

“ও! ঐখোয়দি পাওগা তাহৌদরে। নুংঙাইতেদা। ফবনিদা তাদদো”

তালকসিদ অরুন মারুটি কার থৌরগা লাকপদু সন্ধ্যা খংহৌদরে। অরুন গাড়িদগী কুমথরগা মচেগী মনাক্তা তুমিন চঙশিল্লগা তপলপনা– “ইচে।” অসি কৌরবফাও তাদবদগী হকচাং নোমলগা – “ইচে।”

সন্ধ্যা ফিংলপ্পা মীৎয়েং থমলকই। “অরুন নং খাতোন লৌবা লাক্লিবরা?”

“ঔ ইচেতোন। ইচে-ইন্দোমচা নুংঙাইরিদনা?”

“ইচা ময়াম্না ইচাও চাওনা লৈরিববু ইমানা কৈদৌবগী নুংঙাইরোইদগে?”

“ইন্দোমচা ঐসু ঙহাক্তং লাকপা শঙদে”

“শেলবু পায়রবদি মী কাওথোকপা হৌনশানি”

“ওঙ্খোকনা ইকাইরেদ ইচেগী ৱাতাসিদি।”

“নংগী ইকাইবা লায়রি। ইচে পৈশা খর পুগে।”

“পুবদি য়াদে। লৌবদি য়াই অদুবু ইচে শেন্দোয়দি চামদ চামা ওই” মখোয় নোকমিন্নে।

“ইচেতোন, সনা-লুপা, মনি-মুক্তা অমত্তা কল্লকতে। ইপ্পানা নুংঙাইরিঙৈ ইচেসু নুংঙাইরিবনি। ইপ্পানা ৱারে ইচেসু ৱারীবনি। ঙসি নংনা মী ওইরকপা ঐ চাওথোকচরিবনি” মৌপ্পাগী কোক্তা নুংশিনা নানবিরি।

অরুন বেগতগী পৈশা খর লৌথোকলগা– “ইন্দোমচা লুপা লিশিং অনিসে ইন্দোমচাগীনি।”

পীরকপা শেলফমদু লৌরগা– “য়াইফবা ওইয়ু ইবুংঙো” কোক্তা নানবীরগা– “না-য়েক্কনু।”

"ইচেগীনা তরানি।"

শেলফমদু লৌরগা— "ইপ্পানা য়াইফরক্লবনিনা ইচেসু নুংঙাই-য়াইফবা তারেদনা।"

"ঐনা হোৎনজরিবা ইচেহোয় ঐখোয় ময়ামগীনি।"

"ফরে ইতৈমা ঐখোয় অমুক য়ৌরগে" অসি হায়রকপগা অরুন গাড়ি ঙংলকলে।

"য়ৌরে ইচেতোন"

মখুরাতোন অমদি অরুন চৎখ্রবা মতুং সন্ধ্যা পরপ-পরপ খোঙথাং কল্লপ্না থাংদুনা থোকখরে। মমানা হংবসু মা থোইনা তাবা তৌদরে। খুৎতসু সনাবুন অমা পায়রকই। সোমদ ঙসাইমখৈ ঙাইবা ব্নারবা চাউরেন উ অমগী মনাক্তা ঙাথরদুনা ফমথরগা মপুক্লিংদা সন্ধ্যা য়ুম পানলম্লনি খল্লকলে। চীংনবসু হেনগৎলকলে। "মরুপ সন্ধ্যা য়ুম পাল্লম্লগনি। হল্লসিরা?"

"ঙসাই নুপীমচাদুনা হায়বদদি মা য়ুম পাল্লমগদবা মান্দে। পাল্লগদি ঐসু খঙফম থোকই" নোংহনবনা হায়রকপনি।

অসুম্না ঙাংনরিঙৈদ সন্ধ্যা থুংলরে। সন্ধ্যা মতম কুইনা উন্নরুদরবা চাউরেন ঙসি উনবা অসিদদি ইনৌ অমা হাপলক্লে হায়ফম-তৌফম খঙদনা হরাওজবগী মাইথোং উৎলকই। লেংজরুবা চীনবান অমুক তুমিন লৈ। চাউরেনদি খর ব্নারৌবগী মওংদি অদুম লৈরি। চাউরেননা— "ঙসাই অঙাং নুপীমচা অমা চঙলকতরা?"

"চঙলমই। ঐসু ঈখৌ লাংলবা তুরেলগুমনা হকচিক লাংফম খঙদনা থোকনীং লবখি অদুবু খাতোন লাকপদগী ঙহাক পনথজরুরে। মসিদ তামোনা ব্নারৌবা য়াদে" সন্ধ্যানা হায়রকই।

"নুপী নখোয়গী ... " সন্ধ্যাগী মীৎ অনিদুনা য়েংখৎচরকপদ শাওবা ঙমদেরে। মখাসু তাবা ঙমদদুনা তুমিন লৈনৈ। চাউরেন ফুরিৎ খাওদগী চুরুপ উপু অমা লৌথোকলগা মচৈ অমা চুখৎলগা তপনা-তপনা থকলকই। সন্ধ্যা ঙকচান্নৈ। সন্ধ্যা চঙশিন্দুনা চাউরেনগী খুৎতগী চুরুপ মচৈদু লৌরগা— "নীশা শিজিন্নদুনা নীপানি হায়দুনা তাকলিব্রা?" চাউরেন ইকাইরকপদগী মাইথোং হোংলকই। "নীশা চাবা থকপা মী ঐদি য়েক্লবা ওইনা খল্লি।" চাউরেন কোক পায়দুনা করিগুম্বা অমত্তা ফোংদোকপা ঙমদনা লৈ। "তামোগী চল্লবা মতৌদুদ নীশা শিজিন্নরমগনি হায়বা নচন অমা ওইনা থাজবা থমলুদবনি অদুবু থেংনবা মিৎকুপসিদদি থাজবা মাংহল্লেদনা।"

"ঙসিনা অহানবনি"

"ঐ থাজে"

"অশেংবনি সন্ধ্যা"

"থাজে হায়বনি শাওনীংবরা?"

"ঙসিসে নংনা পুক্লিং য়াম্না নুংশিহল্লে।"

"নীপা নখোয়গী ৱাখল নুংঙাইত্রগা নীশা হেক-হেক শিজিন্নরিবা অসিবু নীপানি শাদুনা নুপী মমাংদ লেম্বা শাদুনা থকই। মসিদি ঐ কয়া পামদে। উপু অমগা লৈবীরমগে।"

"সন্ধ্যা"

"ওইদবা, তৌশিন্নবা, নমথাক ঐদি থাঙ্গৎশেংনা কি। তু সু তুক্কচৈ। নুংশিবীবা শাশিন্নদুনা নুপীবু থেল্লগা মাঙহনল্লিবা নীপাশিংগী মরক্তা য়াওনীংব্রা?"

চাউরেন অঙকপা পোকই। "করিনো নংনা ঙাংলিব'দুবু?

"চুরুপসি থকখিগে হায়বরা?" চুরুপ মতেকতু অমুক পীরকপদুদ মীৎয়েংতমক থমই। চুরুপ মচৈদু হুন্দোকখ্রবা মতুং "নীশা থাদোকপা ঙল্লগনিকো?"

"ঙমগনি"

"থাদোকপা হায়বদুদ ঐগা য়াওখিগনিকো"

মবানি নোকমিন্নে। সন্ধ্যা চীংনবা লৈতনা অমদি ইকাই-নুংশি য়ান্ননা হাপচিনখিবা চুরুপ উপুদুগা মৈখেৎতুগা লৌথোকলগা হুন্দোকখরে। চাউরেননা– "হৌখিবা চহি খরসিদ নংগী পুক্সিদ অৱা-অনা, খুদোংথীবা কয়া থেংনৈ হায়বদু ঐ তাখি। মঙ-হাদসু ইনুং নুংঙাইখিদে। ঐ য়ুমদ থোক্লিংখি অদুবু ...।"

মখা তারকত্রবদা সন্ধ্যা মীয়েং থমলকই। "অদুবু ঐনা চীংনবদি লৈখিদে। ইবাই অমনা য়াওনলোইগী মরু ওইবা মীশক অমা ওইরম্বদ ঐ চাউথোকচখি।" সন্ধ্যা নোকই। "করিনো নংনা নোক্লিবদি? ও! ঐ খঙই, নং ঐ অমত্তা ওইনা থুংনদ্রিঙৈদ মাংজৌননা ইবাই কৌবা অসিদ করিদবু নোকনীংলিবনো?"

"নোকনীংবগী ৱানি কৈদৌরগে?"

"সন্ধ্যা, নংনা তেকতা-কায়দনা লৈরম্বা অসিদ ঐগী থম্মোই হায়ঙমদনা নুংঙাই" ৱারী অমরোমদ পুথোরকই।

"অসোমদ চৎলুবনিনা অসোমগী চান থকনবা চারগে কদাইনো?"

খাওদগী শেম লৌথোকলগা অমা পীরকই। "খঙদে সন্ধ্যা, ঐগী পুক্সিদ নং য়াওদবসে ইনীং ইতম তমদে। নংগী ফজরবা নীংথিরবা শকফম উজরগা পেনজবা ঐহাক্লা চহি অনি-অহুমদা খাংলমগদবা অৱাবা তম্বদ ৱাৎলগদবনি।"

"ঐদি থম্মোই ঈখৌ লাংহনবা, পুক্লিং ঈরাং হৌহনবা ব্রাখলবু মিৎকুপ অমত্তং পোখাহন্দবা, লৈতাফম খঙদবা নুংশিবা করিগীদমক খঙলুরীবনো মখনখি। চাব থকপসু হেক-হেক কাউই। খঙদে নুংশিবনা ঐবু তশেংনা ঙাওহল্লি।"

"ঈশ্বরনা শেমলমলিবা নুংশিবা ঙকত্রা?"

"অসুক য়াম্না থাক ব্রাংনবা নুংশিবা পোৎশক অসিদ শেংদবা পোৎয়ান, মমল লাইহনবা, মশক মীংচৎ থিহনবা ঐদি কি মীওই অদু।"

"অদুনা সন্ধ্যা নুংশিবদ মীনম্বা, নমথাক তৌবা য়াদে। নুংশিবনা মীবু মাঙহল্লি অমদি ফহল্লি অদুবু ইবানিগীদি মখোয়গুম্বা কয়া অদুবু মায়থীবা পীনবনি" মবানি নোকমিন্নে। "ঙানবীদি কমদৌরি নুংঙাইরিদনা?"

"মাদি নুংঙাইখরে। ঐখোয়গা থংনরিবা খুঙ্গংদ য়ুম পানখরে। অঙাং নুপামচা অমা য়াওখরে। তামো নোংহনবা য়াম্না খনজরম্বনি"

"অদুনা ওইবা তারে নোংহনবনা ঐঙোন্দ য়ুম পাল্লরোই তত্তনা হায়। ঙসি লাক্লিবা অসিসু ঐনা নমদুনা পুরক্লিবনি সন্ধ্যা।"

নোংহনবা মাগী মরমদ ব্রারী শান্নরে খঙবদগী চঙশিল্লক্রগা — "সন্ধ্যা, ফোদোকতবা নুংশিবা পাপনি হায়বদু ঐ ঙসিদি চপ চানা খঙলে। মশা খঙদনা মমিদ ঙাওজদুনা নুং শিরুবা 'দুনবু ঙসি পাখং ওইনা পাখ্রা ওইরিবা অসিনি।"

"হায়হৈদেদ তামো। মা নৎতবা অমা য়েংলগা লোইরে"

"মসি নুপী নখোয়না হায়হনবনি। ঐদি অমগা অমত্তা য়েংজররোই। লাইবক্তা অসুম্না থোকই তমলম্বনি— কপ্পীনবা লৈতরবী, ব্রাবীনবা য়াওদ্রবী ঐগী পুন্সি অসুম্না অসুম হিংজখ্রগে। নবানিদং থুংনবা হোৎনৌ"

"তামো, নীপানবু ব্রাখল পীকসনমল্লি। তৌববুদি ঙানবীনা তামোবু নুংশিখিদবা নত্তে"

"ঐ ব্রারৌবা-নুংঙাইতবা করিমত্তা লৈতে। অদো মরুপ হন্নবা তৌরসি।"

ব্রাফমসিদ সন্ধ্যানা সনাবুন পায়খৎলকপসিদ চাউরেননা -- "য়ুমগদি য়াম্না নুংশিজরিবা জাৎনিদনা।"

মপুক্লিং নোকফেৎ তৌনা হায়রকই — "নিঙোল ওইবী কনানা হৌরকফম ওইরিবা মপাম লমদমবু নুংশিদবা কনা য়াওবগে? কোঙ্গৌতজম ইমা লাইরেম্বীনা মপাম লমদগী চাক চাখোম অমত্তং চারুবগীদমক মপামদ অদুম লৈহনখিবা নীংঙোল ওইবী কনামৎতনা নুংঙাইনদে অদুনা হয়েং মতম অমদ সোরারেনগী পুকচেলদি চেনবীরক্কনুকো" চীংনবা

লৈতনা চাউরেনগী লাইবক্তা চুপ্পবা মতুং চৎকে তৌবদ "ঙাইখো সন্ধ্যা" কৌরদুনা গাড়িদগী খাও অহুম তোঙান তোঙননা লৌথোক্লগা– "ফজবা ফজদবদি খঙদে নংগী ফিরোন খর, খুজিগা লৈরকপনি। সিনা নংগী, সিনা ঙানবীগী, সিনা নমান্নবী অঙাওবী অতৈগীনি'চ পীরক্লিবা খাওশিংদু লৌরগা – "চৎলগে"

সন্ধ্যা ঈশিং শোকলুরগা য়ুমলোমদ হল্লকলে। মবানিসু সন্ধ্যানা চৎখিবা মাইকৈ ঙহাক য়েংলবা মতুং য়ুমলোমদ হল্লক্লে।

সন্ধ্যা, য়ুমদ হেক য়ৌবগা চাউরেননা মাগীনি হায়দুনা তমলকপা ফিরোনশিং য়েংবা হৌরক্লে। মৌ ওইরবা মতমদ শেৎ-চাগদবা ফিরোনশিং ওইরম্বা অদুদ মপুক্লিং নিংহনবা লৈতনা নোকনৈ। থম্মোইদ মওং-মওং খলক্লে। অমুকসু নিঙোল ওইরম্বদগী মৌগী শিংদ চন্নবা মতমদ অনৌবা হোংলকপা পুন্সি খল্লুরগা মপুক্লিং মোমোন নোকচৈ। ফিরোনশিংদু মফম চানা থমজখ্রবা মতুং চাকশংলোমদ চঙলক্তুনা থোংগদবা ইনশাং অদু শেম্বা হৌরক্লে। মমাসু চঙলক্তুনা মতেং পাংলি। নুংঙাইরম্বদগী অৱাবগী শকফম ওনথোরকপা অদুদ মমানা হংজরকই – "কৈদৌরে ইবেম্মা হকচাং নুংঙাইত্রবরা?"

সন্ধ্যানা– "ইমা, ইপ্পারা? ইবুংলা? ইচেরা-ইনাওরা অমত্তং লৈজরম্লবদি ঐগী থম্মোইনা কয়াদ নুংঙাইজগদবা।" মমা নুংঙাইতে। "ইমা ঐ ঙসিদি বাবা পুকফবা নীংশিংলকই।" ৱাফমসিদ মমা নীংবা কায়বগী মীৎয়েং থমলকই। "অহাওবা অমা পুরক্তুনা ময়াম পুন্না চামিন্নবা পাম্বা বাবানি। চাক-ইনশাংদ হাওই-হাওতে থীখিদবা বাবানি। ঙসি খাতোননা পুরকলম্বা এনশাংসে ... ।" সন্ধ্যা মখা তাবা ঙমদনা কপলক্লে।

"মশা-মউ অদুম য়াম্না ফবা নংগী বাবা শিনি থাজদনা লোইদাং কয়া হৌখরে নোংমতং লাক্তুনা ইমা-ইচা ইবানি কৌরদরে"

'ইমা বাবাদো ঐগী পুন্সিনা হিংলিবমখৈ কাওবা সুকঙম ঙম্লরোই।"

"ফরে মখা তারনু"

"ইমা বাবাদো ... "

"করিগীনো ঙসি নংনা নপুক্লিং অদুম য়াম্না নুংশিনা কপ্লিবদুবু?"

সন্ধ্যা, মখা তাদনা চাক লোইনবা কন্না হোৎনখরে। নুমিৎ অসি হৌখ্রবা ৱারীদু নীংশিংদুনা থম্মোইবু ৱাবা ওইখরে।

## (৭)

লৈমাহনবী মপুক্লিং নোকনা চঙলকপদ মনেমবোক্কা মায়োক্লরে। হরাও-তয়ামলম্বদগী অৱাবা নীংবা কায়বরোমদা ওষ্ঠোরকপ শকফম খুৎইনা থাবা ৱাৎলগনি। মনেমনা করি হায়রক্কদগে খঞ্জাননা মাই থাংগৎচনা লৈবা ঙমলক্তরে। মনেমদুনা— "কনাগা অমুক নুংশি পাওখোং চন্নরুরে? ইমৌদি মাইথোং মকা লামমিদা" লৈমাহনবী খংঙি। মনেমনা মখা তারকই — "নং ইমুংসিগী ঈজৎ মাহহল্লক্কনু।"

"ইমা!"

"শেংদবনা অশেংবা শাবা ইনেমদি নত্তে"

খাঙবা ঙমলক্তবদগী অসুন্না খোন খর কল্লপ্না— "ইমানা নমৌ ঐবু য়াম্না লাননা খনবীরে। ঐদি ইমুংশিগী চৎনবী ৱাংমদ লমলানবা কনাগুম্বা অমগা তোঙানবা মরী অমদি থমদেকো। থমগে হায়নসু খনদে। ঈশ্বর অমা লৈজরীবা অসিনা থৱাইদগীসু হেন্না লুনা খনজদুনা হিংজরীবী নমৌনি।"

"ফজৈ হাযদুনা মমল তাংনা লৈরকপা হৈনৌ অমুনবা মনুংদ তিন চংলম্বা অর্থ অমদি লৈফম থোকই।"

"ইমা।"

"নংনা মবম ওইদুনা ঙসি ইমুংসে লৈখা তারক্লবনি।

মখা তারমদনা মথকলোমদ কাখৎলক্কুনা মাগী কাদ চঙখরে লৈমাহনবী।

মনেম নুপী ওইবীগী হৌনবা লেপ্তুনা কন্না ঙাংবা হৌরকলে-- "নংনবু অফবী নুপী অমা ওইরবদি ইমুংসে নহালনা চাওখৎপা য়ারবনি। অদুবু কদাইদগীনো খঙদে মীনা পামদদুনা হুন্দোকলম্লবী লৈ অমবু ইচানা হেক পুশিল্লকই।" মথন্তা অমুক শাওজৈ মথক লোমদ অমুক কাখৎলক্লে। চঙলকই-- "নংতা শিখরো?" ৱাফমসি লৈমাহনবী পুন্সিদ অহানবা তাবা তমথীবা ৱাঙাং ওইবনা মপানথোংদ ফোংদোকচদরবসু থম্মোইনুং দদি লাম্মৈদগী হেল্লি। "ঐ ঙসিদি য়াম্না শাওনীংঙি। ইশাবু মতিক চাবী মী ওইজবরা খঙ্গজদনা নীপানা থাকলগনি মতাগুম তুং হেক্তা ইল্লক্লিবা থম্মোইদু ঙমবু ঙমই" চঙশিন্দুনা মমৌদুদ ফুই। মনেম ঙাংবা য়াবা মখৈ ঙাংলম্লগা কাদুদগী থোকখিদুনা কুমথখরে।

থাপ্লক্লা টেবন্দ লৈজরীবা মপুরোইবগী ফোটোদ মীৎয়েং থমলকলে। ফত্তবা ৱাখল খললকলে— "ঐ য়ুমসিবু থাদোক্তুনা চৎলসিরা? ঐগী ওইজরীবা মানদি ঐবু নুংশিবীরি। মানদি ঐগীদমক ৱাজরগা ঐনদি মাগীদমক অৱাবা কয়া অসিবু খাঙবা

ঙল্লরোইদরা ? ইনেমনা নুংশিবীদরে হায়দুনা ইপুরোইববু থাদোক্তুনা হেক্তমক চৎলগদরা ? নুপীদি মপুরোইবগী মখা পোননা হিংবনি। অদুনা নুংশিবা মাগী ৱা অমা ঐ তাফম থোক্তবরা ? অদুদ মানবু য়ারক্কদরা ? হে অপঙবী ঐ য়াওদরবা মা অদুদি মা ওইররোই।"

সোমদ শখিয়া হোবে-হোবে চঙলক্লে। নুপী অনি খর তৌঙম্বীনি। মনেমনসু য়াম্না চান্নে। মীগী ইমুং কায়নবা উজরগা পেনজবী নুপীনি। লৈকাইনসু নুপীসে মশক মুন্না খঙঙি। মনেমদুনা — "ইবেম্মা নং লাক্লবরা ?"

"হোয় ইচেম্মা। ইচেম্মনা য়ুমদ লাকলমই হায়বদুদ ঐসু করিগীনো খন্দুনা ফিরোনগা অমত্তা হোংদোক্তনা লাক্লবনি। ইচেম্মা করি তান্নসি হায়বনো ?"

"নংনা খঙলিবা অদুমঙাই ইচেমদি নুংঙাইফম ঈরৈ লৈতে। শিবা ঙাইরিব পুন্সি হায়বদুনি" ৱাফমসি তাবদা লৈমাহনবী খুৎতা পায়রীবা মপুরোইবগী ফোটোদু তাখিদুনা কায়খরে।

"খঙদে ইচেম্মা, নুপীদি ওফিসকী থবক তৌরবা য়ুমদগী অরং-অরাং খরবু য়াওরক্লবদি গুণ অমবু হাপ্পী।"

"ইবেম্মা অদুগুম্বী ইমৌদি ঐঙোন্দদি থোকলরোই।"

মমিৎ লাওথোকলগা খুৎ কাপ্পী কাপলগা — "কৈদৌবগী থোকলোইদগে ইচেম্মা ? নুপী নীপা মরি মঙা লুহোংবা য়ারবা য়ুগনি।"

"অমা লৈনা অতো প্পী নুপী অমগা করম্না লুহোংগনি ? অমরোমদ মদুদি মীতৈ ঐখোয়দদি চৎনদে।"

"অমবু লাক্লগদি হান্নগীদু লৈবা নুংঙাইতবদগী অদুম চৎচখ্রদবনি। নত্রগা অতোপ্পা নীপা অমদ নম-হাদুনা থাজখরগা লোইরে।"

"মাবু কন্নানা লৌবীগদৌরীবনো ?"

"হৌজিক মতমদবু নুপীগী নীপা ৱাৎপরা ? তৌববুদি অশেংবা নীপাদি ফংলরোই।"

"তপনা ঙাংঙু লৈমাহনবী তানি"

"তাজসনু তানবা ঙাংলিবনি"

"হোয়দ তাজসনু"

মবানি ৱারী শান্ন-শান্ননা কাখৎলক্তুনা চঙলকই। লৈমাহনবী ফমুংদ ওন্ন-থোইনা অৱাবা মৈচাক খাঙজরি। "লৈমাহনবী" নুপীদুনা কৌরকপদগী খংহৌ হৌগৎলি। "নংগী পুন্সিদ নীংবা থুংনবা অতোপ্পা নীপা অমদ লৈহৌরোদনা।" লৈমাহনবী ৱা ঙাংদে তুমিন লৈ। "ইনে ৱা হায়গে তাও— হৌজিক মতমদ অফ-ফত্ত লৈতরবনি।

ইশানবু য়ারবা অদুম ফরবনি। নীপাদু লৌয়াম চাবা ইনাক খুনবা মীওইনি।”

লৈমাহনবীনা– “ইনে ঐ নুংঙাইবা থীবা লাকপা নত্তে। অদুগা ইশাগী অপাম্বনা মীবু মাঙহন্নীংদে। ইনেবু হৌজিক য়ুমবানমিন্নরীবা মামাদু থাদোক্তুনা অতোপ্পা নীপা অমদ য়ুম পানবীবা ঙম্বীগদরা?”

ব্রাহংসিদ শখিয়াদ নত্তনা মনেম ফাও শাওরক্রে। শাখিয়ান – “ইশাগী কান্নবা ফং গদবা ওইরবদি চামাগী অতোম্বী ওইগে খল্লিবী ইনেনি।”

“মাল্লি। পকসু পকচনি। করিসু কায়দে। নীপা নহাশিংনা ঙাওজবা শকনি”

“করি ...?” খুৎ থারকপা অদু লৈমাহনবীনা ফারগা – “ইপুরোইবা ওইজরীবা মানা ঙসি ফাও খুৎপাক্লা ফাও থাজদরীবা মাইথোংসিদ নংগুম্বীনা থাবা নতিকলা?” হায়দুনা খুৎতু ইম্ভোরকপদ শখিয়া হায়ফেৎ তুগে তৌই। “শেংলবা থম্মোই অসিবু অতোপ্পা লমলানবা অমগী মবেম্মা ওইহনবদি লায়রদুনা ওক্তবী ওইহনবফাও ঙমলোই।”

“নং ইচা অনিনা ইচাউ-চাউনা লেপ্পসিদ য়াম্না ইচং থৌরেনে” মনমেদুনা হায়রকই।

“হৈ নংবু ওক্তবী ওইহনবা ইনেমদি করিসু লৈতবা থৌদোকনি খঙঙু”

“নুংশিজরবা ইপুরোইবা অমনা থম্মোই শেংনা লেপ্পীরবদ য়েকনবা কনামৎত্তা কিদে। কিফমসু থোক্তে। ঐ মীতৈ নুপীনি”

“লৈমহানবী” শখিয়ানা।

“ইনে শা ফাওবা লমচৎ-শাজৎ মোৎনদ্রবা মতমনি ভাব তাবীয়ু। ইনে অদুগীদমক ওইরীবরদি লেংবীরো য়ারে।”

“করি নংনা তাননগা চৎকদবী নুপীরা ঐ?”

“ইনেবু ইমুংসিগী কনানো?”

“ইমুংসিগী মীনি নং কৈদৌগে হায়রিবনো?”

“ফরে মখা তাবীরগনু চৎপীখরো ইনে”

“নং ঐ কনানো মশক খঙদে”

“খঙবা অদুনা তান্নবনি চৎপীখরো”

“নংবু হৌজিক হাৎতোকতুনা থৌরী য়ানশিন্দুনা থম্বদ কনানা করি তৌবা ঙমগনি?”

“ইনে!” লৈমাহনবী খুৎ থানীংলবসু মনেমগী মতৌসিদা ঙমজদরে। “মশাগী ঈজৎ য়েংদবী নুপীদি ইনেগী ওইদ লাংদ থুদুনা ওক্তবী ওইবী ময়াওরমগনি। চমজরবী

নুপীনা নাম্থোকচদুনা কয়াদ মনীং তমজরমগদবা ঐ খঙই।"

"নং ... " মনেমদুনা চঙশিন্দুনা ফুরক্লে। "নংবু ইনেমনা দোলান অসিদগী ইম্থদুনা হাৎতোকখিবদ কনানা অশেংবা শাক্ষি পুথোরকপা ঙমগনি" শমিয়াসু য়াওনা ফুরক্লে।

"নংগী ফনবা খনবী ঐবু নংনা ফত্তনা খল্বা"

"ইনে, পুন্সিবু মমল নাইরকপা ঐ তশেংনা কি"

"হুম!"

শামিয়া লৈমাহনবীদ অমুক্তং পেন্নবা ফুরবা মতুং থোকখরে। মনেমসু থোকখরে। শাইয়া চঙলকপদ মখোয়গ মায়োকনৈ। শাইয়া চীংনবা অমা পোকপদগী পরপ পরপ কাখৎলকই। "ইনম্মা" হায়ফেৎ কৌখিবগী খোঞ্জেল তাবদ লৈমাহনবী ফিজিনা পীরাং তৈথোকচৈ। হান্নগী শকফম মর্ত্তি হনজিন্নবা হোৎনজৈ। শাইয়া চঙলকপগা মপা চান্ননা লৈমাহনবী হৌগৎলকপদ তুগে তৌবদগী ফিংলপ্না চেনশিন্দুনা মনম্মাবু কোনখৎচহৌই। "ইনম্মা ঙসিদি কোক য়াম্না ঙাওই।"

"কোক ঙাওবনা মীওইবগী শকফম লোইনা ওনবরা?"

ফিভম-মূর্ত্তি কায়বরা?"

"ঐগী ফিভমসি নংনা লাননা খল্লমলে।"

"অদুদি হায়য়ু — করিগীদমক মীৎ-না ইপোম পোমলিবনো? শমলাংনা শারাক তমথ্রিবী নুপীগী মতৌগুমনা চোইজাইনরীবা?"

"শাইয়া, ইনম্মা করিসু তৌদে"

"ইনম্মা নহাক ঐঙোন্দদি অশেংবা হায়দোকনীদবরা?"

"ইনম্মা ফমুংদ ঙহাক্তং হিপকে" শাইয়া মনম্মবু ফমুংদ হিপথহনখরে। "চাক্তি লোইরবনি। ইনশাংদি ঙহাক শৌহল্লবদি য়ারনি থুমসু থাক্লবনি।"

শাইয়ানা হায়রকই — "ইনম্মা ঐ লোইনা খঙই। মীওইবা অমনা পুবা থাংবা ঙমলোইদৌবা মীওৎ মীনৈ, অৱাবা নুংঙাইতবা কয়াগী মরক্তা হিংলিবা ইনম্মনি।"

শাইয়া থোকখিগে তৌবদ — "শাইয়া নং ইনম্মবু নুংশিরবদি ইমাগদি খৎনগনুকো।"

"খৎনরোইদ ইনম্মা" থোকখিদুনা ইনশাংগী মৈদু মুৎথৎলম্লগা কুমথখরে। লৈমাহনবী মপুক্লিংদ ইচিংদ চীংননা লৈহৌই।

শাইয়া, মমাগী কাদ চঙলক্লে। অশাওবদু ফাথজরগা খোন তপথরগা— "ইমা ইনে শখিয়া কৈদৌবা লাকলম্বনো?"

"মদু খঙলগা নং কৈদৌগে হায়রিবনো ?" হিপলম্বদগী হৌগৎলগা হায়রকপনি।

"ইমা, ঐসু ইমানা পামজদবা ময়াং, পাঙন্দ য়ুম পানবা তারেদনা"

মমা মমিৎ লাওথোক্লগা শাওরকই— "হে নংনা ঙাংলিবা অদু করিনো ? তানীংদে তুমিন লৈয়ু।"

"মব্বা-মপুরোইবা লৈন-লৈনা অতোপ্পা নীপা পুশিন্দুনা লৈমিন্নরম্বদগী লৈকাইনা মশীং খঙদনা ফাখ্রবী নুপীনা চঙলম্বসে ঐগী পুক্লিংদ য়াম্না চীংনৈ"

"হে ইমানা কৌরুব্বদগী লাকপনি। মীবু ফত্তনা খনগনু।"

"ও ! ইমাসু ... " মখা তাদনা করেমননা নোকই। "ইমানা ব্বাখন্দুবু অফবা ওইগনি খল্লবদি লৈখা তাবা নত্তনা অফবদি লাক্লরোই। ঐ তাচৌ লৈতবা তানজা য়েংলগা ইনম্মাসে ইমানা হাৎকদৌরি। হাৎকদৌরিয়ে।"

"হে ইমানা ননম্মাদ করি তৌরে ? ইমৌ ওইজরবসু হেক পোকচবী ইচাগুম্না খনজরীবনি।"

"পুকতনা অমা, চীনবান্দনা খোহিতৈবী ইমানবু ... ?"

"ঙসি নংনা ঙাংনবশিং ইমা কয়া নুংঙাইতে।"

শাইয়ানা হায়রকই— "ইনম্মানা ইমুংসিগী অব্বাৎ-অপা খরদং ওইরবসু মেনশিন্নবা হায়দুনা মখুৎনা হৈজবা লাইশিং য়েকপী তম্বীদুনা অঙাংশিংগী মপুক্লিং নুংঙাইহল্লিবা। মশাগী শেলফম খরসু কায়দনা অদুম লাকলি। ইশু-ইমান্নবীতা নত্তনা ইনখৎলক্লিবী নুপীমচা লৈশাবীশিংনা ইনম্মনা য়েকপা-লোনবা, শাবা ফিশিংতমক পাম্নরীবা অসি ঐখোয়গী চাউথোকনীংঙাই নৎত্রবরা ?"

"শাইয়া নং মখা তারনু হায়বা য়াদরে।"

"ইমা, নুপীনা নুপী ওৎপা ধর্ম্ম অদু ঐখোয়গীনত্তে, মীতোপ ময়াংচাশিংগীনি।"

"ইমাগী থম্মোইনা পামদরবদি লোইরবনি। মখা তারনু।"

"ইমা অরং অরাংনা পুল্সি মমল লেপ্পা য়াপোৎত্তে। পুল্সি হায়বসি ঈজৎনি। ইজৎনবু লৈখা তারবা থব্বাই শিবগা চপ-মান্নরবনি। অদুনা ঈজৎ কৈথেলদসু য়োন্দে, মফম কৈদসু ফংদে"

"নংগী পাওতাক ইমা পামদে তানীংদে।"

"ইমা নহাক থম্মোই য়াম্না কল্লি।"

"কল্লি ! কল্লে নুংগুম, শিৎলে নুংশিৎকুম খঙলব্রা ?"

"ইস! "

"নং সিদ চবৎ-চবৎ ঙাংলগনু। ইমানে নীংবা য়াম্না থুংদবজাৎনি।"

"সুনিতানা ইনম্মদগী করি হেল্লবগে?"

"করি লাইরিক তমলক্তবী, মমা-মপা মফম খঙদবী নুপী অসিগা মীগী মচা ইনাক খুনবী, লাইরিক হৈরকপী, থবক তৌবী সুনিতাগা চাংদমনবা য়াপোৎতে।"

"অদুবু ইমা মপান্দ মহৈ-মশিং তমলকপী নুপী মীতৈ পাখংশিংনা য়াম্না কিনরবনি অদুগা ইমানা হায়রীবী নুপীতনা মচিন-মনাও মমা-মপাগা লৈনরীবা মরী কায়নহনবনি। লাইরিক হৈরগা লাইসু খঙদবী নুপীশিংগী মনুংদ সুনিতাসু অমনি।"

"ঙসি ইমানা হিংচাবী ওইরীবসি করিগীনো?"

"ইমানা ফগে হায়না ফৰবদ করিসু লৈতে। শিরবকান্দ মীওইবসে করিমত্তা পুদবনি ইমা"

অসি হায়দুনা মমাং লৈথোরকপদ ঙগাই-মখৈ তুমিন তাদুনা লৈরিবী মনম্মা লৈমাহনবীগা মায়োকনৈ। শাইয়া ঙহাক তৌফম খঙদে। লৈমাহনবীনা– "নংগীদুবু পাঙ্গল কল্লি, থৌনা লৈ খন্দুনা ঐখোয়বু উশিৎতবরা? ঐবু নুংশিবগী গুণ অদুনা নং ইমাদা মায়োক্নবা ঙম্লবা নত্রা?"

"ইনম্মা!"

"নংনা অদুম্না তৌরবদি ইনম্মা নংবু য়াম্না কিরক্লে। নং মহৈ-হৈরবী নুপী অমা নৎতবরা?"

"মান্নি অদুবু মীওইবগী ৰাখল চেনদ্রবী ইমানা লৌরিবা ... ।"

লৈমাহনবীনা মরক থৎলকই – " করিসু লৈতবী ননম্মা ঐগীদমক নংনা অদুম হকনা ৰাবীগদবা নত্তে। ঐনা মরম ওইদুনা ইমুংসিগী ধর্ম্ম কায়নহবা পামদে। ঙসি ঐঙোন্দ পীরিবা ইমাগী দন্দি অসি ঐগী খ্বাইদগী মতিক চাবা দন্দিনি।"

ৰাফমসি চাউরেন চঙলকপগা মপা চান্নে। ঙকচান্নে। "কৈদৌনরবগে?" কনামত্তা পাউখুম পীরক্তে। ফক্লাংগী ঘড়ীনা পুং তরেৎ তারে হায়দুনা মতম তাকলে। "কৈদৌনরবগে ইমা?" মমা পাউখুম পীরক্তে। "করিনো ঐনা হংবদ অমত্ত খুমদরিবদি?"

শাইয়ানা– "তাচৌ ... ।"

মমানা মরক থৎলকই– "য়ুম পাল্লক্লবী মৌ অমনা ৰাখল নুংঙাইতবা অমদি মপুক্লিং হরাও-তয়াম্না লৈত্রবদ ইমানা করম্না য়েংগদৌরিবসি।"

শাইয়া ঙকই।

"খঙদে ইমা ঐসু মানা হন্দক মরক শকফম খর ওল্লকপা অসিদ ইনুং-নুংঙাইত্রবনি"

"মপুক্লিংদ মা মীরোল্লবীনি হায়বা খষ্থজবা ঙমজদে। করিগুম্বা শিব-নাবা য়াওরো লৈকাইনা অমদি সমাজনা ফত্তনা খললোইদৌবগী মরম লৈতে।"

লৈমাহনবী থোইদোক্লা নুংঙাইজবা উৎতে।

"তাচৌ ... "

শাইয়া মমানা মরক হেক্তা থৎলকপদা অসিদ ফোংদোকনিংবা কয়াদু ফোংদোকচবা ঙমজদরে। "ইবেম্মা লৈমাহনবী নুপীনা মশা-মউ ফত্তবরা, মপুক্লিং হরাওনা লৈরমদবরা নীপানা নুংশিবীবা ব্বাৎপনি। ব্বাখলসু হষ্থবনি। ফরে চাক চাথোকনবা তৌরসি।" মমা মথকলোমদ কাখৎখিবগা চাউরেনসু কাখৎখরে। লৈমাহনবী কাখৎকে তৌবদ শাইয়ানা লেপ্তুনা সুম লৈবদুদ চঙশিল্লক্তুনা– "শাইয়া, লাকও।"

"ঐ ঙহাক লৈরগা চারগে"

"ঐখোয়গা পুননা চামিন্নরুরসি"

"ঐ চানীংদরে"

"কৈদৌবগী?"

"ইনম্মা করিসু তৌদে"

"শাইয়া, নংনা তৌরিবা অদু ইনম্মা খঙদবনত্তে, ইমাগা ঐখোয়গা মায়োক্লগদবা নত্তে। মশাগী নীংবা থুংজদবা অমা লৈবদগী তৌজরিবনি করিসু কায়দে"

"অদুবু হনম্মা ...

"ফরে মখা তারনু। লাকও চাক চারুরসি"

মবানি মথকলোমদা কাখৎলক্লে।

লৈমাহনবী চাকশংদ চঙদুনা চাক থীনবা হোৎনরীবা অসিদ মচন চঙলক্তরি। "নচন্দি?" চাউরেননা হংলকপনি।

"লাক্লনি" চাক পুখম টেবন্দ থমই।

"ইমা হৌরসি"

মমা-মচা চাখরে। "নংসু চাররো? লাকওদনা।"

"ইচা শাইয়া ঙাইখিগে"

"নংগী মোরোক মেৎপা য়াম্না হাওই। য়ামদবরা খর হাপলকউ হায়ববু"

"য়ানি হাপচরক্কে।"

"ইমাদ ঙাক্রা অতাওবা অমগা হাপলকউ।"

"য়ারে য়ারে ইমাগীদি"

লৈমাহনবী চঙশিন্দুনা হাপ্পী।

"হয়েংদি নখোয় য়ুমদ চৎলুগে হায়দুনা ছুটি লৌরক্লবনি"

মমা চাক হুক্কে তৌবদগী খংলেপ-লেপ্পগা মীৎয়েং তুমিন থমলকপদুদ লৈমাহনবী হরাওজবগী মাইথোং উৎথোকচবা ঙমজদরে। "ছুটি লৈবা কান্দ চৎপা য়াদরা? হয়েং নঙোন্দ কায়রকলোইদরা?"

"অদুগীদি থোইদোকপা অকায়বা লৈরোই। লৈমাহনবীগী ইমাদো নোংমতং ওইরবসু লাক্তবা অসিদ ... ।"

"চৎলু চৎলু য়াই"

মমা খুৎ হামতোক্লবা মতুং মখাদ কুমথখরে।

"ননেদো কৌরগা চামিন্নরোদনা" হায়রম্লগা থোকখরে।

লৈমাহনবী শাইয়াগী কাগী থোং লোনশিল্লম্বা অদুদ নুংঙাইজদে। তপ্পবা খোঞ্জেন্দ কৌরকই– "শাইয়া, থোং হাংদোকউ। নং চাক চাদরবদি ইনম্মাসু চাররোইকো? থোংসে অমুক্তা হাংদোউ নংবু।"

"করিগীনো মানা নুমিৎ তাবদ ঙাইরি তুমখিবা অদুনা? চাক চাররোই হায়রম্বরা?" চাউরেননা হংলকপনি।

"থোইদোকপা হায়রমদে। মনম্মা ঐঙোন্দ ওইনজবনি। শাইয়া নং থোং হাংলরোইদরা?" শাইয়াগী পাউখুম অমতা ফংদবদগী "ফরে ফরে" হায়রম্লগা চাইরিবা ময়ামদু লোইশিল্লবা মতুং চঙলক্লুনা হিপখরে। লৈমাহনবী-শাইয়া নুমিদাংগী চাক চাদনা অহিং অদু হৌখরে।

থংনবা নুমিৎকী অয়ুক অঙনবনি।

মহৌশাগুম্না ঙননা হৌগৎপদ থোইদোক্লা নুংঙাইতবা ফাওদবনি। অদুবু ঙসিদি কোক ঙাওফিং-ঙাওফিং তৌবদগী ফমুং মচিদ ঙহাক ফমথজে। টেবলদা লৈরিবা ঈশিং গ্লাস অদু লৌরগা চীন-য়া হায়ফেৎ শেংদোকচরগা থকচরি। লৈমাহনবীনা ইরু মায়থজবা লোইরবফাও মপুরোইবা চাউরেন নীংঙাইদনা তুমলি। চঙশিন্দুনা ঈশিং মচুম খর

শমলাংদগী চাউরেনগী মাইদ তাহনবদ ফিংলপ্না হৌগৎচরকই। লৈমাহনবী নোকচৈ। ব্রা-লাং অমত্তা ঙাংদনা "চঙলকউ" হায়বগী মওংদ ঈঙ্গিৎ পীরকপদ লৈমাহনবী য়ানীংদবা মওং উৎলগা তুংলোমদ খোঙথাং খর হনদোরকই। চাউরেন ফুক লাউনা হৌগৎচরগা লৈমাহনবীবু খুদাং ফাদুনা খংচিং-চিংশিল্লি। "নংসে ঙসিদি য়াম্না ফজেবু" হায়দুনা খজাইদ চুপকে তৌবদ লৈমাহনবী য়ানীংদবা উৎলকই– "সে ঙাওশিন্ননু।" চাউরেনবু হায়ফেৎ ইষ্ণোকচরগা কাদুদগী থোকখরে। ঙহাক লৈরগা চীনি য়াওদবা চাজম গ্রাস অমগা, চানবা লফোই, শেমনচিংবা পুশিল্লক্তুনা টেবন্দ থমই। "ইচন নুপী শাইয়া ঙরাং চাক চাদবরা?"

"নবানিবু ঙরাং চাক চাখিবরা?"

লৈমাহনবী মখা তারমদনা অদুম থোকখরে।

"আদ চৎপা থেংখিগনি লোইশিন্নবা তৌরো"

লৈমাহনবী শাইয়াগী কাদ চঙলকই। মচননুপীনা নিংঙাইদনা তুমলম্বা অদুদ মথম্মোয়নুংদ নুংঙাইজদবা পোকচরি। শাইয়াগী হকচাং নোমলগা– "শাইয়া হৌগৎলো মতমসে থেংলবনি। হকচাং ঙমদবরা?" শাইয়া তারবসু তাশিন্দনা অদুম তুমলি। থোইদোকনা মনম্মদ ব্রারৌবা নত্তে, অপোকপী মমাদ নীন্দ তৌজবতনি। "নংবু হকচাং ঙমদবরা? ঙমদ্রগা ডাক্তর কৌরগা য়েংহলসি। মীৎ পাংথোক্তুনা করিসু তৌদে হায়বগী মওংদ উৎলকই। মখা তারকই– "অদুদি নং ইনম্মবু ব্রারৌবা নত্রা?" ব্রারৌদে হায়বগী মওংদ ঙক হাইরকই। "ননম্মা ঐবু নংনা য়াম্না নুংশিবদাই। ইমানা ঙাংবা-চৈবা, শাওদব ঐদি ব্রারৌবা হৈতে। হনকৎনা খুম্বসু ইনম্মদি কি। নৎতবা মীৎয়েং থম্বসু পামদে। নংসু খল্লু ইমানা ঐখোয়গী ঈরক্তা কয়াম কুইনা লৈগদৌরিবনো? ইমানা ঙসি ফাও ঐখোয়গীনি হায়দুনা হিংবীরিবা তেল্লবা পুক্সি নুংশিদরা? ঐদি নুংশি ইমা অসিনা লৈখিদবা নুমিৎতগী কনাদ ইমা হায়না কৌবা ফংজগদগে? ইংথবা শাওদবা, চানবীবা মীৎয়েংতনা ইমাবু জয় তৌবা ঙমগনি খল্লি।" শাইয়া হৌগৎচরক্লে। মচনগী মাইথোংদ চেষ্টরক্লিবা পীরাংবু তৈথোকপীরি।

মরকসিদা চাউরেননা– "লৈমাহনবী লোইশিল্লবরা নংবু?"

"লোইশিনগদৌরে"

"কদাইদ চৎকদৌরীবনো ইনম্মা?"

"ঐখোয় য়ুমদ চৎলুগে তৌবনি"

"ঐ লাক্লে ইনম্মা"

"নং য়াওদরবদি ইনম্মা কৈদৌবগী চৎকদৌরিবা?" মবানি নোকমিয়ে। "অদো নং ইনম্মাবু অমুক হননা ব্বাহল্লগনুকো। ইনম্মা থা মরী হায়রকপসিদ ব্বা ঙাংবা য়াম্না ব্বাই, অব্বাবা খাঙবসু য়াম্না চোকথৈ।"

"ঐ ইনম্মাবু অমুক হন্না ব্বাহল্লরোই।"

লৈমাহনবী নোকলুবদগী হন্থরকপদ "আ" হায়দুনা ফমুং মচিন্দ ফমথজে। শাইয়া ফিংলকপনা পাখৎচদুনা— "কৈদৌরবগে ইনম্মা?" পাউখুম পীদনা লৈমাহনবী পুক পায়দুনা চৈনা ঙহাক খাঙলবা মতুং মখোয় নোকলকপা অদুদ—"ইনম্মা নং মমা হায়বা মিংথোল অনৌবা অমা ফংগদৌরবনিনা নপুক্লিং নুংশিদরা?" লৈমাহনবী নোকফেৎ তৌজে। "ইনম্মা মীওইবা ঐখোয়সে নুংশিকো।"

"অদুনবু ঙসি নংগী তাচৌগী নুংশি খুদোল তাইবং মিৎকপ থোক্কদবা কুইদরবনি।"

"ইনম্মা নীপা ওইনা পোকউকো"

"করিগুম্বা নুপী ওইনা পোক্লবদি কমদৌবা?"

"অদুসু করিসু কায়দে অদুবু নীপা হায়বসিনা শাগৈ মুৎতেদনা ইনম্মা"

"নীপা ওইনিদ ঐগী খঙজবা অমা লৈ"

"ঙাইখো ইনম্মা আদ চৎপদু ইমানা য়ারবরা?"

"য়ারে। নং লোইশিনলো ইনম্মা ইমাগী চাক চাখোম অমত্তু থোংলমগে" লৈমাহনবী থোকখ্রে। শাইয়া মপুক্লিংদ চীংননা বঠরুমদ চঙখরে।

লৈমাহনবী থোকলকপদ মনেমনা অমুক্তা কুমথরকউ হায়বগী মওংদ খুৎনা ঈঙ্গিৎ তৌরকপদগী কুমথরকই। "করি হায়গদৌরিবনো?" চীংনজনা চঙশিনজরকই। "করি হায়সে ইমা?" মাইথোং মকা লাম্না হংজরকপনি।

মনেম অদু লৈমাহনবী মওং মতৌ ঙহাক য়েংলবা মতুং— "নয়ুমদ চৎপদ নব্বা পুবা য়ারোই" লৈমাহনবী থম্মোইদ স্বাই লাওই। মাইথোং মকা লামজরম্বদু মকশিল্লকই। য়াম্না নীংবা কায়রবী অমগী শকফম চপ-চানা ওইরে। "নথন্তা চৎকদবনি। অদুগা নুমিৎ তাদ্রিঙৈদ য়ুমদগী হল্লক্লবা হোৎনগদবনি। করিগুম্বা নুমিৎ তারবা নংগী চঙফম লৈরোই খঙলব্রা? চৎলো লোইশিনজরুরো। ইমাগী চাকক থোংবীরল্লগনু ঐ থোংজরগে।"

লৈমাহনবী মাইথোংদ নুংঙাইতবা, নীংবা-কায়বা অমত্তা উৎতনা চঙলক্কুনা ফিরোনশিং শেৎ-চারি। থোইদোকপা কেবা-খোৎপা তৌদরে। চাউরেননা— "লীক্কাদি অমত্তা শিররোইদরা লৈমাহনবী?"

"শিদবসু য়ারে"

"হোয় ফজবা মীদি ফজদুনত্তা লৈবনি। অদুবু ... " উপুদগী লীক লৌথোক্তুনা লৈমাহনবীগী ঙকশমদ শিবীগে তৌবদ— "অঙাং মচা মাল্লক্কনু।" চাউরেন ঙকলক তৌই।

"করিনো নংনা ঙাংলিবা অদুবু? ফরে শিরনু। চৎলসি য়াররা?" মমা তুমিন কাখৎলক্তুনা ৱারী তারি।

"ঐ ইতোন্দ চৎচরগে"

"এ! ঙরাংদগী ইবীনি চৎসি হায়নরে অদুগা হৌজিকনা কৈদৌরবগে?"

"করিসু তৌদে।"

"করিসু তৌদ্রবদি ঐগা চৎমিন্নবা য়ানীংদবা অমা য়াওরীবদুগী মরম পীয়ু।"

"মরম অমত্ত লৈতে"

"লৈমা, ঙসি নং কৈনো অমা ইতৌ তৌই।"

"অদুবু ঐ ইথন্তা চৎলুগে হায়রীবা অসিদ করি অকায়বা লৈগদগে?

"নপাম লমদম নুংশিরবা খুঙ্গংদুদ ঐগী পুননা চৎমিন্ননীংদ্রবরা?"

"মফমদুগা সিগদি খেন্নবা লৈদনা"

"ঐনা খেন্নবা থল্লগদি ঙসি মপা অমা হায়বগী মিংথোন ফংবা ঙমদনা পুন্সিসে লোইখিবা ওইসনু" মীৎতা চেম্থরীবা পীরাংদু তৈথোকচৈ।

"মখোয় তাচৌ!"

শাইয়া চঙলকপদ মপা চানবদগী খংলেপ-লেপ্তুনা য়াম্না ঙকনা মীৎয়েং থমলকখি।

"নংগী পুন্সিদ তারীবা অৱাবা-নুংঙাইতবা খুংদিংমক ঐ খঙদবদি নত্তে, খঙলিবনি। অদুবু নংগী থম্মোইনদি মপান থোকনা উৎথোরকতবা অদুনা ঐসে মায়থীরক্লিবনি। অদুগা অমনা — ঐনা নুংশিবা শাদুনা নংবু মফমসিদ থম্বদি নৎতেকো।"

"কৈদৌরবগে ইনম্মা?"

"হংঙুনু মদু য়াম্না ফত্তবী নুপী অমনি"

"তাচৌ মীনা তাখরগা ফজদে তোকপীরো।"

"নংনা মফমসিদ য়ুম পাল্লকপদগী নপানদ অনিরক শুনবু চৎখ্রবরা? নহালমুকসু চৎসি হায়নৈ নংনা য়াদবদগী চৎতে। কয়া অমসু ... মখা তানীংদে"

"ইনম্মা চৎলসি"

"ঙসিদি ইনম্মা ইতোন্দ চৎলুগে"

"নংনা অদুম য়াম্না ব্বারৌনা হিংগনি খল্লম্নবদি পুক্সিসে য়ুম পানজরমদবনি হেননা ফরমগদবনি"

"ইনম্মা, ইমানা করি হায়রবগে?" খুমলক্তবদগী মখা তারকই— "ইনম্মনা ফন য়াম্না লোৎনবা হোৎনরবসু নচনদি খুদিংমক খঙই। ইমানা ঐখোয়গা চৎমিন্নবা য়ারম্নরোই।"

"লৈমা, ঐনা ঙসি ব্বারীবসে নংনা ঐবু থাদোক্তুনা চৎখিগদরা অসি মতংনি। নত্তে নংসিদ লৈবদ য়াম্না নুংঙাইতবরা?"

লৈমাহনবীনা করিগুম্বা অমত্তা হায়রক্তবদ চাউরেনসু মখা তারক্তরে। পীপা অমা ওইবগী অশাওবা খম থেংলে। উপাই লৈতে মথন্তা তৌফম খঙদনা শাওজরকলে। ওইথংবা খুৎ অদু কোকতা অমুক নান, চীনবান্দ অমুক নান তৌদুনা লৈরক্লে। মাইথোং দসু নুংঙাইজদবগী মমি তারক্লে। অমুকসু স্বার শাংনা হোম্ব্জরগা লৈমাহনবীদ মীৎয়েং হায়রপ থমলকই। শাইয়াসু নুংঙাইরকতরে। চীকলবা মিৎকুপতু থুগায়রদুনা— "ইনম্মা নং ইমাবু য়াম্না কিবরা?"

"ইমানবু ঐঙোন্দ করি কায়দুনা নখোয়না ইমাবু করিগীদমক লাননা লৌরীবনো?"

"অদু ওইরগনা চৎনবা লৌরসি য়ারবা নৎত্রা?"

ঙসাই মখে ব্বারী তারীবা মমা চঙলক্তুনা খোন খর হায়ফেৎ কল্লপনা— "লৈমা, নংনা তৌরিবা অদু ইনেমবু ফত্তবী তাহনগদৌরিবরা?"

মখোয় অহুমমক মমাদ মীৎয়েং থমলকই ঙকলক্লা।

"করিনো ইমানা হায়বীরিবা অদুবু?"

ওনশিল্লক্তুনা— "হে নংসু নতুগী নতুং ইন্নীংলবদি চৎখো ইমা করিসু হায়রোই।" অসি হায়রম্লগা মমা শাওনা থোকখরে। চাউরেন করিগুম্বা অমত্তা ফোংদোকপা ঙমহৌদরে।

লৈমাহনবীনা হায়রকই— তপলকনা —"শাইয়া ঙসিদি ইনম্মা ইতোন্দ চৎলুরগে। হয়েংমুক ইনম্মগা পুন্না চৎলসি।"

"ইনম্মা ঐগা চৎলুসি।"

"নং হেক চৎলুরো ইম্মা তোকলগে"

ব্বাফমসিদ শাইয়া কুমথরম্বদগী চপ-লেপ্তুনা লৈহৌই। লৈমাহনবী মপাম লমদম চৎনবগীদমক য়ুমদগী থোরক্লে।

লৈমাহনবী য়ুমতুদগী থোরক্লুনা গাড়ি ঙাইরকপা নুংখায়মুক হৌখরে। চাউরেনসু মাগী মারুটি কারদু থৌদোক্লুনা লৈমাহনবীগী মওং-মতৌ য়েংজরি। লৈমাহনবীনদি মপুরোইবা চাউরেন উবা লৈতরি। ঙহাক লৈরগা উচিন-নাচিন্না মখোয়গী মখুঙ্গং তমনা চেনবা গাড়ি বস অমা থুংনরে। গাড়ি অদুনা হেব খাম্বদ লৈমাহনবী কাখৎখরে। মানা ফমফম থীরিঙৈদ তুংদগী মখোয়গী খুঙ্গংগী নীপা (চহি কুনথ্রতরুক) অমনা হংলকই--"সন্ধ্যা নত্রা?" লৈমাহনবী তুং-লোমদ য়েংথোরকই। হরাওনা অমদি ঙকনা– "তাচৌবা! কদাইদ চৎলুরিবনো? তাচৌবা?"

"নাওবীচাদু লুহোংগদৌরে। অদুগী পোৎচৈ খর লৈবা লাকপনি নং য়ুমদ চৎকদৌরিবরা?"

"উং! নাওবিচাবু করি লমদ হোংগদৌরিবনো?"

"আ থাঙ্গ ময়াদ" নীপাদুনা ফমফম পীরে।

ব্লাফমসিদ লৈমাহনবী নোকই। গাড়ি থৌবা হৌরক্লে। চাউরেনসু তপ্না-তপ্না ইন্নরকই। "নীপাদুদি করি থবক তৌই?"

"স্কুলগী ওজা ওইরমলে। নংদি নুংঙাইরিদনা?"

"নুংঙাইরি তাচৌবা।"

"নবুংঙোদি চৎলুসি হায়বা য়াদরা?"

ব্লাহং অসিগী পাউখুম ঙহাক পীদে। "য়াই অদুদ ওফিসকী থবক খর চিনবদগী চৎপা য়াদরবা। ঐখোয় ইমাদি নুংঙাইরিবরা?"

"নুংঙাই অদুবু খরদি শোক্লে। নংনদি লাক্কনি লাক্কনি হায়দুনা পাও চেন্নক্লগা লাক্তবদ ইনেদুনা নীংবা কায়বগী শকফম ওঘোকনবু নুংঙাইখিদরে। ঙসিদি পাও চেনখিবরা?"

"চেনদে তাচৌবা।"

"নংগী খাতোননা তৌদুনা হন্দক হোসপিতান্দ পুখৎতুনা হকচাংগা-মীৎকা য়েং থোকলুরবনি। নৌপ্পা অরুন অমদি মাগী নুপীদু ওঘোক্লা ফখরেদ।"

"ঐখোয়গী খুঙ্গংদি কমদৌরি?"

"খরদি হোংঙি। নংনা হোরেন য়ৌবগা অদুম খলগনি। নন-মনিপুরী তাশিন্নকপা য়ারোই হায়দুনা অচৌবা থৌদোক অমা থোকখরে।"

"হৌজিকপু তারবরা?"

"তাদরে লোইনা চৎখরে।"

গাড়ি বসতুনা খাম্বা খুদিং চাউরেনসু খামই।

"হে-লৈদি অদুম ফজনা হৌরিদনা তাচৌবা?"

"উং। হন্দকতসু হে-লৈগী মেলা তৌখিবদুদ পুথোকখ্রবনি। অদুদ ফংলকপা শেলদুনা লম্বী থোং কয়া ফজনা শেমজিনজরে।"

অসুন্না ৱারী শাদুনা লাকপনা পুং অমা তারমদাইদ মহাক্কী পোকনফম খুঙ্গং য়ৌরে। মখোয় গাড়িদগী কুমথরক্লে। "সন্ধ্যা, নং য়ুমদ চঙলুরো। ঐ পোৎ-চৈশিং অমুক্তা লোইশিনহৌখিগে।" লৈমাহনবী মাগী ময়ুম তাবা লৈরক্তুদ চঙলক্লে। লম্বী থোং খর হোংজরগসু মহৌশাগী ফজবা মাঙলমদবা অদুদ হরাওজে। য়ুম পানখ্রবা মতুংদগী ঙসি লাক্লিবা অসিনা অহানবনি। অদুনবু মাইথোংদ উৎলিবা অৱাবা নুংঙাইবা অনিদু থোইদোক্লা পুক্লিং নুংশিনিংঙাইনি। চাউরেনসু থুংলরে। গাড়ি থাপলপ্পা খামলম্লগা চঙলকই।

লৈমাহনবী শুমাং য়ৌরকপদ হৌরমলিবা নাপী ময়াম, ইংখোলসু ইশোং শোংলম্বা অদুদ নুংঙাইজদরে। অদুম ওইনমক পাকলবা শুমাংদ ফৌরিবা মোরোক অঙাংবা ময়ামদুনা রাশি অমদি হাপলি। ইংখোলনুংদসু হৱাইমুবী, হৱাই থরাক, কোবী, হঙ্গাম খর খর ফজরমলে পুন্নমক অসি ফন্নবা হোৎনবদ মমানা কয়াদ ৱাজরমগদগে খনবদ নুংঙাইজদরে। লৈমাহনবীনা ইমুংদ চৎখ্রবদ চাউরেনসু চঙলক্তুনা ইংখোলগা অশং-অমানশিং য়েংলি। ফমুংদ চঙদুনা য়েংবদসু মমা লৈরমদবা অদুদ কদাইদ চৎখ্রবগে খল্লকই। তাংলক অসিদ হরাও হরাওনা চঙলক্লিবী মমানা— "ইবুংঙো লাক্লিবরা?" খোঞ্জেলসিদ লৈমাহনবী ইমুংদগী থোরক্তুনা থোংজিন ময়াদগী য়েংলকপদ মপুরোইবা চাউরেন ওইরম্বা অদুদ ঙকচৈ। লৈমাহনবী, চাউরেননা মাবু অদুগীমতিক নুংশি হায়বসি খঙদবা নত্তে, অদুনা মনেমবোক্কী মীওৎ-মীনৈ কয়া খাঙদুনা শিজরগে খন্দুনা হিংলক্লবী লৈমাহনবীনি। চাউরেনসু অসিমমঙাই খেন্নবা লৈতে।

"উং ইমা" খুরুমজরকই।

"চঙলকউ। লৈমাহনবীদি?"

"ইমুংদ চঙখ্রবনি ইমা। ইংখোলসে য়াম্না ফজরমলে। ঐনা নহালমুক লাকপদগীদি।"

"নশেননীপা অরুননা শেমলম্বা ঙাক্তনি। মসিদ মাগী নুপীগা লোয়ননা নুমিৎ তরানিমুক লৈরম্মী।"

ৱারী শান-শানা মাঙ্গোল কাখৎলকই।

লৈমাহনবী থোকলক্তুনা— "ইমা" খুরুমজরি। মমাদুনা কোনখৎপীরগা নুংশিনা চুপচৈ।

চাউরেন ঙহাক মিৎচান্নবা লৈনৈ। লৈমাহনবী করি খল্লবনো খঙদে মীৎলুদ পীরাং ঈহৌরক্লে। মদু চাউরেন উদবা নত্তে, চঙশিন্দুনা— "লৈমাহনবী, ঐদি নংগীনি কপকনু" তুমিননা হায়রকপনি। লৈমাহনবী মপুক্লিং নোকফেৎ তৌজে।

"ইমাবু কদাইদ চৎলুরিবনো?"

"নংগী মামা থোই লৈতরে। অদুগী হয়েং আষ্টি থোকলে। পোৎ-চৈ শেমলুবনি।"

"করি ওইনা লৈতবনো ইমা?"

"হার ফেল হায়বরা? হায় এটেক হায়বরা কৈনো খঙদে"

"হাদ ফেল হায়বনি ইমা।" চাউরেননা হায়রকই।

"ঙানবীদি লৈহৌবরা ইমা?"

"উং"

মখোয় ইমুংদ চঙলকলে। চাউরেন ফিরোনশিং হোংদোক্লবা মতুং য়োৎপাক থাংজৌ পায়রগা থোকখরে। "নখোয় চাক চারক্লবরা?"

"চারক্তরি ইমা"

"অদুদি চাক মৈ থাগৎনবা তৌরসি।"

"পুখ্রিদি ইমা ঙা লৈরিবরা?"

"লৈরীবনি"

লৈমাহনবী ইমুংদগী থোরক্তুনা শুমাংগী নাপী ফাললিবা মপুরোইবগী মনাক্তা চঙশিল্লক্তুনা— "পুখ্রিদগী ঙা অমত্তা য়েংশিরা?"

"য়াই কৈদৌগে?"

লুউপ পুরক্তুনা মপুরোইবদ পীররে। "লোক থুংনিকো"।

"ইবেম্মা ঙসিদি থুংদরে" হায়দুনা লৈমাহনবীগী মনাতোন্দা হায়ফেৎ পায়রগা চীংলবা মতুং পুখ্রিরোমদ চঙখরে। লৈমাহনবী নোকলগা চঙখরে।

মমানা চেং চামবা খোৎপগা লোইনা লোইরমলে।

"ইমা থাও লৈরীবরা?"

"খর লৈরমগনি। ইমা লৈরুগে। সে অলুসি শেমলম্মু। ইমা ইংখোন্দগী মৈতৈ তিলহৌ হেকলুখিগে। অদুগা মৈতৈ অলুগা য়োংচাক্কা ঈরোনসি।"

"য়োংচাক পাল্লবরা?"

"খর খর পাল্লকলে"

"অদুদি শিংজু অমসু শুরসি"

"হোয় হোয়"

মমা থোকখ্রবা মতুং ঙহাক লৈরগা চাউরেনসু ঙা অচৌবা অমা ফাদুনা মনীং-থোংদগী— "ঙাসে শেম্বীরক্লগে থাং অমা পীরকউ।" লৈমাহনবী হৌগৎতুনা ফকলাংদ থেৎপা থাং অমা লৌথোক্লগা মপুরোইবদ পীরগা— "ঙাদু শেম্বা লোইরগা য়োংচাক খর হেকপীরককেরা?"

"উং" মঙক নোম্লগা খুমলকই। ঙা শেম্বা লোইরবা মতুং থমলমলগা য়োংচাক হেকপা কৎখরে। মমাসু চঙলক্তুনা শেম্বা খোৎপা ঙহাক য়াওরি। "নচননুপী পুবীরকপা য়াদ্রা?" ব্বাফমসিদ লৈমাহনবী মমাদ মীৎয়েংদম থমলগা পাউখুমদি পীরক্তে। "নংনা লাক্কনি লাক্কনি হায়দুনা পাও চেল্লক্লগা লাকখিদবা করিগীনো?" ব্বাহং অসি চাউরেন চঙলকপগা মপা চানবদগী খংলেপ লেপ্লগা মীৎয়েং অনি মীৎচান্নে। "ইমা, লৈমাহনবীনা য়াদবা অমা লৈবদগী লাকখিদরে। অদুগী ব্বারৌবীবা য়াদে" চঙলক্তুনা ফমথরক্তুনা য়োংচাকতু য়োংখোৎ লৌরগা খেৎপীরি। "ইমা ইরু মাইথজরুখিগে অমুক" অর্থ লৈনা থোকখি।

"ঙানবীগী মপাবুং লৈখিদরম্লে"

চাউরেন ঙকলক তৌনা স্বাই লাউই। "কয়াম কুইরবগে?"

"আষ্টি লৌখৎতরীমালে"

"চাক-ইশিং চাদ্রিঙৈদ অমুক্তা চৎলুসিরা?"

"উং"

"লৈমাহনবী, ঐদি নংনা নীংবা কায়না চৎখিবা অদুদ থম্মোইসে কয়াদ ব্বাজখি খঙব্রা?"

"মখোয় তাচৌনদি ঐবু অদুগীমতিক নুংশিবীরি। ঐনদি নহাক্কী নফমদ মতিক চাবা নুংশিবা উৎথোকচনবগী পাঙ্গল হেক হেক মাঙলকপগুম তৌই। মসিবু করিগীনো?"

ঙহাক তুমিন লৈনৈ।

"নংগী থম্মোইদ চাউথোকচবা ঙম্বা অমা য়াওদবগুম তৌই। ইমানা নংবু পামদে নুশিদে হায়বদু ঐ খঙন-খঙনা লোৎপদি নত্তে, মতম খরদি খাঙবা তাবনি"

"খর তৌরগা ইমাদ হেক-হেক তায়নবীবা অদুবু করিগীনো?"

"নংগী অদুগুম্বা পুকচেল অদুদ ঐসে হেক-হেক মায়থীরীবনি। খম্থুফম খঙদনা থম্মোইসে পোথাফম খঙদনা হেক হেক ৱাই। নংনা লৈবা নুংঙাইরোইদৌবা ওইরবদি ইবানি মফমসিদ লাকপা তাবনি" ৱাফমসিদ লৈমাহনবী ঙাথোংবা অদুদ থুম থাককে তৌবদ খংলেপ লেপ্তুনা ঙকননা য়েংলকই। "নংগী ঙা থোংবা অদুদি ওম্থোকনা মনম নুংশিরেদা।" লৈমাহনবী থুম থাক্লি।

"নুংশিদদি" মবানি নোকমিন্নে।

মবানিগী মতৌদুদ ঙসাইমখৈ তুমিন য়েংজরীবী মমা হরাওজবগী পী চেম্থজরকই।

"শিংজু শুবা লোইরবরা?"

"উং" লৈমাহনবীনা খুমলকই। "ইমা হৱাই মতোন খর হেকলকউবা।"

"হৌজিক্কি খর চানবা হেকলক্লগে। হোরেন পুনবদি কোননা হেকসি" থোকখরে। ঙাংনা ঙাংনা।

"ইমাসে মাসিদ মতোন্দ লৈবা নুংঙাইরমগদবা মানদে" লৈমাহনবী করিমৎতা হায়রক্তে। চাউরেনসু তুমিন লৈ।

মমা হৱাই মতোন্দু শেংনা চামথোকলগা চঙলক্লে। "নখোয় ঙানবীহোয় চৎপদু হোরেন নুমিদাংৱাইরম ইংথরবা কান্দ চৎলুরো। চাক থীনবা তৌরো" চাউরেন থোকখিদুনা খুদৈ অমা হোংদোকলগা চঙলক্লে। লৈমাহনবী তৌরীবা ময়ামদু চঙশিন্দুনা মতেং পাংবীরি।

"নুংশিনবা হায়বা অসিদগী হেনবা অথোইবা অমত্তা লৈতবনি। নুংশিবা হায়বসিনা পুন্নমকপু জয় তৌবা ঙমই। নংবু নুংশিনদ্রবা ফনমক ফবা য়াইফবা ওইসনু, ককচেংনা ঈশিংদ তাবদ খুনখৎপীবা লৈতে।" মমাগী ৱাফমসিদ মবানি ঙহাক য়েংনৈ। "ইমাগী চাকতু য়ামল্লি।"

"ঐগা পুননা চামিন্নরসি ইমা'চ

মমাগা মপুরোইবগা চাখরে। লৈমাহনবী অৱাৎ-অপা-হাপতোক হাপচিন তৌরি।

"নংগী ঈরোনবসে ওম্থোক্লা হাওখরে। য়ামদ্রবরা?" চাউরেননা হংলকপনি।

পাউখুমদি পীদবা ঈরোনবা হাপলি।

"ঙা থোংবদুগা শিংজুগা হাপ্পীয়ুদনা ইমাদ

"ঐগীদি য়ারে। নবুঙোগী হাপপু"

লৈমাহনবী ঙাথোংবা, শিংজু হাপলিঙৈদ— "য়ারে য়ারে। নংসু চাথোকলুরো।"

লৈমাহনবী চঙশিন্দুনা মমাগা চামিন্নরি। "হন্দক্তি হৈ ফজনা পান্নবনি। খর হেকখোকো" মমা ঙাংনা ঙাংনা হৌগৎখরে। মমাদুনা হেক হৌগৎখিবগা চাউরেননা ঙা মতুম ফজবা অমা লৈমাহনবীগী পুখমদ হাপলকপদ লৈমাহনবীনা য়েংখৎচরকপা মীৎয়েংদু ওন্তোকনা নুংশিনীংঙাইনি। "ইমা মাঙ্গোন্দ ফমলম্নগে" থোকখরে।

"লৈমাহনবী, নুংশিবী নংগী মীংদ লৌউ-শিংউবগী লমদ চাথোক হেননা পুথোকপা ঙম্নবা প্রোজেক্ট অমা পায়খৎসিরা খল্লিবনি। থবক অমা পায়খৎপসি পাক হেক য়াদে অদুবু য়ানবা মরম অমদি লৈ— লৈমাহনবী চাক হুককে তৌবদগী খংলেপ-লেপলগা য়েংলকই। "মসিগী মরুওইবা অমদি নংনা ওইগদৌরীবনি।"

"ঐ মখোয় তাচৌনা হায়বীরিবা অদু ভাব তাবা ঙমদে"

"ঐসে নংগী কনানো?" ব্রাহংসিদ ঙকলক তৌই।

"ঐগী ঈশ্বর নত্তনা অতৈ করি ওইরীবগে?"

"নংগী অব্রাবা পুন্সি লম্বীদ ঐগা চৎমিন্নবদ নংনা লাপথোকনীংবগী মওং অমা তত্তনা উৎলিবা অদুনা ঐঙোন্দ কয়াম ব্রায় নং খঙব্রা?" খুমলকতবদ মখা তারকই— "অদুনা লৈমাহনবী, প্রোজেক্ট অদু মায় পাকহনবা হায়বসি নংগী খুৎতা লৈরে হায়রীবা অসিনি"

"অদুবু ফরেনে— কংলৈপাক অসিদদি লমগী মপু ওইবা য়াম্না লুই। অদুগা য়েৎপীনবা মীসু ব্রাৎতে"

"অদুগীদি করিমত্তা চীংননীংঙাই লৈতে। মায়োক্লবদ ঐখোয়না শোয়দনা মায় পাক্কনি।" ঐ তোকলম্নগে" হায়দুনা হৌগৎখরে। "নংগী করি হাপ্পীরম্মুগে?"

"য়ারে"

"অশেংবনিকো"

অওইবনি" নোকমিন্নৈ। "য়াম্না হাপনীংলগা শিংজু খর হাপ্পীরমগেরা?"

"শিংজু য়াম্না চাগনু গর্ভদ লৈরীবা অঙাংদুদ শোক্কনি"

"নতৌ য়েংগে তৌবনিদ শিংজুদি তরাইরদুনা ঈরোনবা ফাও চাজদরবনি।"

"নং" চঙশিন্দুনা লৈমাহনবীগী খজাইদ পেননা চুপ্লবা মতুং থোকখরে। লৈমাহনবী মোমোন নোকনা লৈহৌই।

অসিগুম্নবা তাঙ্গাসিদ "নেনেচৌ লাক্লে" হায়দুনা হরাও-হরাওনা লৈকাইগী অঙাং নুপামচা, নুপী মচা কয়া থুংলরে।

"নেনেচৌ নং নুংঙাইরীবরা?"

"নেনেচৌ নং লাক্লিবরা?"

নেনেচৌ করি পুরকই চারগে?"

"সহরদদি নুংঙাইরমগনি নেনে"

"নেনেচৌ নং হকচাং ঙমদবা মাল্লি মাইথোং মকশিল্লি" অসিগুম্বা ৱাহৈশিংসিদ লৈমাহনবী খুমফম খঙদরে।

"ঐদি নুংঙাইরি। নখোয়সু নুংঙাইরিবা নত্রা?"

অঙাং ময়াম অদুনা চপ-মান্ননা খুমলকই– "উং নেনেচৌ"

অঙাংশিংগা লোয়ননা থোকমিন্নরক্তুনা মানা পুরকপা অচাপোৎশিং অমমম য়েনবীরি।

"নেনে নেনে ঙাইবীগী মপা শিখ্রবনি"

নুপীমচা অমখকনা হায়রকই।

"নেনেসু তারে।'চ

"নেনে নুংঙাইতেকো" নুপীমচা অমনা অমুক হায়রকই।

"উং নুংঙাইতে। নখোয় ময়াম লাই য়েকপা ফজনা হৈরবরা?"

"ঐখোয় অয়াম্বদি হৈরে। থোইথোইগা পারিহনবগদি হৈতরীবনি।" নুপীমচা অদুনা খুমলকই।

"মরাইনা হৈজরক্কনি"

অসুম্না ৱারী শান্ন-খোৎনদুনা তৌরীঙৈদ নুমিদাংৱাইরমগী পুং অনি খর তাশিল্লকলে। অঙাংশিং অমদি লৈকাইগী অহন-লমন লোইনা হন্নখরে। লৈমাহনবীগী থম্মোই তপথবা ঙমদনা ৱারক্লে। ঙসাই মনেমনা হায়রকপা ৱাহৈশিং নীংশিংহন্দুনা হান্নদগী হেন্না ৱারক্লি। লৈকাইগী মনে মনম্মাশিংনা পীরকপা ইনশাং-নাপীশিং লৌন লৌন– "চৎনবা তৌরসিরা?"

মমানা হায়রকই– "ঙানবীগী য়ুমদা চঙলম্নরোইদরা?"

"ঙহাক চঙলমগে ইমা"

মমা-অমদি লৈকাইগী মনে মনম্মশিংনা কোঙ্খোংফাও থিনতোকপীরবা মতুং পীবীরকপা অফবা মঙ্গোলগা লোয়ননা ঙানবীগী য়ুমগীদমক হৌরকফম ওইরীবা য়ুম থাদোকলমলে।

সোমদ ঙানবী ইমুংগী থবকশিং তপ্না-তপ্না লোইশিল্লি। ঙহাক লৈরগা গাড়িদগী কুমথমিন্নরদুনা তুং-মাং চঙমিন্নরকই। "ঙানবী"

"সন্ধ্যা" মবানি চেৎনা কোনশিন্নদুনা ঙহাক কপমিন্নরি। "নং নুংঙাইরিদনা?"

"নুংঙাইরি। নংদি?"

"নুংঙাইরি ঙহাক্তং ফমসিলাও"

"ফম্লরোই। ঙানবী, পুন্সিগী অৱা-অনা, খুদোংথীবা কয়া নুপী ওইরিবী ঐখোয়না খিৎ হেন্দবা থেংনবা?"

"সন্ধ্যা!"

"ইসু-ইমান্নবী কয়ানা নৌনা পুন্সি কেমখিবা ৱারী ঙাসিদি তোয়শিল্লকলি। খঙদে ঙানবী শিবা ঙাইবা হায়বদুনি"

"করিনো নংনা ঙাংলিবা অদুবু?"

"ফরে য়ৌনবা তৌরগে ঐখোয়। হয়েং আষ্টি লাকপা ঙমদরবসু সোরাৎকী বর্ত্তনদি য়ৌহল্লকউ।"

"তামো নোংহনবদি য়ুম পাল্লব্রা?"

"উং পাল্লে। নুপা ঙাক্তা অনি শুখরে।"

চাউরেন চঙশিনলক্লুনা বেগতগী পৈশা লৌথোক্লগা — "ঙানবী, য়ামদি য়ামদে পাবুংগী দেব-কর্ম্মদ লুপা লিশিং অনিসি শিজিন্নবীয়ু।"

"য়ারনিদ তামো"

"নংগী থম্মোইনদি য়ারম্বা য়াই। ঐগী থম্মোইদি য়াদে। সে ঙানবী" ঙনবী চাউরেননা য়াদবদগী লৌশিনখরে।

"সন্ধ্যা য়ৌখরো ঐ লৈহৌরগে"

"ঙানবী, ঐগী মীং হোংলবনি। লৈমাহনবী নুংশিবনা পামজনা থোনজবা মীংনি।"

"য়াম্না ফজে"

লৈমাহনবী মপুরোইবা চাউরেনগা লোয়ননা য়ুমলোমদ হল্লকলে।

সোমদ মনেম অদু লান অমা তৌগে হায়বা মতাগুম কোয়চৎ চৎলি মাঙ্গোন্দ। ফক্লাংগী ঘড়িনা নুংশিনা পুং মরি তারকলে হায়বগী মওংদ-- "দিং দোং লাওনা খিংলক্লে। "ঐসে কয়াদ উশিৎতরীবনো?" মতোন্দ অঙাওবীগুম্না শোনজৈ। শাইয়া মমানা তৌরিবা খুদিংমক উই।

তাংলক অসিদ থোঙ্গাল হেক য়ৌবগা পুং মঙা তারে। চাউরেন গাড়ি খামদুনা কুমথরকত্রিঙৈদ – "ঐ হাননা চঙলম্লগে নং ঙহাক লৈরগা চঙলকউকো।" লৈমাহনবীনা পোৎশিংদু লৌথগে তৌবদ খামলকই– "পোৎশিংদুদি গাড়িদ য়াওজরস্নু। সে খাওসিদং পায়হৌ।" তুংদা লৈরিবা খাও অমা পীরকপদু লৈমাহনবীনা লৌই। চাউরেন লৈমাহনবীগী কোক্তা নুংশিনা নানবীরকই। লৈমাহনবী খাও অদু পায়দুনা কুমথহৌবা চাউরেন গাড়ি থৌজিল্লকপদা মমানা মীৎয়েং পৈরপ্লা য়েংলকপা অদুদ চাউরেন গাড়িদগী কুমথরবা মতুং চঙলক্তুনা– "ইমা, লৈমাহনবী হল্লকতরিবরা?"

মমানা ঙহাক খুমলক্তবা অদুদ চাউরেন অৱাবগী স্বার অমা শাংলপ্লা "করি থোক্লগদগে? খনবা হোম্নুজরকই।

"নংগদি চৎমিন্নদবরা?"

মশাদ থোপগৎপা তৌদনা ঈং তপ্লা খুমলকই– "ঐদি মরুপ নোংহনবগী মমা মশা ঙমদে হায়বদুদ হংবা চৎলুবনি। মাগদি চৎমিন্নদে ইমা।"

"নংগীসে শেংঙেকো?"

"অরানবা য়াওদবরনি ইমা" চাউরেন পুক্সিগী অহানবা ওইনা ঙসিদি মমাগী মফমদ লৈমাহনবীবু নুংশিবগীদমক মিনমজরে। "ঐ লৌরুসিরা? গাড়ি য়াম্না চেনবা নৎতবনিনা হল্লকপা খুদোং চারকগদবা মানদে।"

"কৈদৌবগী লৌগদৌরিবা?"

অসুন্না ঙাংনরিঙৈদ লৈমাহনবী চঙলকই।

"ঐদি হল্লকতরবদি ফনি খল্লম্বনি অদুবু ইকাই খঙদবী অমনীনা হল্লকইদনা" মনেমদুনা হায়রকই।

"ইনম্মা খাওদু ঐ পুশিল্লগে" শাইয়া থোরক্তুনা মনম্মদগী খাওদু লৌরগা চঙমিন্নরকই।

"নং ননেম ঐবুদি য়াম্না উশিৎতরে নত্রা? নং ঐ মশক খঙনীংবরা?"

"ফরে ইমা ঙাংলুরগনু। খর ঙননা হল্লকউ হায়রগা থেংলক্লিবদি কৈদৌরবা?"

খুমফম খঙদে। "ঐ ... ।"

"ফরে ফরে চঙখরো" মরক থৎলগা হায়রকপনি। লৈমাহনবী মচন শাইয়াগা কাখৎমিন্নরকই।

*"ইনম্মা, ইনে না-য়েক য়াওহৌদবা নত্রা?"*

"উং"

"ইনম্মা তাচৌগা ... "

চাউরেননা মরক থৎলদুনা— "গাড়িদ এনশাং-নাপী, হৈগা য়াওবনি তুমিননা লৌথোকলুসো।"

শাইয়া মোমোন নোকনা থোকখরে।

"ঙসিদি ইমাগী মফমদ করিসু লৈতবী ঐগীদমক মিনল্লবা নত্রা?"

"অদু কৈদৌরবগে?"

"ঐ ... " হায়ফম খঙদবগী মখা তাবা ঙমদে।

"লৈমাহনবী, অশেংবা নুংশিবগীদমক মিনম্বদ পাপ হায়বা ৱাহৈশি লৈরমগদরা? হায়য়ুনে খুম্মুনে। ঐনা নংবু নুংশিজবা অসিদ নঙোন্দা কায়রবরা?" লৈমাহনবী পাউখুম পীরকখিদরে। "ঙসি ইমাগী হোংলক্লিবা থম্মোইগী মওং ঐ খঙই লৈমাহনবী। নোংমদি ইমাগী মফমদ ইমাগী অপাম্বা খুদিংমক মচা ওইরিবা ঐনা হংগনি। মদুদ নংবু তশেংনা ইম্থোকপা পামলল্লবদি ইবানি নংগী হৌরকফম ওইরিবা খুঙ্গং অদুদ লৈবা তাবনি।"

শাইয়া চঙলক্লুনা— "ইনম্মা হঙ্গামগা ঙাক্রাগা থোংলসিরা?"

"উং"

"পোৎচৈ লোইনা লৌথোক্লবরা?"

"লৌথোকলে তাচৌ"

লৈমাহনবী মচনগা য়োয়ননা কাদুদগী থোকমিন্নখরে।

*"থম্মোইদা শাৎহনজরিবা লৈদু*<br>
*নংতবা মীৎয়েং চঙলক্লবসু;*<br>
*শেনবীনবা অমনা মতম চুপ্পদ*<br>
*ঙাক শেন্দুনা থমগ্লবদা*<br>
*নুংশিনবগী ৱাংলবা গুন্দ ফত্তবা*<br>
*মায়থীদুনা চেনখিগদৌবা ঙাক্তনি।"*

(৯)

মথংগী নোঙানবগী অয়ুক অঙনবনি। চাউরেন ঙসিদি ঙননা চৎতবা য়াদবদগী চাক্কা চাদবমখৈ ঈরু-মায়থজবা লোইরদুনা ওফিস চৎখরে। লৈমাহনবী করিগুম্বা অমত্তা হায়বা হংবা-খোৎপা নংহৌদবদুদ মথন্নাই নুংঙাইজহৌদরে। মচনসু ফিরোনশিং শেৎ-চাবা লোইরদুনা থোরক্তুনা– "ইনম্মা চৎলুখিগে।"

"অসুক ঙননা?"

"ইউনিট টেষ্ট লৈ ইনম্মা"

"চাক্তি?"

"হোরেন হল্লকলগা চারগে ইনম্মা"

চঙশিন্দুনা মনম্মদ মনম নমহল্লি। "গাড়িদু তপনা থৌকো" লৈমাহনবী মচননা চৎখিবদু য়েংলিঙৈদ মনেম অদুনা হংলকই– "ঙরাং নপামদ চৎপদ নন্না য়াওদবরা?" লৈমাহনবী ফিংলপ্পা লৈশিল্লক্তুনা য়েংলকই। পাউখুমদি পীদে। "নঙোন্দনি ঐনা হং লিবা অসি" হায়দুনা লৈমাহনবী ইল্লকপদ তুগে তৌবদ ফক্লাংনা ঙাকলৌ ওইজহৌই। "হায়য়ু খুম্মু ঙরাং নপামদ চৎপদ নন্না য়াওদবরা?"

তপলপ্পা খোন নিকতনা খুমলকই– "য়াওদে ইমা।"

"নং ইনেমদ মিনম্লবদি নচা উবা ফংদনা মাঙবা ওইয়ু পুন্সিদু।"

"ইমা!" লৈমাহনবী খাঙবা ঙমদবা অমগুমনা মিৎলুদ পীগী ইরাং চেল্লকলে। "ইমা অদুগুম্নক কল্লবা ন্নাহে শিজিন্নবগী মহুৎতা নমৌ ঐবু ফু-চৈদুনা ন্নারকপীয়ু।"

"হুং! নংনা হায়রিব অদুনদি করিগুম্বা ফু-চৈবদ শিখিবা তারবদি ননেম ঐঙোন্দ তাইনগে অসিনিনে নত্রা। মিনাইনুপী?" মথন্তা পুংশাওদ শাওই। "নং লৈবদগী ঐসে ফত্তবী ওল্লবনি।" লৈমাহনবী ইমুংদ চঙগে তৌবদ খামলকই। "ঙাইখো" লৈমাহনবী লেপ্পী। "চাক থোংবা নাইরি। ইনেমগী ফিরোনশিং য়াম্না মোৎলবনি। হাননা শুগদবনি।" লৈমাহনবী মনেমগী কাদ চঙদুনা ফিরোনশিং পুথোরক্তুনা থোরক্লে। "মচু তানা শুগদবনি।" লৈমাহনবী ফিশুফম রোমদ বালটিন, খুদেং, ফিরোনশিং পায়দুনা চৎখরে ঙহাক টৌটি ঈসিং তাবা ঙাইরি। পুং তরেৎ খর হেল্লক্লবদ লাকমন্দবদগী পুশিল্লকলিবা টৌটি মরীদ য়েংলুবদ থাংনা য়ানবগী মওংদ ফজনা হোরমলে। মদু থোইদোকনা হোবদি নত্তে, ঙসাই অয়ুক অঙনবদ মনেমনা থাংনা য়ানখিবদগী হোখিবনি। মদু য়ানবা হোৎনবদ লৈমাহনবীগী হকচাং পুম্বা চোৎলে। উচিন-নাচিননা ফিনা কননা কিসন বদগী

য়ারে। স্বার শাংনা অমুক্তং হোম্বজরগা ফি শুফম তমনা লাক্তুনা ফি শুবা হৌরক্লে। মনেম অদুনা মানা তৌরিবা খুদিংমক য়েংলি। ফিরোনশিংদু তিংশিল্লম্লগা ইমুংদ চঙগে তৌবদ – "কৈদৌবা চঙগদৌরিবনো?"

"ঐগী চোৎলবা ফিরোনশিংগে হোংদোকচগে তৌবনি"

"করিসু তৌরোই অদুম শুউ"

উপাই লৈতবদগী ফিরোনশিং তপনা তপনা শুবা হৌরক্লে। "ইনম্মদি অনা-য়েক লৈহৌদেদনা?"

"য়াওহৌদে ইমা"

"নপুরোইবগা ননেম ঐগদি কনানা হেল্লি নুংশিবা?"

ৰাহং অসি লৈমাহনবী পাক হেক থুনা খুম্বা ঙমদে। অসুক লুম্লবা ৰাহং করিগীদমক হংলক্রিবনো মখল্লকই। মনেমদুসু লৈমাহনবীগী মওং য়েংদুনা লৈ। "ঐঙোন্দদি চপ মান্নে ইমা" তপলপ্না খুমলকপনি।

"ঐ থাজে হং! নৰানা হেন্দরনে নংবু?" লৈমাহবী মীৎনা ফাও হনগৎনা য়েংবা ঙমজদরে। মখা তারকই– "নংনা সিদা সুম লৈরিবসে কনা য়েংদুনা হিংলিবনো?"

"ইমা"

মখোয়নী ঙহাক তুম্মিন লৈনরি। লৈমাহনবী ইংবা হেনজিল্লকপদগী নীকলক্লে। পুকতসু লেংবা থিনবা হৌরকপদু ৰানা খাঙজরি। মনেমদু ইমুংদ চঙখরে। লৈমাহনবী ৰাখল ফত্তবা কয়া পুখন্দ খল্লকলে– "ঐসিবু শিরসিরা? ঐ অমা মাঙখিবদি লায়রদুনা তাইবং মঙফাওনদ্রীবা অঙাং অসিবু ঐ হাৎতোকপা ঙম্লগদরা? ঐসিবু ... ।" কোক ঙাওফিং-ঙাওফিং তৌরকপদগী ঙহাক পোখাজরগা ফিরোনশিংদু শুবা লোইশিল্লকপদুনা ফৌদোকলম্বগা ইমুংদ ঙমদ ঙমদনা চঙলক্লে। "চাক মৈ থাগৎলম্মু অদুগা ইনশাংদি থোংলমখিগনু' চহায়রম্লগা চৎখরে। লৈমাহনবী মপুক্লিংদ ইচিং চিংনবগী ঙহাক খনজাননা লেপ্লীই।

লৈমাহনবী ইরু মায়থজবা লোইরগা চাকশংদ চঙদুনা চাক মৈ থাগৎলি। ঙহাক লৈরগা মনেম থুংলরে। চঙলক্তুনা– "সে এনশাংদি সিনা থোংঙু।" হায়দুনা থমই।

"করি ঙানো ইমা?"

"ঙা নত্তে, ষন্নি" লৈমাহনবী স্বাই লাউই। "ঙসি তৌরিবসি করিনো?" মখল্লকই। "ফজনা মহাও লৈনা থোংঙু।"

"ইমা ঐদি শাদি অমুক্তা থোংলকতরি।"

"থোংদবদু হৌজিক থোংঙু হায়রিব অসিনি। ঙসিদি শাথোংবা খঙচা চানীংঙি। মতুমদু ময়ায় ওইনা চাউহল্লু। শেম্মু" লৈমাহনবী মনেম কিবদগী শাদু তুক্তচনা শেমজরি।

তালকসিদ ফোন লাকপদগী হৌগৎকে তৌবদ মনেমনা চঙশিন্দুনা পায়খি। "হল্লো কনা ওইরবনো?"

"ইমা ঐনি। লৈমাহনবী লৈতবরা?"

"লৈ পায়হল্লককে চাউরেনগী ফোননি"

লৈমাহনবী চঙশিন্দুনা পায়রি। খুৎ ওইনা মবুকতা হায়ফেৎ নমজরি।

"লৈমাহনবী হল্লো"

"উং"

"হকচাং ঙমদবরা?"

"তৌদেদ"

"চাক থোংলুরীবরা?"

"ঔ"

"করি এনশাংনো?" ৱাহংসিদ মনেমদ মীৎয়েং থমলকই। "লৈমাহনবী"

লৈমাহনবী খংলকনা — "হাও!"

"করিগীনো নংনা ঙহাক লৈতনা তুমিন-তুমিন লৈরুরগা খুমলকলিবদি? কেদৌরবগে?"

"হৱাই থরাক্কা ঙাকুপকা থোংঙি"

"মনম য়াম্না নুংশি ঐগী খাকঅম্মুকো। অদুগা লৈমাইবী মমাংগী ইবুংঙো নাওবদ ঐগী উপুদা লৈরীবা অঙাংবা ফাইন অনিদু অমুক্তা থিনহল্লকউ।"

"উং" ফোন হেক থম্বগা হায়রকই— "করি হায়রক্লিবনো?"

"উপু মনুংদ লৈহৌবা ফাইল অনি খক নাওবদ থিনহল্লকউ হায়রকপনি ইমা" শাদু শেম্বা লোইরগা খুৎ-শেংনা হামদোকলগা থোরক্তুনা উপুদগী ফাইল লৌথোকলগা কুমথরকপদা নাওবা চঙলকপদগী ফাইন্দু পুরগা নাওবা চৎখরে। অমুক কাখৎলক্তুনা ইনশাং থোংবা হোৎনরি।

"চক লোইরক্লবরা?" ঙহাক লৈরুরগা চঙলক্তুনা হংলকপনি।

"লোইশিল্লকলে ইমা"

"থীরো"

থীবা খোৎপা লোইরদুনা থাংতোরক্তুনা টেবন্দ থমই। পুন্নমক থাংতোকপা খোৎপা লোইরবদা নাকন্দ লৈবা চৌকিদা ফমথরকই।

"নংগী এনশাংদি?"

"ইমা ঐদি চাররোই"

"কৈদৌবগী চারোইদৌরিবা?"

"শাদি পুন্সিগী চারক্কে"

অসি হায়রকপগা তেঙ্গোৎ পায়খৎতুনা চাকতুদ মহি হৈজিল্লবা মতুং মতুমশিং হাপ্পী। "চাও"

"ইমা ঐ ... ।"

"হে লম হেন্নু চাও"

মনেমদুনা হায়বদ য়াদবা অদুগী হৌগৎতুনা শা মতুম অমা পায়খৎতুনা লৈমাহনবীগী চীনবান্দ নমদুনা ইশিল্লি। লৈমাহনবী ওনিংলকপগী মওংদ "ওক ওক" তৌরকই। ওথোরকপদগী চঙশিন্দুনা লৈমাহনবীবু ফুরকই। অমুকসু নমদুনা ইনশিন্দুনা চাহল্লি। "নং খঙবরা?" হায়রম্লগা কুমথখরে। লৈমাহনবী চীনবান মেনশিন্দুনা বাদরুমদা চঙদুনা চাখিবশিংদু ওথোকলি। ব্রারকপদগী পুক পায়দুনা ঙহাক খাঙজরি। অসিগুম্বা শা-ঙাদ ফাও চৎতবা মীওৎ-মীনৈ অসিদ ঙসি মৌ কয়ানা মশা মতোন্দা শিজনীংবা ব্রাখল নত্রগা মনেমশিংনা হাৎপগী থৌদোক তশেংলবরা খনজে।

লৈমাহনবী ফমুংদ চঙশিন্দুনা পোথাজগে খনজবদু থম্মোইদ পোকলকপা অকি তুজুংবা অদুনা ঙমহন্দরে। হৌগৎলক্তুনা চাইরিবা ময়াম অদু তপনা-তপনা লোইশিনজরি। লোইশিনবা লোইরবা মতুং ফমুংদ চঙদুনা পোথাজরি। "হে থব্রাই নংনা করম্বা মতমদ ঐগী কান্নদ্রবা হকচাং অসি থাদোক্তুনা চৎলগদগে? নংগীনি হায়দুনা করিসু তৌবা ঙমদ্রবা পুন্সিসিবু থাদোক্তনা থমলিবা অসিবু করিগীনো? ঐদি হিংনীংদ্রবনি। নং ঐবু থাদোকলবা হে থব্রাই।" মতোন্দা থম্মোইদ শোনজরকই।

অয়ুক্কী পুং তরা খর হেল্লকপা মতমনি। লৈমাহনবী ইচম-চম্বা ফি অমা ইল্লগা, পাক্লবা লাইবক্তা চন্দোলনা মৈতৈগী চৎনবীদ পীকতকনা থিনজরি। অতিয়া মচুগী ফনেক অমা শেৎলগা য়ুমদুদগী থোরক্লে। শাখিয়াগী য়ুম তাবা লম্বীরোমদ লাকই। লৈকাইগী পাখংমচাশিংনা "ঐখোয় ইতৈমাসে ফজেকো।" ফজবা ব্রাহে কয়া তুংদ তামহৌই। অসুম্না লাকপদ ওইথংবা নাকন্দ মমামচা য়ুমগী মাঙ্গোন্দ ব্রারী শান্নবা তাবদগী

ঙহাক লেপ্লগা ৱারী তারি। মচানুপীনা– "মমা, ঐগীদি ফি ফজবা অমা লৈরকউ।"

মমানা– "অঙাং নংনা কৈদৌবগী ফি ইনগদৌরিবনো?"

"লৈশাবী মচা শাগে" থুনা খুমলকই।

লৈমাহনবী নোকফেৎ তৌজে।

"অঙাং নং খর খিৎ হেনমল্লি। নংনা নপ্পাগা শান্নরম্মু চৎথোকলগনুকো"

"বাবাদি য়াওরোইদরা মমা?"

মমা নোকফেৎ তৌজরগা থোকখরে।

"মমা কাওনুকো। খুৎজিসু য়াওরক্কদবনি মমা।"

"মমান থাপলপনা– "কাওরগ হয়েং লৈরকপা হায়বদনি।"

অসি হায়রম্বসিদ নুপী মচাদু শাওরকনা ইমুংদ চঙখিগে তৌবদ নাকল অমদগী "ইবেম্মা" হায়না কৌরকপা অদুদ লেপ্লগা মাই লৈথোক্লুনা য়েংলকই। খোন ৱাংলপ্লা-- "করি হায়গে?"

"মমাদ শাওবদগী হেনদোক্লুনা ঐঙোন্দসু শাওরীবরা?"

"শাওদদি। নং কনানো?"

"ঐ মাবোক্লি।"

"হুং।"

"নংগী নমিং করি কৌই। বাবাগী মীংসু হায়য়ু।"

"ঐগী মীংনা পুনমহনবী ওফ সন্ধ্যাবলি অদুগা বাবাগীনা ... " হায়বা লোইফাত্রিঙৈদ লৈমা হনবীনা খংনোক নোকখিবা অদুদ খংলেপ লেপ্তুনা ঙকলপ্না য়েংলকই। চঙশিল্লক্লুনা– "মাবোক নং ঙাওরবরা?"

"ঙাওদে। নংগী মীং ফজবা অদুদ ঐ নোকপনি।"

"নত্তে নং অঙাওবীনি ... নং অঙাওবীনি ... অঙাওবীনি"

হায়দুনা চঙলকপদ মপানা– "কনাদনো নংনা অঙাওবী হায়রিবা অদুনা?"

মপাবু খুৎনা চিংদুনা পুরকই। "বাবা অসিনি অঙাওবী"

লৈমাহনবী লুকথজরুবা মাইদু তপনা হাইগৎচদুনা য়েংখৎচরকপদা মীৎচান্নৈ। "তাদ খোমলেম্বা!" ঙকলকনা লৈমাহনবী তুংলোমদ খোঙথাং তপনা-তপনা হনদোরকই। খোমলেম্বসু ঙকই। "সন্ধ্যা নং ঐগী ৱাসে অমুক্তদি তাখো। মচানুপী মমিৎ লাউথোকচদুনা

ঙকচান্নবা লৈ। চঙশিল্লকই— "নং ঐগী ৱাফমসি তাদবা তারবদি ঐ হাৎপা পাপ নং পুবা ঙমগদরা?" ৱাফমসিদ লৈমাহনবী চেল্লস্বদগী খংলেপ লেপ্তুনা তপথরকই। স্বার থবেৎ-থবেৎ ৱানা হোন্তজরকই। খোমলেম্বা চঙশিল্লকপ অদুদ অকিবা পোকচৈ। "ঐ মহৌশাগী তাদ খোমলেম্বা নৎতরবনি।"

"ঐ সন্ধ্যা নত্তে।"

"হুং।" নংনা ফন য়াম্না লোৎলবসু ঐ খঙই নং সন্ধ্যানি। নংগী মীং হোংখরে হায়বা ঐগী মরুপ চীংলেমবনা হায়বদগী খঙখি। ঐগী ফৎত্রবা পুন্সি অসিবু ঐ ইশা ইতোন্দ নীন্দ তৌজরি। হোয় হোংফমসু থোকই, ঐনা নংগী চমলবী লানজদবী পুন্সিবু কয়াদা ৱাহনখিবা, ওৎখিবা, ঈজৎ মাংবা য়াবা থৌদোক কয়া থোকহনখিবা ... ঐ ফত্তবা মী অমনি।"

"তাদ"

"ঐগী ফৎত্রবা পুন্সি অসিবু ঙাকপীনবগীদমক নং ঐনা থীবা ৱানা থীখি, ফংখিদে। অদুবু ঙসি নুমিৎসে ঐগী খ্বাইদগী ফবা মিৎকুপনি। সন্ধ্যা ঐ নংগী নফমদ য়াম্না লানখ্রে। হৌখিবা পুন্নমক কাওথোকলগা ঐবু ঙাকপীয়ু হায়দুনা মীতৈ নপা অমনা নুপী অমদ উৎপা ফজবা ব্যবহার অদু উৎলকই। লৈমাহনবী তৌফম খঙদে। খোমলেম্বনা অসুম্না মখা তারকই— "সন্ধ্যা, ঐনা খ্বাইদগী নুংশিজবা সংসারসিদ পোৎশক অহুমখক লৈ — অহানবদ ঐগী ইমা-বাবা, ইচিন-ইনাও, ঐগী নুপী-ইচা, অনিশুবদা মীতোপ, মরুপ-মপাং শাগৈ-নাতৈ অমদি অরোইবদা মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ চীঙ্গাক, লৈফম অমদি অকোয়দ হিংমিন্নরিবা জীবশিং অমসুং পাম্বীশিংনি। ঐনা খল্লি— নুপী খুদিংমক ইমান্নি"

"তাদ ঐ ... ।"

"সন্ধ্যা নং ঐগী ৱারী খরসে তাখোবা। ঐ ঙসিদি উকিন ওইরে।" লৈমাহনবী হায়ফেৎ হরাওজৈ মখা তারকই— "ঙসি মী ওইজবা ঙমজরীবা অসি ঐগী নুপী অথোইননি। অদুবু লম্বীদি নংনা য়াৎলম্বনি। শিরগদবা থৱাই অসিবু ইমা লৈবাক্কীদমক কৎথোকপা ঙম্নবা অথৌবশিংদগী মানা লিজহৌবদগী ঙসি ঐ হিংলিবা অসিনি। অদুনা ঙসি ফাও ঐগী মফমদ নুপীগী লমন তোনদুনা লৈজরীবা অসিনি। হৌখ্রবা ৱারী কয়া নিংশিংলুরগা ঐ তত্তনা কপ্পী, তত্তনা ৱায়"

অসুম্না ঙহাক তুমিন লৈরুবা মতুংদ হংলকই—

"হকচাং ঙমলুদ্রবরা? শকফম খরদি ওনলকলে।"

"করিসু থোইদোকপা তৌদে। নুংঙাইরি।"

"অঙাংদি কয়া শুরবগে?"

ৱাহং অসিগী থুনা পাউখুম পীবা ঙমদে। হংলকপনি। "ঐগীদি অঙাং য়াওদরি।"

"ও! হৌজিকপু কদাইদ চৎকদৌরীবনো?"

"ইনে শাখিরা অমুক্তা উন্নজগে তৌবনি"

"খরমদি?" ঙকলকনা হংলকপনি।

"মানা ঐগী মরমদ ... ।"

খোমলেম্বনা মখা তারকত্রিঙৈ মরক থৎলকই— "ইনে শখিরা, সমাজনা তুক্কচনা খল্লবী, সমাজনসু ইন্থোকলবী নুপী অমনি। অদুবু মামাদুদি য়াম্না ফৰনি। চৎলুরো। নতোন্দ চৎপা নুংঙাইগদরা?"

"চীংনবা লৈজদে। চৎলুখিগে তাদ। অদো তাদ-ইচা পুনমহনবীসে ঐগী য়ুমদ নুতিগী নুমিদাংৱাইরম পুং অহুম খর হেল্লকপদা থাবীরকউ।"

খঙনীংনা— "কৈদৌবগীনো?"

"য়ুমগী মতেং খর ওইগদরা হায়দুনা লৈকাইগী অঙাং খর লাই য়েকপা খোৎপা তম্বীবা মরক্তুদ পুনমহনবীসু য়াওহন্নীংই।"

"অদুবু মরুপকুম্বা মাগী থম্মোইদ ... " মখা তারকখিদরে।

"মদুগীদমক ঐনা ফনবা শিনগে। অদুবু তাদ ঐগী নীপানা হেননা নুংশিফম থোকই" খোমলেম্বা ইকাইরক তৌই। "চৎলুখিগে তাদ" লৈমাহনবী চৎখরে। ে খামলেম্বা লৈমাহনবীনা চৎখিবা মাইকৈদ ঙহাক য়েংলবা মতুং য়ুমলোমদ চঙখরে।

লৈমাহনবী চৎন চৎনা থম্মোইদ লোনথোকত্রবা ৱাখলদুনা— "তাদ খোমলেম্বা মহৌশাগী পীকখ্রবা ৱাখল, ফত্তবা লমচৎ, মীবু হন্থনা য়েংবা মীৎয়েং ঙম্নমক ঙসিদি কয়াদ ওন্নবনো? কয়াদ চম্লবা মী অমা মাননা নীপা ওইরবা, মশক-মতৌসু ফজথোকলম্বরা! অমরোমদ মানা ঐবু অদুগীমতিক পামখিবা অদুবু ঐনদি পামখিদবা। নুংশিখিদবা। ঙসিনা উকিন ওইরবা। মীওইবগী পুন্সি তম্বা ঙমদবা অঙকপা জীবনিকো।" লম্বীদ লাকপা পাখং মচা অমদ হংঙি— "ইবুংঙো, ইনে শখিয়াগী য়ুমবু কদাইদনো?" পাখং মচা অদুনা মাংদ লৈরীবা চেকনা মথোন অনি সাবা য়ুমদুদ খুদোম্বী থিল্লমলবা মতুং পাখং মচাদু চৎখরে। লৈমাহনবী চঙলকই। মাঙ্গোন্দ মচিদ মপুরোইবা সোমো খবর পাদুনা ফমলি। লৈমাহনবীনা— "মামা, য়ুমসিবু ইনে শখিয়াগী য়ুম ওইবীরবরা?"

"মান্নি। ঐ মাগী নী পানি। করি হায়গে? কাখৎলকউ"

"ইনেবু লৈতবরা?" কাখৎলক্তুনা হংলকপনি।

"লৈতে। ননেদ করি হায়নীংবগে?

"মামা ইনেনা ঐগী ... ।" মখা তাবা ঙমদনা তুমিন লৈ।

"ঐঙোন্দ হায়রম্বদ ইকাইবরা?"

"ইকাইব!" মতোন্দ শোনজৈ। "ইকাইদে মামা। ইনেনা উনদ্রবসু মামাদ খুদিং মক হায়রম্বা য়াই। মামা ইনেনা ঐখোয়গী য়ুমদ লাক্তুনা ইমুং কায়নবা শিললিবা অসি মামানা অমুক্তংদি পনখৈ ওইবীয়ু।"

"ইবেম্মা, নুপী ফক্তবগা লৈমিন্নবগে ওয়োকনা ৱাখরে। ঐ মপান থোকপগা ঙমদ্রবনি।"

"অদুবু মামা নুপীগী মখা পোননা হিংবা পুক্সি মরেন থোক্তবা নুংগুম্বনি। ঐগীদি মামা ইপুরোবিগী য়ুমদগী লাপথোকখিবদ খুদোংথীবা ঙাক্তনি। অদুনা নুপীনা য়ুম পাল্লবা মতুংদ মপাম লমদম মৈৱাইবা নমৌগুম্বী ঐদি পামজদে।"

"ইবেম্মা!" নুংঙাইজদে।

"মমা, পুক্সিগা করিসু লৈতবা সনা-লুপা, মনি-মুক্তাগ ওন্নবা সহরসিদ য়ুম পান্নীং লকখিদে অদুবু নুংশিবনা মীৎয়েং চঙশিল্লক্লবদ করম্বা নুজা ওইবীনা লাপথোকচবা ঙমগদগে? অদুনা ঈশ্বর ওইরীবা মাবু থাদোক্তুনা অতোপ্পা শাগৈ ওনবসু পামদে" অসি হায়রম্লগা লৈমাহনবী য়াম্না নীংঙমদনা চৎখরে। অহন্দু নুংঙাইহৌদে।

## (১০)

নুমিদাংৱাইরম ওইরক্লবদ পুনমহনবী খাও অমা য়াল্লগা মমাগী মনাক্তা চঙলক্তুনা – "মামা, মমা বাবাদো ঐ লাই য়েকপা থিনবীয়ু হায়বদ ৱা-লাং অমত্তা ঙাংদনা তুমিন ফমদুনা লৈহৌই। ৱাখল অমসু খনবা মাল্লি"

"করিগীনো হংল্লকতরা?"

"ঐনা হংগদবা নত্তে, মমানা হংগদবনি।"

"কৈদৌরবা জাৎনো?"

"মমা, বাবাদো অমুক্তা থেম্মুসিরা? লাওনে। মমা নং বাবা নুংশিদমালে?"

ৱাহংসিদ অথোই নুংঙাইতে। "নংগী বাবাবু নুংশিদ্রবদি ঐসে নখোয়গী নমা ওইরমগদরা?"

"অদুদি ঐনা হায়বদ থৌশাদরিবা করিগী?"

"থৌশাদবা নত্তে, হোরেন থোংনবা এনশাংসে অমুক্তা শেম্বা লোইশিল্লমখিগে। নংগী বাবা ঙসি থবক চৎতবরা?"

"চৎতে"

"নং কন্নাদ লাইয়েকপা তম্বা চৎকদৌরিবনো?"

"বাবাগা খঙনবী নুপী অমদনি"

অথোই চীংনবা অমগা লোয়ননা হৌগৎলকই।

"নুপীদুদি মীওই মতৌ কমদৌই!"

"মশক মতৌ য়াম্না ফজে। মবুকসু খর কংই। মমিংদি ... " ঙহাক খনলবা মতুং— "সন্ধ্যা মীসু অদুম ব্রাংঙি। দাক অমসু লৈ।"

অথোই মবুক ফত্তবা খল্লকলে। মথন্তা শাওজরকই। খোমলেম্বনা সন্ধ্যাগী মরমদ লীখিবা ব্রারী পুম্বা কাওথোকখরে।

"নপাগদি ব্রারী শান্নখিবরা?"

"শান্নে। কপসু কপমিন্নে, নোকসু নোকমিন্নে।"

"ও!"

দোলানলোমদা মমানা শাওনা কাখৎখিবা অদুদ মচাদুসু ইন্নরকই। মখোয় অহুম শুবগী কমন রুমদ চঙলকই। হায়রিবা মফমসি পুঙান-ঙানবসু নৎতবা, পুমম মম্বসু নৎতবা রুম অমনি। ইচীক-চীকই। ব্রারী শান্নবদ খোনথাং হায়ফেৎ হায়ফেৎ য়েবা ফজব-নীংথিবা রুমনি। খোমলেম্বা হৌখ্রবা ফত্তবা থৌদোকশিং নীংশি-নীংশিং নীং-ঙমদবগী মীৎকী পী চেম্থরি। অথোই খোমলেম্বগী মওংদুদ অমুক্কা হেননা চীংনবা হেনগৎলে। "বাবা" চঙশিন্দুনা মপাদ কোনশিনজরবা ফাও খোমলেম্বা মানা খল্লিবা ব্রাখলদুদ অদুম খন্দুনা লৈ। অথোই অশাওবগা লোয়ননা মনাক্তা লৈবা সাইদ টেবল মচাদুদ খোঙপাকনা কাওদুনা ইনথুরকপগী খোঞ্জেল খোমলেম্বা খংলপনা মীৎয়েং থমলকই। মচানা লক্লরকই— "উকিননবু খংঙিনে। বাবা মমাদ য়েংঙুনে" খোমলেম্বা য়েংলকই। অথোইগীদি অশাওবগী মীৎয়েংনি। "বাবা-মমা নুংশিনরীবনি হায়দুনা নচানুপী ঐ লৈবগা কাওথোক্তুনা পাখং-লৈশারিঙৈগী লমচৎ লৌনরক্কনিকো।" খোমলেম্বদি ইকাইবগী মওংনি।

ঙহাক লৈরগা— "চাগ অমত্তা থক চাদরবদি কৈদৌরবা?" খংনীং-নীংশিংলকক্তুনা টেবন্দ লৈরিবা চাদু থককে তৌবদ চঙশিন্দুনা লাক্তুনা চা য়াওবা গ্লাসতু ইম্থোকখিবদগী

মখোন হৌনা তাদুনা কায়খরে। খোমলেম্বা ঙকই। মচানুপী পাখৎলি। "হু ওন্নবা চা-থকলব্রা?" ঙসিসে ঐঙোন্দ নুংঙাইতবা অমা লৈবরা?"

স্বার শাংনা হোম্বুরগা– "হুং! লৈতে, লৈতেদা।"

"ও! লৈতবা অদুদি ইনাওনুপী অদুদি থা কয়া শুরক্লবগে?"

"করিনো নংনা ঙাংলিবা অদুবু? নং ঙাওরবরা?"

"ঐ কুইরেনা ঙাওবা। নংদি খঙদরিবোই"

"নংগী ব্বাফমদু মরী-মখোঙ অমত্তা শন্নদরেসে সিদ ঙহাক্তুং ফম্মু। জ্ঞান তানা ব্বারী শান্নসি"

"হকচাংগা শোকপীরক্কনু" হায়দুনা খোমলেম্বগী খুৎ ইম্থোকই।

"অথোই ঐনা ঙসি পুক্লিং নুংশিনা ঙহাক চীকনা লৈবসিদ নঙোন্দা কায়রবরা?"

"মদুগী মরমদনি ঐনা খংজনীংলিবদি। মানা করি হায়রম্লবগে?"

"নংনা ব্বাখল শেরাননা পুরে।"

"হুং"

"সন্ধ্যাদো ঙসাই ... "

মরক থৎলকই– "সন্ধ্যা হায়বদি কনানো?"

"ঐনা নোংমা নঙোন্দা লিখিবা ব্বারীদ য়াওখিবী নুপীনি।"

"ও!" অথোই ঙহাক নুংঙাইজদনা তুমিন লৈ। "ঐবু ঙাকপীয়ু" হায়দুনা খুরুমলকপাদ খোমলেম্বনা কোনখৎপীরগা– "হে অঙাওবী অদুগীদমক নপুক্লিং নুং ঙাইতরিবা অদু ফত্তে।"

"মখোয় বাবাসু হৌখ্রবা ব্বারী নীংশিংলগনু। ঙসি নংবু ইপুরোইব ওইনা ফং জবদি ঐগী লাইবক য়াম্না ফরবনি। অমরোমদ ঐদি লৈশাবী ওইনা লৌখিবা নত্তে, লুখ্রাবী মৌ ওইনা ... " খোমে ম্বা অথোইগী চীনবান মেল্লগা মখা তারগনু হায়বগী মওংদ ঙক হাইরকই।

"বাবা থীনবীরো।"

"ইচা পুনমহনবীসে লাই য়েকপা-খোৎপা হৈনীংবগুম উই অদুদ নংগী মত অমখক ঐ ঙাইরিবনি।"

"করিনো হায়বীরিবা অদুবু? ঐদি অদোমগী নুপীনি। অদুনা মখোয় বাবানা য়ারিবা অদু ঐগীসু য়াওরবনি"

"থাগৎচরি য়াইফবী ওইয়ু ঐগী নুংশিরবী নুপী"

কোনশন্দুনা চুপকে তৌবদ "ও!" শোন্দুনা পুনমহনবী মমাই লৈথোকচরকই। "নংনা য়াদরবসু অঙাং অসিনা ভাব তাবদগী মাই লৈথোক্তুনা লৈরিবা অসিনি।" মবানি মচাদুগী মতৌদুদ নোকমিন্নরিঙৈদ খংহৌদনা খোমলেম্বনা অথোইগী খজাইদ হায়ফেৎ চুপ্পী অথোই থৌফম খঙদনা চঙঙকননা লৈ। "ঐ ইচাসে থিল্লুখিগে" খোমলেম্বা মচাবু খুৎ শম্বীরগা চৎমিন্নবা মতৌদুদ অথোই মপুক্লিং নোকনা লৈহৌই।

সোমদনা লৈমাহনবী অঙাংশিংনা খঙনবা অমদি হৈনীংবা পোক্লবগী মওংদ তাকপী তম্বীরি। লৈ খর চাউনা চাউনা য়েকলি। অঙাং খরনা থরাই তানা য়েংবসু ময়াওনরি। খর অমনা মানা-মানা থোকপা তৌদুনা লৈবা য়াওরি। খরনা মীগী নাকোংদ নাপীগুম্বা অমা পায়রগা থিনজিন্দুনা লক্লবসু ময়াওরি। "নখোয় ঐনা য়েকলিবা অসি মুন্না য়েংগদবনিকো।"

তাংলকসিদ খোমলেম্বা মচাগা লোয়ননা থুংলরে।

"মাবোক"

খোঞ্জেলসিদ লৈমাহনবী য়েংথোরকই। মপুক্লিংদ তৌফম খঙদনা খনজাননা লৈ। "পুনমনহবী চঙলকউ" চঙশিন্দুনা খুৎ শম্বীরগা "পেপী খর চঙশিল্লু" পুনমহনবী চীংশিন্দুনা ফমহল্লি।

খোমলেম্বা করিগুম্বা অমতা ঙহাক ফোংদোকচবা ঙমদে।

"তাদ ফম্লরোইদরা?"

"ও! ফম্লরোই। মরুপপু ... ?"

"ওফিসতগী হল্লকতরি।"

খোমলেম্বা মচাগী মনাক্তা চঙশিল্লগা— "ইবেম্মা বাবা ঙহাক লৈরগা লৌবা লাক্কে। নং ওজানা য়েকপা-খোৎপা অসিদ ভাব তানা লৌশিল্লুকো।"

"Yes father"

খোমলেম্বা চৎখরে।

লৈমাহনবীনা য়েকলিঙৈদ পুনমহনবীনা য়াম্না খংনীংবগী মওংদ হংজরকপনি— "ওজা, অদুবু করি লৈ তারক্কদৌরিবনো?"

"ঙহাক লৈরগা তাকলক্কে"

মাগা হায়ফেৎ চাউবা মান্নবা নুপা মচা অমখকনা লক্লবগী মওংদ— "অসিবু খঙদে নে ইচাও চাওরবা মানা।"

পুনমহনবীদি তুমিন লৈ। মাগা ফমমিন্নরিবী নুপীমচাদুনা ওনশিল্লক্তুনা— "মীনা খঙদদুনা হংবনি। খঙনরগদি হংঙোনা?" নুপামচা অদুনা ঙক হায়ফেৎ হাইবদুদ— "হে নঙকতু অদাইনা হাইনু মী উশিৎত্তবা মাল্লি। মীনা হায়রগা ... " অঙাং ময়ামগী খোঞ্জেলনি। লৈমাহনবী চঙশিল্লক্তুনা খামদোকচৈ। নুপা মচাদুনা— "নং নানতোন থুগাইনি"

"নংনা ঙল্লগা থুগায়রোহে শকথীবা হিংচা মানবা। ঙাওশিন্নবা অঙাং।"

"নং নুপীনি হায়দুনা হনবীবগীবানি"

"ঐসু নুপা মচানি হায়দুনা হনবীবগী বানি"

"ফরে ফরে তোকলো। খৎনবা ফত্তবা লমচৎনি। ঐখোয় মশেন খৎনরবদি মীতোপ জাতিনা নোকনখিগনি। তোলেন, নুপী মচাগা মান্নবা হৌনদে। ফম্মু-ফম্মু" নবানি হেক ফমথখিবগা লৈমাহনবী চৎথোকখরে।

নুপা মচাদুনা খুৎতুম শিঙ্গলগা— "নং খঙনি লৈশাবী ফারগা ঐ লৌথায়গে। য়েংঙুদনা। খঙনি।"

"এ! এ! ঙরোংগী ঙাখা। ননপ ফাও নীংথি নুংঙাইনা শিৎপা হৈত্তবা নংনা ... " নোকই। "ইশাগী চহি তরামঙা হায়রকপগা অদুম নীপা অমদ ... " অসি হায়দুনা খুৎকাপ্পী কাপ্পী।

"নখোয় ঐনা য়েকলিবা অসি মশক খঙলব্রা?"

নুপামচাদুনা হৌগৎতুনা খুমলকই—"ওজা, খুন মৈলৈনি।" ময়াম বা বা লাউনা নোকই।

নুপী মচাদুনা পুনমহনবীদ ওনশিল্লগ— "লৈ মমিং ফাও হায়বা থোক্তবা মানা ঐখোয়বু লক্লবা শাই।" মবানি নোকই।

"নখোয় লাংলল্লে। বোবোকনা চৈরক্লগনি"

ওজাদুনা অসুম্না হায়রকপদগী অঙাংশিং তুমিন লৈখরে।

"মসিগী লৈ অসি লৈ পুম্নমক্তগী অথোইবী অমদি মগুণ লৈবী খোঙ্গুল মৈল্লে হায়বদুনি। লৈ অসিবু ঈশ্বরগী মফমদ কৎপা ফংজরবদি মহৈ চাউই হায়নরিবনি। য়েকউ-য়েকউ" মচননুপী শাইয়ানা চঙশিল্লক্তুনা তুংদগী খংকোন কোনশিল্লকপা অদুদ খংলক তৌই। অঙাং ময়াম নোকই "শাইয়া নংনা তৌরিবসে করিনো?"

"ইনম্মা, নুংশিনবা হায়বসি কমাই তৌই?"

"অঙাং ময়াম মমাংসিদা ..."

"মখোয়নবু হেন্না খঙলবনি।

"সে থাদোকউ ঙাওশিন্ননু"

"ইনম্মাদ ঙাওশিন্নদনা পাখংদ ঙাওরুগদৌরা?"

পুনমহনবী হৌকৎলক্তুনা– "নেনে নং ঐগা মত হায়ফেৎ মান্নবগুম তৌই।"

শাইয়া, নহালমখৈ উদবা অঙাং ওইবদুদ ঙকলকতৌই।

"নে নে ঙসিদ য়াওবনি মীংনা পুনমহনবী ওর্ফ সন্ধ্যাবলি" শাইয়া নোকই।

লৈমাহনবী চৎ-চৎতুনা লৈদু য়েকপীরবা মতুংদ– "ঙসিদি ছুটি খর ঙননা থারগে। অদুনা ঐনা য়েকলিবা অসি হয়েং কলার থারগা ফজনা য়েকলকউকো। পুনমহনবী নংদি ঙহাক্তং ঙাইখো।" অঙাং ময়াম চৎখরে।

শাইয়া পুনমহনবীবু নুংশিনা কোনবীরগা– "ইনম্মা অঙাংদুগী মমাংদ ফজদে তুমিন লৈয়ু।"

"ঐ করিসু মাংলোইদ মাবোক। অদুবু খর মাংজৌননা খঙহৌরবদি ঐগী তুংগী পুক্সিদ কান্নগনি।"

মবানি নোকই "অসুম য়াম্না জ্ঞান তারিবা অঙাংসিবু। হায়যুবা ইনম্মা।"

"ইনম্মাদি নুংশিনবগী মরমদ করিমৎতা খঙবা লৈতে।"

"লৈতরগা তাচৌগদি করম্না থুংনরিবা?"

"নখোয় তাচৌনা নুংশিবা তম্বীবদগী খঙবনি।"

"অদো তাচৌনা কনাইনা হৌরকপগে?"

"ইনম্মদি নুংশিনবগী মরমদ খঙদে হায়রেদনা। ঙাইখো নংগা নুংশিনবা নীপাগা লৈতবরা?"

"হৌজিক কানগী লৈশাবীনবু লৈরমগনি মাবোক"

শাইয়া পুনমহনবীগী কোক্তা নুংশিনা হায়ফেৎ ফুই।

"লৈতেদ অদুবু ইনম্মা। ঐনা পামজবা নীপা অমদি ঐখোয় ক্লাসতা য়াওই। চুমনা ৱারীদি অদুম মশান্নবা অদুদ নুংশিনবগী মতাংদদি মাগী মতৌদুদা হায়বা কিবা। ঙসি খু য়েৎ হাংঙিবা অসিনি" পুনমহনবী নোকই।

"নীপাদুবু ফবরা?"

"য়াম্না ফৈ ইনম্মা।"

"নংনদি করম্নো খঙলিবা?"

"মাগী মরমদ ঐ কুপনা থিজিল্লে। ইমান্নবী রীতাহোয় মনাক্তগীনি।"

"অদুম য়াম্না ফরগা করিগী ঙসিফাও হৌজিন্দরিবা? হৌজিল্লু কৈনো?"

"হৌজিল্লু নেনে"

"অদুদ ইনম্মা ঐনা মীৎয়েং অমা অর্থ লৈনা য়েংলুবদ ইকাইরিবরা খঙদে ঐঙোন্দ য়েংলকতবা ঙমই। অদুগা ইনম্মা ঐনা চীংনবদি অতোপ্পা সবজেক্টকী নুপী অমখকনা মাবু য়াম্না কননা লুম্মী। মতম অয়াম্বদ নুপীদুনা মাগী মনাক্তা নকশিন্দুনা ৱারী শান্নে।"

"নংনা হৌরুদবনা মীনা খুদোংচাবা লৌখিবা তাবনি।"

তালক অসিদ খোমলেম্বা লাকপদগী ৱারী ঙহাকলেপই।

"নেনে বাবা লাক্লে চৎলগে অদো নেনে নংনা হৌরুদ্রবদি নীপীদুনা হৌরকপদি ওইররোই।" হৌগৎখরে।

লৈমাহনবী চঙশিন্দুনা পুনমহবীগী কোক্তা নুংশিনা নানবীরগা — "পুনমহনবী ঙসিগীদি নং চৎলোকো। হয়েং ঙস্তনা লাকউকো।"

"নেনে good luck" শাইয়া নোকই।

খোমলেম্বা মচাবু পমখৎলগা চৎখরে।

ঙহাক লৈরগা শাইয়ানা— "ইনম্মা নীপা অসি হাননা শক খঙনব্রা?"

"উং। ইনম্মাবু য়াম্না পামজখিবা অমদি নোংমা ঐনা লিখিবা ৱারীদ য়াওখিবা তাদ খোমলেম্বা হায়বা নীপাদুনি।"

"ও! মশক মতৌ য়াম্না ফজেনা।"

"ফৎলমদবদগী হোংলকপা পুন্সি ঈচেল ফিদম্নফমনি। ইনম্মানা থওইরুদবনা মীয়ামগী অচুম্বগীদমক লেপ্পদ শিবা কিদবা উকিন খোমলেম্বা হায়নবদু মা ওইরমলে।"

"ও! ঙসাইগী ৱারী মখা অমুক পুশিল্লকই— "অদুদ ইনম্মা মানাদি নুপীদু কয়া নুংশিদবগুমতৌই।"

"অদুদি নংবু নুংশিজবগীদমক থম্মোইদ করিগুম্বা খরদি লোৎলেদনা ফোংদোকচবা ঙমজদবা অমা"

"ঐখোয় ইনম্মসিমা" হায়দুনা কোনশিন্দুনা নোকমিন্নরি। "নীপাদু ঐগী পুন্সিগী খোঙলোই ওইরগে অদুনা তাচৌদসু ... ।"

মরক থৎলকই— " নখোয় তাচৌ হল্লকলে তুমিন লৈরো?"

শাইয়াদি মখা অদুম তারকই—"জীবশিংসে ঙকতেরা? লাবা-অমোম খায়দোক্তুনা

চান্ন-চীন্ননা লৈমিন্নবগীদমক নুংশি মরী থমনদুনা মানা-মানা পামজবা খনজদুনা য়ুমবান্নরি।" লৈমাহনবী দি পাখৎচবা হৌরক্লে। "লৈশা পাখংগী পুন্সি ওইরম্বদগী য়ুম পাননবা মতমদ মমা-মপাগী শক্তম লৌদুনা মচাবু মী অমমম ওইনবগীদমক য়োকপী-থাকপীরি। অইবশিংনা নুপীগী গুণ থাবদ লোইবা নাইদে। মখোয় মরক্তা ইনম্মাসু য়াওরীবনি। খঙদে ইনম্মা নীপাদু য়ান্না ফৈ ঐ মঙোন্দা শোয়দনা লৈরেনি। অদুনা ইনম্ম ... লৈশিল্লকপদ মবুং চাউরে লৈরম্বা অদুদ মখা তাবা ঙমদনা হকচাং নীকলকপগুম তৌই। লৈমাহনবী মথম্মোইনুংদ তুমিন মোমোন নোকচরি। "নবানিগী ৱারীগদি ফজেনে। ফৈ-ফৈ অফবা নীপা থীহৌগদবনি। অদুবু মতাংদি খর চাফাতরিকো।"

"মতাং চাদবদু চানবা মখোয় তাচৌগা ঐগনা ইচনসে মী অমা ওইনবা শেম্বীবা তারেদনা" চাউরেন মখা তারমদনা বেগতু পায়রগা অদুম চঙখি। "নখোয় তাচৌনা য়ারে।"

ঙহাক লৈরগা থোকলকপদ শাইয়ানা মনম্মগী লাইবক্তা চুপ্লী। "মনম্মদ করি চীরোন অমুক তৌরিবা? ইবুংগী ইবেম্মা নংসে ঙাওখরেদা।"

"মখোয় তাচৌগী তলব ... " ৱাহং অসি খর ইকাইবগী মওংদ হংবনি।

"ফংলে ইমাদি?"

"অৱাংগী মামাহোয়দ চঙখি তাচৌ"

"অদুদি ইচনগী গাড়ি মচা অমা হায়বদু লৈহৌরসি। ঐঙোন্দসু শেলফম খর লৈ। অদুগা নীংথমথা চঙলকপসিদ ইমাগীসু শেৎন-ইন্নবা ফিরোন খরসু লৈহৌরসিকো।"

"ইমাগীনি হায়দুনা শামতু ফুরিৎ অমা নংনা লোল্লিবদাই"

"অমা লৈবদ লুপা লিশিং তরেৎ-নীপান চঙগদব নত্তে।"

"ওম্ভোকনা নংসে ফত্তনা খন্দুনা হেক্তা শাওবা ঙমই। ঐ লাক্লে।"

"হকচাংগা অমত্তা শোকপীরক্কনু।"

"মী অমনা লাক্লে হায়জরবদ ঙাকপীদবা য়াম্না ফত্তবনি লৈমাহনবী।"

"অদুদি খঙবোইরে"

"থৱাই পাল্লিবনিনা চৈনা ফংলবা মতমদ "অয়ো" হায়বা ৱাহৈসি হেক থোকলকই। ইমাগী ফিরোনশিংদি লৈরসি অদুবু শাইয়াগী গাড়ি মচাদি খর লৈরগা লৈরসি" ৱাফমসিদ শাইয়া চংথোকখরে।

"করিগী?"

"ফরে ফরে লৈরসি" ৱাফমসিদ শাইয়া থোইদোক্লা হরাওবা তৌদে। চঙশিল্লক্তুনা- - "ইবুংগী ইবেম্মা ... " শাইয়ানা শাওনা চৎথোকখিবা অদুদ মমানা নাকনা অমুক চঙশিল্লক্তুনা – "ইবুংনা নংবু ফহন্নীংবদগী ফাগী তৌবনি। মতম ফরগা মী ফত্তবা অসিদ ইচনগী পুন্সি খাঙ্ঙুথক্তা মাঙহন্নীংদে। ইচনগী পুন্সি করিদ শোয়খিগদগে খনবদ ৱাখলসে পোথাফম খঙদে। অমরোমদ ননম্মা ঙসিমক ঐ য়াম্না ৱায়া"

"তাচৌ" মচন-মবুং নুংশিনবগী মতৌ উরগা লৈমাহনবী নুংঙাইবগী পী তেন্থরকপদু খুৎ য়েৎনা তৈথোকচৈ।

"নংগী গাড়ি মচাদু নুমিৎ অফবা অমদ লৈরুরসি অদুগা নংগী অফবা নীপাদু ইবুং শক খঙনীংঙি। লৈমাহনবী চাক লৈবা নৎত্রা চরা ৱানগে লাও" হায়রম্লগা চঙখরে। লৈমাহনবী মচন্দ মীৎতনা নোকফেৎ তৌশিন্নরম্লগা চঙখরে।

শাইয়া, হরাওজবগা লোয়ননা চঙগে তৌবদ লাক্লিবা মমান্নবী মরক্তগী রীতানা "শাইয়া" হায়না কৌরকপদগী য়েংথোরকই।

"নোয় লাক্লিবরা? চঙলকউ।

"লাকপা নত্তে কোয়রকপনি।" দোইং রুমদ চঙলকই।

চঙলক্লিবা মমান্নবীশিংদুনা ফক্লাংদ থেৎলিবা লাইশিং য়েংনরি। "ঐখোয় ইনম্মানা য়েকপা ঙাক্তনি"

"য়াম্না ফজে শাইয়া" থোইবীনা হায়রকই।

"মীগীদি মনম্মা অফবা ফংবনি মরাইবক ওন্থোকনা ফখ্রবনো?" থোইনুনা শোনজরকই।

লুৱাং লৈমানা হংলকই– "ইনম্মাবু ঐখোয়গীদু লোনবা য়েকপা লোইরবা নত্রা?"

"হৈমা! অদুগা ইকাও কাওই। লোইরম্বসু য়ারে।"

"ঐনা শাইয়াসে কয়া থাজদে হায়খিবদু হৌজিক্তি চুমলেদনা" থোইনুনা হায়রকই। "মাগীনি হায়রবদি রীতা নঙোন্দ ঙাইঙমদবদুনা তক্লিবা অদুনি।"

রীতা ৱাফমসিদ নুংঙাইতবদগী ৱারৌনা– "নং লোই-লোইদে খঙদরবনিনে।"

"ঐখোয়গী অৱাবা মানা করম্না উবীগদৌরীবনো? মাগীদি ঐখোয় ক্লাসতা লেঙদনা অমা লৈরেদনা। ঐখোয়তনা য়েৎ হাংদুনা লৈরীবা অসিনি।" থোইনুগী ৱাফমনি।

"নখোয়গী লায়রি কুচু লৈশিনবী ঐখোয়গী লৈশা-লৈশানা হনুবী ওন্দুনা পুন্সি লোইগদৌরি" তমুরৈগী ৱাফম অসিদ ময়াম নোকই।

শাইয়ানা ফাগী তৌরকই–" শকথীবী নুপীদি অয়াম্বনা মশক মতৌ ফজবা নীংথিবা অফবা নীপাগা হেক-হেক থুংনজনবনি তমুরৈ।"

তমুরৈনা– "অদুগুম্বা নীপাদু থুংনজগে খন্দুনা তত্তনা খুরুমজরিবী ঐনি।"

"কনাদ?" শাইয়ানা।

"ঈশ্বরদনি।"

লৈমাহনবী চঙলকই। "নখোয় ময়াম চৎথোরক্লিবরা?"

"ঔ ইনম্মা" রীতানা খুল্লকপনি।

"ইনম্মা শঙ্গোম লোল্লককে নখোয় ঙহাক্তং ফমলমখো" হায়রম্লগা থোকখরে।

"ইনম্মসে মশক মতৌ য়াম্না ফজে। মচিন-মখা, মবুক-মপাও য়াম্না ফরমগদবা মাল্লি।" লুৱাং চনুনা হায়রকপনি।

"য়াম্না ফৈ। মৌ অমা ওইরগা ফত্তবা পুকচেল চেনবা ঐখোয় ইনম্মদ লৈতে।

"ফরিবদো ফরবনি। ফত্তবদগী মৌগা নিংঙোনগা তিন্নবা য়াদবা ইমুং য়াম্না লৈ।" লুৱাং চনুনা হায়রকই। "অদুবু শাইয়া ঐসে নংগী ননম্মা ওইরম্লবা নংবু অদুগীমতিক ওৎলমগনি।"

"ওহোকনা কিরেদা। ঙাইখো নংবু ঙম্মু ঙমগদরানে?"

"নুপীনা ঙমদবা করিবু লৈরিবগে?" লুৱাং চনুনা।

"নীপাদগী নুপী মশীংনা হেল্লবনিনা নুপীনা জয়তৌবা তবা" শকহেনবীনা হায়রকই।

"অমরোমদদি মদু ফৎত্তরবনি। হায়বগুমনা ঐখোয়গী ইবুং-ইপ্পা কয়া ইমা লৈবাক অসিবু মনীং-মখা তমনা লৈবগীদমক য়েক্লবগী মায়োক্তা লানহৌদুনা থৱাইনা পোন্তা পীরিবা অসি নুংশিদরা? সহরসিদ ইবুং ইপ্পা তরা ফানা উবা ফংদরে। অমরোমদ নুপী ঐখোয়দি ইশান-ইশাগী কলচর ঙাকচবা ঙমজদরি। কা-জারদাদ লাইচুরী। মৈতৈ নুপীনা অঙাং পোকপগী চাং হম্ভরক্লিবসে ঐখোয়গী জাতিগী লম্বী মুৎলকপগা মান্নরবনি।" মীগী ফিজেৎ শেৎলগা ঐখোয়সে মখোয়গী মচন-মচেগুম্না য়েংলকপা য়াওবা নত্তে অদুবু ... " শাইয়াগী ৱাফমসিদ মখোয় অমত্তা নুংঙাইনদে। "নুংশিরবা ইবুং-ইপ্পাশিংবু য়েক্লবগী খুৎতগী অমত্তং ওইরবসু ঙসি ফাও মচন মচে ওইরিবী ঐখোয়না কনজবা ঙমজদরি।"

"শাইয়া নংনা হায়রিবা ৱাফমদু অচুম্বনি। ঐখোয়সে ইশান ইশাবু মৈতৈ নুপীনি

হায়বা ফাও ঙমজদরবী নুপী মখল অমনি।" ঐখোয়গুম্বী পুকচেল ফত্তবী খরনা লানহৌরীবা ইবুং-ইপ্রাশিংবু চাক কোয় চাক হায়দুনা লাননা উনরীব অসিনি" রীতানা হায়রকই।

"ঙাইখো ইনম্মসে থা কয়া শুরক্রবগে? পুক ফজনা কংই" লুব্বাং চনুনা হংলকপনি।

শকহেনবীনা– "লুব্বাং চনু নংসে জুগোৎ য়াম্না চাদে।"

"সিবু মীনা হংনদবা ব্বারো? ঐখোয়বু হয়েং মতম অমদ ইনম্মা শুমনা ওইরক্কদৌরিবনি।"

"ঙাংলুবা য়াপোৎতে মানা হেনজিন্নক্কনি। অদুবু লুব্বাং হৌজিক মতমদ য়ুম পানবা য়াম্না লুরবনি। নুংশিনরিবা নুপা-নুপী অনিমক মশা-মশা য়ান্নবা ঈ টেষ্ট তৌদ্রবদি য়ুম পানবা য়াদরবনি" শকহেনবীনা হায়রকই।

"নখোয়না ঙাংনরিবদু ঐখোয় তাচৌ তারম্নগনি।"

"তামোবু লৈবরো?" লুব্বাং চনুনা পাখৎপা অমদি ইকাইনা হংলকপনি।

"উং লৈবনিন।"

"নংবু home science লৌবদাই?"

"মসিগী মতাং য়ৌদরিবদো" মখোয় নোকই।

"ফাগী ফাগীদগী ব্বাসে আ য়ৌরক্কদৌরে তোকনো" শাইয়ানা হায়রকপনি।

লৈমাহনবী, শঙ্গোম গ্লাস নীপীন মুক অমদি মঙ্গল, বোরা ফোং-ফোং শানা পুরক্কুনা টেবন্দ থম্লরে। নুংঙাইরমগদবা মানদে" শাইয়ানা ফাগী তৌরকই – "পুননা পুথোরকপসিদ চনু ঙম্বীদি কয়া নুংঙাইরমগদবা মানদে।"

"তোঙান চাবা হায়বসি হৌজিক তমহৌদনা হয়েং য়ুমবাল্লবা কান্দ খংহৈ-হৈবা য়াপোৎতে কৈনো?" চনু ঙম্বীগী ব্বাফমসিদ মখোয় ময়াম নোকই।

লৈমাহনবীনা– "মীঙোন্দ অদুমনা হায়বা হৌনদে। ইবেম্মা শাওনুকো ঐখোয়গী শইয়াসে ব্বা ঙাংবদ ফাজিনবা হায়বদু সুকহৈ হৈতববনি।"

"শাওদেদ ইনম্মা। সিদগী হেনবা কয়া অম থীনা ঙাংনবসু য়াওরীবনি" চনু ঙম্বীনা হায়রকই।

"নখোয়বু হাওতবরা?"

"হাওই ইনম্মা। ঐখোয় য়ুমদ অসুম্না অমুক্তা ফাও চাদরি" লুব্বাং চনুনা হায়রকই।

"হৌজিকসু অসুম্না হৌবা য়াওদে" থোইবীনা হায়রকই।

"নখোয়না হায়জিল্লিবরা খঙদে"

"অশেংবনি ইনম্মা" থোইবীনা হায়রকপনি।

"নখোয়গী ময়ামদু লোনবা খোৎপা, য়েকপা লোইরবনি। ইনম্মা লৌথোকলুখিগে" লৈমাহনবী থোকখরে।

"শাইয়া লোইরবদি নংনা কেলেজদ পুরকপা য়াবজাৎনি। নবুকতি হায়ফেৎ ফৈ নং" লুৱাং চনুনা হায়রকপনি।

চেখাও অমদ হাপ্লগা ফিশিংবু পুথোরকই।

"নখোয় লৌথোকলগা য়েংগে হায়রবদি য়েংঙু। নখোয়না হায়বদু চপ-চানা য়েক্লবনি লোল্লবনি।"

"য়েংদ্রবসু য়ারেদ" থোইবীনা হায়রকই।

"সিদ য়েংনীংদবা অদুনদি করিগুম্বা নয়ুম য়ৌরগা য়েংদবা য়াদবনিনা য়েংননি। অদুনা অশোয়বা য়াওরম্লবদি ইনম্মাবু থ্রী মখা তানা থম্মোইদুনা শোনগেরা?"

"ওহ্নোকনা পুক ফৎখিদরে নখোয়সে। থম্মোইদ অমা লোৎনা থমজবসে নখোয়না খঙনবা হেক্তা হোৎনৈ" থোইবীনা হায়রকপা ৱাফমসিদ মখোয় ময়াম ৱা-ৱা নোকমিনরি।

"নখোয়গী ৱারীদু ইনম্মা তাবা য়ারক্কদবা মান্দরে।" অমুকসু নোকমিন্নরি। "নুপী য়াম্লবদি নীপা চঙঙ্নু হায়বদু হেক য়ৌই। অদুবু নখোয় অমত্তা ওইনা নুংশিনগদবনি। নুংশিনবদ মায়থীরবা মী অদু কান্নদ্রবা পুন্সি মহিংনি। অদুগা ৱারী তুমিন শান্নু। ঙসাইমখৈ নখোয়না ঙাংনরীবা অদু নখোয় তামোনা তাদবা তৌদবনি।"

"ওহ্নোক্লা ইকাইরেদ" তমুবীনা শোনজরকপনি।

"হায়রগুম্না ঐখোয়সে কয়াদি জুগোৎ চাদ্রবনো? অদো ইনম্মা পৈশাদি পীদবা য়ারবা নত্রা?" লুৱাং চনুনা ফাগী তৌরকই।

"ইনাও ইচনশিংদগী কৈ ... "

শাইয়ানা মরক থৎলকই– "য়ারোই য়ারোই। ওহ্নোক্লা ওইজবা থীরেদ।"

গীতানা– "শাইয়াগে ঙসিদি খৎনবা চপ চানা হৌরে।"

"নখোয়বু করি য়েংদুনা কিগদৌরিবা?"

লৈমাহনবীনা অসুম্না হায়রকই– "ঙসি ইনম্মনা মীয়ামগী সেবা তৌবা ফংজরিবসে নখোয়না ঐগী কলা অসিবু নুংশিবীবগীনি। য়োকখৎচরিবনি মীয়াম্না তৌরকপা দাননা ঐগী কলা। য়েংবীনবা লৈতরবা, য়োকখৎপীনবা য়াওদ্রবা, য়েকহনবীনবা-লৈবিনবা

লৈতরবা কনা অদুদি কলা ওইদরে। অমরোমদ হায়রগা অশিবা হায়বগুম্বনি। অদুবু মনিপুর (কংলৈপাক) অসিদদি মাসিগী কলা অসি য়োকখৎপীনবা মী ৱাৎলি। থাক ৱাংনা খঙনদে। অসি ওইনমক পামজরীবা কলা অসিবুদি ইনম্মা খক থাদোকখিরোই। ঐগী কলাবু মীয়াম্না পাম্নরবা কান্দ ঐগী পুন্সি মহাও লৈনা হিংবা ঙমগনি। নুংশিনসি পুকচেল মাংনগুমসি।" তুমিন তুমিন লৈরুবা ময়ামদু খুবাক খুদুনা নুংঙাইবা ফোংদোকই। "নখোয়গীদু অশোয়-অঙাম য়েংখোদনা।"

অসি হায়রকপদগী থোইবীনা খাওদুদগী অমমম লৌথোক্লগা য়েংলকই। "ঙাইখো থোইবী নংগী য়েৎনা পায়রিবা মোনপাকফিদা থারিবা ময়েকতু য়াম্না ফজে অমুক্তা তিংথোরকউ।" থোইবীনা তিংথোরকপদ পারকই– "নুংশিনবদ পুকচেল শেংদ্রবদি নুংশিনরিবা অদু পাপনি। অদুনা ... " লৈদুগা ওম্থোক্লা চানখরে। কনাগীনো ইনম্মা?" লুৱাং চনুনা হংলকপনি।

"থোইবীগীনি" মখোয় নোকই।

"মাল্লি" তমুবীনা।

"অমগা তিংথোকউ লুৱাং "চৎমিন্নসিকো লম্বীসিদ নুংশিথোইরবা। পাইরিবা উচেক অনিদুগা ওম্থোকনা ফজখরে।

"তমুবীগীনি"

"তমুবী নংগীবু লৈবরো?" শাইয়ানা নগন্দ শেৎ লাওনা ফুরগা হংলকপনি।

"অয়ো হিংচাবীসিদি। লৈতরবসু থমজিনবা-লোনশিনবা করি কায়বগে?"

"অত্রৈশিং য়েংলগুমসি" থোইবীনা হায়রকপনি।

"অদুনি ঐনা পামলিবা"

লুৱাং চনুগী ৱাফমসিদ শাইয়ানা– "নংগীদদি হেক য়েংলগে" হায়দুনা খাওদগী মশক খঙনা লৌথোক্লগা তিংথোক্লুনা পারকই– "অচিকপনা ইবানিগী নুংশিনবদ খুদোল।"

"অস! কয়াদ থাক ৱাংলবনো?" থোইবীনা শোল্লকপনি। অদো ঐখোয় চৎনবা তৌরসি। নুমিৎসু তাখরে।"

"ইনম্মা, মমল য়ামদে লুপা লিশিং অনিনি" রীতানা বেগতগী লৌথোকলগা পীরকই।

'নখোয় ইনম্মাদ শাওদি শাওনু ইনম্মা শেলফমদু লৌররোই।"

শেলফমদু লৌদবদগী রীতানা– "ইনম্মানা পৈশা লৌ ময়াদ্রবনিনা ইনম্মাগী মতিক চাবা খুদোল অমা ঐখোয় ময়াম্না তান্নরগা তৌরক্লগে। ইনম্মা ঐখোয় হল্লে। শাইয়া চৎলে।"

"হয়েংদি সিনেমা য়েংসি" শাইয়ানা।

মখোয় চৎখরে। লৈমাহনবী মচনগা লোয়ননা হরাও-তয়াম্না কাখৎমিন্নরকপদ চাউরেন মোমোন নোকচৈ। "লৈমাহনবী, ঙসি নংনা নচনগা হরাও তয়াম্না নোকমিন্নরিবা অদু ঙসি নুমিৎসে ঐগী থম্মোইদ অনৌবা চেনা অমা হাংদোকপগা লেয়ননা কাওবা ঙম্লরোই।"

"নীপা ওইবনা মাগী নুপী ওইবীবু কাওরবদি নুপীগী থম্মোইদ চীংনবা অমগা নৎতবা ৱাখল খল্লকই। অদুনা ঐবু মখোয় তাচৌনা কাওবা ঙমগদরানে?"

শাইয়া মোমোন নোকনা মাগী কারোমদ চঙখরে।

"ঐগী অয়েকপা লাই অমা য়েংগেরা?"

"করি লাইনো?'চ

"য়েংবু য়েংগেরা?"

"য়েংগে"

লৈমাহনবী উপু মনুংদগী ফেলসু চন্নবা, লাইদু লৌরকই।

"য়েংঙুনে" হায়দুনা পীরকই।

চাউরেন মথক্কী মখুমদু হাংদোকলগা য়েংঙি। চীংয়াগী অঙম্বা শরুক্তা লশিং পাম্বী ময়াম্না পাক শননা মপানসু শাৎপা, অপোম্বসু য়াওবা অসিগুম্বা মরক্তদ ঙাংলৈননা শাৎপা লৈসু য়াওবা লাইদু মীৎনা কুপ্ত বমখৈ য়েংঙি। লৈমাহনবী চাউরেনগী মওং-মতৌ হায়ফেৎ য়েংঙি। মপুক্লিংসু মোমোন নোকচৈ। "ফজব্রা?"

ফিংলপ্পা– "উং!"

নোকলগা– "ফজবরা হায়বনি।"

"ফৈজে, নীংথি, তশেংনা অহিংবা লশিং পাম্বী মাল্লি। কয়াদ ফজখ্রবনো? শাৎলিবা লশিং মপান অঙৌবশিংগী মরক্তা অঙাংবা লৈ - ঐনা থাবদা ৱাৎলগদবনি।"

"অদো য়েৎথংবা খুৎকী নাকন্দ নীপা অমনা নুপী অমবু তুংলোমদগী কোনশিনবীরগা ফজবা য়েংমিন্নরিবী নুপীদু কনানো হায়বা ঙমগদরা?"

চাউরেন ফিংলপ্পা য়েংঙি। ঙহাক লৈরগা চাউরেন নোকলকই। "ঐগী লৈমাহনবী" মবানি নোকমিন্নে। "ঐদি ঙসাইগী উবু উরুদে। কয়াম কুইরে য়েকপা?"

"থারমগনি তারিক"

য়েংলবা মতুং– " থা অনি শুরকফাও ঐঙোন্দ হায়দরিবনিনে।"

"লোইরগা য়েংমিন্নরীবা অসিনা ফৎতবরা?"

"অদো নংনা য়েকলিবা লাইশিংসে নীংশিংহৌনবা মথকসিদ অচৌবা কা অমা ইষ্থোকসিরা খল্লি। অদুনা মসিদ নংগী অয়াবা য়াওদনা পাংথোকপদি ঐ পামদে।" লৈমাহনবী হরাওজবগী পী ঈহৌরকই। "হে অঙাওবী করিগী তনৌরবী মীৎলুতগী পীরাং চেষ্থহন্দুনা ফজরবা শকফমদ অরংবা কাহল্লিবনো? সে ফজদে" হায়দুনা খুৎ য়েৎনা তপনা তৈথোকপীরি। "নংদি য়াগসিগী অথোইবীনি। মসিদ ইমানা নংবু নুং শিবীদরিবসে ঐ ঙকলক তৌই। অমরোমদ নচন অঙাওবা অসিনা নঙোন্দ হেক পোকপা মমাদৌনা ওইনজবা উরগা ঐগী থম্মোইনা পেল্লিবনি। তশেংনা হায়রবদ লৈমাহনবীবু মালেমসিদগী মাংহন্নীংদে।"

তপলবা খোঞ্জেলদ— "করিসু লৈতবী ঐবু অদুমনা থাক ৱাংনা পুখৎপীরবনিনা ঐ চাউথোকচবা তারেদনা।"

মবানি নোকমিন্নখরে।

## (১১)

হয়েং চৈরাওবনি। থমলেম্বা ঙসিগী অহিংসিদ মাগী মীওইশিংগা লোয়ননা য়ুমলক ফাও-ফাওদুনা লাকপদ শিংজমৈ নাওরেম লৈকাই য়ৌরক্লে। মচন নুপী লৈমাহনবীদ খুদোল তমগদবা ফিরোনশিং অমদি অচা-অথক খরসু মখুত্তা পায়রি। মফম অয়াম্বদসু মখোয়গী মীওইশিংনা ৱা চাইখ্রবনি। মচনগী লৈফম থীরক্লে। সিঃআইঃডিঃ রীপোটতগী শিংজমৈ ককৱা, থোংজুরোমদ লানহৌবা খর চঙখরে পাও ফংবদগী এসঃপিঃ পুলিসগী মকোক থোংবা কয়া য়াওনা অমদি আর্মি, এঃআরঃ, আইঃআরঃবিঃ কয়ানা ৱাই চাইখরে। মমিং চৎলবা নীপা অনিমক গাড়ি মচা তোংদুনা থৌরকপদ নোরেন্দ্রদ খোন কন্না— "হে খাম্মু।" খংহৌদনা খামলকপা অমদি কনা মত্তা লৈরমলোই থাজরুবনা থৌরকপগী ফোর্স খর কন্নমনবদগী খর হেনদোকনা খামলুবদগী চঙশিল্লক্লুনা— "হংদুনা গাড়ি থৌরকপা নীপাদুদ খুৎপাকনা অনি-অহুম থাজিল্লি। "আ"

"ঐখোয়বু ঙাকপীয়ু" নীপাদুনা হায়জরকই।

"কদাইদ চৎলুরিবনো?"

"ওফিসতগী হল্লকপনি" হায়দুনা কার্ড পুথোক্লুনা উৎলকই।

"কার্ড কা য়েংবা শংদে। চৎলো। ঙাইখো নহারোল থেংনরবদি সিফাই অমত্তা লৈহৌদে হায়গদবনি. চৎলো "পায়রীবা চৈ অদুনা গাড়িদুদ কল্লী।

নীপা অনিদু পাখৎপা অমদি অকিবগা লোয়ননা থৌরকপদ লৈরক অমগী মচিদগী নহা অমনা গাড়ি খামলকপদগী খামই।

"তামো অসাইদ সিফইগা অমত্তা লৈহৌদবরা?"

তুংদ তোংলিবা নীপীদুনা খুমলকই– "সিফাই ময়ামনা পোজিসন লৌদুনা লৈহৌরিবনি" নীপা অনিদু চংখরে।

নহারোলশিংদু অতোপ্পা লৈরক অমদ লাকপদ ঙসাইমখৈ মৈ লাক্তবা বল্ল খংঙান ঙাল্লকপদগী নহারোলশিং মরুমদ খংলৈ লৈশিনখরে। কম্মান্দো নোরেন্দ্রদনা উহৌবা অমদি থমলেম্ববু মশক মুন্না খঙবদগী করিগুম্বা ৱাহৈ অমত্তা হায়দনা এম-16 না কাপলকপদুদ নাকন্দ চৎপা নহা অমনা থমলেম্ববু "য়াম্বুং" হায়দুনা খংইন ইঙ্গোকহৌবদগী পালহৌদরে। মখোয়সু খুৎ হন্না-হন্না চেনলক্লে। মফম খুদিং নোংমৈ কাপ্পবগী মখোন লেপ্তুনা তারি। নোরেন্দ্র নোংমৈ কাপনা কাপনা তান্নরকই। আর্মিশিং মখোয়গী মী শিরকদগী মৈতৈ সিফাইশিং য়াওন-য়াওনা উশিং থওইদবগী মওংদ য়ুম য়ুমদ চঙদুনা ওৎ-নৈবা হৌরক্লে। কম্মান্দো, এমঃ আরশিংনা মদুবু থেম্নবা হোৎনরি। আর্মিশিংনা চাওখৎতবা ৱাঙং কয়া ঙাংদবসু নত্তে।

নোংমৈ মখোন তাবদগী লৈমাহনবী নাকন্দ তুমজরীবা মপুরোইবা চাউরেনবু চেৎনা কোনশিল্লকই। স্বারসু থবেৎ-থবেৎ হোল্লকই। চাউরেন লৈমাহনবীনা কোনশিল্লকপগী মরম খঙলদুনা মাসু কোনশিনজরকই। "লৈমাহনবী তপথৌ পাখৎকনু। স্বারদু চনীং তানা হোল্লু।" লৈমাহনবী তুম্বা য়াদরে। হৌগৎলকই। "য়েংঙো লৈমাহনবী, হকচাংগা লুমলকপা অদুদ ৱাখল নুংঙাইতবা খনগনু।"

সোমদ নহা অমা চঙশিল্লক্তুনা– "য়াম্বুং ফজতোন লৈখিদরে।" থমলেম্বা স্বাই লাউই। মকোক কোকচাওবী কারকই। মীৎতগী পী তাখিবা খংহৌদরে। চেঙ্গরক্লিবা মীৎকী পীরাং মরক্তা – "অতৈদি মফমসিদগী নাম্পোকখ্রবরা?" থুনা খুমলকই– "ঐখোয়দং ঙাইহৌরে য়াম্বুং।" নহাদুনা পায়রিবা সেটতু লাকপদগী থমলেম্বা লৌদুনা ৱারী শান্নরি– "নখোয় পুম্নমক খুদোংথীবা য়াওদনা কেম্প অদুদ থুংলবা নত্রা? Good luck করি পোইহেবা ... কয়াম থীনা শোকলবা? ডাক্তরনা য়েংবা নত্রা? উং অদুগা চীংলেন সিংআইঃডিঃ রতনজান্দ ঙসি হয়েংগী মনুংদ কাপ্তুনা হাৎকদবনি। ঙসি থৌদোক অসি মাগী রীপোর্টতগীনি। ফরে।"

মতমসিদ নোরেন্দ্রদনা লাউরকই– "খমলেম্বা, নহাক নশানা য়ানা নহাক্কী মীওইসিংগা লোয়ননা any সেকুরিটিদা সরেন্দর তৌবা য়াগনি।" মখোয়না লাউবা তাদনা মখোয় অহুম য়ুমলক ফাওদুনা চেল্লি। থমলেম্বা তুংগী নগন্দ পান্দুনা য়েৎথংবা

পুক ফাওদোকতুনা নোংমৈ মরুদু চৎখরে। নহা অনিদুনা লেংগোনবীরগা পুরকলে। চেকপন খাবা য়ুম উবদগী চঙশিল্লক্তুনা খোঙলৈ থুনা চঙনবা হোৎনবদ গেট শো লোনলমন্দগী নহা অমনা নোংমৈ লৌথোকলগা কাপথোক্তুনা মনুংদা চঙলকলে। গেটতুসু অমুক লোনশিল্লমই। নহা অমনা চঙশিন্দুনা থোং থিল্লি।

থোং থিল্লকপগী মখোনসিদ লৈমাহনবী ফিংলপনা মীৎয়েং য়েংলকই। চাউরেন থোকখিগে তৌবদ লৈমাহনবীনা থীংই। চাউরেননা— "মীনা চীংনবা পোকখিগনি সে।" চাউরেন লৈমাহনবীনা য়াদরবসু থোকখিদুনা কুমথখরে। শাইয়াসু ইন্নরকই। থোং হাংদোকপগা নহাশিং লেপলম্বা অদুদ ফজনা ব্যাবহার উৎতুনা ইমুংদ তারীবা ঈদু ঈশিং লৌদুনা চামথোক্লবা মতুং থোং লোনশিল্লম্লগা চঙলকই।

ঙহাক লৈরগা নোরেন্দ্রনা লুচিংদুনা গেট হাংদোক্তুনা চঙলক্লে। চঙশিন্দুনা থোংদ খোঙপাকনা কাওরগা— "হে কনা লৈ থোং হাংদোকউ। নোংমৈ কাপশিল্লক্লগে ... " চাউরেননা থোং হেক হাংদোকপগা নোরেন্দ্রগা লোয়ননা অতৈসু চঙলকই।

"য়ুমসিদ লমহেন-তুহেবা খর চেনশিল্লকপরা?"

"অদুদি ঐখোয় থোইদোকপা খঙদে। ঐসু সরকারগী কর্ম্মচারী অমনি অদুগা ... "

"মখা তারনু চেক তৌবা তারি"

"চীংনরবদি য়েংবীয়ু। অদুবু লৈবাক মচাদি তানসি। ইমাগী কানি ঐ হৌদোকচগে। ইমা ... ইমা ... ।"

"কনানো?"

"ঐনি ইমা থোং অমুক্তা হাংদোকপীয়ু। শাইয়া ননম্মাগী মনাক্তা চঙঙু।" শাইয়া কাখৎখরে। মমানা থোং হেক হাংদোকপা লোইদ্রিঙৈদ সিফাই খরনা নমখায়দুনা চঙদুনা থীরি।

"কনা কৈদৌবা য়াওরবগে?"

"নহারোল য়েংলিবনি ইমা। থীবীরিবা অসিদ মরুওইবা মীশক য়াওখ্রবরা?" মপুক্লিং তপথরগা হংলকপনি।

"রিব্বার্ড লাউথোকখ্রবা হৌজিক হৌজিক পুনশিনখ্রবা পাটিশিংগী আর্মি চির্ফ কনান্দর থমলেম্বনি। মাগা লোয়ননা মেজর থোংলেনসু য়াওরি। থমলেম্বদি নোংমৈনা পানখ্রবনি" ব্রাফমসিদগী চাউরেন মখা তারকখিদরে। "তারীবা ঈ অসিবু ... ?" তানজাসিদ শাইয়া কুমথরকই। চাউরেন মচননুপী শাইয়াদ মীৎয়েং থমলকই। "ও!" শাইয়া ফি শেমজিনজৈ। মখোয় থোকখিবগা থোং লোনশিল্লবা মতুং মথক্তা কাখৎকে তৌবদ

মমানা— "মসি পুন্নমক অসি ইমৌ অসিগী মবুং লানহৌবা অদুনা থোকহনবনি।"

"করিনো ইমানা হায়বীরিবা অদুবু? তুম্মুরো ইমা মখা তারনু" কাখৎখরে।

"মখোয়না তান্নরক্লিবা মশকতু কনানি হায়বগে?"

"কোননা ৱারী শান্নসি"

অসি হায়দুনা ফোন তৌনবা নম্বর নমলি।

"ঐ খঙবদ য়াদবরা?"

"ঐ ডাক্তর চীং-তমগা ৱারী অমুক্তা শান্নখিগে লৈমাহনবী পাখৎকনু"

"ঐ য়াম্না চীংনৈ। সিফাই ময়াম মরকসিদ তামো চীংতমনা করমনা লাক্কদৌরিবনো? অদুগা মাবু কৌরিবা করিগীনো?"

"ফোন য়াদরবা জাৎলা? ওহ্লোকনা কুইনা পায়দেদা"

অসি শোয়দুনা ফোন্দু থম্লবা মোবাইল ফোন্দ অমুক নমই।

"হোরেন খুদোংথীবা থোক্লবদি ইশু-ইমান্নবী মহাক অদুনা নঙোন্দ শোয়দনা ৱারৌগনি"

"ডাক্তর চীংতমগী লোয়.নবী লৈশংলৈ নংগুম্বী নুপী নৎতে। অসি হায়রবদি ফরবরা?" লৈমাহনবী মখা তারকখিদরে।

চঙলক্কুনা— "তাচৌ চাক মৈ থাগৎনবা তৌরুরগে।"

"তৌরুরো। য়েরুম লৈরবদি খর হাননা ফুৎনবা তৌ। ইমাদি তুমখ্রবরা?"

"তুমহৌরে তাচৌ"

"অদুগা নাওবসু অমুক্তা কৌরুসো" শাইয়া থোকখরে।

"কৈদৌবগীনো?"

চাউরেন খুমলক্তে।

"ঙসি মখোয় তাচৌনা তৌরীবা অদু করিনো? ঐবু ভাব অমুক্তং তাহল্লু।"

"ঙসিদি থম্মোই অদুগী মতিক হরাওজবগা লোয়ননা কপ্পরগনি" ৱাফমসিদ লৈমাহনবী অমুক্কা চীংনবা হেনগৎহল্লে। "অদুনা ... মরুপ ঐনি। নহাক মফমসিদ অমুকতা লাকতবা য়াদে। য়ারীবমখৈ খুৎশু-খুৎলাই শুনা পুবিরকউ। মরমদি মরুপনা সিদা ৰাকলগা খঙনগনি। য়ারে মরুপ খর থুনা লাকপীরকউ।"

চাউরেনদা মীৎ কুপ্তবমখৈ য়েংলম্বা 'দুদ মপুক্লিং নোকনা — "করি খল্লিবনো

ঐঙোন্দ মুন্না য়েংলীবা অদুনা?"

ফিংলপনা— "করিসু খনদে।"

তাংলকসিদ মপান্দ ঙাংনবা হায়ফেৎ তাই। গেট ময়াদনি।

"ইমুংসিদ কন্না ঙমদবা য়াওরবগে?" নোরেন্দ্রনা।

"ঙসাই কাপ্পবগী থৌদেক অমা থোকখিবা নৎত্রা? শাওনু নোরেন্দ্রা। পাখৎখিবদগী মরুপ চাউরেনগী লোয়নবী বিঃপিঃ হায় ওই খরমলে। মশাসু ৱা শংদ্রবীনি।"

"ঐ চীংনবা লৈ। চঙমিন্নসি"

"য়াই অকায়বা লৈতে।"

মবানি চঙমিন্নরকই। সিফাই খরসু ইন্নরকই।

"খঙদেদ ডাক্তর বাবু লৈবাকসে লালহৌবগী ঈহৌ খুমাং চাওশিল্লকপা অসিদ ... "

মখা তারক্তবা অদুদ মীৎয়েং থমলকই। ঙহাক তুমিন লৈরগা— "মীখা পোননীং-দ্রবদি নীংতম্বা ফংজনবগীদমক অমত্তা ওইবগী ৱাখল উৎপা হায়বসি লৈবাকসিগী প্রাজীশিংগী মরুওইবা থৌদাং অমনি হায়না লৌনরকপা অসিদ কনানবু থীংবা ঙমগদগে? মীওইবা ঐখোয়দি তরাইরদুনা কবি খুদিংমক মনীং-মখা তম্না হিংজবা পামজৈ।"

"লানহৌ অসিবু মায় পাক্কনি হায়না থাজবরনে?"

"পাকপা পাকতবা হায়বদি থেংনরগা খঙগদবনি। অদুবু মখোয় অমত্তা ওইনা পুনশিনখ্রবনিনা করিগুম্বা খরদি অহোংবা লাকলগনি।"

"মীয়ামনা মতেং পাংই অসিরা?"

লৈমাহনবীনা কপ-লাওবগী খোঞ্জেল নুংদাং ওইবনিনা হৌনা তাই। চাউরেননা থোং হেক হাংদোরকপগা ডাক্তরদুনা— "লেংশিনসি।"

"য়াজরে"

থোকখিনবগী চৎপা হৌরকপদ— "ইমুংদ চঙলগদি চীংনবদু কোক্কদৌবনি" করিমত্তা হায়রমদনা থোকখরে। ডাক্তরদুনা হেক চঙখিবগা থোং লোনশিনখিবগা নোরেন্দ্র অমুক চঙশিল্লক্তুনা ৱারী তানবগীদমক থোংনাও ময়াদ লেপলরে। শাইয়া নুংশেং পানবা থোংনাওদগী নোরেন্দ্রনা তৌরীবা ময়াম তুমিন য়েংলি। য়েংশিন্নবা শারগা— "ঙসি নুমিৎ তরানিগী মনুংদ পুখৎনবা হায়বদি হোসপিতান্দ লৈনবা তৌরসি।"

"করিসু থোইদোকপা ... "

"থোইদোকপা লৈতে মরুপ। পুক্লিং শোষ্টরুবদগী থোকপা problem অমনি। লৈমাহনবী স্বারদু চনীং তানা হোল্লু।"

নোরেন্দ্র চৎখরে হায়দুনা শাইয়ানা পাও পীরকপদগী নহারোলশিং লৈরীবা কাদ খোঙলৈ থুনা চঙখরে। নহা অনিদুনা থমলেম্ববু কননা সেবা তৌরমলি। চাউরেনসু চঙশিন্দুনা ডাক্তরগী মতেং পাংলি। ঈসিং অশাবা লুপলগা লশিং চেষ্টরক্লিবা ঈদু তৈথোকপীরি। ঙহাক লৈরগা ঈদু লেপখরে। থমলেম্বা স্বার হোনজরগসু জ্ঞানদি তাদ্রি। শাইয়া নীপাদু কনানো হায়দুনা য়েংজবদু ডাক্তরনা লৈথোক লৈশিন তৌবদুদ মশক লাকশিনবা ঙমদরে। থমলেম্বা স্বার কল্লম্বদগী তপনা-তপনা চনীংতানা হোষ্টজরকপ অদুদ ডাক্তরদুগী মাইথোং মোমোন নোকপা উৎলকই। লৈশিল্লক্তুনা— "মরুপ ঈ খর কাপত্রবদি খর ফগৎপা ঝাগনি।"

"করি করম্বা কাংলুপনো?"

" 'ও' নি"

"ঐসু ও নি মরুপ"

"অদুদি কাপনবা তৌরসি।" চাউরেন থংননা লৈবা ফমুংদুদ হিপথরক্লে। "হার্ডতা শোকলমদবা অসি ঐখোয়গী লাইবক য়াম্না ফরবনি।" অশোকপা মফমদু নীংথিনা ফজনা শেংদোকপা লোইরদুনা হিদাকনচিংবা হাপখরে।

ঈ কাপ্পা মিনিট কুন্মুক শুরকপদ থমলেম্বা মীৎতপনা-তপ্না পাংথোরকই। "করিসু থোইদোকপা তৌররোই অথৌবা তামো। মরুপ পুং কয়া তাখ্রবগে?"

"তরা খর হেল্লে" চাউরেননা খুম্লকই। "চাক চাখরসি।"

"হয়েং চামিন্নরসি মরুপ"

"য়ুমদ অমা লৈহৌরিবী অমদু নুংশিরকপগী ঝানিনে?"

ময়াম নোকই। " নীপাগীদমক ঝাজবসি নুপী নত্তনা কনাবু লৈরীবগে?"

চাউরেন ডাক্তরদুগা থোকমিন্নখরে।

## (১২)

নোংঙানবগা শাইয়া মবুং চাউরেননা পাওখোং হায়বদগী পোৎশিং চৎতুনা লৈরুরে। পোৎশিংদু চঙলক্তুনা নহা অমদ পীরম্লগা থোরকলে। কোম্বীং ওপরেসনসু অচৎ-অওক অমত্তা তৌহন্দবগা লোয়ননা য়ুম-য়ুমদ চঙদুনা থীবা খোৎপগী থবক চৎথরি। ঙরাংগী থৌদোক অদুদ পুলিস কম্মান্দো অহুম-মরি য়াওনা পুননা সিফাই কুনথ্রামঙা শিথ্রবনি। ঙসি মৈতৈ চৈরাওবা ওইবনিনা অথিংবা খর কোমথোকনবসু অয়াম্বনা চৈরাওবগী মওং উদরি। নুপী-অঙাং কয়া মচি মচিদ পুননা লৈনখ্রবনি।

শাইয়া শঙ্গোম অনৌবা য়াওবা পাত্রদু পায়রদুনা চঙলকই। লৈমাহনবী তনগং কননা হৌরি নাকন্দ য়েরুম খর ফুৎলি।

"ইনম্মা, শঙ্গোমসে চীন্নী থাক্তনা লোনসিরা?"

"উং। ঙাইখো শাইয়া ঐখোয় লৈরীবা নহা অহুমদু নং মশক খঙবা য়াওবরা?"

"য়াওদে"

মখা তারকখিদরে লৈমাহনবী।

চাউরেন বাজারলোমদ হাইগৎনবগীদমক খুৎতা খাও অমা পায়দুনা থোককে তৌবদগী নোরেন্দ্রনা লুচিংদুনা আর্মিশিংগা চঙলকপা উবদগী— "নখোয়গী তন্দু খরদং হৌখো" খোঞ্জেলসিদ লৈমাহনবী চাকশংদুদগী থোকখিদুনা ফমুংদা হিপথখরে।

নোরেন্দ্রনা চঙশিল্লক্তুন— "কদাইদ লেংবীগদৌরিবনো?"

"ঙসি মৈতৈ চৈরাওবনি। অদুনা কুম অমগী লাকপা অনৌবা চহিনিনা হরাও-তয়াম্বা ফোংদোকচগে খন্দুনা ঙা অমা য়েংজরুগে তৌবনি।"

"য়াম্না ফৈ। অদুবু ঙসিসু য়ুমসি অমুক্তা চেক তৌবা তারি। শাওবীবা য়াদে।"

"য়াই। ঐ শাওবা হৈজদে। অদুবু করিসু নৎতবদ মীচম প্রজাশিংদা ঙহাক লৈতনা অৱাবা পীবসিদ খর হেনমবরা খল্লি।"

'লানহৌবশিংনা মীচম প্রজাশিংবুদি ৱাহন্দবরা?"

"নখোয়গী মীওৎ-মীনৈগা লানহৌবনা পীবা অৱাবগা চাংদমনবা য়াদে। লানহৌবনা

তৌরিবা থবক, হৌরিবা ঈহৌ ঐখোয়গী তুংগী পুন্সিদা হৌরক্লিবা মীরোনশিংনা মীখা পোন্দবা, মনীংতম্না হিংজহৌনবগীদমকনি। অদুগা সিফাইশিংনা পুন্সিগী হৌগৎতুনা চৎপা য়ারোইদৌবগী মওংদা দাক অমা হেক হেক থমই।"

"লানহৌবা অসিবু শৌগৎপগী মওংদ ৱা য়াম্না ঙাংবীখরে। য়াম্না ফৈ" হায়দুনা ইমুংদ চঙদুনা থীব-খোৎপগী থবক কন্না চৎথরি। সিফাইবু চঙলম্বা ইমুং পোৎ-চৈ কয়া চাইখায়বা হায়বসি হৌনশানি। নোরেন্দ্র থোকলকপদা ডাক্তর চীংতমগা মায়োকনৈ। ৱাদি ঙাংনদে ঙহাক্তি য়েংনৈ। নোরেন্দ্র চৎখ্রবা মতুং সিফাই অতৈশিং চৎখরে। য়ুমসিদ লানহৌবা খর লোৎহনবদু মমানদি খঙদবা অসিদ খুদোংথীবদগী কনজবা ঙমজরীবনি। "মরুপ ঐ বাজার ফাওবদ চৎচরুখিগে। মরুপনা ফনবা শিনলম্মু" চাউরেন থোকখরে।

শাইয়া ডাক্তরগা লোয়ননা চঙমিন্নরকই।

ডাক্তরদুনা চঙশিন্দুনা য়েংবীরি। "আ"

"অস! নীংতম লানমী অমনা অনাবা মশক খঙব্রনে? ৱাহংসিদ নহা অনিদু ফিং লকনা মীৎয়েং থমলকই। "ইবুংঙো নখোয় ইমা-বু নুংশিদবরা?"

ৱাহংসিদ থুনা পাউখুম পীবা ঙমদে। নহা অমনা "ইমাবু নুংশিবগীদমক ঙসি ঐখোয় শিবা ঙমলিবা অসিনি।"

"নুংশি হায়রগা ইমাবু করিগী ৱাহল্লিবা? কৈদৌবগী তেংথাহল্লিবনো? করিগীদমক য়ুমবু থাদোক্তুনা চৎপা ঙমলিবা?"

নহাদুনা খুমলকই— "অৱাবা খুদোংথিবা ফংদনা নুংঙাইবা ফংবদি ওইথোকলোই। অদুগা ইচন, মীখা পোননা, মীনাই ওইদুনা হিংদুনা লৈগদৌবগী শরুক ইনীং-ইখা তম্না খেন্নবা লৈতনা হিংবা পুন্সিদু পামদবরা?" অদুগা মমানা মচাগীদমক ৱাদনা কনাগীদমক ৱাগদৌরিবনো?"

"ইবুং"

"ঐখোয়দি ইচন মীখা থাদুনা লৈরবা ইমা লৈবাক কংলৈপাক অসিবু করম্বা মতমদ নীংতম্বা ফংহনগদগে খনবদ থম্মোই হেক-হেক ৱাই, হেক-হেক কপ্পীই" নহাদুনা মখা তারকই।

"অমরোমদদি লানহৌবা হায়বসি মোংফম থীবনি" ৱাফমসিদ থমলেম্বা ৱা ঙাং নীবনি। ঙমদবদগী অনাবা খাঙলকই।

নহা অদুনা মখা তারকই— "ঐখোয় নোংমদি শোয়দনা শিরগদবনি। অদুনা

হিংলিঙৈ মতম ঐখোয়গী মাঙগ্রবা নীংতম্বা ফংনবা থীবা অসি করি কায়রবগে? শিবা কিবগীদমক ঐখোয় মীখা পোন্দুনা অসুম্না অসুম হিংদুনা পুন্সিসি লোইহনখ্রসিরা? নং নশাগী পুন্সিবু মশক খঙজরবরা? মোয়না য়েংলিবা মীৎয়েং তোয়না থোক্লিবনিন খঙলম্লগনি। অর্থদি নং লৌশিনবা ঙম্লা?" শাইয়া তুমিন লৈ। মীয়াম্না তারকপা রাইনে। ঐখোয়গী অশেংবা নীংতম্বা ফংনবা হোৎনজগনি।"

"লানহৌরিবা ইবুং-ইপ্পাসিংনা ব্রাফমদু তত্তুনা হায়। অদুবু মীয়াম্নদি ভাব তাদবনিনা ইবুং-ইপ্পাশিংগী পুন্সিদ তত্তুনা অব্রাবা তাহল্লি। নখোয়বু নুংশিদবা কয়া অমনি।"

"মখোয়বু ভাব তাহনবা নংগীসু শরুক য়াওরিবনি।"

সোমদা চাউরেন হল্লকপগা চঙলক্তুনা ফিরোনশিং হোংদোকলগা হায়রকই— "নংদি চঙলুরবরা?"

"চঙলুদরি। করিনো লৈবীরক্লিবা ময়ামদুবু?"

শেৎন-চানবা ফিরোন খরগা ঙাগা এনসাং-নাপী খরগা লৈরকপনি। নচনদি?"

"মখোয়গী লৈফমদ চঙখিবনি। ঙসি শক খঙহনগদৌরিবা নৎত্রা?"

"উং"

তালকসিদ মমা চঙলক্তুনা হংলকই— "ডাক্তর চীংতম লাক্লিবা করিগীনো?"

ঙহাক পাউখুম পীদে। "নমৌগী হকচাং য়েংহনবনি।"

"ইমৌবু কৈদৌরবনো?"

"থা থাগী চেক তৌহনবনি।"

"ঙসি চৈরাওগদৌরিবরা?"

"লাওগনি ইমা"

"ইমাগীদি হাপলুরগনু।"

ঙকলক তৌই। "করিগীনো ইমা?"

"ইমা মৈতৈ ধৰ্ম্ম কয়া পামদে।"

"ইমা ইশাগী ধৰ্ম্মবু ইশানা চৎতনা কনা লাক্তুনা চৎকদৌরিবনো? ইমা ঐখোয় হিংবা য়াম্না লুরবনি।"

"পুম্নমক অদু লমহেন-তুহেনবা খরনা থোকহনবা ঙাক্তনি।"

ৱাফমসিদ চাউরেন লৈমাহনবীদ মীৎয়েং থমলকই। লৈমাহনবী মপানথোংদ নুংঙাইজদবা অদু থোইনা উৎতে। "ফরে ইমা মখা তাবীরগনু। ইমাগুম্বী কয়া লৈবদগীনি ঙসি ঐখোয়না ৱারীবা অসি।"

"নং নশাগী ফিরেপপু নুপীগী মীখা পোন্না হিংজরীবা অদুগী অর্থ নং লৌশিঞ্জবা ঙমজরবরা?"

"করিনো ইমানা ঙসি হায়বীরিবা অদুবু?

"খুদিংমক অসি নংনা ভাব তাদবদগী থোকপা ঙাক্তনি" মখা তারমদনা মমা থোকখরে।

অসুম্না কঙাওননা অমদি নুংঙাইজদনা লৈরিঙৈদ লৈমাহনবীনা– "ঐনা মরম ওইদুনা ঙসিদি ইমুংসে লৈখা তারবগুম্বনি।"

"পুন্সিবু থাক ৱাংনা থম্বা ঙমজদবী ইমানা ঙাংবা অমদি খল্লিবা ৱাখলদ অচুম্বা ওইনা লৌরীবি নংবু নুপীরা?"

"ঐদি ইকাই খঙদবী হায়বদু চপ চারবীনি।"

"নং ঐবু থাদোক্কুনা চৎখিবা তারবসু চৎত্রিঙৈগী মমাংদ ঐবু হাতোকলম্বা তাবনি"

লৈমাহনবী ঙকই। চাউরেন শাওনা থোকখরে। শাইয়া চঙলকই।

"ইনম্মা তাচৌগা অমুক কৈদৌনরে?"

"চাক থোংনবা তৌরসিরা?"

কাদুদগী থোরক্লুনা চাকশঙলোমদা চঙলকই।

"মখোয় তনগা য়েরুমগা হাওনা চাহৌবরা?"

"উং। অশোকপা অমদুদি কয়া চাদে। ঙাদুদি ঐ শেম্লগে ইনম্মা।"

"ইমাদি চাক হাপলগনু হায়রমই"

"করিগীনো?" মনম্মা খুমলক্তে। "ইনম্মা নং য়ুমসিদ লৈবা য়াম্না নুংঙাইতবরা?"

"নুংঙাইতবা মানবরা?"

"ইনম্মা নংগী চাউথোকপা ঙম্বা থম্মোইদুনা ইমাবু নোংমদি শোয়দনা ... "

মরক থৎলকই– 'ইমীৎতা ইচা উজবা ফংদনা শিখিগদৌরিবী ঐনবু থাজদে।"

"ইনম্মা। নং ঙাওরবরা?"

মবানি ৱারী ঙহাক শান্নদরে। চাক লোইনবা কন্না হোৎনরি।

"ঐদি নখোয় তাচৌনা নুংশিবীবদগী ঙসি ফাও হিংবা ঙমজরিবনি। অমরোমদ নুংশিবা হায়বা অসি অহেনবা তান্নবা ওইরমলে। ঐসে ঐ ওইরক্তবা মতমদ করি ওইরক্কদৌরিবনো ইনম্মা হায়বা ঙমদে" য়াম্না নীংবা কায়বা অমগী শকফম লৌরদুনা হায়রকপনি।

"কমদোমদগী চীরোননো ইনম্মা? ঐ খঙই ইনম্মা সিদ লৈবা তশেংনা নুংঙাইতরে। ইমানসু ইনম্মবু নুংশিদরি।" থুম পাত্রদগী খর লৌথোকলগা— "ঈরোনবগী থুমসি সিনা য়ারদরা ইনম্মা?"

"উং। মহি য়াম্না লাংহনগনু"

চঙলক্লুনা— "চাক লোইরবরা?"

"লোইরে তাচৌ"

"কোম্থোংদ থাদোক্লবগী শেন্নসিরা?"

অসি হায়রকপদগী মচন নুপী শেম-শাখরে।

"লৈমাহনবী, ঙসিদি ঐখোয়গী জাতিগী ওইবা হরাও-তরাম্বা পুন্সিনি অদুনা পুক্লিংবু নুংশিনা অৱাবা-নুংঙাইতবদি ফোংদোকনগুমসি। ঐ নংগা পুন্সি খঙদবা নত্তে, খঙনবনি"

মচননা শেম-শারিবা পোৎশকশিংদু পুরগা কুমথখরে। মচননা লাতেন চুখৎলগা মবুংগী মতুং ইন্নখি।

লৈমাহনবী, চাউরেনগী ৱাফমদ নোংজাংননা লৈ। মপুক্লিং নুংশিনা চেষ্টরক্লিবা পীরাংদু মখুৎ ওইনা তৈথোকচরি। "নুংশিবা মানা ঐগীদমক অসুম য়াম্না ৱাবীরিবা অসিদ ঐনা করিগী ৱারুরীবা থম্মোইসিনা। ইনেমনা পীখিবা শাপ অদুনা ঐ ইচা উবা ফংদনা তাইবংপান থাদোক্লুনা চৎখিবা তাবনি।"

অসুন্না মখল্লকই।

চাউরেন লাইদ থঙ্গগদবা পোৎলমশিং থাফমদ থন্নবা মতুং অসুন্না শোল্লকই—

"লম্মাবা তুমাবা লমশেনবা তুশেনবা
লমঙাক-তুঙাকপা লমশেন-তুশেনবা
হনবা কোকচাও হনু লাইখম
লাইবংথৌ মাপন লাই নুরা তরেৎ

উমং লাই শরোই হুমফুমাথোইমক
কুমসি কুম অসিগী ননাইনা কচ্চরিবসি
চাদুনা ঙাকপী শেনবীয়ু।"

লোইরদুনা খুরুমজরি। মচনসু খুরুমজরি। ইমুংদ চঙলক্লে। মচন কাখৎখরে। চাউরেন মমাগী কাদ চঙলকই। মমা ইংনা চীক্না ফমুংদা হিপলমই। চঙশিল্লকুনা– " ইমা চাক চাথোকমিন্নরসি।"

"ইমা চাররোই"

"ইমা ঙসিদি শাওনগুমসি। অৱাবনা পুন্সিগী খাঙপোকশং ওইহনিংদে"

"ৱাফমদুগী অর্থ করিগে?"

"ইমা ... "

মমানা মরক থৎলকই– "নং ইমাবু লাননা লৌবরা নত্রা? নং নশাগী ৱাখল, পুন্সিবু থাক ৱাংনা খনজবা অমদি চাউথোকচবা ঙমজদরিবা অদু মসাজসিগ মমাংদ ইকাইদরা?"

"সংসারসিদ অমত্তা ওইনা য়েংবা ঙমদবা মীওইশিংনদি ইকাইরম্বা য়াই অদুবু মচাদি ইকাইবগী মহুৎ লৈমাহনবীগী মীংদ অচৌবা প্রোজেক্ট অমা পায়খৎকদৌরি" মখা তারমদনা কাখৎখরে। মমা অশাওবগা লোয়ননা য়েংদুনা লৈহৌই।

মবুং চঙলকপগা শাইয়ানা – " তাচৌ ইবুংশিংগী চানবশিং শেম্বা লোইরে।" পোৎলমশিংদু মচনগা লোয়ননা পুমিন্নরক্লে। ঙহাক লৈরগা শাইয়া মমাগা লোয়ননা কাখৎমিন্নরকই।

"ইমা, সিদ ফমলো।" করিগুম্বা অমত্তা হায়দনা চাক চামিন্নখরে।

নুংথিলগী পুং অষ্টম তাশিল্লকলে। চাউরেন লৈমাহনবীবু খুৎশেম্বীরগা তপ্না-তপ্না কুমথমিন্নরকই। মচনসু খুৎতা খাও অমা পায়রগা তুং ইন্নরকই। থমলেম্বা হকচাং থর নুংঙাইবগী মওংদ হিপতুনা লৈরি। লৈমাহনবীবু থমলেম্বগী মনাক তানা পুশিল্লকই। লৈমাহনবী হিপতুনা লৈরিবা মবুংদুদ মশক খঙদবা অমগুমনা মুননা য়েংলি। থমলেম্বা মীৎ পাংথোরকই। "মহাকসি ঐগী লোয়নবীনি" থমলেম্বা ব্যবহার উৎলকই। "লৈমাহনবী, কনা মাল্লি?" ৱাহংসিদ লৈমাহনবী থমলেম্বা ঙকই। মবানি অমগা অমগা মুন্না য়েংনরবসু মশক খঙনবা ঙমনদরে। করম্নবু ঙমগদৌরিবনো? চহি তরামঙাগী মথক্তা উনদ্রগা ঙসিদং উনবা মবুং-মচননি। অসিতা নত্তুনা থমলেম্বা কুচু-কুমেন ওল্লে।

নাতোন শুমাংদ কোয় খর ফালে। শমদি য়াম্না তেন্না নীপা মাননা ককলে। লৈমাহনবীসু ওইথংবদ লৈরীবা দাক, মহৌশাগী ফজরম্বা শকফম কায়রবা, কয়া অসিদ লাকশিন্নবা ঙমদবনি। "ঐ মাবু কনানো মশক খঙদে।"

"নং তশেংনা খঙদবরা?"

"খঙদে" হায়বগী মওংদ ঙক হাইরকই।

"ইবাই"

কৌরদুনা থমলেম্বগী মখোঙ শোকনা খুরুমই। থমলেম্বা ঙকই। লৈমাহনবীসু ঙকচন্নে। "ইবাই, মহাক অসি ইবাইগী নচননুপী সন্ধ্যানি।"

"মহাক অসিবু ... "

হৌগৎকে তৌবদ চাউরেননা খামলকপদগী অদুম হিপলি। লৈমাহনবীনা মীৎয়েং থমলকপদ চাউরেননা "মালি" হায়বগী মওংদ ঙক নোমলকই। লৈমাহনবী হরাও-নুংঙাইবগী মীৎলু পীরাং নৌথোরক্লে। "তাতোন" চঙশিন্দুনা মবুংবু কোনশিন্দুনা কপলকই। ঙহাক কপমিন্নে। ময়াম হরাওনৈ। মচনগী কোক্তা নুংশিনা নানবীরি।" হানন্দগী হেন্না অমুক্কা ওইনথোইনা কপলকই। থমলেম্বা নুংঙাইরক্তে। "নং নুংঙাইরিদনা?"

"তাতোন নং ঐখোয়বু নুংশিদবরা?"

ঙহাক ব্বাহং অসিগী পাউখুম পীদে। "নুংশি।"

"অদুগা অসুক কুইরবা চহি তরামঙাগী মতুংসিদ ঙসিনা খংহৌদনা ..."

"ইবুংদি অরোনবা পুন্সিনি অদুগা চহি নীপানমুক ভারতকী ব্বাংমদ লৈরুরে। নোং মতং লাক্কে খনবনি অদুবু তানজা ফংখিদে। ইমুং-মনুং কনামৎতা অনা-য়েক য়াওদেদনা।

"য়াওদে অদুবু ইন্দ্রোমচাদি লৈখিদরে।"

"ইমাবু ... ! ও!" ঙহাক নুংঙইনদে। "বাবাগা বাজিহনগদি কল্লিদনা?"

"খাতোন্দি কল্লি। বাবাদি লৈখিদরে।"

থমলেম্বা থম্মোই পুবা ঙমলকতরে। মপুক্লিং নুংশিরকই।

"করিসু খন্নিঙাই লৈতরে। শিগদৌবা ঙাক্তনি"

"ইন্দোমচানা তাতোন্দবু শোক্লমই"

"নং কুচু-কুমেন ইওন ওল্লি ঙমলুদবরা?

"ঙমইদ তাতোন" ৱাফমসিদ চাউৱেন শাইয়া য়েংনৈ। "অসুক ৱাবা, অসুক নুংঙাইতবা, মিৎকুপ অমত্তং পোথাজবা ফংজদবা পুন্সিবু করিগীদমক য়াওরীবনো?"

"কনানা ৱাই হায়রবগে? অদুগা নং ইনীং ইখা তম্না হিংবা পুন্সি নং পামদবরা?"

"অদুবু তাতোন ইপ্পা অরুননা ৱাহৌবা অমদি ইন্দোমচানা কপখিবা তাতোননা করিমত্তা উবিদে। নুংশিজরবা ইপ্পানা তাতোননা চৎখিবা নুমিৎতগী অহিং চুপ্পা কপনা লেনখিবা তাতোনগী থম্মোইদ ফাওদবরা?"

"ইবুংগী ইবেম্মা সন্ধ্যা"

"ইপ্পাদু নীশা শিজিন্নখিদরে"

"করিগী কপলোইদগে ফমুং অমত্তদ ময়াম্বা অনিগী মরক্তা তুমজদুনা ওইনখিবা ইনাও নুংশিবনি।"

"ঙসিদি মহাক য়ুম পাক্লে। মাগী নুপী য়াম্না ফৈ"

"ঐগী ইনাও অরুনবু ... " হরাওজে। "মহাক শেল থোকপা করি থবক লৌরবা?"

"ঠিকা খর খর তৌবদগী পৈশা পায়রে। ইন্দোমচাগী মীংদ বাজারদ হোটেল যচৌবা অমা শারিবনি"

"ইবাই, ফজবা-ফজদবদি খঙদে। ইবাইগীনি হায়দুনা ফিরোন খর নশেননা লেরকপনি।" শাইয়া চঙশিন্দুনা খাওদু পীরকই। ফুরিৎ অমগা খোঙগ্রাও অমগা লৌথোকলগা পীরকই। "ইনাও অনিগীসু" নহা অমনা চঙশিন্দুনা লৌই।

"য়াম্না ফজখরে ইশেনগীসে"

"ইতৈ লীক্লুনা য়েংশিরা?"

"কোননা লিৎলগে। ঐসু ইচনগীদমক হায়দুনা ফিরোন-চানবা খরগা পুরকপনি মদুবু ঙরাংগী থৌদোক অদুনা ... ।"

"তাতোন চরা ৱানসিরা?"

"য়াই"

অসি হায়রকপদগী শাইয়া থোকখরে।

"তাতোন য়ুমসিদ মতম খরদি অশোকপদু ফৎত্রিফাও লৈসিকো? য়াকো?"

"ইবাই নচননা হায়রিবা ৱাফমসিদ ইবাইদ করি কায়গদগে?"

"লৈনীংবনি। অদুবু সিদ সুম লৈবসি খুদোংথিবা থোরক্কনি। মীগী চীন হায়বসিসু তম্বা ঙমদে। পাটিগী ওইবা মরুওইবা থবক-থৌরম খর ঙসি মরি-মঙানিগী মনুংদ পাংথোক্কদৌবা লৈ।"

"হায়রিবা ব্রাফমদুবু ঙসি চৎলগেরা তাতোন?"

"ঙসিগী থেঙলবা অহিংদ চৎলসিরা খল্লে।"

লৈমাহনবী কপলকই। চাউরেন লৈমাহনবীবু কোনশিনবিরগা— "করিগীনো নংনা থম্মোই পীকথরিবা? কপকন্নু থম্মোই চাউথোকই। অদুবু ইবাই, ঙসি অহিং অসি লৈরগা হয়েং অহিংদ ওইনা চৎপীরো।"

ঙহাক লৈরগা শাইয়া চাক ইনশাং পুরগা চঙলক্লে। লৈমাহনবী মবুংগা লোয়ননা পুখম অমদ চামিন্নরি।

মথং নোংঙানবগী অহিং অথেঙবনি। জীবশিংনা খোংবগী খোঞ্জেল নত্তনা মীওইবশিংগী খোঞ্জেল তাখিদরে। থমলেম্বা চৎন্নবদি থৌরাং তৌরি। ঙহাক লৈরগা মারুতি ভান অমুবা অমা থুংলরে। খুৎলাই পায়বা নহা খর চাইথোকখরে। থংনবা মিৎকুপ্তা মারুটি ভান খরসু থুংলরে। পাক শন্না খুৎলাই পায়বা কয়ানা চাইথোকখরে। নহা অমা চঙশিল্লক্তুনা — "ইয়াম্বা, ঐখোয়গী মীওইশিং থুংলরে।" লৈমাহনবী মবুং থমথেম্বদ থমলকপা মীৎয়েং থোইদোকনা পুক্লিং নুংশিনীংঙাইনি। নহা অনি চঙশিন্দুনা মতেং পাংলি। "ইবুং অমুক য়ৌরগে। কপকন্নু। "ফুরিৎখাওদগী চামঙা চৎপী অমা লৌথোক্লগা — "সিনা ইচনগী হকচাং কন্নবা মচি ওইবা চীঞ্জাক লৈয়ুকো।"

"তাতোন নং অমুক মফমসিদ লাকলরোইদরা?"

"হৌজিক্তি ইচনগী লৈফম খঙলবনিনা তোয়না লাকতরবসু মরক-মরক্তদি শোয়দনা লাক্কনি"

নহা অনি লেঙগোম্বীরগা পুথোরক্লে। "তাতোন য়াইফক্লকউকো।" মচনগী কোক্তা নুংশিনা নানবীরগা গাড়িদা কাখৎখরে। মখোয় চৎখরে। চাউরেন লৈমাহনবীবু খু য়েৎনা কোনশিনবীরগা চঙমিন্নরকই। শাইয়াসু চঙলক্লে।

## (১৩)

লৈমাহনবী, অয়েকপা লাই অমখক মীঙোন্দ থিল্লুরগা হল্লকপদা মনেম অদুনা অঙাংশিংদ মীওইবনা হায়নদবা ব্না কয়া ঙাংদুনা লৈরমই। অঙাং অমত্তা ব্না লান অমত্তা ঙাংদনা অকিবনা হকচাং পুম্বা থুকগৎখরে। খোন থোকনা কপ্পসু য়াওই। লৈমাহনবী মনেমগী মতৌদুদ চঙশিনবা ঙমদরে। "নখোয়না অসুক য়াম্না লাংলিবা অদুবু য়ুমসিবু নমা-নপা লমশিগী য়ুমনি। খল্লুরবরা? মফম মরাং খঙদনা পোকলকপা মচাসিংনিনা লমকেৎ-লমহাইবা জাৎনি। মীনা মনীং তম্বসে তম্বীদকো।"

ব্নাফমসিদ লৈমাহনবীনা মনেমদ য়েংলক্লিবা মীৎয়েং থোইদোকনা নুংশিনীংঙাইনি। "নখোয় হৌজিক অমমমতা ওইনা ফুরবদি ...। মহ্যপাপী মচাসা ঐ ঙসিদি য়াম্না শাওনীংঙিদা।"

লৈমাহনবী খাঙবা ঙমলক্তবদগী অঙাংশিংদ ওনশিন্দুনা শাওরকলে– "নখোয় কৈদৌবগী লাংলুরিবনো?" অঙাংশিংদ ফুরকই।

"হে অঙাংদ ফুল। শিবা-নাবা য়াওরবদি ইমুংসিদা দোষা তানি। অদুগা লৈমাহনবী, ইকাই খঙদবী হায়বসি তিনগুম্বনি।" হায়রম্লগা ইমুংদ চঙখরে।

লৈমাহনবী অঙাংশিংদ ফুবমখৈ ফুরগা অঙাংশিংবু কোনশিনবীরগা কপলকই। "নখোয় ওজাবু ব্নারৌগনুকো। মফমসি মীনুংশি য়াওদবা, মীগী পুন্সিবু শা-ঙাগুম্না খনবা উবা মফমনি।"

পুনমহনবীনা হায়রকই– "ঐখোয়না ওজাদ শাওদে। ওজা, বোবোকসে য়াম্না ফত্তে।"

অঙাং নুপী মচা অমনা হংলকই– "ওজা বোবোকনা ওজাবু লুনা তৌদমালে। মতম অয়াম্বদ বোবোকনা ওৎপা মাল্লি।"

অসুম্না ঙাংনরিঙৈদ মনেমদুনা অমুক থোকলক্তুনা – 'ইমুংসে য়াম্না মোরেল লৈননা, মমাগা মচাগা নুংশিননা লৈমিন্নরম্বনি নং হেক লাকপদগী পুন্নমক মাঙখ্রবনি।"

ব্নারী অসিদগী অঙাংশিংদু ছুটি থাদোকখরে। তালক অসিদ শাখিরা চঙলকই।

"ইনে লাক্লিবরা? চঙবীরকউ" মোরা লৌথোকলগা থারি।

"ইবেম্মা, ঐ নংগী নফমদ করিগুম্বা খর শেংদোকচগে লাকচপনি।

"করিনো শাখিয়া নংনা হায়রিবদু?"

"ইনম্মা, নুপীদি নুপীশিংনা হেন্না নুংশিফম থোকপদ মসিগী! ওন্ন-তৈনবদ নুপীনা নুপীবু ওৎ-নৈবগী পাউ লৈবাক অসিদ তত্তুনা তারকপসি ঐগী থম্মোইদ কয়া নুংঙাইরক্তরে। মপুরোইবগী মনাক্তা শিজরুরগে চৎখিবনি। অদুবু লাইবক থীবদি ৱাবা, নীংঙমদবা অমদি ওৎ-নৈবদগী খাঙবা ঙমদদুনা মদোম মীশি চাদনা শিবা ঙমলকপী মৌ নহাশিংগী মনুংদা ইমৌ লৈমাহনবীসু চনহন্নীংদে" লৈমাহনবী পুঙক ঙকই।

"হে নং ঐগী মায়োক্তা লেপলক্কদবা ওইরবদি হৌজিকমক চৎখিবা য়াগনি। ঐদি ঐনা লোপ্লিবা অসিনা অরোইবনি"

"অদুবু ইনম্মা, ঐনা নীংলিবা ঐনা খল্লিবা ৱাখল অসিনা খ্বাইদগী চুম্মে খনবা, অফ-ফত্ত তান্নবা খন্ন-নৈনবগী মতম পীদবা অসি মীওইবা ঐখোয়গী খ্বাইদগী অশোয়বনি"

"ফরে ফরে চৎখরো" হায়দুনা অশাওবগা লোয়ননা শখিয়াবু ইম্থোকই।

"অদুগা ইনম্মা ৱাফম অমনা-- লৈমাহনবীনা করিগুম্বা নৌনা পুন্সি কেমখিবা তারবদি মদুগী দায় ঐঙোন্দদি পুহল্লক্কনু। লৈমাহনবী ঐ নোংমদি নপুরোইবা অমদি নচনগা পুন্না লৈমিন্নরিঙৈদ শেংদোকপা লাক্কনি। মতম অদুদ নংনা ঐবু ঙাকপীয়ুকো। ইনম্মা নংনা ফৎত্রগা ঐসু লৈকাইসু য়াওনা ফৎকনু হায়বদুদি কদাইদগী য়াগদগে?" অসি হায়রম্লগা শখিয়া চৎখরে।

মনেম অদু মতোন্দা শাওজরকই।

"মসি পুন্নমক অসি নংননি" হায়দুনা অমুক্তা কল্লকনা ফুই। "ঐনা পুন্নমক ফত্তবা ... অস! ... " তৌফম খঙদবা, পেন্দবা, শাওনিংবগা লোয়ননা ইমুংদ চঙখরে।

মনেমগী মীওৎ-মীনৈ মরক্তা শখিয়ানা ঙসি খংহৌদনা লাক্তুনা শেংলবা থম্মোই উৎলম্বা অদুনা পুন্সিদ চমমকহল্লে। করি থোক্লগদবনো হায়বা ৱাখলসিনা চোইরক্লবদা তপনা চেম্থরক্লিবা পীরাংদু তৈথোকচরিঙৈদ চাউরেননা চঙশিল্লক্তুনা — "করি খল্লিবনো ঐগী চান্নথোইরবী?" থোইদোকনা চাউরেন ঙল্লকপা খঙহৌদবনা খংপ্রেক খংনা মপুরোইবদ য়েংজরকই। চাউরেন লৈমাহনবীগী কায়রবা ফিভম মুর্ত্তি অদুদ খর চীংনরক তৌই। কায়রবা ফিভম অদুবু শেমজিনজরকপদ লৈমাহনবীগী হকচাং শোক্লগা— "লৈমাহনবী নহাক কৈদৌরবগে?"

"ঐ ... "

মরক খঙলকই— "লৈমাহনবী, ঐসে নংগী নপুরোইবা মান্দবরা? নং ঐঙোন্দদি লোৎকনু। কৈদৌরবগে?"

"করিসু তৌদেবা লাকও ইমুংদ চঙলসি"

মপুরোইবগী বেগতু পায়রগা মাং থানা চঙখরে। চাউরেনসু উপাই লৈতবদগী তুং ইন্নরকই। "নচন্দি হল্লকখ্রবরা?"

"ঙসি খর থেংলক্কনি মনম্মা ঐঙোন্দা হায়রমই"

মপুরোইবনা হোংদোকলিবা ফিরোনশিংদু কনথোক-কনথোক্লগা উপু মনুংদা থমজিনজরকই। "হয়েংদি হকচাং চ্যেক তৌবা থোকলম্লগনি। খর ঙন্না চৎলগা য়েংথোকলুরসি।"

"উং"

চাউরেননা বারুমদা চঙখিঙৈদা থক্লবা ঈশিং গ্লাস অমগা শঙ্গোম গ্লাস অমগা লফোই অনি থমলম্লগ চাকশংদ চঙখরে।

ঙহাক লৈরগা শাইয়া হল্লকলে। তুমিন মী লৈব্রা য়েংলবা মতুং ইমুংদ চঙলক্তুনা কাখৎলক্তুনা চাকশংদ লৈরিবা মনম্মাগী মনাক্তা হান্না চঙলকই। "ইনম্মা, তাচৌ হল্লকখবরা?"

"হলক্লবনি। ঙসি থেংকক্লবদি কৈদৌরবা?"

"সিনেমা য়েংবদগী থেংলিবনি, ইনম্মানা খর ..."

"ঙসিদি ঐ নখোয় তাচৌদ মীনমখ্রবনি"

চাউরেন খুৎ য়েৎতনা ইংলিস খবর পায়রগা, ওইদনা শঙ্গোম গ্লাসতু পায়রগা থকনা থকনা চঙশিল্লকই– "করি এনশাং ... ?"

খংলেপ লেপ্লগা– "ঙসি থেংলক্লবদি কদাইদ চৎলুরবরা?" শাইয়া শোর কনখৎলকই। খোন কনখৎনা– "ঐনা হংলিবসি নঙোন্দনি"

শাইয়া পাখৎপ অমদি অকিবগা লোয়ননা খোন নীকপা– "সি ... সি ... ।" খুৎনা হুমাং তৈথোকচৈ।

"কৈদৌবগী সিনেমা?"

মখা তারক্লিঙৈদা লৈমাহনবীনা ওকলকই– "ফরে তুমিন লৈবীরো। শাইয়া ফিরোন হোংদোকলুরো।"

শাইয়া থোকখিগে তৌবদা খামলকই– "ঙাইখো" শাইয়া লেপ্পী। লৈমাহনবীনা ঙাংলককে তৌবদ খুৎ ওইনা তুমিন লৈয়ু হায়বগী মওংদ সাইদ তৌরকপদগী লৈমাহনবী

চঙঙকননা লেপ্তুনা লৈ। "শাইয়া, নং অঙাং নৎতরবনি। নীপা নহাশিংনা কল্লকপা-মিহৌবা ফত্তবা অপাম্বা কয়া পোক্লবী মথোই কারকপী লৈশাবী অমনি। অফবা লৈরবদি ফত্তবা লৈগদবনি। অদুবু হৌজিক হৌজিক্কী ওইনদি ফত্তবনা জয় তৌরি। লমদম অসি মীকপ মীরাওকোলতনা থল্লবা লৈবাক অমা হায়বদু ওইরবনি। মীনুংশি য়াওদরবা মী অমদি সিফাইশিংনা লমদমসিবু রেপকী কৈথেল ওইনা উবীদুনা ঙসি মনিপুরী চনুরা কয়াগী ঈজৎ মাঙহনবীরি।"

"খর ঙাংবীরবদি ফরে। হৌখিবা থৌদোক নীংশিংবীয়ু"

"মতাং চানা ৱারকহৌগদবনি লৈমাহ্নবী। তেংথাবা, কপচবা অসিনা ইমা ওইব়ীসিংগী অৱা-অনা নুংঙাই ওইনরীবা অসি নং তাদবরা? ঈজৎপু লৈবা তারবা খুনখৎপীনবা মী লৈরোই। ঙসিদি ইচন অসিগী মমা-মপা হায়বদু ওইরবনিনা চেকশিনহৌবা হায়বসি ইবানিগী ইথৌ হায়বদু ওইরবনি" ৱাফমসিদ শাইয়া নীংঙমদবগী শকফম মাইথোংদা তপ্না তপ্না তারক্লে।

"মখোয় তাচৌ"

"থৱায়বুদি ঈজৎনা হেন্না ইকায় খুম্নগদবনি অদুনা শেন্নহৌদবা মিৎকুপতা মাঙখিগদবা পুন্সি ইবানিগী সু শরুক য়াওরীবনি। ঐখোয়বু ভারত মচানি, ভারক্তি নুপীবু ইকায় খুমনৈ হায়রগা ঙসি ভারত লানমীশিংনা মনিপুরী নুপীগী ঈজৎ মাঙহনবগী থৌদোক কয়া থোক্লি। অদুগা নুপী নখোয়দি নশাগী ঈজৎ শোক্লবফাও ফোংদোক্তবা হায়বসি য়াম্না ঙমই। মসিনা নখোয়দ অশোয়বা লাক্লিবা অসিনি। চুমদরনে।"

"অচুম্বনি মখোয় তাচৌ। অদুবু ইচনসি হায়বা ইন্দবী অমদি ওইদরিদনা"

"লৈমাহনবী ঐনা ঙাংলিবা লৌশিনবা ঙমদে। অঙাং মচাগী ৱাখল অদুম লৈ।"

"লৈতদি— অঙাং ওইরিঙৈ মতমদা ইকাই খঙদনা কোয়চেন চেন্দুনা নুপামচা মরক্তা শান্নরকখিবা পুন্সিনি" চাউরেন মখা তাগে খনবনি। ৱাফমসিদ খোন থোকনা নোকলক্লে। মচনসু লৈমাহনবীসু নোকলক্তুনা নোকমিন্নরি।

চাউরেননা মখা তারকই— "অদুবু লৈমাহনবী ঙসি-ঙসিমক লৈশা-লৈশানা মপা মশক খঙদনা অঙাং ... " লৈমাহনবীনা হকচাং শোকলকপদ খংলেপ লেপ্লগা ঙকলকনা য়েংলকই। "মখা তাবীরগনু।"

"ঐগী ৱাফমসি ইচনসিগী পুন্সিদ কান্নবা অমদি পুরক্কদৌরিবনি। ঐনা কনাগুম্বী শকখঙদবী নুপী অমগা হকতিন্নরুবদ নংগী থম্মোইদ চীংনবা অমা ফাওগদবদু ঐ খঙই।

নুংশি হায়দুনসু তমথীবা লায়নামক নৎতরবসু লায়নবু পল্লবা লাপথোরকই, শম্নীংদে মসি য়ুগসিগী ধর্ম্মনি অদুবু মসিগী মনুংদা ঐখোয় য়াওদনবা হোৎনবা তাবনি। চৎলো চৎলো। ফিরোনশিং হোংদোকলুরো ননম্মানা চাক থোংলিবা অসি খর য়াওশিল্লু” হায়রম্লগা থোকখরে।

“ইনম্মা ফিরোন অমুক্তা হোংদোকচরুখিগে” থোকখরে।

ব্রাখল লৈবা, পুক্লিং ফাথবা ঙম্বা, থম্মোইবু ইংথবা মীতনা মালেমসে খুদুম চনবা ঙমই হায়বদু ঙসি চাউরেননা ময়েক্লা তাকপা অসিদ লৈমাহনবীগী থম্মোইদ থৌনা অমা হাপখরে।

শাইয়া চঙলক্তুনা শেম-সারিবা অসিদ য়াওররে।

“ঙাসি কনানা লৈরক্লিবনো?”

“নখোয় তাচৌনা লৈরকপা নত্তনা কনানা ওইগদৌরিবনো?”

পাউখুম পীরকপগী মহুৎতা ব্রাহং ওইনা হংলকপা অসিদ ঙহাক নুংঙাইজদে। “ইনম্মা ইনশাং অমদি মৈতৈ অলুগা য়োংচাক্কা লোল্লগে। মৈতৈ তিলহৌসু লৈ।”

“ইচননা ফগদবা হেক তৌরগা লোইরে। নখোয় তাচৌদু চাচম শেমলকউরা হংঙু”

“ইনম্মানা হংবা অদুম য়াবদুবু” মবানি নোকমিন্নে। “তাচৌ চীনি য়াওদনা চম্প্রা হাপ্লগা চাচম শেমলক্কে”

“য়ারে। শেমলক্লগনু”

শাইয়া ওনশিল্লক্লগা– “য়ারে হায়রে ইনম্মা। ইনম্মা, ইনম্মগী অহানবা অঙাংদু ইবুংঙো ওইরবদি ফনিবু।”

লৈমাহনবীনা তপলকনা– “ঈশ্বরনা তম্বা হায়বদুনি। তৌবদুদি য়েৎলোমদনা খর লুমতক তৌই।” শাইয়া হরাওজে।

“ইনম্মা য়েৎলোমদ লুমলিবা অদু নীপানি” হায়দুনা মনম্মাগী খজাইদ চুপই।

ঙকলকনা – “নং য়ুমবান লাইরিক পারবরা?”

“খর খর পারে”

“শাইয়া, নং অদুগুম্বা লাইরিক পাগদবা মতম নৎতরি। নশাবু মতিক' চাবা মী অমা ওইনবা হোৎনগদবা মতমনি” লৈমাহনবীনা হায়রকই।

"অদুদ ইনম্মা, থম্মোইসিদ করিগুম্বা খর মরক মরক্তা ফাওরকপগুম তৌই। মদুনা ঐগী পুক্নিংবু ফাথবা ঙমদবা লম্বী অমা ওইহল্লি।"

"অফবা ওইরোইদৌবা মতাং চাদনা লাংলিবা পুক্নিংবু ফাথবা ঙম্বা নুপী নীপাতনা ঙসি মালেমসিদ শিংথানরিবা অসিনি" নখোয় তাচৌনা ঙসাই ঙাংখিবশিংদু নং শাওনীংব্রা?"

ব্রাহংসিদ শাইয়া চঙঙকনৈ। থুনা পাউখুম পীবা ঙমদরে। "ঐগী ফনবা ঙাংলগা শাওরবদি ঐ মাঙবা নত্তনা করিমত্তা ফংলোই। শাওদে ইনম্মা।"

"নখোয় তাচৌসে ঐদি য়াম্না নুংশি। নংদি নুংশিদরা?"

"নুংশি"

"ঙসি ঐনা অসুক য়াম্না নংগীদমক ব্রারীবা অসি করিগীনো ঐ খঙদে। নুংশিনরীবনি হায়দুনা মফম মতম নাইরক্তবা অসি ইনম্মদি য়াম্না কি, তুক্কচৈ"

"ঐ নৎতবা লম্বীদ খক চৎচরোই।"

"হৌজিক মতম অসিদ অফ-ফত্ত য়েংশিল্লিবা থব্রাইমকনি খনজদুনা হিংমিন্নরীবা মপুরোইবা 'দুবু থাদোক্তুনা অতোপ্পা লমলানবা অমদ য়ুম পানবগী চৎনবী লৈরক্লিবসে কিদরা? নীপা খুদিংমক নুপীনা খুদুম চল্লকপা ... " মখা তানদনা তুমিন লৈখরে।

"ইনম্মা, কৈদৌঙৈনো ইনেগী মনাক্তা চৎলুসি। চৎতবসু কুইরে। ইনেদুসু ইমাগী মওংসিদ লাকনীংদবরা কৈনো লাক লাকখিদরে" নুংঙাইতনা শোনজরকই।

"ককচেংগী ফজরবা লমচৎ কনানা তম্বা য়াওরবগে? অদুনা শাইয়া, নং ঐগী য়ুমদ চৎলুসি। ঙসি হায়রীবা অসিদগী ঐগী পুন্সিনা হিংলিবমখৈ হায়রক্নু অমুক হন্না।" শাইয়া মীৎ লংখৎনা য়েংলকই। "ইমীৎসিনা ইচা উবা ফংজদনা পুন্সি খোঙচৎ লোইখিবরা খঙপোৎতে।"

"ইনম্মা!" ঙহাক চীকই। "ইনম্মা ঙসি ইনে শখিয়া লাকলম্রা?"

"লাকলমই অদুবু ঙসিদি ... "

মচন থোকখিবা অদুদ মখা তারকখিদরে।

"তাচৌ চাক লোইরে" চঙলক্তুনা তম্নরে।

"ইবুং রিপোর্ট অসি অমুক্তা ইখৎপা লৌরগা চারগে। নখোয় চারমলো" মবুংনা হায়রকপনি।

ফাগী তৌরই– " ইনম্মদি তাচৌ য়াওদরবদি চারোই হায়হৌইদা।" চাউরেন

নোকফেৎ তৌজরকই। "অশেংবনি ফাসী মান মাপ্লে। তাচৌ হোরেন নতোন্দা চাবা নুংঙাইতবদগী ইনম্মা কৌশিনবা খোঞ্জেলদো থম্মোইদ থুক লাউই।"

"অঙাং নং ... "

"লাকওবা" হায়দুনা মবুংবু চীংখৎপীরি।

"ইবুং চঙলম্লগে নং ইমা কৌরুরো"

"তাচৌ ইনে শখিয়া লাকলমলে" ফিংলকনা চাক চাফম কারোমদ চঙলক্লে। "ইনে শখিয়া লাকলম্বদু নংদি খঙহৌদবরা?"

"লাকঅমই। ইনেদু ঐগী ইফমদ করিগুম্বা খর ... "

মরক থৎলকই— "নংসু য়াওনা ঐগা কায়নবা তশেংনা পাম্লবা নত্রা?"

লৈমাহনবী ঙকলক তৌই। "করিনো নখোয় তাচৌনা হায়বীরিবা অদুবু? ঐদি ভাব তাবা ঙমজদরে।"

"করিদ ভাব তাগদৌরীবনো? নংদি ব্বারগা নুঙাইজবা নুপী অমনি। লৈমাহনবী ঐগী থম্মোইসি খেন্নবা লৈতবা জীব অমনি। মসি কনাগীসু নত্তে, নংগীনি" লৈমাহনবী মাই হায়ফেৎ লৈথোকচরগা য়েংজরকই। "ইমা সিদা চঙবীরকউ। লৈমাহনবী ইমাগী চাক এনশাং থাংতোরকলো। লৈমাহনবী তৌফম খঙদে। শাইয়া চঙশিন্দুনা মনম্মানা থীরীবা চাক ইনশাশিং থাংতোকলি। "লৈমাহনবী নংনা নপুক্লিং অদুম য়াম্না শোম্বুরীবা করিগীনো? নং ইমুংসিগী মৌনি।" ব্বাফমসিদ মমা চারম্বদগী খংলেপ লেপলগা মচাদ থমলিবা মীৎয়েং লৈমাহনবী উই। "ইমা, নমৌনা থোংবা চাক এনশাংনি হাওত্রব্রা?" পাউখুমদি পীদনা চাক তপলি তপলি চারি। "নবানিসু চামিননরো। ইমাগী চাক-এনশাং য়ারদরা?"

"খর চারগা লোইরে" থুনা খুমলকই।

চাউরেননা লৈমাহনবীদ য়েংলকপদ থোইদোকনা নুংঙাইতবা মায়থোঙ উৎতে। মসিমক্লা চাউরেনগী থম্মোইদ অব্বাবগী গুণ অমা হেক হেক লৈরীবনি। তপলকনা— "ইমা, চাওখৎলকপগী মতুং ইন্না ফত্তবগী ব্বাখল থাদোক্লরবনি। নুংশিনবা হায়বসিনা গুণ ওইন্নবরনি।"

"নং ইমাগদি কনানা হেল্লি নুংশিবা?"

"চপ মান্নে। অদুগা ইমা নচা ঐ শান্তি পামই। করিসু নৎতবদ ইমুংসি তুরেল ঈরৈ চেন্নগুমসি। নুংশিন্দরগা মীনা খুদোংচাবা লৌখিরোইদরা?"

"ঙসি ইমানা নীন্দ তৌরীবা অসি নংনা থোকহনবনি য়ানীংব্রা?"

"ইমা মতমসিবু লৈত-লায়রগী চঙজফম ইরৈ লৈতবরা? হায়বীয়ু ইমা"

"ইমানা ঙসি তৌরীবা অসি লৈত-লায়রগী ৱাফমগা মরী লৈনদে। খেন্নবা থম্বা তাবনি"

"ঐগী ইফমদদি চপ মান্নে। ঙসি ঐবু শকখংবীরিবা অসি লৈমাহবীননি। মাগুম্বী নুপীদি হয়েং মপোক্তা ফংগদবা মানদে অদুনা ইমা লৈমাহনবী ঐনা পামজনা হেকচরকখিবী লৈ অমনি অদুনা মাবু থাদোকপসে ঙমগদবা মানদে"

"নমা ঐবুদি নতুস্লি হেন্না লুনা খল্লবনিনে?"

"ইমানা নুংশিবীদরবী লৈমাহনবী নত্তনা ঐ কনামৎতা নুংশিদে" মমা ঙকই।

"মখোয় তাচৌ!" ঙকলকনা শোনজে।

"পাউখুমদু মতিক তায় তাচৌ"

মনেম নুংঙাইখিদবা উবদ লৈমাহনবী নীংবা কায়রকই। মখা তারমদনা মমা হৌগৎতুনা থোকখরে। কনামৎতা ৱারী হৌদোকখিদরে। অদুম ওইনমক লৈমাহনবীগী থম্মোইদ তং তাদবা হায়বদু ওইরক্লে।

*"হিংমিন্নবগী নাওশুম ঈশৈ*
*শক্লবদ থম্মোইগী নুংশিবনা*
*নুংসিবী কনানা নৎতবা*
*ৱাখল খন্দুনা ৱাজরীবদু*
*চাউথোকচবা ঙলজদবী পুন্সিরা?*
*পুক্লিংবু ঈংথজরগা তপলক্লা*
*উচন্দ য়ুমফম ওইদুনা*
*নুংশি লৈহাও লৈবা,*
*অৱাং-অনেম খায়দবা*
*পুন্সিরোন অমা লৈকোনসিদ*
*শেম্বা ঙম্বী ওইসনু।"*

## (১৪)

লৈমাহনবীনা থবক অমা চৎকনি খঙবু খঙলবদি মনেমনা ঙস্তা হৌগৎতুনা ঙাইবা হায়বসি শোয়দরবনি। মনেমদু হৌগৎতুনা চীন মাই শেংদোকপা লোইরবা মতুং মাঙ্গোল মচি অমদ মোরা থাদুনা ফমখরে। লৈমাহনবীসু মহৌশাগী মহৌশা অদুম হৌগৎতুনা ইমুংগী তাশিন-খেৎচিনবা লোইরদুনা থোরকপদ মনেম লৈরম্বা 'দুদ মথম্মোইনুং নুংঙাইজদবগী ঈচেল চেল্লকপগুম তৌই। লৈমাহনবীনা ব্রাই শিৎপা হৌরকপদ মনেমদুনা মখোঙ শাংনা তিংথোরকপদ খংলেপ লেপ্লগা নুংজাং নোংজাংন্না লৈ। "ব্রাই শিৎতদুনা কনাগী ব্রাখল অমুক অমুক লাক্লে?" ব্রাহংসিদ ঙক পগা লোয়নন্না ফিংলক তৌই। মনেমদুনা খোঙ কোনশিনখ্রবা মতুংদ ব্রাই শিৎপা খোৎপা লোইরদুনা ইমুংদ চঙলগে তৌবদ ব্রাফমসিদ লেপই– "ঙসি ডাক্তরদ চৎকদৌরিবা নত্রা?"

"ঐ ইমা"

"ডাক্তরদা নংগী নুংঙাইতবা কয়া হায়বা য়ারোই। অদুগা ইনেমনা ওৎ-নৈবগী ব্রারীসু ডাক্তরনা চেৎক তৌরকপদ খঙলকপা মতমদ মরম হংলকপদা অশেংবা হায়দোকপা য়ারোই। য়েংফম থোকপা খর য়েংলবা মতুং হল্লক্কদবনি। ভাব তাবরা?" মঙকতমক নোম্মী। পাউখুমদি পীরমদনা চঙখরে।

চঙলকপদ মচননুপীনা অশেংবা ঈশিংনা খিকলমলে।

"ইনম্মা, ইমাগা নোঙানবগা ওকনবা অসি ইনম্মাগীদি দশা অপাইবীনি।"

"ইনম্মাগীদি অব্রাবসু-নুংঙাইবসু অহেনবা লৈনদে। চপ-মান্নে" লৈমাহনবীনা হায়রকই।

"অদুবু ইনম্মা, চয়েৎনবা অমসিনা মীনুংশী য়াওদরবা অমগুম তত্তনা খাঙবা ঙম্বগী পাঙ্গলনা ব্রাংমা লাপ্তোকখ্রবসু উচন অমা ইনম্মদ য়াওরীবদু মীওইবতা নত্তনা জীব কনামৎতনা তানবা ফংবা ঙম্লরোই"

মখা তাদনা শাইয়া মপানলোমদা থোকখরে।

লৈমাহনবী কাখৎলকপদ চাউরেননা শঙ্গোম, চানবা লফোইনচিংবা পাত্র অমদ হাপ্লগা পুদুনা কুমথরকপদা মায়োকনৈ। "ইমাগী মপান্দ পুননা থকমিন্নরুরসি লাকও"

হায়দুনা লৈমাহনবীগী খুদাং পায়রগা কুমথমিন্নরকই। লৈমাহনবীনা য়ানীংদবা অমদি হায়জবা কয়া থওইনা তাদে। "অয়ুক্কী ধুপ-থাউমৈ নচননা থাজরগনি।"

চঙখিবদ ঙাইরিঙৈদ থোকলকপ অসিদ মনেম অদুগী মাইথোংদ অশাওবগী মীৎয়েং তারক্লে। নুংজাংনবদগী হেনদোক্নুনা তৌফম খঙদবা, লেপ্পা ফাও ঙমলক্তবা, ইকাইবা অকিবা পোকলক্লে। "ইমা শঙ্গোম" হায়দুনা মমাদ গ্লাস অমা পী। লফোইসু অতৈ চানবশিংসু পীরকপদু লৌই। "পায়রো নংগীনি" গ্লাস অমদু লৈমাহনবীদ পীখিবা অদুদ-- "ঙসিগী ধুপ-থাউমৈ থাররোইদরা?" লৈমাহনবী শঙ্গোম গ্লাস অদু পায়জরবসু থকপা ঙমদে। লৈমাহনবীনা পাউখুম পীরকত্রিঙৈদ চাউরেননা-- "ইমা ইচন শাইয়ানা কৎচরনি।"

"ও" অর্থ লৈনা তুমিন লৈখি।

"ইমা, ঙসিদি নমৌগী চেৎক য়েংবা নুমিৎ থোকলে। অদুনা ... "

মখা তারকত্রিঙৈদা-- "য়েং থোকলুসে কৈদৌবগে?"

চাউরেন লৈথোরকপদা লৈমাহনবীনা শঙ্গোম থকলমদবা অদুদ হকচাং শোকলগা-- "কৈদৌরে শঙ্গোমগা থক্তরবদি?" অফিং-অফাগা লোয়ননা থককে তৌবদ খুৎদাং ফারগা-- "থক্লুরগনু" হায়দুনা শঙ্গোম গ্লাসতু লৌরগা হৈথোকখরে। "লৈমা, অকিবা অদু নুংগী ওইবা থম্মোইনা খুদুম চন্দুনা মায় পাক্নুনা লৈবা পুঙ্গিদু ইঙম হেক ঙম্লরোইদরা? ঐদি ঐগী পুঙ্গিদ অহানবা থেংনজদুনা হেকচরক্লবী লন নংসে খাঙ্‌ঙুথক্তা মাঙহনবা খক ঙমলোই।" মীৎয়েংতমক য়েংঙি। ব্রাদি ঙাংলকতে। "য়ুম্বী য়াওদরবা য়ুমদি জীবশিংবু লোইশিনগে খনবা য়ুম্বীরেননি।"

ব্রাফমসি হায়ফেৎ শোকলকপদগী-- "চৎকদবা ওইরবদি খর ঙননা চৎতুনা য়েং থোকলুরো। পুথেঙ-থেঙনদি হল্লক্কনু।"

তহা-তহাদনা হায়রকপা মমাগী ব্রাফমসিদ মখা তারমদনা মবানি মথেকলোমদা কাখৎমিন্নরকই। লৈমাহনবী বারুমদ চঙদুনা ঈরু মায়থজবা লোইরদুনা থোকলকপদ শঙ্গোম ফোং-ফোং শানা গ্লাস অমা থমলম্বা অদুদ মপুক্লিংদু নুংশিরক তৌই। "লোইশিল্লু থেঙখরগনি" লৈমাহনবী ফিরোনশিং পুথোক্নুনা শেৎন-চানবা হোৎনরি। "ব্রাখলসে ইনর্জি মখল অমনি। অদুনা ইনর্জিবু হস্থরবদ ব্রাখল মাঙলকপা হকচাং চোকথরক্নুনা পুঙ্গি মাঙনবা মচাক ওইরকই। অদুনা ব্রাখল নুংঙাইতবা খনগনু। ঐদি নংবু মতম চুপ্পদ থাগোন্নদুনা হিংমিন্নবসে য়াম্না নুংঙাই" হায়রদুনা লৈমাহনবীবু হায়ফেৎ কোনশিনজরগা লাইবক্তা নুংশিনা চুপলকই।

মবানি কুমথমিন্নরকই।

"ইনম্মা, চেকশিননা য়েংলকউকো। ইনম্মগী নুংঙাইতবা খোৎতবশিং ডাক্তরদ লোইনা ফোংদোকউ। থম্মোইগী ফত্তবা অথুপ্পা লিখুন নমশিনগনুকো" শাইয়া মনম্মগী লাইবক্তা নুংশিনা চুপচৈ।

"ইমা নচা ঐখোয় চৎচরুখিগে" চাউরেননা হায়রকই।

"ফরে ফরে চৎলুরো চেকশিননা য়েংলকউ"

লৈমাহনবীগী মকোক্তা নুংশিনা নানবীরি।

"অদুগা চাংয়েংদি মায়থীহল্লক্কনু"

ৱাফমসি চাউরেন অমদি শাইয়া খঙদবনিনা ঙকলক তৌই। লৈমাহনবীদি খঙবনিনা তুমিন্না অদুম থোকখরে। মবানি চৎমিন্নখরে। শাইয়া ৱাফমদুগী অর্থ খঙনীংবনি অদুবু হংবদি ঙমদবনিনা অমদি মমাগী মতৌদুদ হংলমদনা ইমুংদ চঙখরে। "ইমাগী ৱাফমসি অর্থ অমদি লৈ। করিবু ওইরীগবা?" শোননা শোননা কাখৎচরকই। চাকশংদ চঙদুনা চাক থোংনবা হোৎনরি। নুংঙাইতবা খল্লিঔেদ ফোন লাকপা অদু ঙহাক তাহৌদরে। লাক্লিবা ফোনুদ পায়খৎলগা— " হল্লো কনা ওইবীরবনো? মাগী মচন নুপীনি। করি তাকপীগদবা? ঐখোয় তাচৌদি ইনম্মগা হোসপিতান্দ চৎখি। ওফিসতা লাকপা তারবসু ঙসি খর থেংলক্কদবা মাল্লি। হায়বা ঙমদে। তমজগে" খোন থমখরে।

সোমদা চাউরেননা— "ইমানা চাংয়েংদি মায় থীহনল্লক্কনু হায়রীবা অদু করিনো?"

"ঐসু খঙদে"

"লোৎকনু লৈমাহনবী। নং ঐবু নুংশিদবরা?"

ৱাহংসিদ ঙকলক তৌই। পাউখুম পীরক্তরে।

হোসপিতাল য়ৌরকপদ— "চাংয়েংদি মায়থীহল্লক্কনু হায়বগী অর্থদি ঐবু অশোক অনা য়াওদনা হল্লকপা ওইয়ু হায়বনি" হায়রম্লগা কুমথখরে। চাউরেন গাড়ি থোংশিং লোনশিল্লবা মতুং শো লোনশিল্লম্লগা চঙমিন্নরকই। নীপা অমগা নুপী অমগা ডাক্তরদুগা ৱারী শান্নরম্বদগী মবানি ঙহাক ঙাই। চৎখ্রবা মতুং মবানিসু চঙশিন্দুনা ফম্লরে। লৈমাহনবী মওংসিদ ডাক্তর নুপীদুনা— "লৈমাহনবী নং হকচাং য়াম্না নুংঙাইতবরা?" মপান থোংনা চীনবাননা পাউখুম পীদরবসু ঙকনা করিসু থোইদোকপা তৌদে হায়বগীমওংদ হাইরকই। ডাক্তরদুগা লৈমাহনবীগা চঙমিন্নখরে। লৈমাহনবীগী হকচাং য়েংনা-য়েংনা— "নং ৱাখল

*নুংঙাইতবা য়াম্না খল্লমলে। নশাদ ফু চৈবা য়াওখ্রবরা? নত্রগা করিগুম্বা এক্সিডেন্টগা থোকখ্রবরা?"*

"অমত্তা য়াওদে"

"হায়য়ু লৈমাহনবী ঐ ডাক্তরনি। নং কন্নাগা নুংঙাইনদবা য়াওরবগে? নহাক অঙাং উন্নবদ বেরা খরদি লৈগদরা খল্লি" লৈমাহনবী নুংঙাইজদরবসু মপান থোংদদি ফোংদোকতরে। মখা তারকই – " Relax হায়বদি পোত্থাবগী চাংসু য়াম্না নেমই। হায়য়ু নহাক্কী পুক্নিদা করি নুংঙাইতবা লৈরবগে? লৈমাহনবী নং মীরোল্লবী নুপী অমনি।" ঙহাক তুমিন লৈ।

"নংগী পুক্নিদ নুংঙাইতবা শক্বল অমদি লোৎলিবা অদু ফত্তে" ৱাফমসি হায়রগা থোরক্লে। লৈমাহনবীসু থোরক্তুনা ফল্লরে। "তামো লৈমাহনবীসে ...।"

লৈমাহনবীনা মরক থৎলকই– "ঐ হোরেন পুন্নমক ইপুরোইবগী মফমদ অমত্তা চিঙ্খদনা তমজরগে।"

"ঐনা ... "

"ঐগী ৱাফমদ ইপুরোইবনা থাজদবা অমত্তা ঙসিফাও অমত্তা লৈতে"

"ইচন ঐখোয় অমুক য়ৌজরগে"

"ফনি তামো'

মখোয়নী চৎখরে। ডাক্তর নুপীদু ইচীংদ চীংননা লৈহৌরে।

পাওনা বাজাররোমদ থৌজিন্দুনা ফিরোনশিং য়োনবা দুকান অমদ হেক কুমথখিবগা চঙখিবা অদুদ লৈমাহনবী হায়ফেৎ চীংনরক লৈহৌই। ঙহাক লৈরগা ফিরোনশিং খর খাও অমদ হাপ্লগা পুরক্তুনা গাড়িদ হাপখিবা অদু থোইদোকনা হংলুবা তৌদে। য়েংসু য়েংদে। "বাজি হোয়দ চৎলুসি" হায়রগা গাড়ি থৌবা হৌরক্লে।

"কৈদৌবা?"

"চৎপা য়াদবরা?" ঙহাক তুমিন লৈ। "খুঙ্গংগী অশেংবা নুংশিৎ ঙসিদি ফংনীংঙি অশংবশিং য়েংনীঙি। নংদি য়েংনীংদবরা?" হংনা হংনা চানবা পীরকপদু লৈমাহনবীলৌরগা চাবা হৌরকই। "ডাক্তরনবু করি হায়রকপগে? ঐনা হংলিবা অসি নং খুমনীংদবরা?" পাউখুমদি পীদে মপানলোমদা য়েংদুনা লৈ। "সে" হায়দুনা অচাপোৎ পীরকপদু লৈমাহনবী য়ারে হায়বগী মওংদ ঙক হাইরকই। "য়ৌগদবা খর ৱাৎলি চাশিল্লু"

অমুক পীরকপদগী লোইরগা তপলি-তপলি চাবা হৌরকই। "ডাক্তরনবু করি হায়রকপগে?" ঙহাক পাউখুম পীরক্তবা অদুদগী মখা তারক্তরে। "থোইদোকপা অনা য়েক লৈতে হায়।"

"অদুতরা?"

"করি ডাক্তর 'দুনাদি ঐঙোন্দ করিগুম্বা খর ফোংদোক্লীংবগী মওং তৌই। অদুবু নহাক্নদি থীংই। করিগীনো?" পাউখুম পীরকখিদরে। চাউরেন মোবাইল ফোল য়াওরীবদু য়ুমদ তৌই। "শাইয়া, ঐখোয় খর থেঙনা হল্লক্লগনি। ননম্মা করিসু তৌদে। মাগী খাতোন হোয়দ চৎলুখিগে। নং ইমাগা চাক চাথোকমিন্নরম্মু। ঙননা হল্লক্কনি।" লৈমাহনবীদ মীৎয়েং থল্লগা— "ঐগী ইমানা নঙোন্দা তৌরীবা কয়া নংগী পুন্সিদ য়াম্না নুংঙাইরমগদবা মানদে। অদুনা মদুগী মরম ইমাদ নোংমদি শোয়দনা হংগনি। য়ুমদ লৈবা নুংঙাইরক্তরবদি ইবানি তোঙাননা লৈসিকো।"

য়ানীংদবা উৎলকই— "মদুবু মচা মমৌ ওইবা ঐখোয়গী করি ধর্ম্মনো? ঐদি পামদে। ইমানা ... ।"

মরক থৎলকই— "নংগী অদুগুম্বা পুকচেল অদু ঐ পামদে। হিংমিন্নবা, নুংশিন্নবা লৈমিন্নবা পামদবা মখোয়দগী ঐখোয় তোঙান তাবদ পাপ লৈতে। মীনা মীগী ৱাখল খন্দরবদ সমাজ অদু লৈখা তাবা নত্তনা অফবা ফলদি ফংদে।"

"সমাজসিদ মীয়াম্না য়েংবা মিংশেল অমা লৈ। মসিগী ... ।"

মরক থৎলকই— "অদুদি হায়য়ু— নং ঐঙোন্দা লৈরিবসে ৱাজরগে হায়দুনা য়ুম পাললিকখিবা নত্তে নত্রগা মাল্লি। লৈমাহনবীনা ফন কুইনা খুমলক্তবদ মখা তারকই— "লৈবাক অসিদ নুংঙাইতবা পাও মরক্তা মৌ নহাশিংনা মদোম সুইসাইড তৌজবগী পাউদ পোত্থাফম খঙদনা ৱারীবদি ঐনি।"

"মশাবু কন্ট্রোল তৌবা ঙমদবী, ৱাখল পীকপা অদুগুম্বী নুপীদি ঐদি নত্তে, পুন্সিদি অৱা-অনা থেংনরীবা মখৈ ... "

খোন ৱাংলকনা মরক থৎলকই— "ফরে মখা তারনু।" লৈমাহনবী খংলেপ লেপখিবদগী মখা তারকখিদরে।

মখুৱা তোনগী য়ুম য়ৌবগা খাল্লবা মতুং কুমথরকই। লৈমাহনবীনা মাং থারগা তুং-মাং চঙমিন্নরকই। মতম অসিদ মৈলৈতা ইনশাং-নীপীশিং ঈশিং চায়রি। মনীংলোমদনা অরুনচন্দ্র ইংখোলগী লৈবাক তৌরি। ঈশিং চাইরম্বদগী লেপলগা— "ইনম্মা। লাকইৱরা চঙলকউ।"

মবানি চঙলকই। "খাতোনদি? অরুননা কদাইদা চৎখরে? অঙাং অহুমদুদি?"

"অঙাংদি লাইরিক ঔরাইরমগনি। মখোয় তামোনা মনীংলোমদ ইংখোলগী লৈবাক শুরমগনি। বাজিদি হকচাং খর নুংঙাইতে ফমুংদ হিপলিবনি।"

লৈমাহনবী পাখৎনা ব্রাফমসি তাবা লোইদনা মাগী মখুরাতোন্না লৈরীবা কারোমদ পরপ-পরপ চঙখরে। চাউরেনসু ইন্নরকই। "খতোন খাতোন" হৌদোকই।

"ইনম্মা লাকই" সোমদা মেলৈতানা মনীংলোদ থোকলক্তুনা তন্নরে।

"ঐখোয় ঈচেতোনবু" হরাওজনা য়োৎপাক থাদরমলগা চঙলকই।

"খাতোন খাতোন খাতোন নচা লাকইয়ে"

মীৎ তপনা তপনা পাংথোকই— "ইচা লাকলিব্রা?"

"ঔ খাতোন"

"ইবুংঙোদি য়াওরক্তবরা?"

ব্রাফমসিদ লৈমাহনবী মীৎয়েং থমজরকই। চাউরেন চঙশিন্দুনা— "পাবুং" কৌদুনা খুরুমই।

"য়ারে য়ারে হৌগৎলু। নখোয় ... "

"ইচেতোন ঙসিদি চাক চাখরসিকো। ঐ ঙা ফারুখিগে। মেলৈতা ইবাইগী হেং দোক্লবা খুদৈ অমা পীয়ু।"

"ঙা ফাগদবা মাল্লিদ ঙসিসে"

মেলৈতানা ফাগী তৌরকই।

"ইবেম্মা ঙসিদি শোয়ররোই" হায়রল্লগা ইমুংদগী লুউপ লৌথোকলগা থোকখরে।

"ইচাতোম্বী নং ইতৈমগী মনাক্তা মরক মরক্তগা চৎতবরা? ইতৈমানদি য়াম্না ব্রারৌবগী মওংদ নখোয়বু শোল্লকই।"

মবানি য়েংনবা নত্তনা ব্রা অমত্তা ঙাংনদে।

ব্রারী অমরোমদ পুথোরকপগী মওংদ-- "খাতোন হকচাং করি ওইনা ঙমদরিবনো?"

মখুরা তোনগী হকচাং তপনা তপনা নোয়বীরি।

"ইবেম্মা শঙ্গোমসে খাতোনগী খর লোল্লকউ"

মৈলৈতা শঙ্গোম পায়দুনা থোকখরে।

"আ অহল ওইরকপগী হৌনশানি" লৈমাহনবী পীগী ইরাং চেল্লকই। "কৈদৌবগী পী নৌরীবনো? খাতোন করিসু তৌদে। ইচাগী ইশু নীপারা? নুপীরা অমত্তং উবা ফংদ্রিমখৈ খাতোন সংসার থাদোকখিরোই।"

"খাতোন" খাতোন্দ ওইনজে। "খাতোন ঐখোয়গা মতম কুইনা হিংমিন্নসিকো।"

"করিগী নখোন ওল্লিবনো? অঙাওবীসিদি।"

"খাতোন, খাতোননা য়াম্না পাম্বা হৈনৌ, চম্প্রা য়াওরকই। রুটিসু হৌজিক্কীনি। ফোং-ফোং শাবনি"

"হাওবনিদ। মৈলৈতা মৈলৈ"
"করি হায়গে বাজি?"
"শঙ্গোম শেম্বা লোইদরীবরা?"
"লোইরে বাজি"
"পুরক্তুনা টেবল মচাদুদা থমই।
"চাক মৈ থাগৎনবা তৌজরুরো"
"ঔ বাজি"

থোকখ্রবা মতুং অমুক চঙলক্তুনা খুদৈ অরাংবা অমা চাউরেন্দ পীরম্লগা থোকখরে।

চাউরেননা থাংজিল্লকপা খাওশিংদু লৌশিল্লগা মোজা ফুরিৎ, লবর খোঙউপ, ফিজোন অমা, শাতুগী ফুরিৎ অমদি ফি, খুদৈ চম্না অরাংবা অমদুগী মথক্তা চামা চৎপী ফজবা অমা হাপ্লগা কৎন্দুনা খুরুমজরকই। "য়াইফ-নুংঙাইবা ওইয়ু।" শাতু ফরিৎতু লৌথোক্লগা লিকশিনবীরি। "ব্বা! খাতোন ইনখৎলক্লিবা পাখং মচা কাচা।" মখোয় নোকমিন্নরি। "খাতোন চুরুপ বেড়িদি ফত্তবনিনা য়াওরক্তরে।"

"খাতোনসু থকতবা কুইরে"

"ফত্তে খঙনবদি থাদোক্কদবনি ঐখোয়নবু থক তরবদ কনানা শারক্কদগে?"

"রুটিসে ওম্থোক্লা হাওখরেদা।"

"খাতোন, ডাক্তরদি য়েংলিবা নত্রা?"

"তোয়না তোয়না চৎলে। ঙাইখো নং কুচু-কুমেন ইশেং শেংদে ঙমদবরা?"

নুংশিনা কোক্তা নানবীরগা হংলকপনি।

"ঙমদবা মানব্রা?"

ৱাহং অসিদ চাউরেন লৈমাহনবীদ য়েংজরকই।

"খাতোন পুন্সিসে অমরোমদদি শিবা ঙাইবনি"

"নুরী মচা"

"নচা য়াম্না নুংঙাইরিদ। করিসু তৌদে"

"নংগী করিসু তৌদে হায়বা ৱাহৈদুনি খাতোননা চীংনরীবনি। ইতৈমাগী মনাক্তসু নোংমা লাকলম্বা নুমিৎতগী লাকখিদরে হায়দুনা থৱাই শোক্লা তমলকই। ননেম 'দুগা মরী ফৎনদরীবরা?"

থুনমক পাউখুম পীবা ঙমদে। ৱাহংসিদ মৈলৈত চঙলকপগা মপা চানবদগী খংলেপ লেপই। "খাতোন, ঐ ইনেমগা নুংঙাইনদবা মরী অমত্তা লৈনদে।"

"ইনম্মা, ঐখোয় ৱারী পুম্বা তারে। অদুনা ইনম্মা অঙাং উন্নদ্রিবফাওদি ঐখোয় সিদ লৈরসি" মৈলৈতানা হায়রকপনি। "তম্বা ঙমদবা নিংঙোল মপোকনি। অদুনা ইনম্মা ঐনা হায়রিবা অসি য়ারবা নত্রা?"

"মপামদ লৈরিঙৈ নুপী ওইবীগী নুংঙাইবা লোইরে মাসিমদি খঙবরা?" ঙকলকনা য়েংলকই। "মতমগী হোংলক্লিবা তোরৈদ হিংবা ঙম্বা মীতনা ঙসি মায় পাক্লিবা অসিদি কমদৌরবা?"

মৈলৈতানা হায়রকই— "অদুবু ইনম্মা ঙসি হাৎকি হাৎতোকপীরগা মমৌ মতোন্দ শিজবনি হায়বনা পাওমেল্লিবা চুমদবা নত্তে।"

তাজাসিদ অরুন চন্দ্রনা— "মৈলৈতা মৈলৈতা হায়না কৌরকপদগী মৈলৈতা থোকখরে।

"নীপামচা, নং নংগী নমাগী অপাম্বা অনিংবা খঙলব্রা?"

"খঙদরি"

"করিগী?"

"হংলুদরীবনিনা খঙবা ঙমদরি। হংখিগনি পাবুং"

"হংদোকপদি ফৰনিদ।"

"ইমানা নুংশিবীদরবী মহাক ঐনা মিৎকুপ অমত্তা থাদোকচদে।'চ

"অদুবু নুপীবু নংনা মমাগী মতুংইন্না ইহোককে খনগনু। নহাক নীপানি। নীপাদি নীপাগী গুণ উৎকদবনি। নুপীদি নীপাগী মরুম থুপ্না হিংজবী তাংজবী উরিনি হায়বদু নং খনগদবনি"

"পাবুং"

অরুনচন্দ্র ঙাজাও অহুম পায়রগা চঙলক্কুনা-- "ইচেতোন, ঙাসি ফজদরা?"

"কৈদৌবগী ফারুরিবনো?"

"ইচেতোন লাকপদ এনশাং অহাওবা পীজদ্রবদি নপ্না কয়া হৈনদবদো। বাবা ফুরিৎতুদি ওঙ্খোকনা ফজখরেদা ইচেতোননা লৈরকলিব্রা?"

"উং"

চঙলকপগা-- "এ! ইচোৎ-চোৎনা ঐনদি চাকশংদ ঙাইরি। লাকও চাক লোইশিল্লক্রবনি।"

"ইচেতোন, ঐদি মানা হায়রবদ চৎহৌদবরা চৈ অদুম চারে"

"নুংশিবরা?" মবানি থোকমিন্নখরে। মখোয় নোকমিন্নহৌই।

লৈমাহনবীনা অসুমনা ফোংদোকলক্লে-- "খাতোন তাতোনদো হৌখ্রবা মৈতৈ চৈরাওবা মমাংদ লাকলমই। মখুরাতোন স্বাই লাউই। "করি নংগী তাতোনবু... ?"

"শকফমদি খর ওল্লমলে"

হংলকই-- "নন্দোনচা লৈখিদবা, বাজি লৈখিদবদি খঙহনখ্রবরা?"

"খঙহনখরে।"

"করি করিদি হায়রমই?"

"থোইদোকপা হায়রমদে খাতোন অদুবু লৈবাক মীয়ামগী য়াইফন্নবগীদমক ঐখোয় লৈরিদা হায়রমই। খাতোন, তাতোনদো ইমুংগী থোইনা খনবা মান্দরে। পুনশিনখ্রবা লানহৌ লুপ অহুমগী য়ুনিক অমদগী অহুম ফাও অতোননা পায়রমলে।"

"অদুবু নোংমতং ওইরবসু মপা ঐগী নাক্তা লাকপা য়াবনি। কয়াদ থম্মোই কনখ্রবা ইচানো?"

"খাতোন ঐনা চঙজবগী ৱাফম হায়রুবদ তাতোননা ঐঙোন্দা অদুগীমতিক

শাওরমই। মীওইবগী ৱা ঙাংলমদে। লানফমদ মায়থীদুনা চেনবা পামদবা ঐখোয় তাতোননি" লৈমাহনবীনা হায়রকই। "খাতোন, তাতোনগী ৱারী শান্নরগুমসি নচাগী থম্মোই পুবা ঙমদরে।"

ঙহাক তুমিন লৈনৈ।

মখুরাতোননা— "ইবুংঙো ইতৈমদি কল্লিদনা।"

"ঐখোয় ইমাদি য়াম্না কল্লি মশাগী খনবদ" চাওরেননা খুমলকই।

অরুনচন্দ্র চঙলক্তুনা— "ইবাই, লৌউ-শিংউবগী লমদ প্রোজেক্ট অমা পায়খৎকনি হায়বা ৱাফম অমা নশেননা তাজৈ অদুবু করম তৌবজাৎনো?"

চাউরেননা—"ফৌথোক হেননা পুথোক্কদবা প্রোজেক্টনি।"

"মদু য়াম্না ফবা অমদি ঐখোয়গী লৈবাক চাবা থকপা ৱাৎতবা মীগী মপান তাংদবা পীক্লবসু পীকনা হিংজরকপা ঙম্বা রাজ্য অমনি উৎথোকচবা ঙম্লগনি। মখা তারকউ।" মখুরাতোননা হায়রকই।

"অদুগা পাবুং লম লৈবা তারবসু লমগী মপুশিংগী ইমুংগী মী অমমম থবক হাপসিরা খল্লি" চাউরেননা হায়রকই।

"অদুমনা তৌরবদি লমগী মতাংদ অয়েৎপসু লৈররোই। মখা ... " লৈমাহনবী মেৈলৈতা মনাক্তা চৎখরে।

"অদুগা পাবুং লৌউ-শিংউবা লমদ খঙহৈরবা মনা-মশিং, হৈ-লৈসু থাবা হৈরবা, পুকচেল শেংবা মীওইশিংদ থবক পীসিরা খল্লি। মদুগী য়েংশিন-খোৎচিনবশিং ইশেননা তৌরবা তারে।"

"মফমদি কদাইৱাইদ তৌবা তারবা?"

"মফম চাবা য়েংলগা তৌসিরা খল্লি পাবুং। খাইদেম, ঙাইরংবম অসোমদ তৌবনা খর খুদোং চাগদরা নীংজৈ। ঈথক লৌখোংগী মরমদসু মফম চাই। নত্রগা মালোমদা তৌবা য়াগদরা খল্লি।"

"ইকুনা হায়গদবদি— থবক অমা তৌবা তারবদি পুকচেল শেংবা, ৱাখল লৈবা, ইশাগী ওইবা ৱাখল থাদোকলগা লৈবাক মীয়ামগী য়াইফনবা তৌরবদি মীপুম খুদিংনা নুংশিরক্কনি।"

"অচুম্বনি পাবুং"

“শেল-থুমগী মতাংদসু নশেননা মতেং পাংজরক্কে ইবাইদ” অরুনচন্দ্রনা হায়রকই।

“লৌউশিংউবা লমদ থোইদোক-হেনদোকনা খঙলবা মীওইশিংগদি তানবা ফে” মখুরাতোননা হায়রকই।

“লমসিদ ডাক্তরেট ডিগ্রি ফংলবা সনামচা চান্দম, লাইজহনবা য়ুম্নাম মীওই অনিসিনা প্রোজেক্ট অদুগী মরুওইবা মীশক ওইরনি পাবুং। মখোয় মশানসু য়ারে” চাউরেননা হায়রকই।

“মায় পাকপা, নুংঙাই-য়াইফবা ওইয়ু”

লৈমাহনবী চঙলক্কুনা-- “খাতোন চাক লোইশল্লকলে।” মখুরাতোন্দুনা হৌগৎলকপদ লৈমাহনবী চঙশিন্দুনা মতেং পাংবীরি।

“ইরোনবদি খর য়াম্রা?”

“য়োংচাক-অলু ইরোনবনি হায়রবদি ইনস্মা ঐগী মাসে অদুম চাশিল্লে” মৈলৈতাগী ব্রাফমসিদ ময়াম ব্রা-ব্রা লাউনা নোকনা-নোকনা থোকমিন্নখরে।

## (১৫)

খোমলেম্বা, অথোই মচানুপী পুনমহনবীগা লোয়ননা চাউরেনগী য়ুমগীদমক গাড়ি থৌবা হৌরক্লে। খোমলেম্বা গাড়ি থৌনা-থৌনা হৌখিবা থৌদোক নীংশিংদুনা হকচাং ব্রাহল্লি।

সন্ধ্যা, খোমলেম্বা উবা অমদি থেংনবা খুদিং অকি তুজুংবা পোকপা অসি মথৌ অমগুম ওইরবনি। মহাক্কী পুন্সিগী হু অমগুম খল্লক্রুবা খোমলেম্বা উবসিদ খোহথাং কনখৎলকপলে। খোমলেম্বা সন্ধ্যাবু খামজরকই। “তাদ নং ঐবুদি মাংহনবীগনু” ব্রাফমসি সন্ধ্যানা খোমলেম্বগী মফমদ কপচনা অমদি অকিবগা লোয়ননা হায়জরকপনি।

খোমলেম্বনা সন্ধ্যাবু অদুগীমতিক নুংশিজবা, অপান্বা ফোংদোকচরবসু সন্ধ্যানদি য়াবা লৈতে। নমথাকনি, লৌনমনি, নুংশিদনা নুংশিবা শাবা নীপা অমনি খনবতা নত্তনা খোমলেম্বা মাগী মপুরোইবা ওইবা তশেংনা পামদে। লৈকাইগী মচন, মচেশিংবু মচন মচেগুম্নমনা লোয়নবা ঙমদবা থম্মোই হিংচা-য়াতমবগী থম্মোইনি খনজবী সন্ধ্যানি।

অমরোমদ খোমলেম্বদি অপাম নুংশিবগীদমক ইকাই খঙদবা নীপা অমনি। সন্ধ্যাসু

খঙই। খোমলেম্বনা থোইদোকনা ফত্তবা ওইরীবা মরমদি-- সন্ধ্যা মাগী লোয়নবী ওইবা পাম্বদগীনি। অদুবু চাউরেনগা নোংমা ঈ তাবমখৈ খৎনবা ঙমখিবা নীপীনী। চাবা-থকপা ৱাৎতবা, খুঙ্গংসিদ ইনাক খুনবা ইমুং অমা ওইবা মরমনা মঙোন্দ চাউথোকচবা নাপন কাবা লমচৎ অমদি পোকপদগী লোয়নরকগুম্বনি। "সন্ধ্যা, নং ঐনা থাদোকপা ঙমলোই। সুকঙম ঙমলোই। নংগী মরম ওইদুনা ঐসে লানহৌবনা হাৎখিবদ ঐ শিবা কিদে। অদুনা নুংশিবগী লানফমদ মায়থীদুনা চৎখিবা নীপাদু ঐ ওইবা পামদে। অদুনা ঙসিদি ঐগী য়ুমদ চৎলসি। সন্ধ্যা নুপী হায়বসি ঈজৎ মাংলবা মতমদ নীপা নহাশিংনা মমল য়াওনা লৈনরকপনি।"

"আ" নুংঙাইতবা ৱাখল কয়া অসিনা হকচাং পুম্বা হুমাংনা চোৎলমলে। অথোই খোঞ্জেলসিদ খংলক মীৎয়েং থমলকই। খোমলেম্বগী মওং-মতৌ অদুদ নুংঙাইতরে। "কৈদৌরবগে?" পাউখুম পীদনা রুমান লৌথোককে তৌবদুদ অথোইনা বেগতগী রুমান লৌথোকলগা পীরকই। "সে" খোমলেম্বা লৌরগা তৈথোকচরি। "হৌখ্রবা থৌদোকনা থম্মোইবু ৱাহল্লিবা থোইদোক্না কান্নদবরা খনজৈ।" ব্রেক ফাদুনা ঙহাক খামলম্বদগী থৌবা হৌরক্কে। "ঙসি সমাজগীদমক সেবা তৌরকপা অসিদ ঐগী থম্মোইনা মীয়ামগী মমাংদ চাউথোকচরিবনি!"

"অদুবু ঐগী অফ-ফত্ত পুন্নমক নংনা ওইরিবনি"

"ৱাফমদুদি ঐ হায়হন্নীংদে ঐ নুপীনি।"

সোমদ মনেম ওইরীবি নুংশি-চান্নবগী হরাও মীনোকনবা মতৌ, খোঞ্জেল তাবদ অশাওবা হায়বদু ওইখরে। থা শুজিল্লক্রবী মমৌ অদুবু ঙসি ফাও নুংশিবীবা লৈতরি। মসিমকনা মমৌদুদ-- "নচা উবা ফংদনা পুন্সি লোইবা ওইসনু" হায়দুনা শাপ তৌবী ঙম্বী মনেম অমা ওইজবী ঙমলিবনি। অসিগুম্বা ফৎত্রবা ৱাফম কয়া অসি মপুরোইবগী মফমদদি তমথোকপা তৌদরি। মপানথোংদ হরাও-মীনোক, থম্মোইদদি কপচবতা নত্তনা লায়না অমসু ওইরক্লি। য়ুম পাল্লকমদবনা পুন্সিগী নীংতম্বা ফংদবা জাৎলা? ফংলমগনি করিগী ফংলোই? সংসারসিদ মীওইবা অমা ওইনা হেক খোঙধারকপগা হক অমদি লোয়নরকই। হৌখিবা নহান মপোকতা ফত্তবা থবকনা ঙসি ঐনা ৱারীবনি। খন্দবা নত্তে, খল্লক্লিবনি। চাউরেনসু লৈমাহনবীগী নুংঙাইতবা কয়া খঙদবনত্তে, খঙবনা মরম ওইদুনা লৈমাহনবীগী অৱাবসু শরুক য়ারক্লি। য়ুমসিবু থম্মোইদ থাদোক্নুনা চৎলগে খনজরগসু নুংঙাইনদবদি মপুরোইবগা নৎতবনা থাদোকপসু ঙমজদরি। চাউরেনগী নুংশি লৈপুন্না লৈমাহনবীগা থম্মোই খুদুম চল্লিবা অসিনি।

মনেম অদু শাওজনা করিগুম্বা খর মপুক্লিংদ মরুম-মরুম শোনজরীঙৈ মতমসিদ মী লাকপা উবদগী তপথরক্লে। খোমলেম্বা— "অথোই মচাগা লোয়ননা চঙলকই। "ইমা, লৈমাহনবীবু লৈবীদররা?" পুনমহনবীদি অদুম চীংন্দনা চঙখিদুনা পাও তমলুবদগী কুমথমিন্নরকলে। মপান্দা থেৎতুনা থমলিবা অয়েকপা লাইশিং মপুক্লিং চঙনা য়েংলি।

"তাদ চঙবীরকউ।"

খোমলেম্বদি পাক হেক চঙবা ঙমদনা লেঙঙম-শাঙমদনা লেপ্লুনা লৈ। ইকাইজবগী মমি অমা মাইথোংদা তপ্না-তপ্না তাবা হৌরক্লে।

অসিগুম্লবা তানজা অসিদ চাউরেননা ফজরুরোমদ— "মরুপ হৌখ্রবা থৌদোক অদুদি তোপতোপ্পা পুন্সি ৱারী অমনি। ঙসিনা ৱারী অমা মরী লৈনবা নুংশি লম্বী। মরুপ ... ।" অসি হায়দুনা খুৎ তিংথোরকই। মবানি খুৎ শোক্লবরা চেৎনা নুংশিনবা মওংদা কোন্নে। মখোয় দ্রোইংরুমরোমদ চঙলকলে।

অথোইনা— "ঙসিসে পুক্লিংসে কয়াদ নুংওন্নবনো? অদুবু তামো, নুপী ওইবীগী ঈং-তপ্না, শাওদবা, থৌজান হৈবা, মীনুংশি চাউবা অসিনা ওইবা তাই ফৎত্রবা নীপাগী থম্মোই হেক-হেক খুদুম চল্লিবসি।"

"মদু য়াম্না চুম্লবা ৱাফমনি। নীপা-নুপীগী অফ-ফত্ত লৈমিন্নরীবা নীপাতনা খঙগদবনি. নৈনগদবনি। মসিদ অতোপ্পগী মীৎয়েং চঙলুবা য়াদে। ফত্তে" চাউরেননা হায়রকই। "ঐগী মীৎয়েংদি অমগা-অমগা তেংবাংনদুনা হিংমিন্নবা অসিতনি।"

"মরুপ"

অমুক নুংশিননা কোন্নে।

লৈমাহনবীনা— "অথোই নং ইবুংঙোদু পুরকপা য়াদরা? ঐদি য়েংনীংবনি।"

"ইমানা ইশু উদরবদি লৈবা নুংঙাইত্তে হায়দুনা অদুম থমলম্বা।" অথোইনা হায়রকই। ৱাফমসিদ লৈমাহনবীনা নুংঙাইখিদবদু অথোই খঙই। "করি নুংঙাইতবা খল্লিবনো?"

"করিসু খনদে অথোই"

"থোরক্লিবা খোনথোক অদুনা নাথৈরীবা অদুগী অর্থ করিনো?"

"পুন্সিনা হেক-হেক হিংবা কিরক্লিবা অসি ... "

মখা তারকখিদরে। "লৈমাহনবী"

"মরু ঐ প্রোজেক্ট অমা পায়খৎসিরা খল্লি" চাউরেননা হায়রকই।

"করম্বা প্রোজেক্টনো?" খোমলেম্বনা হায়রকই।

"চাথোক হেন্না পুথোকপা ঙম্নবা প্রোজেক্টনি। থা-থাগী তলব পীরগা শিনমীশিংগা থবক শুমিন্নদুনা হিংলসিরা খল্লিবনি।"

"য়াম্না ফৈ মরুপ। ঐসু অদুগুম্বা থবক অমা পাইখৎসিরা খনবা কুইরবনি।"

"ৱাখল মান্নরবনিনা ঈচেলদি তিন্নবা তারেদনা মরুপ" মখোয় নোকমিন্নরি।

"প্রোজেক্টকী মীংদি সন্ধ্যাগী অথোইগী মবানিগী থোল্লসি" খোমলেম্বনা ফোংদোরকই।

"ঐসু য়াই মরুপ" চাউরেননা হায়রকই।

"অনিসিনা ঙাংনরীবসে থাজবরা লৈমাহনবী?" পাউখুমদি পীদনা মমোন নোকলকই লৈমাহনবী।

"থাজবা থাজদবা অদুদি থবক ওইনা উৎপা তারেদনা" চাউরেননা হায়রকই। "অদো মরুপ, মরুপকী থবক্তুদি অকায়বা লাকলোইদরা?"

"তোকলসিরা খল্লি।" খোমলেম্বনা হায়রকই। "ইচীনসিনা মপান থোকনা ইনীংতম্না ইশাগী লৈবাক্কী অশেংবা অমত্তা ফোংদোকচবা ঙমজদে।"

"মীয়াম্নদি মরুপপু লাপথোকন্নীংদে। হোয় অমরোমদদি থবক তৌবসি অনী থোক্লবদি বেরা অমদি অদুম লাকই। করিগুম্বা য়ারোইদৌবা ওইরগনা থবক তোকথোক্লগা ইবানি পুন্না প্রোজেক্ট অদুদ ওনশিনবা তাবনি।"

"নাতৈ চারোইদৌবা ৱাদু ঙাংনগনু তানীংদে" লৈমাহনবীনা হায়রকই।

শাইয়া— পুনমহনবী শঙ্গোম চানবশিং টেবন্দ থমলম্লগা চঙমিন্নখরে অমুক।

অথোইনা মতেং পাংলকই— "সরকারনা পায়খৎপা প্রোজেক্ট কয়া মাংদুনা লৈরি। মসিদবু করম্না ... ?"

খোমমলেম্বনা হায়রকই— "হুরানবা হায়বসিনা মাং থারগা থবক তৌরবনিনা কদাইদগী মায় পাক্কদগে? ঙসি ঐখোয়গী লানহৌ পান্দম য়াওনা হৌবনিনা নোংমদি শোয়দনা মায় পাক্লগনি।

"ঐগীসে য়েৎপগী ৱাদি নত্তে, কংলৈপাক অসিদদি অফবা থবক তৌবদ য়েৎপীনবা, য়ৈখায় থীনগায়বীনবা মী ৱাৎতে" অথোইনা হায়রকই।

"মদুবু থেংনদুনা মায়থীবা পীবা ঙম্লবা কান্দ ঐখোয়গী থবক মায় পাক্কদৌরীবনি। তৌববুদি হৌজিক মতমসে ভাব তানবা মী য়াম্না লৈরে। অথোই" চাউরেননা হায়রকই।

"মায় পাকপা ওইসনু। ঈশ্বরগী মফমদসু থৌনীজগে" মবানিনা চপ মান্ননা হায়রকই।

চাউরেন খোমলেম্ব মবানিসু চপ-মান্ননা— "থাগৎচরি নবানিবু।"

অথোই লৈমাহনবী কাদুদগী থোকমিন্নখরে। ঙহাক লৈরগা লৈমাহনবী মৈতৈগী ইয়োংদ শাবা ফি অঙৌবদ লৈ শাৎপা ফিদু ইন্দুনা অথোইগা লোয়ননা থোকমিন্নরকই। চাউরেন বুরা চারম্বদগী খংলেপ লেপ্তুনা চান্ননা হেক্তা মীৎয়েং থন্লকপা অদুদ লৈমাহনবী হৈনদরে। খোমলেম্বদি মপুক্লিং হায়ফেৎ নুংশিরক তৌই। "অস! কদোমদগীনো? ওম্থোকনা পকচনা ফজরে" চাউরেননা হায়রকই।

"ঐগীসে ফজদরা মরুপ? লুহোংবতা নত্তনা পাটিদসু পকচরনি।" ব্রাংহ অসি থুনমক পাউখুম পীবা ঙমদে। খোমলেম্বা— লৈমাহনবী লোৎনা হায়ফেৎ মীৎয়েং থমলৈ। অসুম্না — "ফজবা অদুনা মরুপকা মতম খর য়েকনবা ওইখিবা অদুনি।" ব্রাফমসিদ মখোয় নুংঙাইনদে।

লৈমাহনবী— "অথোইনা ঐগীনি হায়দুনা তৌবীবা খুদোলনি"

"নং গীদি করি তৌগদৌরিবা?"

"খঙদে। করি তৌসিগে?"

"ঐ ... " খোমলেম্বনা মরক থৎলপদ অথোই মপুরোইবদ মীৎয়েং থমলকই। "অয়েকপা লাই অমা পামই।"

"মখোয় তামোগী অপাম্বদি ফোংদোক্লবনিনা ঐগীদি ফোংদোকল্লরোইদরা?" ব্রারৌবগী মওংদ হায়রকপা ব্রাফমনি।

"ফোংদোকলোদনা"

"ফোংদোকলরোই"

খোমলেম্বনা মখা তারকই— "ঐনা মরুপকী মফমদ ... " মাই লৈথোরকপগা চান্নবা খাওদু লংশিল্লকই।

"মরুপ চান্না হেক্তা শাওরেকো"

"মাগী হৈনজবীনি। ঙহাক লৈরগা কাখিগনি।" খাওদগী খোঙগ্রাও ফুরিৎ অনি

অমদি কোর্ড অমগা ঙাংনা-ঙাংনা লৌথোকলগা পীরকপদু লৌই।

"অসুম য়াম্না মরুপ"

"মরুপ, মরুপকী কুচু ফজবদুদা ঐগী মানা অদুম পকচরগনি খন্দুনা লৈরকপনি।" মখোয় নোকই।

"নুংশিরবা?" অথোইগী খোঞ্জেলনি।

"নুপীশিংদি নীপা ঐখোয় য়াওদরবসু শেৎ-চাবদ চান্দবা-পকচদবা য়াওদবনি মরুপ। অদুম পকচবনি-- চানরবনি" চাউরেননা হায়রকই। "মচুসু য়াম্না ফজৈ। ইংই ঐঙোন্দ তশেংনা পকচরনি।

"অদুনা নুপীবু থওইবীদবা তৌনু" অথোইগী ৱাফমনি।

"ঐগীদি মরুপ তলব ফংলগা তৌজরক্লগে"

ৱাফমসিদ লৈমাহনবীনা-- "ৱাফমদু হায়হায়দুনা হায়বীরিবা অদুবু ইবু ইকাইবীদরা?"

"মরুপতবু?"

"করিস্ কায়দে মরুপ"

লৈমাহনবী চঙখিদুনা মোনপাক ফি অহুম, মোংগুমফি অনি, ইন্নফি অমা, খ্বাংদা শাবা ফনেক মপান নাইবা অনিগা অমদি ফ্রেম চল্লবা নুপীনা হরাওনা চৎখিবগী মওং, নীপীনা নীংবা কায়না লৈহৌবগী মওংগী অয়েকপা লাইনি। অমা তিংথোক্লগা য়েংলকপদ খোমলেম্বনা-- "মদু ঐগীদ থান্নবা তারেদনা।"

"মোনপাক ফি নত্তে, ইন্নফিনি"

"অস!"

"লৈমাহনবী, নংনা তৌবা খুদোলসিনা হেক্লি"

"ঐনা করি হেন্দুনা ...। নংগীসে য়াম্না তাংলমগনি। মতমসিদ ৱাংখৈ ফি মমল নাইদে"

"অশেংবনি লৈমাহনবী নংগীসে ঐখোয় লৈকাইগী মৌ লৈশাবীশিংদ হেক উৎলুবদা নংগী লৈফম হংলকপদ ঐনা খুম্বা ঙমলোইদৌবা মঙাইরে" অথোইনা হায়রকই।

"নংন ফজৈ হায়রীবদু ঐ অমুক্তা য়েংগে কদাইনো" খোমলেম্বনা হায়রকই।

"য়াদে" মঙক হাইরগা খুমলকই। মখা তারকই– "য়াম্না কল্লক্লগা নহাল সেনেমা য়ংমিন্নখিবী নুপীদুদ হায়য়ু। মরাইনা সিদগী হেনবা অমা পীজরকসনি।"

"এ। ... " মখা তাবা ঙমদরে।

"হায়বগুম্না নীপাশিংসে ফজবা অমা উরগা ৱাখল হেক হোংবা ঙমই। থম্মোইগা পুকচেলগা মান্নদুনা পুকচেল ওল্লি। নংগীদ নত্তে ঐগীসুনি। হংলুরগা থবক তৌমিন্নবীনি। ইমান্নবগী নচননি, মচেনি হায়দুনা পাউখোংবা ঙমই। মমান্নবগী মচননুপী ওইরগা লৌন লৈনবা অমগুমনা নকশিননা ফমমিন্নদুনা নোকমিন্নবগী অর্থ ৱাংঙি, থোইদোকনা লেমদে" লৈমাহনবীগী ৱাফমসিদ মবানি ফম্বা ঙমলক্তরে। "লানবনিনা মমাই হৈয়াই অমুম্বগুম ঙাংলকলেদো।" চাউরেন-খোমলেম্বা য়েংনৈ।

"ফোলসু ওম্থোক্লা তোয়খরে।"

অথোইনা– "ঐনা ঙকলিবদি নুপী লৈরে খঙন-খঙনা চামাগী অতোম্বী ওইগে হায়বী নুপী মশীং থোইদোকনা ৱাৎতে।"

"ঐখোয় জাতিগী নীপা তাংশিল্লকলেদনা অথোই" লৈমাহনবীনা হায়রকই।

"অদুন্না নুপী নখোয়গী অশোয়বা লৈ হায়না খঙনরীবদু ফরবনি" চাউরেনগী ৱাফমসিদ অথোইনা– "অদুবু তামো নীপানবু হৌবীদববদি নুপীদি উতাংবীনি।" অর্থ লৈবরা ৱাফমসিদ লৈমাহনবীদ মীৎয়েং থল্লগা নোকফেৎ তৌখিবা চাউরেনগী ফিভমদুদ অথোই তুমিন মদোম নোকচৈ।

ফ্রেম চল্লবা লাইদু পায়খৎন্দুনা পীরকপদু খোমলেম্বনা লৌরগা মথক থংবা চেদু শেৎগায়রগা য়েংবদ অহানবদ ঙকলক তৌই। "কয়াদ ফজখ্রবা লাইনো" মতোন্দ শোনজৈ।

"ওম্থোকনা ফজখরেদ। নহাল মখৈ ঐঙোন্দদী উৎতে" চাউরেননা।

লৈমাহনবীনা– "তাদ মদু ইবানিগী পুন্সি ৱারীগা হায়ফেৎ মান্ননা য়েকখিবনি। হৌখ্রবা পুম্বা কাওথোকপীরগা ঙসি লেনবীরকপগীদমক নচনগী থম্মোইনা হরাওবা ফোংদোকচরি।"

মখোয় হরাও-নুংঙাইবগী পী চেম্থনরকই। "সন্ধ্যা, ঙসিদগী মরুপনা পামজনা নুংশিনা থোনখিবা লৈমাহনবী হায়বা মীং ঐসু কৌরগেকো - লৈমাহনবী।"

"তাদ"

"নুংঙাই-য়াইফবা ওইয়ু লৈমাহনবী" নুংশিনা লৈমাহনবীগী কোক্তা নানবীরকই। মখোয় চৎন্নবগীদমক থোরক্লে।

"মরুপ, ঐখোয় অমুক য়ৌরগে" খুৎ শোক্লে। "প্রোজেক্ট অদু খর থুনা পায়খৎনবা তৌসিকো মরুপ" মখোয় চৎখরে। চাউরেনসু লৈমাহনবীবু লেনগোনবীরগা ইমুংদ চঙমিন্নখরে।

## (১৬)

মনেম ওইবীগী ৱাফম— "অসুম য়াম্না ইকাই খঙদবী নুপী অসিবু সংসারসিদ অনি শুরমগদরা?" লৈমাহনবী তাবগুম তৌই। "ঐসিবু করম্বা মতমদ ইনীং তম্না ইনেমগী সেবা তৌজবা ফংজগদগে?" তত্তনা হংজৈ। পাউখুমদি ফংবা লৈতে। থা তরেৎ শুরকপদা পুন্সি ওইরকপনা চৎথোক-চৎশিন্দ য়াম্না ৱাবা হায়বদু ওইরক্লে। শাইয়ানা মমাদ হায়খিবদু- "ইমা, নং ভাব তাবা য়ারবনি। ইনম্মাসে থা ফারক্কদৌরবনি।"

"হে নং ইমাগী মায়োক্তা লেপলক্কনু"

"সুনিতা হায়রীবা নুপীদু ঐগী ইনম্মা ওইনীংদে"

"কদাইদগী পামগদগে নপুন্সিদ অহেনবা য়াওদবী নংনবু?"

"ইমা" শাওনা কৌবগী মওংনি।

শাইয়া মখা তাগে তৌবদ মবুং চঙলকপদগী তারমদনা থোকখরে। চাউরেন ঙসিদি মমাগী অশেংবা অমা খঙনীংবগী ৱাখল্দ চঙলক্রবনি। ঙহাক মফমসি চীকই। "ইমা, নীংবা য়াম্না থুংদে।"

"মদুগী মরমদু চপ চনা খঙনীংবদগী নচা চঙলকপনি। ইমাগী নীংবা থুংনবা নচা কৈদৌ হায়বনো?"

"নং নশানা ভাব তাজগদবনি"

"ইমা নচাগী ৱাখল চোইদে। ইমানা তৌরীবা ময়াম অসিদ নচা ঐ ভাব তাবা ঙমদরে। ইমানা অৱায়-অখুম তৌবা নচা পামদে অদুবু ঙসিদি ইমাগী অপাম্বা খঙনীংঙি। হায়বীয়ু ইমা, ইমাগী অপাম্বা করিনো?"

"নং ঙসি ফাও খঙদরীবরা?"

"খঙই অদুবু ইমাগী ..."

মমানা মরক থৎলকই— "ইমা সনা লুপা, অউন্নপোৎ পামদে। লাইরিক লাইসু হৈবী, মতম মতমগী মতুং ইননা ফিজেৎ-শাজেৎ হোংবী, পাটি তোয়না তৌবী অসিনচিংবা কয়া লোয়নবা নুপীতমক ইমাগী ইমৌ ওইবা পামই।"

"ইমা, ঈংবা-তপ্পী ধর্ম্ম লৈবী নুপীতনা পুন্নমক্কী অথোইবীনি হায়নৈ অদুগা ঙসিনা ইমগী ৱাখলসিদি ... "

"মদু হৌজিক মতমসিদ য়াররোই অদুগা লাই য়েকপা হায়বতবু জুগোৎ চাবা লাইদি য়েক্তুরে। মসি অমগা পামদে। অদুগা মা খুঙ্গং নুপী অমসু ওই"

"ইমা কলা হায়বসি পুন্সি মখা অমনি। লমদম অসিদ শিনফম অসিবু মীয়াম্না তুক্কচৎননা খঙনরগসু অসোমদদি লৈবাক মীয়ামনা ব্যাবহার উৎলৈ, থাক ৱাংনা থমলৈ মসিদ করিসু অকায়বা লৈতে"

"নঙোন্দদি কায়রোয় লমচৎ-শাজৎ মান্নরবনিনা। ইমাদদি য়াম্না কায়।"

"অদো ইমা, ইমাগী অপাম্বা অদুদি নচানা থুংহনজবা ঙমজররোই। মদুগী মরমগীদমক ঙসি ইমানা লৈমাহনবীবু ওৎলিবা অদু মরম ইচা-চাদবা ৱাখললোন অমনি হায়জনীংঙি।"

"করি? করিগী চাদবা? লৈমাহনবী মশক ফজৈ য়াই অদুবু মতমসিদদি চন্নদে। অদুগা নুপী অমা ওইবা তারবদি মনাদ, ঙকশমদ সনা খরদং ওইরবসু নোয়নরক্কদবনি অদুবু ... " মখা তারকখিদরে।

"ইমা, ঈজৎ য়োল্লুরবী অমদি মৌগী ইচেন্দ তিনজরুরবী মচা-লৈশা মৌশা অদু মমা ঈরাং লৈবীনা ৱাজবগা লোয়ননা ইচানুপী ওজানি, লেকচরনি, ডাক্তরনি হায়দুনা থাজ-য়োনজবগী চৎনবী অমসি সহরদা নত্তনা খুঙ্গংদসু থুংনবরা অসিদ পাখংসিংদি মিপাইনরে।"

"নং ঙাংলিবা অদু করিনো?"

'মদুগী মনুংদ সুনিতাসু অমনি"

'মদু কন্নানা হায়বীরনো?"

চাউরেননা মখা তারকই—"পাখংনা লৈশাবী শেংবোই-শেংদবোই অমা লৌদুনা য়ুম পানগদৌবগী শরুক মৌনি তশেংনা খল্লবী অমা লৌদুনা নুংশি ৱা-থুংনবনা হেন্না ফৈ হায়নরীবা অসিগী অর্থ লৈরবনি।"

"অদুগুম্বী নুপীমচাদি সুনিতাদি নত্তে"

"ইমা, লৈবাক অসিদ তাহৈদবা তাবা নুংঙাইতবা পাউ কয়াগী মরক্তা মদোম সুইসাইড তৌজবগী থৌদোকশিংনা নচাগী থম্মোইদ নুংনাংহনল্লি।"

"হুং!"

"ঙসি নচানা ওফিসার ওইজবা ফংজরীবা অসি লৈমাহনবীগী চাউরবা লমন অমা য়াওরীবনি।"

ৱাফমসিদ মমাদুনা অসুম্না হায়রকই– "মদুদি নুংশিনবগী ধর্ম্মনি।"

"অদুনবু নুংশিফম থোক্তবরা?" খুমলক্তবদগী মখা তারকই– "ইমা, নোংমা ..."

"নীংশিনবগী মতম লৈতে" মরকথৎনা।

"ইমা, লৈমাহনবীদী থম্মোইনা নুংঙাইরোইদৌবা থৌদোক অমুক হননা থোকহনবীরগনু। অদুগ ইমা করিগুম্বা লৈমাহনবীনা অঙাং উন্নবদ লৈখিদবা থোকলবা ইমানা অফ-ফত্ত খুদিংমক দাইত্য পুগদবনি" লুমলবা ৱাফমসি মমাগী কোকথক্তা নমথীবীরম্লগা কাদুদগী থোকখরে। মমা ইঙক ঙকনা য়েংদুনা লৈহৌই।

নোংমা, সন্ধ্যা য়াচঙবগী মতমনি অঙাংশিংসু থা অনিরোমগী ছুটি থাদোকখ্রবা মতুংনি। মখাদ লৈরকপা থা অমা ফাজিনখরে। ঙসি করি খল্লবনো খঙদে মঙ্গোন্দ হায়ফেৎ চৎথোক-চৎশিন ঙহাক তৌরুরবা মতুং ইমুং চঙলকপদ মানা কাখৎচগদবা দলানগী থাক-থাক নাইবা শিরীদু য়েংঝরুবদ মপুক্লিংদা অকিবা ৱাখল থম্মোইদ ফাওরক্নে। ঙহাক্কী মমাংদ মনেমনা থোং খোজেল হৌনা লোনশিনখিবগী খোঙ্থাং তপ্না-তপ্না য়ৈরকপগুম তৌই। লাংৱন থা লাকপদ মীওইবগী থম্মোই নুংওনহনবগুম লৈমাহনবীগী থম্মোই নুংশিরক তৌনা মীৎকী পী ঈহৌরক্নে। অকিবা অমদি তৌফম খঙদবা কয়ানা পাখৎচরকপদগী হুমাং কারক্নে। নুপী ওইবীগী শেংনবা হকচাং অদু মপান থোকনা উৎথোকহনবীরে। ইনজরীবা ফিজি মচিনা চেষ্টরক্লিবা হুমাংবু তপ্না-তপ্না তৈথোকচরি। "নুপী হায়বসিনা ঙমদবা করিবু লৈরীবগে? নীপাবু মখোয়গী মথানুংদ নাউগুম ঈশৈ শক্নুনা তুমহনখ্রবদ উপাই লৈতবদগী থম্মোই খুৎতুম শুজহৌবদি মমা-মপানি। নীপাগী ইজৎ, লৈবাক মীয়ামগী ঈজৎ লৈখা তাহনবসু ঙমই। লৈবাক ইরাং হৌহন্দুনা শান্তি লৈহন্দবসু ঙমই। অদুনবু ঙসি লেপখিবা অমদ লেপবখিবদ ৱাজহৌরবী লৈমাহনবীগী ইনুং-নুংঙাইতবা ওইরক্লিবা অসিনি। মনেমনা লৈরীবা কারোমদ মীৎয়েং থমন্দুনা তেংথাবমক নৎত্রবসু অৱাবগী শকলোনদি শাগোননরকলে। অপোকপী মমা নোংমা

লাক্কুনা মচাগী অৱা-অনা মতেং পাংজগে খন্দুনা লৈজগে খনজবদু মনেমগী মতৌদুদ অদুম হনখি। অরুনচন্দ্রগী লোয়নবী মেলৈতা অদুমঙাই চপ মান্নে খেন্নবা লৈতে। অদুবু তোয়নদি অরুনচন্দ্র মেলৈতা লাক্তবা নত্তে। ৱারী পুম্বদি লৈমাহনবীগী মখুরাতোন্দ (মখোয়গীনা অপোকপা) তম্বদি লৈতে।

মনেমগী কাগী থোং তপনা হাংদোকচরগা থাপলপ্পা মীৎয়েং থমজরকই। চঙজগে খনবদু ঈশিৎ পলা পন থীংবগুম হেক-হেক থীংলি। "ঐসি ইমুংসিগী মৌনিকো?" চঙলগে খন্দুনা খোং থাংজিল্লকপা হৌরকপদ তুংদ তারীবা মশাগী মমিদুনা "লৈমাহনবী" খংকৌ কৌরকপদ ফিংলকনা য়েংথোকচরকই। "নহাক কাদুদ চঙবা ঙম্লগদরা? নংবু ননেমনা লুনা-চান্না নুংশিনা শাগোন্নরবী মৌরা? থম্মোই অদু য়াম্না শোনবী নংনা কাদুদ চঙগে খল্লিবা থৌনা অদু কদাইদগী লৌরুরিবনো?

"নহাক কনানো?"

"নত্তে নংবু অধিকার ফংলবী য়ুমসিগী মৌ অমা ওইজবী ফংলৱ্রা?"

খোন কল্লকনা– "নং কনানো?"

"তিম্ব্রোক অমগা তিন অমগা কান্নবা করম্বনা হেন্না মীওইবদা হেনবগে?"

"নং কনানো?"

"ঐনা হংবা ৱাহংগী পাউখুম পীবা ঙমদরগা ঐবু হংলিবা নং নুপীদি নত্তে। ঐদি নংগী নমিনি"

"ঐনা ৱারগা নংনা নুংঙাইরিবা অদু নংগী করি ওইজবা ফংঙি?" পাউখুম পীরমদনা মমি অদু মাংখরে।

লৈমাহনবী, থোং থিংজরম্লগা মাগী কাদ চঙলক্লে। মনেমদি নীংঙাইদনা তুমহৌরি। নৎতবা ফত্তবা ৱাখল কয়ানা হকচাংবু অদুগী মতিক ৱাজরে। বারুমদ চঙদুনা মীৎ-মাই শেংনা চামথোকচরগা থোরক্কুনা তৱায় অমনা তৈথোকচরি। মকোক হায়ফেৎ ঙাওফিং-ঙাওফিং তৌরকপদগী ফমুং মনাক্তা লৈরিবা টেবল মচাদুগী মথক্তা লৈবা ঈসিং য়াওবা গ্লাস অদু থকচিনজরি। শঙ্গোম গ্লাস অমসুং ফাও পোত্থাজবা ঙমজরিবা অসিবু? ঐসিবু কয়ামুক য়াম্না মরাল লৈরবী নুপীনো?"

অসুম্না খন্দুনা তুমনা-তুমনা মমানা নোংমা হায়খিবা ৱাফম নীংশিংলকই– "নুংঙাইতবা, পেন্দবা কয়া লোৎশিনজরগা খাঙবা কল্লু। নোংমদি অখাঙ কনবগী গুণ অদুনা ননেমবু শোয়দনা খুদুম চনবা ঙমলকখিগনি। হকচাং শোম্বহনগনু, নুংঙাইতবা

ৱাখল খনগনু করিসু খঙজদবা গর্ভদ পোমলিবা মনি অদু অৱাবা চৈথেং ফংখিগনি।"

"ইমা, নচা হিংলি হায়বা কাওরকপগুম তৌই"

"ইমাগী ইবেম্মা!"

"ঐসিবু হিংবগী করিবু কান্নরীবগে? অমরোমদ ইমা, নচাদি তমথীরবা শাপ অমনা পুরবী নুপীনি"

"ইচাগীদমক ইমা শিগে?"

"ইমা!"

"নং লৈরাং লৈবাকলৈগী মতৌ তম্মু। ইমানা হায়রীবা অসিনি— অখাঙ কল্লু, পেন্দবা, নুংঙাইতবশিং উৎল্লু। মীগী ফত্তবা তৌরবদি মাগীসু শরুক থুংবনি"

চাউরেন হল্লকপগা লৈমাহনবীনা নীংঙাইদনা তুম্বদু থুগায়বীদনা ফিরোনশিং হোংদোকনবা থোকলক্তুনা — "শাইয়া শাইয়া" কাখৎলকই।

"করি হায়গে তাচৌ?"

চাক মৈ থাকৎনবা তৌ। ননম্মা পোখারীমালে।

"ফনি তাচৌ"

"ইমাদি?"

"লোক থুংঙি হায়দুনা হিপখিবনি।"

"ঙসিদি ইমাগী লান হৌদবরা?"

"ঐ লৈবদগী ঙসি খর চীকই তাচৌ"

চাউরেন মচননা শেম-শারীবা অদুদ মতেং পাংবীরি।

লৈমাহনবী অফিং-অফাইগা লোয়ননা "ইমা" খংকৌ কৌরদুনা হৌগৎচরকই। স্বার থবেৎ-থবেৎ হোম্বরকই। চাউরেন ফিংলকনা চেনশিল্লক্তুনা লৈমাহনবীবু কোনশিনবীরগা— "কৈদৌরবগে লৈমাহনবী?"

"ঐ য়াম্না ৱারে"

"শোরদু চনিং তানা ঈং-তপ্না অমুক্তা হোল্লু। নং নৎতবা ৱাখল পুনখন্দ খল্লমালে" চোইজাইননা তারিবা শমলাংশিং শেমজিনবীরগা— "লৈমাহনবী, নং ঐবু নুংশিদবরা?"

ৱাহং অসিদ ঙকলক তৌই। "নুংশি।"

"নুংশিরগা ফত্তবা ঋাখলনা লমজিংদুনা পুক্সিদুনা ঐবু থাদোককে করিগী খল্লিবা? অদুগা হৌজিক্তা খংলাও লাউরকলিবা অদুনা করিগীনো?"

"শকখংদবী অমনা ঐগী খুৎদাং ফারগা চৎলসি লাকও হায়রমই। ঐনা য়াবা কৌবা লৈতরবদ শকখংদবী অদুনা ঐবু খৌরী মেৎলগা হাৎলমই"

"মদু করিদগী থোরক্লিবনো হায়বদু নংগী ফত্তবা ঋাখন্দগী পোকলকপনি। অহিংবনা অশিবগী ঋাখল খনগদবা নত্তে লৈমাহনবী।" লৈমাহনবী অফিং-অফায়গা লোয়ননা হৌগৎকে তৌবদগী তুথরকপদ চাউরেননা ঙাকচহৌই। "কৈদৌবগী অদুম ফিংনা হৌগৎলিবনো?"

শাইয়া চঙলক্তুনা– "ইনম্মা, কৈদৌরবগে?"

"ইনম্মা করিসু তৌদে। কয়াম কুইরে হল্লকপা?"

চাউরেন্দ ওনশিল্লগা হংলকপনি।

"ঙহাক ওইরে" চাউরেননা পাউখুম পীরকই। "চাক লোইশিল্লক্রবরা?"

"উং"

"থিনবা তৌরুরো" শাইয়া থোকখিদুনা মথকলোমদ কাখৎখরে।

তানজা অসিদ মমা চঙলক্তুনা– "ঙাওরবরা অদুম কননা লাউরীবদি?"

"ইমা!" চাউরেননা হায়বদু তাদনা মখা তারকই মমানা– "ঙাওরবদি ঙাওদুনা চৎখরো ইমুংসি খর শান্তি ফংনবা।"

চাউরেন শাওরকই– "করিনো ইমানা হায়বীরিবা অদুবু? ইমা নংসে নুপীনিকো।"

"মা হেক লৈরীবমখৈ ইমাদি ফত্তবী ওইখগদৌরি"

"মমা কায়নখ্রবা হৌদোং মচানা হুইগী খোম থক্তুনা চাউরকপা মীওইবা সমাজবু ইকাইবা পীরীবনি ইমা"

"ইমাদি ইকাইদরে নং কৈদৌগে হায়রীবনো?"

লৈমাহনবী কপলকই। চাউরেননা– "হে অঙাওবী অদুগীদমক থম্মোই পীকথজরগা কপকদবা নত্তে, চাউথোক্কদবনি। মায়োক্লগদবনি। নং নত্তনা ঐগী পুক্সিবু লমজিংবীবা কনাসু লৈতে। তোল্ল-তারবা মীবু নুংশিবীবা ঙমদবা মীওই অদু মী নত্তে শানি।"

"শা মরকসিদ মী নখোয়দি কৈদৌবগী লৈরি?"

"লমচৎ অদুননি বাবানা ইমাগা লৈমিন্নবা ঙম্নরোই হায়দুনা য়ুম থাদোক্তুনা চৎখিবা নুমিৎতগী মী ঐনা মী ওইরবফাও হল্লক্তরিবা অসি। হল্লকফমসু থোক্তে ইমাদি বাবানা হায়বসু ইনখিদে, লমচৎসু লুরক্তে" চাউরেনগী ৱাফমসিদ মমা ঈ কারবসু মমৌনুপীগী মমাংদ ইকাইজবদগী মরুম লুকথখরে।

লৈমাহনবী, মতম অসুম কুইনা লৈমিন্নরকপদগী চাউরেনগী অপোকপা মপা লৈখিদরে অমদি পুন্সিগী অহানবা খোঙদাখিবা নুংশি লম্বীদসু মায়থিবা অদুগা ঙসিনা খংহৌদনা ফোংদোকপা অসিদ চমমক্লবতা নত্তুনা অঙকপা অমগা লোয়ননা মপুরোইবদ মীৎয়েং থম্নরে। চাউরেনসু লৈমাহনবীনা চান্ননা হেক্তা য়েংলকপা অসিদ তৌফম খঙদবা লাংতক্লবা পোকহল্লি। "থম্মোইদ চীংনবা অমদি লৈখি অদুবু চীংনবা অদু ফোংদোকচবা অমদি হংজবা ঙমজখিদে অদুবু ... ।" ঙহাক তুমিন লৈরুরগা মখা তারকই— "ঐসু কপ্লিবনি থম্মোইদি নহাকনা ঐগীদমক ৱাবীরিবা অসিদা" মমা মরকসিদ থোকখরে। "অদুবু মীওইবনা ফংনবদ ৱারবা শাপ ঐনা ফংলগনি খনবদ কয়াদ হরাওজবা।"

"কৈদোমদগী চীরোননো নংনা লোল্লিবা অদুনা?"

"অদুবু ঐগী চাউথোকচবা অমদি লৈ- মখোয় তাচৌনা ঐবু নুংশিবীরিবা অসিদা। অদুদ নংগী কংবা নাইদ্রবা ঈচেন্দুদ শান্নজরীবা ঐসে ইরাক্লখিদুনা ..." চাউরেননা মরক থৎলকই— "ফরে মখা তারনু। ঐঙসিসু হায়রি— নং সিদ লৈবা নুংঙাইতরবদি ইবানি নংগী খুঙ্গংদুদ লৈরুরসি।"

"ঐবু তৌ ঙম্বী তাহন্নগনু"

"নংনা য়াম্না লাননা খনখরে। নত্তে নহাক ঐবু থাদোক্তুনা চৎখিবা পান্নবরা?" লৈমাহনবী পুক্লিং মকা লামনা হিংবা পুন্সি নং পামদবরা? ঐদি পামই— মহাও লৈনা হিংবা। ঐসিবু নংগী ওইবদ মতিক চাদবরা?"

"মখোয় তাচৌ।"

"ঐদি নং থেংনজবদগী ঙসি ঐ মী ওইজবা ঙমজরীবনি। মসিগী লমনদি ঙসি ফাওবা শিংবা ঙমদরি।"

লৈমাহনবীন— "নহাকনা পীবিরিবা নুংশি খুদোল অসিদগী হেনবা করিবু লৈরীবগে?" চাউরেন মখা তারকখিদরে।

শাইয়া, চাক-ইনশাং পুশিল্লক্তুনা টেবল মচাদুদ থমলরে। চাউরেননা— "নং ইমাগা চাথোকমিনরুরো।"

"ঐ তাচৌ" ইনম্মা ময়ামসি ইনম্মগী ঙাক্তনি লোইনা চাশিল্লুকো?" শাইয়া কাদুদগী থোকখরে।

চাউরেন লৈমাহনবীগীদমক নীংথিনা সেবা তৌরবা মতুং চাক চামিন্নখরে।

(১৭)

নোংমা, নোঙানবগা চাউরেন থবক অচিনবা অমা লৈবদগী ঙননা চৎখরে। লৈমাহনবী মচনগী লোয়ননা শঙ্গোম থকমিন্নরি। "শাইয়া, ঙসিদি ইনম্মা ব্রা অমা হায়গে"

"করি ব্রানো ইনম্মা?"

"ইকুবোকনা য়ুম থাদোকখিবা নং খঙহৌদবরা?"

"হায়ফেৎ খঙহৌই। ইমাগী চৎলিবা লমচৎ বাবানা হোংদোকনবা ব্রাফমদ য়াম্না খৎনখি. য়ানদবদগী বাবা ঐগী বাবা ইশানা চহি তরামরি হায়রকপদ য়ুম থাদোক্তুনা চৎখিবদগী ঙসি ফাও হল্লকখিদরে। কদাইদ লৈরীবা মরী মখোঙ অমত্তা ঙসি ফাও খংদরি ইনম্মা" শাইয়া মথব্রাই নুংঙাইজদবা মাইথোদ উৎলকই।

"শাইয়া" নুংশিনা কোনশিনজৈ।

"ঐগী নুংশিরবা বাবাদো মী য়াম্না ফৈ।" অসুম্না ব্রারী শান্নরম্বদগী লৈমাহনবী খংহৌদনা লৈমাইদ ফমলম্বদগী তুখরে। "ইনম্মা!" মনম্মবু কোনখৎচরগা ফমুংদ হিপথহল্লবা হোৎনরি। লৈমাহনবী পুক পায়দুনা অব্রাবা চৈনা খাঙজরি। টেবনদ লৈবা ঈশিং লৌদুনা কোক্তা তপনা-তপনা য়েবীরি। লৈমাহনবী স্বার শাং-শাংনা হোল্লম্বদগী খংলেপ-লেপখিবা অদুদ শাইয়া পাখৎপগা ইরোইননা তৌফম খঙদনা মীৎতা পীগা ইরা চেল্লকলে। অমুকসু স্বার তপলকনা হোল্লকপদ শাইয়া হব্রাওজরবসু চীংনবদি পোকলি। "ইনম্মা, নং ঐখোয়বু থাদোক্তুনা চৎখিবা য়ারোই।" ঙাংনা ঙাংনা মনম্মগী মীৎলু অনিদগী চেম্থরকপা পীরাংগী ঈচেল তপনা-তপ্না তৈথোকপীদুনা কংহনবীরি। ফোন তৌনবগীদমক নম্বর নমলি। শাইয়ানা অসুক ব্রানা হোৎনরীবা অসিদ মমা খঙলবসু তারবসু চঙঙক্তরি। "হল্লো" ঐ চাউরেনগী মচন নুপীনি। ঐখোয় তাচৌ লৈবরা? অমুক্তা পায়হনবীরকঁই। ফনি।" ঙহাক ঙাইরি। "তাচৌ ইনম্মদো মশা খর নুংঙাইতবদগী ফমুংদ হিপ্তুনা লৈরি। ঐ তাচৌ। খর থুনা লাকপীয়ু।" ফোন থল্লবা মতুং ওনশিল্লক্তুনা-"ইনম্মা তাচৌসু ইনম্মা, অথোইগা লোয়ননা থুংলরগনি। ইনম্মা নপুক্লিং নুংশিগনু।"

"শাইয়া ইমাদি ?"

শাইয়া ঙহাক খুম্বা ঙমদে। – "ইমাদি ... " মখা তাবা ঙমদনা তুমিন লৈখরে।

"ঙসিসে করিগীনো খঙদে ইনম্মা য়াম্না ৱায়। নখোয় তাচৌ লাক্লগদরা ?"

"উং"

"ইনম্মদি অশিবা মুর্ত্তিনি"

"হায়হৈদে ইনম্মা।"

"নং ননম্মা ঐনা সংসার থাদোক্তুনা চৎখিবা তারবসু অঙাং ... " মনম্মগী চীনবান মেনশিল্লগা – "ইনম্মা, হিংলিবা ঐখোয়না ফত্তবা অশিবগী ৱাখল খল্লিবা অদু চুমলিব্রা ? মমাগী মফমদ মচানা ওইনজবা পুন্সি ইনম্মা কল্লক্তবরা ?"

"ইনম্মগী কোকসু য়াম্না চীকই। স্বার হোনবসু য়াম্না ৱায়। খোঙ খুৎসু পহ-পঙ ফাওই। খ্বাংসিসু য়াম্না নায়।"

চাউরেন অথোই– খোমলেম্বগা লোয়ননা থুংলরে। "তাচৌ ইনম্মসে হোসপিতান্দ পুখৎপনা ফরোইদরা ?"

"পুখৎকনি। ঈশিংগদি শাহল্লবরা ?"

" পুন্নমক লোইরে তাচৌ"

অথোই চঙশিন্দুনা লৈমাহনবীবু য়েংলি। বীঃপিঃগী খুৎলাই পুথোক্তুনা অনেম-অৱাং য়েংলি। – "লৈমাহনবী স্বার চনিং তানা তপ্না-তপ্না হোল্লু। নং করিগীদমক নৎতবা ৱাখলনা পুন্সি পীখন্নরগে খল্লিবনো ?

"শাইয়া ননম্মসে তুরুরবরা ?"

"উং ইনম্মা তুরুরে"

ময়াম নুংঙাইতবগী স্বার হোম্বনরকই।

"অথোই, অকায়বা লাক্কদরা ?" চাউরেননা চীংনজনা হংজরকই।

"করিসু থোইদোকপদি তৌরোই অদুবু তামো ঐখোয় চেৎকশিনবা তাই। মাগী নুংঙাইতবা ৱাখল অসিমদি থাদোকহনবা তাই" অথোইনা মখা অমুক তারকই– "তামো মাগা ৱারী অমত্তা শান্নজগে" ৱাফমসিদগী চাউরেন খোমলেম্বা থোকখরে। "লৈমা, নং নশাগী ফত্তবা ৱাখলন্দ হকচা ৱাহল্লিবা অদু ঐনা অফবদি হায়ররোই।"

লৈমাহনবীনা– "ঐ তশেংনা হিংনীংদে।"

শাওরকনা– "অদুদনি ঐনা নং মী নৎতে হায়রীবদু। হায়নবদাই নুপী ওইবীগী অখাংঙ-কনবা মীতনা খুদিংমকপু মায়থীবা পীবা ঙমই অদুদি নঙোন্দা লৈতে।"

"তং তাবা ঙমদ্রবী ঐগী পুন্সি। ঙসিদি তমথীরবা শাপ অমনা লাঙ্গোয় চনশিল্লক্লি। ইমীৎসিনা ইচা উবা ফংদনা ঐ ..." মখা তাবা ঙমদনা তুমিন লৈখরে।

"ইমানবু করি শাপ তৌরবগে?"

"ঐনা শিখ্রবা মতুংদ খঙলক্কনি"

"লৈমাহনবী!" ঙহাক তুমিন লৈনরি। "লৈমা, নং ফত্রবসু ফত্রবসু নশা লুমলবী নুপী অমনি। অঙাং অদুনা তাইবংদ হেক খোঙদারকপা মতমদ নংবু শোয়দনা নুংশিরক্কনি।"

"ঐ থাজদে"

"সে নশাদু শোষ্টনা উই ইন্দিসন অমা কাপসি" অসি হায়দুনা বেগতগী হিদাক অমদি সরীগা লৌথোক্লগা– "ঈ ফগৎনবা আইরন টেব্লেট অসি চাশিল্লু। ভিচামিন খরসু চাসি।" চানবা খরগা লোয়ননা হিংদাকতু চাশিনখরে। ভিটামিনসু পীথকপীরি। ইন্দিসন অমসু কাপ্পা লোইরবা মতুংদ লৈমাহনবীগী হকচাং য়েংলি। "মীরোনলিঙৈদ চেকশিনগদবদু নং খঙন খঙনা নশাবু মাংহন্নবা হোৎনরীবা অদু ঐ য়াম্না শাওনীংঙি।"

"ঐ ... "

" নংগী ব্বারী অমত্তা তানীংদে" মরক থৎনা খোন-ব্বাংলকনা হায়রকই। 'ইমানা নংবু পামদবগী মরম খঙলবরা?"

"ঐ খঙদে অমদি লৈ। ঐ ... "

"ফরে ইমাগা ব্বারী অমা ঐগা অমুক্তা শান্নবা তারি।"

"ঐগী মরমদ ওইরবদি করিমত্তা শান্নদবা ফৈ"

"হৌজিক মতমদ মীবু মীনা ওৎপগী নীতি অসি ২১শুবা চহিচা চঙশিল্লকপগা লোয়ননা ঐখোয়না মুৎথৎনবা হোৎনবা তাবনি। নংবু পামদরে নুংশিদরে হায়দুনা নংবু লোইশিন্নবা শিনবদি য়ারোই। ফরে নং ঙাহাক্তং পোত্তারম্মু ঐ তামোগা ব্বারী অমা শান্নরুখিগে" অথোই কাদুদগী থোকখরে।

চাউরেননা– "অথোই, লৈমাহনবীবু ... !"

"থোইদোকনা নুংশা থীনিংঙাই ওইদে অদুবু ... "

"অদুবু কৈদৌরবা?"

"অঙাং উন্নবদ খর খুদোংচাদবা লৈগনি" চাউরেন কোক পায়দুনা খাঙডি। "বিঃ পিঃসু হায় ওই। অদুগা ঐনা নহাল য়েংলম্বদগী ঙসিনা ঈগী ঈচেলসু খংহেন হেনগৎলকপগুম উই" মখা তানীংবনি। তাবা ঙমদবদগী তুমিন লৈখরে।

"মদুদি কমদৌনি?"

"তামো, ঐনা হায়জগদবদি অঙাং উন্নদ্রিঙৈ মরকসিদ য়াম্না চীকপা, মঙোন্দ নুংঙাইতবা ফাওরোইদৌবা মফম অমদ লৈহনবা পামই। নীংথিনা ৱাখল পুক্লিং নুংঙাইনা পোথাহনবা ফৈ। ৱাখলগী লায়না অমসু লৈরে।"

ৱাফমসিদ চাউরেন্দ নত্তনা খোমলেম্বসু নুংঙাইতরে।

"ঈসু নেগেটিব ওইরমলে"

"মান্নি" চাউরেননা খুমলকই। "অসোমদ ...?"

"আদ পুরবসু ৱাখলবু নুংঙাইহন্দ্রবদি চপ মান্নে তামো। ঈবুদি ঐনা দাইত্য লৌরগে। ৱাখল নুংঙাইহনবা অসিনি দরকার ওইরীবদি। করিগুম্বা হেনজিনখিবা থোক্লবদি কনবা ঙম্বগী কন্দিসন ৱাৎকনি"

ঙসাই মখৈ ৱারী তারীবা শাইয়ানা হায়রকই— "ইনম্মা, ঐখোয় ইনম্মগী পুম্নিসে ইনুং নুংঙাইতরবনি। ইমানা ঙাংলিবা, চৈবীরিবা কয়াগী মথক্তা ফুবীবা কয়ানি।"

"অসুক য়াম্না ফগ্নবী মমৌ অমা ফংজরীবা অসিদ ইমানা য়াদরীবা ঐদি ঙকই।"

"অদুনবু ঙসি থোক্লিবা নহা ওইরীবি মৌ কয়ানা মথন্তা নত্রগা মীনা হাৎপা থৌদোক কয়া অসিদ ঐখোয়সু চীংনরবনি ইনম্মা" শাইয়ানা হায়রকই।

"মরুপ, করিমত্তা নুংঙাইতবা খনগনু। ঐখোয় ময়াম চঙদুনা লৈমাহনবী ঐখোয়না কনজহৌনবা হোৎনহৌরসি।" খোমলেম্বনা হায়রকই।

"মরুপ, ঐ হায়ফম খঙদরে। ইমানা তৌরীবা মওং অসিদ ঐ তশেংনা ঙাওরে। ঙসি ঐগী নুংশিজরবী লৈমাহনবীনা ওইরক্লিবা ফিভম ইমানা পুম্নমক থোকহনবা ঙাক্তনি।"

"ইমাগী নীংবা থুংজদবা অদুদ তৌরিবনি। ঐখোয় শাওবা য়াদরি। ইমাবু ঐখোয়না ভাব তাহনবা তাবনি"

"ফত্তবা মীদি ফত্তনা অদুম লৈবনি মরুপ"

"তামো, নুপীগী পুন্সি নুপীশিংনা নুংশিফম থোকনবদ ওন্ন-তৈনবদ নুপীনা নুপীবু ওৎ-নৈবা, হম্থনা য়েংবা কয়া ঙসি মনিপুর সমাজদ তোয়না থোকলক্লে। মসিবু থীংনবা কনামত্তা ক্রাইম ষ্টেটিসটিক্স নৈনবা মীওই অমত্তা থোকলক্তবা অসি ঐখোয়গী লাইবক থীবনি"

সোমদ শখিয়া লাকপা উবদ মমা ফমলম্বদগী হৌগৎতুনা– "নং কৈদৌবা লাক্লিবনো? চঙলক্কনু হায়রীবা অসিনা অরোইবনি।"

"ঐ ইনম্মবু উনবা লাকপা নত্তে, চঙনীংদুনা চঙলকপসু নত্তে, ইচা-ইমৌগী মফমদ ঐগী ইরাল কোকপীনবু খুরুমজবা লাকচবনি"

"মদু দরকার ওইদে চৎখরো। ঐ ঙসিদি নঙোন্দ নীন্দ তৌই"

ব্রাফমসিদ শাখিয়া শাওরক্লে। খৎনবগী মওংদ খোন কনখৎনরকপদগী মখোয় ময়াম থোরক্লে। লৈমাহনবীদি নীংঙাইদনা পোথারি। "ইনম্মা ঐবু ফত্তবী তাহনবদি য়ারাই। ইনম্মনা নত্রা নমৌ লৈমাহনবীসে ঐ পামদে অদুনা ইবানি অফ-ফত্ত তান্নসি হায়দুনা তান্নদুনা লৈমাহনবীবু ওৎখিবা নত্রা?"

"অদুনা ঐনা লান্নবা অসিনা নং চঙলক্কনু হায়রীবা অসিনি"

ব্রাফম অসিদ চাউরেন ব্রা অমা হায়গে তৌবদ খোমলেম্বনা খাঙবদগী তুমিন লৈরে।

"ইনম্মা, নং কয়াম য়াম্না ফবনো হায়বদু ননাওনা পুন্নমক খঙই। নশাগী নরাল লোৎশিল্লগা মীগী মরাল শন্দোকপদি য়ারোই"

"ফরে মখা তারনু চৎখরো"

"মীবু মী ওইনা উবীখিদবা ইনম্মনা ঙসি ভাব তাবী অমগুম্না ... " নোকই করেমননা। "ঙসি ইচা ইমৌ ইপুরোইবগা লৈমিন্নবা ঙমদরীবা অসি নংনা তৌঙম্বী নংনা থোকহনবা ঙাক্তনি"

"হে নংনা নত্রা ইচা ইমৌ নুংশিবগী মতিক ময়াই চমহনখিবা"

"ইনম্মা মরী লৈনদবা ব্রাফমনা ঐগী ইজৎ মাঙহনবদি নপুন্সিগী খক ঙমলোই। ঐদি ইনম্মগুম্না ইচা-ইমৌ ওৎপী নুপী ওইজদরি। লমচৎ-শাজৎ অদুদ তাদনা ইনম্মবু হন্দোকলম্লগা চৎখিবা ব্রারী নং নীংশিংঙু। ইনম্মদি তাদগী মনাও-ময়াম্বশিংগা লৈমিন্নবা তিন্নবা য়াদবদগী সিদ হোংলকখিবী ঙম্বী নুপীনি।"

"অদুগুম্বা ব্যবহার য়াওদবা ৱাঙাং"

"নোংমসু লৈমাহনবীবু হাৎন্নবা হায়দুনা হু হাপ্লবা শঙ্গোম গ্লাস অদু ঐনা পীথকখরে হায়দুনা লোৎনা হৈদোকখিবা, নোংমসু গ্যাস নুংশিৎ থাদোক্তুনা হাৎনবা হোৎনবদ ঐনা থীংখিবা পুন্নমক অসিবু কাওথোকপীরব্রা। ঙসি ঐঙোন্দ ওনশিনবীরিবা অসিবু করম্বা মখলগী ধর্ম্মনো?"

"শাখিয়া"

"ইরাল-নরাল থীগৎনরবদি নংগী চেনফম অমত্তা লৈরোই।"

"ঐবু মসিগীদমক কনানা দন্দি পীবা ঙমগদগে"

"হুং!"

মখা তারকত্রিঙৈদ চাউরেননা চঙশিল্লগা– "ইনে য়াম্না নুংঙাইজরে। লেংবীখরো?"

শাখিয়ানা– "ইবুংঙো ... "

মরক থৎলকই– "ননাও ভাব তাজরে মখা তাবীরগনু। ইনেগী মফমদ নুংঙাইতবা পেন্দবা অমত্তা থমজদে।"

"অদুবু ইবুংঙো ইমৌগা অমুক্তংদি উনজগে"

খোমলেম্বনা খাম্বদগী চাউরেন তুমিন লৈরে। শাইয়াগা লোয়ননা চঙমিন্নখ্রবা মতুং ঙহাক লৈরগা থোরক্তুনা "ইবুংঙো ইনে য়ৌরগে। নখোয় য়াইফরকউ হায়রম্লগা চৎখরে।

"ইমা নংদি ... "

খোমলেম্বনা খামতোকই– "ফরে কৈদৌরবগে মরুপ লাকও ইবানি ৱারী অমা শান্নসি।" খোমলেম্বনা চাউরেন নমদুনা পুথোকখরে।

"শাইয়া নং ননম্মগী মনাক্তা লৈরুসো"

"ইমা নং ... " য়াম্না শাওনা চঙখরে।

"ইমা, মী হাৎপদ কংলৈপাক অসিদদি কনাসু কিনবা য়াওদরে। মসিদ শোয়রক্কদৌরীবদি ঐখোয়নি ইমা" মীনা চাওখৎনবা হোৎনরি। ঐখোয়না করিসু মরম ইরৈ লৈতনা নুংশিনদরি।"

"নং য়ুমসিগী কনানো?"

"কনাসু নত্তে অদুবু নৈহৎপীরবী কয়াগী হক কন্নবগী অধিকারদি লৈ ইমা। ইমাসু খন্দুনা য়েংঙু লৈমাহবীগুম্বী নমৌদি পুন্সিগী ফংলোই। মাবু ইমানা ... "

"মদু থীগৎপা নংগী দরকার লৈতে।" মরক খৎনা হায়রকই।

"সমাজসিবু ইমানা পান্নবরা?"

"ইবেম্মা নংনা ঙসি ঐঙোন্দ শিংনবা অমগুম্না তৌরক্লিবা অদু করিমৎতা কান্নরোই।"

"ইমা, ইমাসু নুপীনি। নুপীনা নুপী ওৎ-নৈরবদি করম্বা নীপানা নুপী ঐখোয়বু থাক ৱাংনা থম্বীগদগে?"

"নুপী হায়বসি নীপা নহাশিংগী অৱা-নুংঙাইগী পোত্থাফমনি"

"মদুগী ৱাখলনা ঐখোয় লৈখা তানা লৈবা তাবনি।"

"নৱা উকিন ওইরে হায়দুনা চাউথোকচরীবা অদু ঐঙোন্দদি চৎনবা য়ারোই"

"য়াবা য়াদবা অদুদি থেংনরগা খঙগদবনি। ইমাদি হৌজিক হৌজিকমক থোক্লিব মনেম্মা মমৌ হাৎপগী চৎনবী মরকসিদ চপ-চানা য়াওরগে খললে নত্রা? মীওইবনা খাঙবা ঙমলোইদৌবা হায়হৈদবা ৱাফম কয়ানা লৈমাহনবীবু তত্তুনা ইকাইহল্লি। হিংনীং বগী ৱাখল পোকহন্দে। ইমাগী লুজদবা থৌওং কয়া অদুনা ঙসিদি লৈমাহনবী ৱাখলগী লায়না নারে ইমা" চাউরেননা চঙশিল্লক্তুনা হায়রকই।

"মরুপ নংসে ওঙ্হোক্লা অঙাং মচা মানখরে"

"মরুপ ঐ ঙসিদি য়াম্না পেনদে। ঐ ইমাবু তশেংনা ৱারৌই।"

"অদুবু মরুপ ... " চাউরেন চঙখিবদগী মখা তাদনা ইন্নখরে।

"ঐগী ইমৌবু ... "

"অচুম্বনি ইমা।" মখা তারকই– "কপ্পগা-নোকপগা য়ানন্না মচা নিংঙোলবু বরগা লোয়ননা বীদায় মঙ্গোল পীদুনা নীপা ময়ুমদ থিল্লকখিবদুগী অর্থ লৈ। নমৌ ওইনা পুরকত্রিঙৈদ ৱারী ৱাখোং খরদি খঙলমগনি। নচানীনা চেৎকশিনহৌরগা ঙসিনা গর্ভ পুরবী নমৌবু শা-ঙাদগীসু হেন্না হম্বুনা ওৎ নৈরি। হৌজিক মতমদ মৌনা নীপা ময়ুমদ মরম ইচা চাদনা শিবা পাক চাউনা অর্থ য়েংনরি ইমা"

"ইবেম্মা"

অথোই য়াম্না পেনজদনা মখা তারকই– "ইমা হোয়না তৌরীবা অসিনদি মচা

নীংঙোল পোকপা মমা-মপাদি মচা নীংঙোলদু হাৎপা ঙম্বগী শক্তি অমদি লৈফম থোকই। ইমা, শাদি শা মশেল নুংশিনবা হেনদোক্কুনা মীওইবা ফাও নুংশিরক্লে। ঐখোয়না ... ।"

"ইমাগী ৱাখল লানখরে।"

"ইমা মীওইবা ঐখোয়গী পুন্সি নুংশিদরলে?"

"ইমা ঙহাক্তং পোথারুগে"

চঙখিদুনা ফমুংদ হিপথখরে।

অথোইসু ঙহাক লেপ্লবা মতুং লৈমাহনবীনা লৈরীবা কাদ চঙলকই। নিংঙাইদনা তুমলিবী লৈমাহনবীবু তপলকনা হৌদোকপীরকই– "লৈমা, লৈমাহনবী। মীৎতু তপনা পাংথোকউ। ঐ নুংঙাইবা পাও অমা হায়রমগে। ইমাদো ভাব তারকপা মাল্লি।"

লৈমাহনবী থোইদোকনা মপুক্লিংদ হরাওবা উৎলক্তে। "হিংবদ মীপান তাংদুনা হিংবা নুংঙাইতবা পুন্সি মহিং ঐ পামদরে।"

"নংগী অর্থ য়াওদবা ৱাফমদু তানীংদরে। সে ৱাখল নুংঙাইনা পোথাবা তম্মু। ঐখোয় য়ৌনবা তৌরগে"

"হিংবদ নুংঙাই-য়াইফবা ফংলক্তবা অসিনা ... " মরক থৎলকই– "নং মী নৎতবরা? ঙহাক ঙহাক্কী অশাওবনা পুন্সিবু অশিবা খায়াৎতা তাহল্লিবা নুপী খঙদে, নীপা খঙদে মীদু কনানসু লাইবক ফৈ হায়না শোন্নদবনি, ঙাংনদবনি।" খোন খর তপথরগা মখা তারকই– "অদুগা লৈমাহনবী, অশিবতনি মাঙজরীবা হিংহৌরীবদুগীদি নোংমা অনৌবা মরুপ অমা ফংবা য়াই। অমরোমদ তামো চাউরেননা নংবু নুংশিদবরা? ইষ্ণোকলব্রা?"

"অদুবু ঐদি ... "

মরক অমুক থৎলকই– "নংসু নশাগী control তৌবা ঙমজরবী নুপী অমনি। ওৎলে-নৈরে, পামদরে নুংশিদরে হায়দুনা মদোম শিজবগী শরুক করিগুম্বা উপাই অমা তৌদুনা হিংজনবগী লম্বী য়েংবা-থীজবা তাবনি। ঐগী ৱাফমসি লাল্লবরা?"

"ইমুংসিগী অহল অসিনা য়াদরবদি মাসু খর ভাব তাফম থোকই"

"তামোনা ৱাজবদি নংগীদমকনি। নং মসিমদি খল্লু — ঙসি নহা ওইরীবি মৌনা মদোমতা সুইসাইদ তৌজদুনা শিখ্রবদ ৱানহৌরীবা, কপ্পহৌরীবা, নুংশিনহৌদবা কয়াদুদ নুপী-নীপাগী ইমুংতা নত্তনা কৈরোন-লৈকাই, শাগৈ-নাতৈ, মরুপ-মপাং ফাও নমপাক

তান্নরকপনি। তান্নরি।" য়াম্লা শাওরকনা হায়বা ৱাফমনি।

"ঐসু ঐগী ফংফম থোকপা ... "

"নংগী ফংফম থোকপদী নংনা য়ুমসিদ মৌ ওইনা লাকপা নুমিৎতগী চপ-মান্নবা রাইট ফংজখ্রবনি। অদুনা হৌজিক্তি কোটকী মতেং লৌদুনা নংগী হক, ফংগদৌবা আধিকার পুম্বা ফংজনবগী ক্লেইম তৌবা য়াই। ঐ মসিগী মতাংদ ঐগী নীপাগা তান্নবকই লৈমা" অথোইনা হায়রকই।

"মদুদি ঐ ইমাগী মায়োক্তা য়েকনবা শোয়দনা তারক্কনি। ঐ ঙমলোই, ঙমলোই অথোই"

"করিগী?"

"ঐ খঙদে"

"নংদি খঙলোই। নংদি অঙাওবীনি। পুন্সিগী অর্থবু সুকয়াও য়াওহন্দবগুম তৌরীবা অদু ... ঐ ৱা য়াম্না ঙাংনীংদে হোরেন লাক্লগে চৎলে"

অথোই শাওনা থোরক্লে।

"ফরে মরুপ ঐখোয় অমুক য়ৌরগে। হোরেন অমুক লাক্লগে"

খোমলেম্বা— চৎখরে।

চাউরেন ৱাখন্দ নুংঙাইতবনিনা হকচাংসু পোত্থাফম খঙদরে। স্বার তপ্না-তপ্না হোম্থরকই। "শাইয়া"

"উং"

"চাক মৈ থাগৎলুরে। ননম্মগীদি খর হাওনা থোংঙু। ঙাক্রাদু লৈরীবরা?"

"ঔ তাচৌ"

"সে চামঙা চৎপী পুরগা থবী, মাইরেন, খোংদ্রুম য়াওরম্লবদি লৈরকউ। ঐখোয় কৈথেন্দ থোকলমলোইদরা?"

"থোকলমগনি"

খাও অমা পায়রগা শাইয়া থোকখরে।

চাউরেন চঙলকই। লৈমাহনবী নীংঙাইদনা নীংথিনা তুমলি। চাউরেন চঙশিন্দুনা ফিশিং নীংথিনা শেমজিনবীরগা থোরক্তুনা উপুদগী নোবেল অমা লৌথোক্লগা কুমথরক্তুনা

অমুক চঙলকই। লৈমাহনবীগী ফমুংদগী থাপলকনা থাবা উগী চৌকি অমদ ফমথরগা ইংলিস নোভেল অদু পান-পানা হৌখিবা ৱারী নীংশিংলি।

নুমিদাংৱাইরমগী মচু কয়ানা লৈতেংলবা নোংজাবী মরক্তা কুচু ঙৌবা ফজরবী হকচাংদুদ শেৎ-চারীবা ফিরোনশিং অদুগী মতিক ফজে। ৱাইখেৎ মচুগী ফনেক অমা শেৎলগা অঙাংবদগী খর ৱাউথাংনবা মচুগী ফি অমা ইল্লগা সন্ধ্যারানী ঈশিং শোকলুরগা কাখৎলকপদ চাউরেননা— "সন্ধ্যা" খংহৌদনা খংকৌ কৌরকপদ খংলকনা নাকন্দ কোল্লিবা সম্বুন অদু শাপু কননা থাদখরে। মমান্নবীশিং নোকলকই। সন্ধ্যারানী শাওবদি য়াদবনিনা নোকফেৎ তৌজরগা— "সি করি শারে?"

বীনানা ফাগী তৌরকই— "অদুগীদমক মাইথোং মকশিনগদৌবগী শরুক মমল ঙাংনহৌরসি।"

চাউরেননা— "ঐদি নহাল মখৈ খঙলুদে। নংদি য়াম্না খংগনলিদনা।"

"করিনো নুপীজা ওইবী পুন্সিনিদনা" বীনানা চাউরেনগী মওংদুদ সন্ধ্যারানীগা ৱারী শান্ননিংবগী মতৌ উৎপদুদ মখা তারকই — "কুইনা ৱারী তৌরনু নুমিৎসে চীং য়ানা ঙাইরীবসে য়েংঙু।" হায়রম্লগা ময়ামবু খর থাপলকনা চৎথোকনখরে।

মমান্নবী অমনা "চেনবগী ৱাফম ওইবরদি ঙসি নুমিৎ ফত্তে" হায়রম্লগা চৎথোকখিবা অদুদ মবানি নোকফেৎ তৌজহৌই।

"ঐ নঙোন্দা ৱা অমা হায়গে লাকপনি"

"করিগী নুজানরীবনো? হায়রো করি ৱানো?"

য়াম্না খঙনীংবগী মওংদ চাউরেনগী মফমদ চীংনবা লৈতনা ওইনজরকই। "কৈদৌরবগে হায়রো?"

"ঐসে নংগী নতেং য়াম্না ফংলে অদুবু ... "

"অমগা অমগা অঙম-অঙম্বা মতেং পাংনবা হায়বসি মীওইবগী ধর্ম্ম নৎতবরা? চাউরেন পাউখুম পীরক্তে। মানা ফোংদোকনীংবী কয়াদু সন্ধ্যরানীগা চম্লবা মওংসিদ ঙমদরে। মখা তারকই— " তামো নহাক মীগী লমন তোনবা কয়া হৈনরমগদবা মানদে।" পাংদবা নীপা অমগুম্না তুমিন লৈবদুদ ৱারৌবা— "ঐঙোন্দবু ইকাইরবদি হয়েং মতম অমদ লৈমিন্নবদ নুংঙাইগদবা মানদে। অদুগুম্বা ঐ কয়া হৈনদে। কাইনরসিরা?"

ৱাফমসিদ চাউরেনন স্বাই লাউই। ঙকসু ঙকই। মীৎয়েং থম্লগা অসুম্না ফোং-দোরকলে- "ঐ সরকারগী থবক অমা তৌসিরা খল্লি। পৈশা হায়বা লাকপনি।"

"অদু ওইরবদি থবক অদু য়াগদৌবা ওইরবনিনা শেল খর পীরগা ওইহৌরসি। কয়া চঙগনি।"

"হাম্নরা লুপা লিশিং হুমফুমুক পীখিগে। অদুদ য়াদরগা ঐ থবক তৌররোই"

"নীপানা ৱাখল হম্বগদবা নত্তে, মতমগী চৎনবী খর য়াওবা তাবনি। মখোয়গা মুক্নরুবদ মাঙজগদবদি ঐখোয়নি। হৌজিক মতমসিদ মীবু শাঙাগুম্না হাৎপা তুপ্পা ঙম্বা মী কয়া লৈবসিদ থম্মোইসে ইচীংদ চীংনরীবনি। অদো ঙসি নোংমা নীনিদ য়াগদৌবা ওইরবদি লুপা লিশিং য়াম্খে তাবা মরুপ অমা হংচিৎ পুর্নিমা নুমিৎতা লাউগনি। করিগুম্বা ফাওদরগা ইমান্নবীশিংদ হায়নরগা লৌথোক পবু য়ানি। হৌজিক-হৌজিকমক্কী ওইরবদি লৈতেবু"

"ঙসি নুমিৎ মরিনি মঙানি লৈরগা শিজিন্নগদবনি।"

"চৎলসি থেঙলে" হায়দুনা বীনানা চীংদুনা পুখরে।

পুনিমা নুমিৎনি। বীনাহোয়গী য়ুমনি।

লোইদাংনা — "ঙসিদি সন্ধ্যানা ফাওগদবা মাল্লি। মাইথোংবু ওম্থোকনা ঙানখরে।"

"নহান মাগী থৱাই নুংশিবদগী মন্ত্র অমা লৌহৌরবনি" বীনানা ফাগী তৌরকই। ময়াম হৌন-হৌনা নোকই। মরকসিদ বীনাগী মমানা হায়রকপা কনামত্তা তান্দবগুম তৌই– "নখোয় লাংমল্লি। খিৎলম লাক্কনি। নখোয় বাজিসু লৈবনি।"

"ফাওররোইদরা হায়না ৱাজরুবা থম্মোইসে নুংঙাইরকপগুম তৌই।" সন্ধ্যাগী ৱাফমসিদ মখোয় ময়াম অমুক নোকমিন্নে।

বীনা– "ঐখোয় নোকমনখরে লৌনবা তৌরসি।"

অমুতোম্বীনা– "বীনা নংনা হায়রীবদু লাউদনা হেক্তা ফুনরগা অঙম্বনা লৌনসিনি নত্রা?"

"ৱাহৈ শোয়খরে" বীনানা। "ঐনা শোয়বা নখোয় ... "

"ৱাহং শোয়বদ মার্ক হাপতবা য়াদবনিনা হাপ্পদ পাউখুম ফজনা খুমলমদবা ছাত্র-ছাত্রি পাস তৌনি খন্দুনা হরাওনরীবনি।" লোইদাংনা মরক থৎলগা হায়রকপনি।

অসুম্না ৱারী শান্ন-শান্ননা মরুপতু লাউরে। মী তরেৎমুক লাউখরে।

"অয়েকপম অমুতোম্বী" বীনানা।

সন্ধ্যানা– "য়াদরে"

বীনানা– "ঐখোয়বু ফাওদনবা সন্ধ্যানা মন্ত্র ফজনা ... পুক ফত্তবা তৌনগুমসি। শান্তিবলা ... হয়েংগী প্রোগ্রাম শোয়রে।"

শান্তিবালা শকফম ওল্লকপদ শখিনা তুংদগীমখোন থোকনা খংহৌদনা ফুরকপদ খংবোই-লাকপোই– "অয়ো ইমা! অস! ওন্থোকনা খৎখরে শখি নং।"

"মঙাও থীবা নীপা অমা থেংনবদ মরাইনা জ্ঞান পোপ তাজনি" অমুতোম্বীনা হায়রকই।

"ঐসু অদু থীরীবনি" শখিগী ব্রাফমদ মখোয় নোকমিন্নজরি।

"ঐখোয়সে জুগোৎ চাবা ব্রা অমতা ঙাংনদে।"

তরামঙাশুবা লাউবদ সন্ধ্যাদ ফাওরে। সন্ধ্যা হরাওবগী ঙমখৈ লৈখিদরে। হরাওজবা-নুংঙাইজবা অনিগী মরক্তা মীৎলু অনিদগী পীরাং চেন্থরকতবা নত্তে, মসু-মমান্নবীশিংসু হরাওজবা ফোংদোকচবতা নত্তনা মঙ্গোল পীবীরি।

মথংগী নোঙানবদ সন্ধ্যা বীনাগা লোয়ননা লাক্তুনা শেলফমদু থিল্লরে।

শাইয়া চঙশিল্লক্তুনা মবুংবু হৌদোকচৈ– "তাচৌ তাচৌ" তাদবদগী হকচাং নোমলগা– "তাচৌ"

"উং" ফিংলকনা। খুৎতা পায়বা লাইরিকতু লৈবাকতা তাখরে। মচন্দ মীৎয়েং থমলকই।

"চাক লোইরে চারসি। কৈদৌরবগে তাচৌ?"

লৈবাক্তা তারিবা লাইরিকতু খুনগৎলগা– "ইমাদি চাখ্রবরা?"

"চাহৌরি তাচৌ"

শাইয়া থোকখরে। চাউরেন লৈমাহনবীবু হৌদোকপীরগা চাক পীজনবা হোৎনরি। – "লৈমাহনবী হৌগৎলু চাক চাথোক্লবা তৌরসি। নুমিৎসু আ য়ৌখরে।" ঈসিং অশাবা তৌদুনা মচিন শেংদোকহল্লি।

"মখোয় তাচৌ ওফিস চৎতবরা?"

"চৎলুরে। নং ঙমদবদগী হল্লক্লবা। ঐনা ইল্লকউরা?"

"য়ানিদা ইথন্তা চাজগে। মখোয় তাচৌদি?"

"কোননা চারগে। হয়েংদগী হোসপিতান্দ লৈরসিকো"

"নুমিৎ খরা ৱাৎলিবা অসিবু।"

"খুদক্তা emergency ওইনা তৌববুদি হাননা তৌহৌবনা ফৈ। ইমাদসু পাও পীখিবনি। অরুনগা মেলৈতাগা ঙসি লাকপা য়াই"

"ইমাবু লাকপা ঙমগদরা?"

"অরুন থারগা লৌহল্লসি। লৈমাহনবী ঐনদি নংবু নুংশি অদুবু নংনদি ঐবু নুংশিবরা?" লৈমাহনবী মীৎয়েং থমলকই। "মখোয় তাচৌবু নুংশিবীদ্রবদি ঐ ঙসি ফাও হিংখিগদরা?"

"অদুগা নংনা ঐগী পুস্সিবু নৌনা লুখ্রা ওইহন্নবা হোৎনরীবা ফত্তবা ৱাখলদু ঙসিদগী থাদোকলোকো। চাক ইনশাং খর হাপলককে"

"য়ারে"

"ঙাক্রা মতুম অমা হাপলককে" হায়দুনা হাপ্লীরি।

শাইয়া চঙলক্কুন– "ইনম্মা চাক-ইনশাং ওকত্রবরা?"

"ওকএ। ইমাদি চাখ্রবরা?"

"ঐগা চামিন্নরে ইনম্মা।"

শাইয়া মনম্মনা চারিবা কোলশিং পায়রগা থোকখরে।

"ইহে ইবাইনা চিঠি অমগা ফুরিৎ-কা পীরকপনি।" চঙশিন্দুনা বেগতগী ফুরিৎ অহুম (নুপীগী) চিঠিগা লৌথোকলগা– "ফুরিৎসে নংগীনি হায়দুনা থাইলেগুদগী থারকপনি হায়দুনা ঙসি ঐগী ওফিস কাদ নহা অনিখক চঙলক্কুনা পীরম্বনি। অমা লিৎলগা য়েংসিরা?"

"কোননা য়েংলগে"

"য়াম্না পাম্মুজবগী ৱানিনে?"

"নুংশিবরা" মবানি নোকমিন্নে। চিঠিগী মরোন্দী?"

"ইবাইদো অনা-য়েক য়াওদনা ইমা লৈবাক্কী সেবা ফজনা তৌরি। ঐখোয় ময়ামসু য়াইফরমগনি। হায়রকই। মরুওইনা নং নুংঙাইতবা ৱাখল খনগনু অঙাং য়াওরবরা হংলকই। অদুগা ই বুংদি ... " লৈমাহনবীনা নুংঙাইতবা মওং উবদ মখা তারকখিদরে। মখা তারক্তবদ য়েংখৎচরকই। "থোইদোকপা ইরক্তরে।" লৈমাহনবী মখা তারকখিদরে।

## (১৮)

থংনবা অয়ুক অঙনবনি। শাইয়া ঙননা হৌগৎতুনা ইরু-মাইথজবা লোইরবা কান ধুপ-থাউমৈ থারম্লবা মতুং চাক-মৈ থাগৎখরে। মৈলৈতানা পুগদবা ফিরোনশিং লোইশিন খোৎচিনবগী থবক কন্না তৌরি। খোমলেম্বসু মতেং পাংবীরি। মৈলৈতানা বারুমদ লৈমাহনবীবু ঈরুমায়থবীবা লোইরবা মতুং ফীরোনশিং শেৎচিন-খোৎচিনবীরবা মতুং চন্দোন থীনবীরে। সনামহীগী মফমদ থৱাই তানা খুরুমজরবা মতুং থোরক্লে। মমানা (লৈমাহনবীগী অপোকপী) — "নপুরোইববু অমুক্তা কানথোকউ।" খু কুন্দুনা লৈরীবা মপুরোইববু কানথোকচরবা মতুং খুরুমজরকই। চাউরেননা কোকতগী খোঙ ফাও নাম্বীরগা— "তেকতা কায়দবা ঈশ্বরনা পীবীবা ওইসনু।"

চাক ঈশিং চানবা লোইরবা মতুং চৎনবগী থৌরাং তৌবা লোইরক্লে। খাতোননা- "পোৎচৈশিং অমত্তা কাওদবরা? লোইনা শুরবা নত্রা ইমৌনুপী"

"শুরে বাজি। অমত্তা চিৎথদরে" মৈলৈতানা খুমলকই।

"ইতৈমাদি উদে কদাইদ চৎখরে?"

"লৈরমগনি" শাইয়ানা হায়রকই।

কাদুদগী থোরক্তুনা চাউরেনগী মমাগী লৈফম থীরকই। থীবা খঙদবদগী সনা মহীনা লৈবা কাদা চঙলকই। মনেম অদু ঈশ্বর ইবুংঙো নংদি জগৎ পুম্নমক্কী অথোইবনি। নহাক্না নুংশিজরবী ইমৌগী পুন্সিদ অৱা-অনা তাহনবীগনুকো। ইমৌদ তাগদবা দ্বশা ঐঙোন্দা তাহনবীয়ুকো। ইমৌ-ইশুদা অশোক অনা অমত্তা য়াওহনবীগনু।"

"ইতৈমা" মনেমদু লৈথোরকই। — "নমৌ হোসপিতান্দ চৎনবগীদমক শেম-শাবা লোইদুনা চৎনবা থৌরাং তৌহৌরে।"

মবানি থোকমিন্নরকই।

লৈমাহনবী চঙশিন্দুনা মনেমগী মখোঙ শোকনা খুরুমজরি। মমৌবু কোনখৎপীরগা-- " নং করিমত্তা নুংঙাইতবা খনগনু। অশোক-অনা য়াওদনা ইশু ফংজবা ওইয়ু। নপুরোইববু কানথোকচরবরা?"

"ঐ ইমা"

"চৎলুরো" নুংশিনা মমৌগী কোকতা নানবীরবা মতুং লাইবকতা নুংশিনা চুপ্লীখি।

লৈমাহনবী গাড়িদ লৈবাকলৈগা লোয়ননা কাখৎমিন্নখরে। শাইয়াসু কাখৎখরে। নোংহনবা লাকপদগী চাউরেন ঙহাক ব্বারী শান্নরবা মতুং হোসপিতানলোমদ হাইগৎমিন্নখরে।

সোমদ অথোই লৈমাহনবীনা লৈগদবা কা শেম শাবা লোইরদুনা ঙাইরি। ঙহাক লৈরগা লৈমাহনবী থুংলরে। অথোইতা নত্তনা নর্স অনি চঙশিন্দুনা মতেং পাংলরে। "ঙসিদগী নৎতবা ফত্তবা ৱাখলনা হকচাং, পুন্সি ৱাহনবা য়াদরেকো।" অথোইনা হায়রকপা ৱাফমনি।

চাউরেন্দী লৈমাহনবীগী হোংলক্লিবা শকফম 'সিদ নুংঙাইফম ইখঙ-খঙদরে। অৱাবা অসিনা পুন্সিগী খোঙচৎ ওইরকপগুম তৌই। লৈমাহনবীনা অঙাং উন্নবা মতমদ করি থোক্কদগে খননা চীংনবা হৌরক্লে।

মেলৈতা শাইয়ানসু অমদি নর্সশিংনসু সেবা ফজনা তৌরক্লি। মেলৈতা য়ুমদ হন্দরে। লৈমাহনবীগী অপোকপী মমাসু মচাগী মনাক্তা লেঙদনা অদুম লৈরক্লে চাউরেননা চান-থক্লবা লৈরকপা কাওরবসু খোমলেম্বনা অদুম লৈরকই। চাক-ঈশিং অয়াম্বা খোমলেম্বগী অঙাংশিংনা অমদি অরুন্ননা পুরকই। মখোয় পুন্নমক্লা লৈমাহনবীগী থম্মোই নুংঙাইহন্নবা মতম চুপ্পদ হোৎনরি। চাং-নাইনা হকচাং শাজেল তৌহললি। করিগুম্বা কান্দ হকচাং ঙমলক্তবা য়াওরবদি খঙ-হৈরবা ডাক্তর কয়া চঙদুনা হোৎনবসু ময়াওই। অথোইগী ৱাখন্দদি লৈমাহনবীবু খুদোংথীবা য়াওদনা অঙাং উন্নহনবা অসিনি। মিৎকুপ খুদিং চেৎক তৌবা অমদি শেনন্দুনা লৈরবনি। ডাক্তর চীংতম্নসু থৱাই চঙনা য়েংবীরি অমেরোমদ ময়াম্না থাজদরবসু চাউরেনগী অপোকপী মমা লৈমাহনবীদ ওৎখিবা-নৈখিবা কয়াদু নীংশিংজরগা নীংঙমলক্তরে। মানা তৌখিবা শাপ কোকহনবীয়ু হায়দুনা ঈশ্বরদ তত্তনা খুরুমজরি। লৈমাহনবীনা মচানুপা চাউরেননা মহৈ-মশিং অমদি থবক তৌনবগীদমক শেলগী মতেং পাংলকখিবা কয়াদু নীংশিংদবসু নত্তে। "ঐখোয়সু খনজখি ইতৈমা, ইচাতোম্বী মহাক্তদি মহৈ-মশিং নীংথিনা তমহন্দুনা মতিক চাবী নুপী অমা ওইহনগে হায়না অদুবু ঐগী তাচৌনা ইচাতোম্বীগীনা অপোকপা মপানা লৈখিদবদগী লাইরিক তম্নরোই হায়দুনা ক্লাস নাইন তমলকলগা অদুম তোকখরে। নুমিৎ অদুদগী হৌনা ইমুংগী লৈত-লায়র ইচাতোম্বীনা পুরক্লে। খঙদে ইতৈমা, মীওইবা হায়বসিনা তাইবং মিৎকপ হেক থোকলকপগা কল্লকপা, মিহৌবা অমদি অপাম্বনা মাং হেক-হেক থাবসিদ ঐখোয় মাংলবনি" মখুরাতোননা নোংমা হায়খিবা ৱাফমসি নীংশিংলকই। "ঐসে

কয়াদ ফৎত্রবীনো? ইপুরোইবনসু ঐগী লমচৎ পামদবদগী ঐবু হুন্দোকলম্লগা চৎখিবা কুমজা মশীং য়ামলক্নে। শেংলবা মাগী পুন্সিবু ঐনা মাঙহন্নবা হোৎনখিবা। অমরোমদ ঐদি নীপা নহাশিংগা তত্তনা লোয়নবা পামলকপী নুপী নংদি শিবনা মতিক চাবনি।" মশক মশাবু পেন্দবা ফোংদোকচরকই।

নোংমা মপুরোইবা চীংখৈনা— "ঐ নঙোন্দদি শাপ তৌরোই। অদুবু নহাক নপুন্সিগী নুংঙাইবদি খক ফংলোই।" নীংশিংনৈ।

চাউরেন চঙলকপদ মমানা তৌরমলিবা ফিভম হায়ফেৎ য়েংলম্লগা মথকলোমদ কাখৎতুনা মাগী কাদ চঙখিদুনা ফিরোনশিং হোংদোকচরি। মমা কাখৎলকই। মচাগী মনাক্তা পাক হেক চঙবা ঙমদে। চঙলক্লগসু হংজবা ঙমজদে। অসুন্না তপলকনা— "ইবুংঙো" খোঞ্জেলসিদ চাউরেন মমাদ য়েংলকপা তৌদে। মাগী চে-চাং য়েংফম থোকপা য়েংদুনা লৈ। "ইমৌদু করিসু থোইদোকপা তৌহৌদেদনা?"

"হোয়" মখা তারক্তে।

"ডাক্তরনদি করম্বা কান্দ থোক্কনি হায়বগে?"

"মতমবুদি শুরক্লবনি। ডাক্তরনা নোংমা নিনি য়েংখিসি হায়রি। হায়রীবা মতমদুদা অঙাং উনদ্রগনা ওপরেসন্দ তারে ইমা"

মমা স্বাই লাউই। "হায়রীবা অদুবু ইবুংঙো?"

"করিসু কায়দে ইমা। লৈমাহনবী শিখিবা হায়বসি ইমাগী অপাম্বা নত্রা?"

"নত্তে ইবুংঙো"

"ইমানা মতম অমদ মীওইবগী চৎনরোন ইচৎ-চৎখিদবা অদুনা লৈমাহনবী ৱাখলগী লায়না লৈখিবনি। বীঃপিঃ ৱাংখিবনি"

"অদুবু ... "

"ফরে ইমা মখা তাবীরগনু। ঐ চে-চাংশিংসে ঙসিমক লোইশিনবা পামইদ মরক থৎনা হায়রকই। মমা মখা তারমদনা অদুম থোকখরে নীংবা কায়না। "ইমা নংবু জ্ঞান তারক্লবরা?" শোনজদুনা চে-চাংশিং ইখৎপা লোইনবা হোৎনজবদু লোইশিনজবা ঙমহন্দরে। মপুক্লিং নুংশিজনা চেষ্টরক্লিবা পীরাং অদু চে-চাংশিংদ তপনা-তপ্না তারক্লি। টেবন্দ লৈরীবা লৈমাহনবীগী ফোটোদ মীৎয়েং থমলকই। ফোটোদু পায়খৎচরগা "নং ঐবু থাদোক্তুনা চৎখিগনুকো লৈমাহনবী" নুংশিনা চুপচৈ, নুশিনা নানবী। অমুক হান্নগী মফমদা থমই। চে-চাং ইখৎপদু মপুক্লিং থোইনা চঙলকতবদগী ফমুংদ চঙশিন্দুনা হিপথখরে।

নহা ওইনা হায়বদি মৌশিংনা থৌরী য়ান্দুনা, হু থক্তুনা শিজখিবগী থৌদোকশিং নীংশিংহল্লি। থৌদোক কয়া অমা ঙসি ফাও মরী-মখোঙ খঙদবা অমদি খঙখিদবা কয়াদ নীংঙোল পোকপা মমা-মপানা তেংথাজখিবা, কপচখিবা, খুন অমগা-অমগা নাকপাক নাকপাক তানখিবা, কেস কয়া তৌনখিবা অদুবু অশেংবা খঙখিদবা থোইদোকনা চাউরেনগী থম্মোই অদুগী মতিক ৱারা? তুমথবা য়াদবদগী হৌগৎলক্তুনা কুমথরক্লে।

মমা মচানা ফিরোন শেৎ-চাদুনা অমুক চৎকদৌবগী কুমথরকপদু হংজগে খনজবনি। ইঙম ঙমদরে। চাউরেননা– "ইমা ঐ হোসপিতান ফাও য়ৌরুখিগে" হায়রল্লগা মখা তারমদনা গাড়ি থৌদোক্তুনা চৎখরে।

সোমদ, অথোইনা হায়রকই– "লৈমাহনবী নংগী মওংদুদ ঐ হায়ফম খঙদরে। নংনা ঙসি নধোম শিজনবগী হৌরক্লিবা ৱাখলগী লায়নাদুগী হৌরকফম ঐ খঙবা পামই।"

"ঐ করিসু তৌদে অথোই। ঐগী হকচাং য়াম্না নুংঙাই"

"ঐ নংগী ৱাফমদু য়ানীংদে।"

"থা তরা হেননা মীরোল্লক্রবী নুপী অমনা অঙাং উনজবা ঙমদ্রবি পুন্সিদু পাপ অমদি লোয়নরক্লবাজাৎনি"

"মদুনা লোইরবরা? মখা তারকখো। লৈমাহনবী নং য়াম্না পাংদে। নং মসিমদি খল্লু– ঐনা নীংলিবা ঐনা খল্লিবা অসিনা খ্বাইদগী চুমই খন্দুনা অফ-ফত্ত নৈনবা তান্নবগী মতম পীদবা অদুনা ঙসি ঐখোয় লৈখা তানা মাংলক্লিবনি। অসুক য়াম্না চাওখৎলবা মীনা মীগী হক কনজন্নবগীদমক ৱাকৎফমনা পীক থন্না লৈরবা য়ুগসিদ অশিবনা লাং থাকলিবা অদু লাল্লি" অথোইনা য়াম্না পেনজদনা হায়রকই। "অনৌবা চহিচা লাকপসিদ মনিপুরী নুপীগী চাউরবা হক ফংনবগীদমক খোঙফম চেৎনা ঐখোয় লেপহৌরগদবনি।"

লৈমাহনবী শোর শাংনা অমুক্তং হোম্বজরগা তপলপনা– "অথোই।"

"নুপী ঐখোয়না ইচং থৌনা, থৌনা লৈনা, ইশাগী ইজৎ ঙাকচবা, মীনা ওৎনগা থেংনবা ঙম্বী ওইরবা কান্দ য়েক্নবা কনাগীসু মীৎয়েং চঙলকপা ঙমলোই। ঙমগদরনে?" লৈমাহনবী খুমলক্তে। মখা তারকই। "নংদি মী ওইনা মীওইবশিংগী মমাংদ নুপী অমা ওইনা চাউথোকচবা ঙমজদে। অদুবু করিগীনো? ফরে ঐ অনাবশিং চেক তৌরুখিসে" অথোই থোকখরে। লৈমাহনবী ময়াম চঙদুনা মাগীদমক ৱাবীবা, সেবা তৌবীরিবা কয়া অসিদ অৱাবা ৱাখনা খন্নবগী মতম ফংখিদরে।

অথোই থোকলকপদ চাউরেনগা মায়োকনৈ।

"তামো"

"থোইদোকপা প্রোব্লেম লৈতেদনা?"

"লৈতে তামো মানবু ৱাখল নুংঙাইথোকপা ঙম্লবদি ময়াম্না থোইদোকনা ৱানীং ঙাই লৈতে। অদুবু আদা লৈববুদি সিনা লৈরকপসিদ লৈমাহনবীগী পুম্সিদ নুংঙাইবা মাইথোং তাই"

"ঐনা নংবু থাগৎচরি। অদুগা অথোই ঐগী পুক্সিবুদি নংনা লুখ্রা ওইহনবীগনু। ঐ লৈমাহনবীগীদমক খনবদ য়াম্না ৱাই। মঙ হাসু ইনুং নুংঙাইতে"

"ঐ খুদোংথীবা থোক্তনবা অমদি ক্রাইম থোকলক্তনবা কননা হোৎনজগে তামো"

"অদো মানা থা ... "

মরক থৎনা হায়রকই— "অদুগীদি তামো ডাক্তর চীংতমগা অফ-ফত্ত তান্নবা লোইরে।"

"মানবু করি হায়রীবগে?"

"ঙসি হয়েং থোক্তরগা হংচিৎ ওপরেসন তৌসি হায়রি"

"অল্ট্রাসাউন্দ (Ultra-sound) লৌরবা নত্রা?"

"লৌরে। থোইদোকপা অকায়বা লৈতে। অদুদ ... ফরে তামো কোননা ৱারী শান্নরসি"

চৎকে তৌবদ ডাক্তর চীং-তমনা কৌরকপদগী লেপ্পী। "ডাক্তর অথোই, ওপরেসন হয়েং তৌবা তারে। মরুপ চাউরেনগী মতপু করি হায়নীংবগে?"

"ঐদি থোইদোকপা হায়নীংঙাই লৈতে মরুপ" ডাক্তরনা ফৈ খল্লিবদু ঐসু য়াই। অদুবু লৈমাহনবীগী পুক্সিবুদি কনবীয়ু।"

"ঐখোয় য়ারিবমখৈ কননা হোৎনজগে। ঐখোয় অনাবা অমত্তা য়েংজরুখিগে মরুপ"

"ফনি ডাক্তর"

ডাক্তরদুগা চৎমিন্নখি। চাওরেন চঙলকই। "ননম্মা তুমখ্রবরা?"

"তুমখরে তাচৌ" খুমদুনা মবুংনা পুরকপা খাওদু লৌরগা সেম খর লৌথোক্লগা খায়রি। "তাচৌ"

"ইবুংদি য়ারে চাররোই। মৈলৈতা নং ইৱাদ ৱারেদা"

"ৱাদেদা তাদ" অদুগা তাদ ঐ ধর্ম্ম নৎতবা থবক তৌনীংদে"

"ইবুংঙো নং চাক-ঈশিং নীংথি নুংঙাইনা চা-থকত্রবরা? হকচাং ময়েং য়াম্না তারে" লৈমাহনবীবু পোকপী মমানা হায়রকপনি।

"তারবরা ইমা?"

"উং"

"হিংবদ হিংবা নুংঙাইতবা পুন্সি কয়া নীপাদ থোক্লে। ইমা, লৈমাহনবী হয়েং ওপরেসন তৌরনি হায়রে।"

"ও!"

ময়াম নুংঙাইনদে। চাউরেন চঙশিন্দুনা লৈমাহনবীগী লাইবক্তা নুংশিনা চুপ্লবা মতুং-- "ঐ হয়েং ইমাগী লোয়ননা ঙস্তা লাকলগে। নখোয় লৈমাহনবীনা হকচাং নুংঙাইরক্তবা থোকলবদি থেংলবসু থেংনা ফোন অদুম তৌরকউ।"

"ঐ তাচৌ"

"গাড়িদু নপুক্লিং তপথনা থৌকো। লান ফান খনগুনু" মনেমবোক্লা হায়রকই।

চাউরেন গাড়ি থৌনা থৌনা ৱাখল নুংঙাইজদরি। য়ুমদ য়ৌরবাফাও পোত্থাফম খঙদরে। মমাগী কাদ চঙদুনা-- "ইমা চাক থোংলবরা?"

"থোংদরি"

"ঐগী শরুক হাপলুরগনু। অদো ইমা হয়েং লৈমাহনবী ওপরেসন তৌবা তারে" মখা তারমদনা অদুম থোকখরে। মমা য়াম্না নীংঙমদনা লৈহৌরে।

নোঙাল্লমদাইদ লৈমাহনবী ঈ হাইথরকপা, ঈ ওরকপা অমদি জ্ঞান খংহৌদনা তারক্তবদগী ডাক্তর ময়াম চঙদুনা লাক্লরি। নোং ঙানফু-ঙানফুং তৌরকপা অদুৱাইদ চাউরেন মমাগা লোয়ননা থুংলরে। "মসি পুম্বগে ইমানা থোকহনবা ঙাক্তনি।" মমা খংলেপ লেপই।

"নুপীমচা ইমাদ অদুমনা মীৎয়েং থমগদবনত্তে, ফত্তে তুমিন লৈরো খুদোং থীবা অমত্তা য়াওদনা ননম্মা অঙাং শোয়দনা উনগনি" লৈমাহনবীগী মখুরাতোননা হায়রকই।

"মমা ঐ থাজদে। তাচৌ ইনম্মদো ঙৱাংদগী জ্ঞান তাখিদরে। তাচৌবু য়াম্না শোল্লমই। ইমাসু য়াম্না শোল্লমই" শাইয়া অঙাওবীগুমনা কপলকই। মৈলৈতা শাইয়াবু থেমজিনবীরি।

"ঙরাংদগী ঙসি ফাও মনুংদগী পাও লাক্তরীবরা?"

"লাক্তরি তাদা" মেলৈতানা খুমলকই। "শাইয়া কপকনু ননম্মা করিসু তৌরোই।"

সোমদ অঙাংদি তেকতা কায়দনা লৌথোকলে। লৈমাহনবী জ্ঞান তারকপগী মওং উদবা অসিদ অথোইতা নত্তনা ময়াম ৱানৈ। ডাক্তর চীংতম ৱাবতা নত্তনা তৌফম খঙদরে য়ারীবমখৈ কন্নবা ফন্না হোৎলরি। ডাক্তর চীংতমগী মীৎলুদ পীগা ইৱাং চেল্লকপা অদু অথোই উরে। লৈমাহনবী স্বার কননা কননা হোল্লম্বদগী খংতপ তপথখিবা অদুদ অথোইনা — "ডাক্তর!"

"আইঃ এমঃ সোরি ডাক্তর অথোই।"

"ঐ থাজদে ডাক্তর। লৈমাহনবীবু অমুক্তা কনসি। লৈমাহনবী" কোনশিনজরগা কপলকই। "লৈমাহনবী, ঐনা নংগী নীপাদ করি হায়না তমগনি। হায়য়ু। খুম্মু। করিগী তুমিন লৈরীবনো? নংনা হায়খিবদাই— ঐ ইচাগী শক উদনা তাইবংপান থাদোকপা পামদে হায়না অদুগা ঙসিনা করিগী চৎলিবনো? সে নচাগী ফজরবা শকফম চীকনা অমুক্তা য়েংলকখো। নচাসে য়েংঙু ফজ দরা?" থৱাই য়াওদ্রবা লৈমাহনবীগী হকচাংবু নোমজৈ। ডাক্তর চীংতমনা থেম্বীরি।

ঙহাক লৈরগা অথোই অঙাং পল্লগা ডাক্তর চীংতমগা লোয়ননা থোকমিন্নরকই। ময়াম্না হংলকপদু মবানি পাউখুম অমত্তা পীদে। চাউরেননা— "অথোই ঐখোয়না হংলগা নংনা পাউখুম পীদরীবা অদু করিগীনো? হায়য়ু ঐগী চান্নথোইরবী লৈমাহনবী করিসু থোইদোকপা তৌদেদনা?"

"তামো, ঐ তামোগী মফমদ মায়থীরে।"

"হা!" চাউরেন ইঙাও ঙাওরি।

ময়াম কপ্পরকই।

থাপলপনা লৈরীবা মনেমগী মনাক্তা চঙলকই। "করিগীনো ঐগী ওইগী পাম্বোম অসিনা কননা চোংলিবা? থম্মোইসিনা পোখাফম খঙদনা ৱারক্লিবা।"

"ইমা"

"উং" ফিংলপনা মাই লৈথোকচরকই।

ময়াম লৈমাহনবীনা লৈরীবা কারোমদ চঙনখি।

"ইমা, নশুনীপাসে নুংশিদরা?"

"করি ঐগী ইশু" হরাওজনা চঙশিন্দুনা মশুনীপাবা লৌজরি। মশুবু হন্না-হন্না নুংশিনা চুপচৈ। "অসুক য়াম্না নুংশিখ্রবা ইশুসে ইবোকনা মাঙহল্লমগনিদা" হন্না-হন্না অমুক চুপচৈ।

"অদুবু ইমা লৈমাহনবীদি ... "

"ইমৌ লৈমাহনবী কৈদৌরবগে?"

"ঐখোয় পুন্নমকপু থাদোলল্লগা চৎখরে"

মখা তারমদনা অথোই লৈমাহনবীনা লৈরিবা কারোমদ চৎখরে।

"নত্তে মদু মিনম্বনি"

চাউরেন চঙশিল্লক্তুনা— 'ইমাগীনীংবা থুংলবা নত্রা?"

"ইমাগী ইবুংঙো"

"ঙসিদি চৎখ্রবনিনা ইমানা শান্নরম্বা লীলা মপুং ফারে, মায় পাক্লে। ইমানা অসি থোক্লবা শিনখিবা নত্রা? অদুগা হৌজিকনা নুংশিবা শাদুনা কপ্লিবা অদু ইকাইদরা?"

"ইমাগী ইবুংঙো "

অথোই থোরক্তুনা অঙাংদু লৌই।

"ইমা নচা ঙসিদি হায়ফম খঙদনা নুংঙাই পুন্সিগী অনৌবা মরুপ অমা থেংনহনবীরগনি খল্লুবদ" চাউরেন অঙাওবগুমনা নোক্লবা মতুং কপলকই।

"ইমা ঙসিদি য়াম্না নীংঙমলক্তরে। ইমৌ ইমানা হাৎপনি।" ইমাগী থম্মোইদ পুন্সিগী কাওবা ঙম্নরোইদৌবা থৌদোক কয়ানা লাইমন ওইররে।"

চাউরেননা য়াম্না পেনজদনা হায়রকই— "অপাইবা লৈচিনগুম্বা লল থুন্না মাঙখ্রবসু নোংমা ফংবা য়াই অদুবু লৈমাহনবীদি ফংলরোই। ইমাদি ফজবা লমচৎ শাজৎ মাঙহনজরবী ইমাগী ৱাখলদি শা ওল্লবনি।

লৈমাহনবী য়ুমলোমদ পুথনবগীদমক শেমশারি। নোংহনবা পাও তাবদগী মাগী নুপীগা লোয়ননা থুংলরে।

"মরুপ পুন্নমক হৌখ্রবা ঙাক্তনি। হৌজিক্তি ইমাদ নীন্দ তৌবা মতম নৎতরে। লৈমাহনবীদি ঐখোয় পুন্নমক্তগী লাইবক ফবী অথোইবী শিংঙেল লৈরাংনি। অদুনা মরুপ নচাশিগীদমক খন্দুনা নং হিংবা তাবনি" খোমলেম্বনা হায়রকই।

"অদুবু মরুপ মমা য়াওদবা মচা হায়বদু ইচাসিদ থোকলরে"

"ইমা নংগী নফমদ লাক্লে। শিরবসু পুন্সিসিনা কোক্লরোইদৌবা পাপ অমা ইমাগী মফমদ লংশিনজরবনি। নহাক মখা তারগনু ইমা খাঙবা ঙমদরে। ইমৌনসু ঐবু য়াম্না ৱারৌরম্লগনি" মমানা কপলপনা হায়জরকই।

"মরুপ ইমানা ঙসি নংগী নফমদ চঙজরবগুম্বনি। হৌখিবা থৌদোক কয়াবু পুথোক্লগা নিংদোল পোকনবা তৌনরগুমসি লৈমাহনবীগী আত্মানা সর্গগী লম্বীদ শান্তি ওইনা চৎখিনবগীদমক মথৌ মঙম পাংথোকলুরসি" নোংহনবনা হায়রকই।

থৱাই য়াওদ্রবা লৈমাহনবীগী অশিবা হকচাং সংস্কারগীদমক য়ুমলোমদ পুথরক্লে।

"হিংলিঙৈ মতমদ নুংশিমিন্নখিবী
নুংশিনরীঙৈ মতমদসু হিংমিন্নখিবী;
লোৎনা থমজবী লৈরাংবু
পাম্মুনা লোৎচবী শীংঙৈল্লৈদু
পুন্সি ৱারী লোইশিনবীখ্রবদ
চৎখরেদো মশুলাংবু থাদোকলগা।
থম্মোইদ কনাগী মফমদসু
ৱারৌবা থমলমদনা লম্বীদুদ
শিবা হায়বসিনা শান্তিনি খন্না।"

**লোইরবা**




